*Maniraton by :*
Thounaojam Biramangol Singh

অহানবা ফোঙবাঃ ১৪।৩।২০০৬,
লমতাগী ১৫ নি পানবা লৈবাকপোকপা
অনীশুবা ফোঙবাঃ ওক্টোবর, ২০০৬
ফোঙজবা ঃ অইবা
কোপি মশিং ঃ ১০০০
মখুমঃ অইবা
মমল লুপা ঃ ১০০/-

নম্ফম ঃ Thoujal Heiba Press, RIMS Road, Imphal

# মনিরতন



সমাজিক নাটক অপ-টুডেদ-ফেমিলি পিকচর মখল অমনি। লাইরিক অসিগী মখুমদা, পেরেলাইজ তৌবা নিপা পাখং অমবু পুকচেল শেংনা সেবা তৌরিবী শকহেনবী অমগা লেপমিন্নদুনা লৈ। নাটক অসি করিনো? থুমনমক পারগা খঙনিংবা অমা পোকহল্লি, পিকচর অসি উবদা, অদুগা অধ্যাত্মিক্ চেতনা অমসু ফাওহল্লি। হায়বদি অৱাংবা থাককী থৌজাল অমদি ধৰ্ম্মগী ৱাখল অমা ফাওহল্লি। খুৎই অসি ডিটেকটিভকী মওংদা ইবনি, পাখোংনি। **কাব্যং করোতি কবি** কবিনা কাব্য তৌই।

কবি শ্রীমান বীরমঙ্গোল সিংহগী খুদোল মনিরতন মতম অসিগী সমাজ অসিগা য়াম্না চূন্নে। অফবা-লমচৎ, অফবা-শাজৎ, অফবা-ৱাখল চীঞ্জাক্তনা মমৈদা জয় শোয়দনা ওইরকই হায়বা লাইরিক অসিনা তাক্লি।

য়াম্না হায়জদরে, কিমধিকং কবিতা লাঙ্গীরেম্মনা কবি বীরমঙ্গোলগী পুন্সিদা মতম পুম্নমক্তা মঙ্গল পীবীবা ওইরসনু।

ইতি

শুভম

১৩।১১।২০০৬ ইং

আশীৰ্ব্বাদক্

জগদীশ শৰ্ম্মা, শয়াং

# প্রশংসা পত্রম



শ্রীথৌনাওজম বীরমঙ্গোল সিংহনা ইবা লীলা মপুংগী (নাটক) গী নুংদা চেল্লিবা লীলাগী ঈচেল অসি মপুং ফানা পারে। সাহিত্যদা হায়নৈ ব সাম্লকং কাব্যং অতোপ্পা অমনা সাহিত্য সমাজগী মিংসেলনি ব্রাহৈশিংসিমক তশেংনা শোক্লা ইরে। লীলা অসি সমাজিক লীলা অমা ওইনা পচ্চুং য়ৌরবা লীলানি। নাটক অমগী মনুংদা চঙগদবা তত্ত্ব শিং, মদুদি-কথানক চরিত্র বিত্রন কথোপ-কথন-রঙ্গমঞ্চ নচিংবা কয়াদা য়ুম্ফম ওইরগা ইবনা নাটক অসি সফল (মহৈ য়াল্লবা) লীলানি হায়বদা হায়মনবা থোক্তোই। অইবগী লীলা অসিগী মমিনা সমাজদা থোইদোকপা কান্নবগী মমি অমা শোইদনা তাহল্লক্কনি হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবা লৈ। অতোপ্পা অমনা মনিরতন্দা য়াওরিবা অতৈগা মান্নদবা গুণ খরসু শীংথানিংঙাই ওই। খুদম ওইনা হায়রবদা, য়াম্লা ফত্তবা ওইরিবা মনিরতন অসিনা লীলা অসিগী মনুংদা bad hero ওইগদবোই নিংলমই। অদুগা অরোইবদা main hero ওইরম্মী। অমুকসু মী হাৎলুবা ওক্তবা মী অমনা কয়া য়াম্লা ব্রানা লোৎপা অমসুং মাগী মমা-মপানা হায়ফম তৌফম খঙদনা ব্রাবা অসিসু সমাজ অসিদা ফত্তবা থবক্কী ফল খাঙবদা কয়াম্লা ব্রাই হায়বদু ময়েক শেংনা তাক্লি। অঙাং য়োকপদা মমানা মচাশিংবু নুংশিমনবদগী মপানা ফ-ননবা ব্রারক-ব্রাতেম তৌবদা ঙমহন্দবা ফজনা ফোঙদোক্লি। অদুগা গোর্ভর্মেন্টগা মীয়ামগা নুংশি-ননা চৎমিন্নবগী লারবা মমিসু লীলাসিদা মপুং ফানা তাহল্লি। মতাং খরদা সরকারগী ওইবা থবক ঙাক্তা তন্নদ-নবা ব্রাফমসু মরক মরক্তা থেৎলি। চুপ্লবা নিশা থাদোকপদা অব্রাবা মশক্লি। মসিনা সমাজদা মশাদা ফত্তবা মমি তাহল্লক্কনি হায়বগী নুংগী ওইবা ব্রা কয়া য়াওরি। লোয়ননা ঙসি ঐচআইভি না ইম্মুং-মনুং, য়ুম্বাল-লোন্নচিংবদা অকাইবা কয়া থোকহল্লিবা অসিদগী ঙাকথোক্লবা পাম্বে কয়াগী মঙালসু ফংহল্লি। বিষয়শিং অসি নৈনরুরগা অইববু ঐনা সমাজিক নাটকার অমনি হায়না লৌজে। অসিগুম্বা সমাজগ পথ-প্রদশক ওইবা অইবশিং অসি চাউখৎহনবা পুন্সি নুংশাংবা পীনবীয়ু হায়না ঐনা ঈশ্বরগী মফমদা কোটিশ:প্রঠনা কচ্চরি।


**কৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মা**

সাহিত্য ব্যাকরণ ধর্ম্মশাস্ত্র শাস্ত্রী কর্ম্মকান্ড শিরোমনি

লেকচরর মণিপুর সংস্কৃত মহাবিদ্যালয়(কলেজ)

তত্ত্বধারক: শ্রীশ্রীগোবিন্দজি ব্রহ্মসভা, মণিপুর।।


September, 2004

# মনিরতনগী শন্নুপ্পা পুন্সি ব্রারী

শ্রীথৌনাওজম বীরমঙ্গোল সিংহনা ইবা মনিরতন হায়বা ড্রামাগী লাইরিক অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা পাজরে। ড্রামা অসিগী তোঙান-তোঙানবা সিনশিংদা পীরিবা দাইলোগশিং য়াম্না পেন্ন-পেন্না পীবা থেংনৈ, হায়বা য়াবা হায়দোকপা ঙমদবা ৱাঙাং কয়া মরিক চুম্না কল্লক পেন্না হায়দোকপা থেংনৈ। লাইরিক অসিদা হৌজিক মতমগী ডাক্টর, ইঞ্জিনিয়ার, পুলিস ওফিসার অমসুং উকিলনচিংবশিংগী ইবেম্মশিংনা অমদি লোয়নবীশিংগী ৱাঙাং ফজদবা, অচাওরম কাবগী ৱাঙাংশিং মীবু মী ওইনা উন্দবগী ৱাঙাংশিং মখোয়গী থৌবু ওইরিবা মপুরোইবশিংদগী হেন্না থোয়বা ৱাঙাংশিং লীলা অসিগী তোঙান-তোঙানবা সিনশিংদা উবা, তাবা ফংলি। মাগী মচা-মশুশিংগী লমচৎ-শাজৎ ফজদবা মী উশিত্তবা শাজৎ ওইরক্লবগী মরু ওইবা চায়োক-নাওয়োক মখোয়গী মথৌনা হাপ্লগী খুয়োক মরিক চুম্বা দাইলোগ কল্লক পেন্না হায়দোকপা কয়া লীলা অসিগী তোঙান-তোঙানবা সিনশিংদা থেংনবীগনি। মীওইবনা মপান ফরিঙৌদা য়াম্না মরাই হায়গৎলম্বদগী সংসারগী অৱা-অনা নংলবা মতুংদা ফিদম্নফম ওইবা ওইরকখিবা য়াবা লৈ হায়বা উংলি।

ড্রামা অসিদা তোঙান-তোঙানবা মীওইশিংগী করেক্টর থেংনৈ ময়াম্মশিং অসিগী মনুংদা পনবা য়াবা খরদং লৌখৎচরি (১) নুংশি-নুংওনগী লমদা লৈশাবীশিংনা য়াম্না ইনাক-খুনবা, অচৌ-অশাংগী মচা-মশুশিংদগী মশা শোনবা, লাঞ্জদবা ঈজ্জৎ লৈবা নুপা থোকপা থৌদাং য়াবা ঙস্বা মশা শোইনাইরবা মীশিংবুনা হেন্না পামজবা উংলি। (২) ইনাক-কৈরাক খুনবা, তৌবা ঙম্বা মমা-মপাগী মশক চংখোন্না ফজরবী, লাইরিক-লাইশু লময়ৌনা হৈরবী মচানুপীনা মাবু পাম্বীনবগীদমক মশাবু থওইনা শোইনাইহন্দুনা মাগী নুংশিজবা নুপাগী অপাম্বা মতুং ইন্না থুংননবা হোৎনবা থেংনৈ। (৩) সমাজসিদা শক্তি পায়রবা পুলিস ওফিসারগী ইবেম্মশিংনা মপুরোইবগী শক্তি শিজীন্নদুনা মীবু মীওইনা উদবা, নুংশিজরবা অমত্তা পোকপা মচানিপাগী চান্ননা তিন্নজরিবা মমান্নবা মদুসু মচানুপাবু কন্ননবা মতেং পাংলিবা মমান্নববু মরাল শিজিন্দুনা নমদুনা মরাল লৈহল্লগা মচাগী মহুৎ শিন্না অৱাফম তাহন্নবা হোৎনবা, মীনুংশি য়াওদবা শাজৎ শিজিন্নদুনা মচা কন্ননবা হোৎনবা থেংনৈ। (৪) মতমসিগী ইনভাইরোনমেন্টেল পোলুসন কন্ননবা উ-ৱা য়াম্ছৎপনা মাঙহনবা, অহোংবা পুরকপা, সোইল ইরোজন, ৱাটরসেদ মেনেজমেন্ট শেমগৎতুনা য়াইফবা সমাজ অমা শেমগত্তুনা মহৌশাগী ফিভম কায়হন্দনবা পাক-শন্না উ থাবা অমদি লুহোং-কৈহোংবা অমদি মরু ওইবা উৎসব থোকপা খুদিংগী উ থাবগী চৎনবী হৌদোকপগী মতাং উংলি। (৫) ইনাক খুনবা শেঙ্গাও পায়বা ডাক্টর, ইঞ্জিনিয়ার, উকিল অমদি অচৌবা পুলিস ওফিসারশিংগী

মরক্তসু অচুম্বা চৎপা পাম্বা, নোল্লুকপা শাজৎ চৎপা, মীনুংশি খণ্ডবা উত্তুনা থবক তৌবা অইবনা পামজবা শাজৎ অমসুং করেক্টর খরা সমাজ সুধারগীদমক উৎলি। অমসুং (৬) অসিনচিংবশিং- শম্না হায়রবদা ড্রামা অসি মোৎলবা কয়ানা থল্লবা সমাজ অসি শেংদোক্লবা হোৎনবদা শ্রীবীরমঙ্গোলগী মনিরতন হায়বা ড্রামা অসিনা অচৌবা থৌদাং খরদি শোয়দনা লৌরগনি হায়বসি পাজরুবা ঐগী পণ্ডলবা ৱাখলদা ফাওজরি অমসুং শ্রীবীরমঙ্গোলনা পামজবা সমাজ অমা শেম্বদা মতেং খরদি শোয়দনা ওইরগনি হায়বা মত অসি থমজরি।

ওইথোক্লোইদবা খরদং: ড্রামা অসিগী সিন খরদি ড্রামা ওইনা শান্নবদা ওইথোক্লোইদবা মতাং খরদি য়াওরি অদুবু সিনেমা ওইনা উৎলগদি ওইথোক্কনি হায়বা মত থমজরি। লোয়ননা ড্রামা ওইনা শান্নবদগী সিনেমা ওইনা শান্নবদা হেন্না মায় পাক্কনি হায়বা মত পীজনিংই।

মত পীজরিবাঃ

রাজকুমার ধাকাম্রা সিংহ
একজিক্যুটিব ওফিসার
শ্রীশ্রী গোবিন্দজি টেম্পল বোর্দ, ইম্ফাল
হান্না ১বা ভাইস প্রসিদেন্ট গীতা কেন্দ্, ইম্ফাল
২শুবা সেনিয়র দিমোন্সট্রেটর
দিএম কলেজ ওফ সাইন্স ইম্ফাল
৩শুবা স্কাদ্রোন লীদর মণিপুর এয়র স্কাদ্রোন,
এনসিসি, ইম্ফাল
৪শুবা প্রোগ্রাম ওফিসার,
এনএসএস দিএম কলেজ ওফ সাইন্স, ইম্ফাল।

1st January, 2004

# লমজিং ৱারোল



ঐগী লৈকাই অমত্তুদা লৈমিন্নরিবা নুংশিরবা ইনাও ইবুংঙো শ্রীমান থৌনাওজম বীরমঙ্গোল সিংহনা ইবা **মনিরতন** কৌবা ৱারী মচা অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা অনীরক অহুম্লক হন্না হন্না পাজরে। লাইরিক অসিগী মনুংদা (চেল্লিবা) য়াওরিবা নায়িক অমসুং নায়িকাশিংনা পাল্লিবা পার্ট মতুং ইন্না ঐগী মত খরা ফোঙদোকচরি। হৌজিক্কী চৎন-লোনগী মালেম অসিদা শক লক্কা ফজরবসু অমদি ইনাক-কৈরাক হেন্না খুল্লবসু মী অদুগী পুন্সিদা হায়বদি ময়ামগী চৎনবী লমচৎকী ৱাংমদা **মনিরতন্না লৈখিবনা** মহাক্কী চথরক্লিবা পুন্সিদা অসুম অসুম লৈখা তাখিবনা মহাক্কা লোয়ননা লৈমিন্নরিবশিংনা মহাকপু তুক্কচরবা এইদসনা নারিবা মীওই অমগুম্না তিন্নন-লোইননিংদে, অমসুং মহাকপু থাজবগী ৱাংমদা লৈখি হায়না নৌনা সাহিত্যগী লম্বীদা খোঙদারক্লিবা অইবসিনা উৎলি। অমুকসু অইবা অসিগী কলমদগী থোরকপা ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালদা রেডিও ড্রামা **লৌশিং লৈবা নাপেৎ** অমসুং **কবোক্লা নোঙ ওইনা চুবা** হন্না হন্না মায় পাক্লা শন্দে দাকখ্রবনি। নহা ওইরিবা অইবা অসিনা মণিপুর সাহিত্যগী ভান্ডারদা মরক মরক্তা খুদোল তৌজবা অসি থাগৎপা অমসুং মতম কুইনা লৈহৌনবা ঐহাক্লা শ্রীশ্রী গোবিন্দজিগী মফমদা হন্না হন্না প্রথনা তৌজরি।

তেল্লবা নন্নাহ,
কেংব্রাইলাৎপম কালাচন্দ শর্ম্মা (রত্ন)
শ্রীশ্রী গোবিন্দজি টেম্পল বোর্দ, ব্রহ্মসভা
স্না কেন্নুং, ইম্ফাল॥

7th July, 2002

# থাগৎচরী



ইয়াম্বা **শ্রীথৌনাওজম বীরমঙ্গোল সিংহ**-না ইবা মনিরতন কৌবা লাইরিক অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা ফজনা পাজরে। লাইরিক অসি পাজবদা ঐগী ব্রাখলদদি যত্রাব্রালি শান্নবদা সমাজদা কান্নবা, ঙাওশিন্নবা তনগদবা পুকচেল ব্রারক্রুবনচিংবা ইথিল অমা ওদেম্সনশিংদা ফাওহনগনি খঞ্জে। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা প্রমাণ-পাষ্ট্রেশিংসি অতৈ অতৈগী লাইরিক্তা থেংনদ্রিবা ঙাক্তা ওইনা তৌই। তামো বীরমঙ্গোলনা ইবা ঈশৈ ময়েক ঐনা অরি-অনৌ লংদাইগী শৈফমদা পুথোকচৈ। অসিদা নত্তনা তামোসিনা ইবা লীলা রেডিও ড্রামানচিংবসু ঐনা থব্রায় তাজে। মাগা-ঐগা খঙনখিবসি মাগী ইবা ঙম্বা অসিদগী খঙজনখিবনি। অদুগা চেখুমদা য়েক্লিবা সিন্নারি অসিসু ব্রারী অসিগা মরী লৈনবনি অদুগা মহাক্না ইজবা লীলা কবোক্কী নোং চুখিবা হায়বা প্লে অমসু দিদি ইম্ফালদা জনুৱারী ২৮ গী পুং ৬ তা শান্নখিবনি।


চৌধুরিময়ুম নবচন্দ্র শর্ম্মা
(নব চাকথেকপী)
বাম্মোন লৈকাই নহাবম ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

অইবা শ্রীথৌনাওজম বীরমঙ্গোল সিংহ, শগোলবন্দ লৌখাম লৈরক, ইম্ফাল ইং কুমজা ১৯৩৯ নিংথৌকাবা নুমিৎতা পোকই। মহাক্কী শিনফমদি ফুরিৎ তুবনি, মতম অদুদা মানা ঙাংথোরকপা অমদি ইথোরকপদা মতম অদুগী গভর্নর MR. BOURNEY না পেনবীরদুনা মহাকপু মণিপুর রাইফলসতা রাইফলমেন ওইনা ১৯৮৩ ইংদা থবক হাপ্লীখি, মহাক্না ইবা হৌখিবদি মহাক্না থবক চঙদ্রিঙৈ মতমদগীনি হায়বদি ১৯৮০ দগী ১৯৮২ ফাওবা, ইং ১৯৮২ দা এআইআর ইম্ফালগী এপ্রুভ রাইটর (অইবা) অমা ওইখি, মতম অদুদা মহাক্না ইজবা ড্রামা অনীখক এআইআর ইম্ফালনা শন্দোকপীখি, হায়রিবা ড্রামা অনী অদুদি **লৌশিং লৈবা নাপেত, কবোক্না নোঙ ওইনা চুবা।** মহাক্কী থবক্না চিনবনা অইবা অসি ইবদগী খরা নাথৈখি অদুবু ১৯৯৮ দা থবক্তগী পোথারবা মতুংদা নহারোল খোঙথং আর্টিষ্ট এসোসিয়েসনগী শৈশকপা অমা ওইরিবা নব চাকথেকপীগা থেঙনরুবদগী ঈশৈ ময়েক ইবা হৌখি, অইবা অসি ইনিংবগী অপাম্বা অদুনা ইদুনা লাইরিক কয়াসু থল্লি। খরদং পঞ্জরবদা, (১) দ্বপুরদা কেকু লোংখিবা কলী যুগতা ফোঙবা, (২) থব্রায়না শোঞ্জখিবা শৈশক। মৈতৈ ইনাং কনবা লুপনা শীন্দুনা কলচরেল মীট অমা ইং ২০০৪ দা পাঙথোকখি, মদুদা অইবা অসিগী ঈশৈ ময়েক অমা শৈহৌ ইশৈ ওইনা শকপীখি। মদুদা অথোইবা লেঙবীরকপা Hon'ble Chief Minister Shri O. Ibobi Singh না পেনবীদুনা খুদোলপোৎ পীবীদুনা ইকাইখুম্ন বীখি। নব চাকথেকপীনা খুদোল তমদুনা Qurbani Artist Cum Dramatic Union গী মখাদা অরি অনৌগী লংদাইদা হায়বা (অরিবা আর্টিশশিংবু ইকায় খুম্ন বা) ঈশৈ নোংমাইগী থৌরম অমা ২০০৩ দগী হৌজিক ফাওবা চত্থদুনা লাক্লি। মদুদা অইবা অসিগী ঈশৈ কয়া শকপীখি অমসুং অইবা অসিবু খুদোলপোৎ পীদুনা ইকায় খুম্নবীখি, অইবা অসিগী ড্রামা মচা অমসু ইশামক্না টেলি প্লে ওইনা ওহোক্লুনা দিদিকে ইম্ফালদা শন্দোক্লুবা নম্বা লোয়দুনা লৈরে। অইবা অসিগী লাইরিক মনিরতন মীয়ামগী মফমদা শিন্নজরি। মসিবুসু মীয়াম্না নৈনদুনা অশোয়-অঙাম কয়া লৈরবসু তাকপীরক্লুবা নোল্লুকচরি অদুগা অইবা অসিবুসু মতম কুইনা ইবা ঙমখিসনু হায়দুনা ঈশ্বরদা নীজরি।

6th November, 2005

এম রামানন্দা
ইষ্টর্ন ইন্টরটেনমেন্ট টিভি-ফিল্ম প্রদক্সন
ৱাংখৈ বাজার

# মচং ওইবা ব্রাহ্মে খরদং

মনিরত্ন হায়না মিং থোঞ্জবা ব্রারী মচা অসি ফোঙদোকচবগী পান্দম খরা শম্না ফোঙদোকচরি। মীপুম খুদিংমক্না পুকচেল অমসুং এদুকেসনগী মঙান্না অমম্বা ব্রাখলবু মাঙহনবা, অমনা অমবু নুংশিবীবা অমসুং য়েক্লরবা ফাওবদা নুংশিনহনবা ঙম্বদু ওইহন্নিংবা, লমচৎ অমসুং লৌশিংনা তুং-মাঙ চৎমিন্নবা পামজবনি। কনাগুম্বনা মাগী পুকচেলদুনা হোইদুনা পুবীখিদুনা লমচৎ-শাজৎ মাঙজরগা মা মশাখক্তা নত্তনা মাগী তিন্নরিবা মীদু ফাওবা মাঙমিন্নবা, অদুতা-নত্তনা অহল-লমন ফাওবা অব্রাবা ঈপাক্তা ঈরাক্লবা, প্রমাণ ওইনা ফত্তবা মচা অমনা মাগী অপাম্বা খরগীদমক্তা মী অমা হাৎকে তৌরম্বা মতমদা মাগী ফত্তবা মরাল অদুগী মীয়াম হৌদুনা ফুরম্বা মতমদা অপোকপা-অপোকপী অদুনা মচাদুগীদমকক্তা মীচং চঙজনবগী থৌনা লিংজেল অদু মাঙহনবী। করিগুম্বা ময়াম্না ফুবদা শিরবা ফাওবা কপচবগী থৌনাদু ফাও ইকাইবনা থিংজিনবীবা য়াওদবা নত্তে। অদুগা কনাগুম্বা মীনা মখোঙ নাম্মা শোইরবা ফাওবদা মাগী লমচৎ-পুকচেল অদুনা ফজরবদি শোল্লবা মাগী মমাংদা কনাগুম্বা ফত্তবা লমহেনবা অমনা মাগুম্না শোল্লবা অমদা মরম চাদনা তুহৎপীবা উবদা মাগী পুকচেল অদুনা খাংদুনা লৈথোকপা ঙমজদে। মীবু কন্নবা হোৎনবদা থব্রায় ফাওবা পাম্মুদবা মীসু করিগুম্বদা থেংনৈ। অদুগা ব্রারী অসিদা কা হেন্না মীনুংশি খঙদবসু য়াওহঞ্জদে। করিগুম্বদা পুকচেল ব্রারকপা ঙমদ্রিবা অঙাং খরদি সিনেমানচিংবদা খোঙ খুৎ ককপা উরুরগা মদুগী মতৌ তমদুনা খৎন-চৈনবদা সিনেমাগী মতৌ তমদুনা খুৎ ককখিবসু তাখিবা য়াওগ্রে।

অমরোমদা মীওইবা ঐখোয়সি ঐদগী চিংনা ইশা ইশাখক্তবু নুংশিজবা-চাউজনিংবা মরক মরক্তা থেংনজে। ঐনা ঙাংবদা তাহন্নিংবা অদুগা মীগী শিবা য়ানা শোক্লবা অদুবুদি থৌশাবীদবা অদুগা মাগী হকচাংদা খজিক্তং হাক্কজবা অদুদা লুনা খনবসু য়াওরকই। মরাল চাউনা লৈরবা ঐনা অচুম্বা অফবা শা-নবা হোৎনবদা শাউরকপসু করিদুম্বদা থেংনজে। মী ওইবা ঐখোয়গ তৎন-থানবা য়াদ্রবা পুকচেলসিনা হোইবীবদগী মরাল লৈজদ্রবা হকচাংবুসু মিংচৎপুসু অব্রাবা চৈথেং ফংবসু য়াওই। খুদম ওইনা মহাভারত্তা পুকচেল ফত্তবা দুর্যোধন্না মীগী লৈবাক অমদি মরল-মথুম, নুপী ফাওবা পামশিল্লুবদগী লাঞ্জাও থোক্তুনা মরাল লৈজদ্রবা নিংথৌ কয়া কয়া অমদি মনাওশিং পুন্নমক মাগা লোইননা শিমিন্নখিবদুনি। অদুগা মাঙনবা নাপল অদুনা অদুক লুরবা লানগী যত্রা তৌবদা মপাবুং নিংথৌসু ওইরিবা অদুবু মিৎ তাংলবনি হায়দুনা থওইদদুনা মপাদুদগী বর-অশির্ব্বাদ ফংনবা খুরুমজগদবদু তাক-ফাও তাক্লমদনা লান চঙখি অদুবু মপাবুং নিংথৌদুনদি মচাবু নুংশিবগী ব্রাখলনা লাল্লে খঙবা মচাগী মরাল পুন্নমক লফুগী মকা ময়াম্না ময়োনবু য়োমদুনা থম্বগুম থম্নবা হোৎনরি। অসিগুম্বা ব্রাখল অসিমক ঐসু লৈখি। ঐখোয়না নহা ওইরিঙৈদো নুমিদাং থেংনা হলক্কপদা ইমানা ঐ লাক্লি হায়দুনা নুংশা থিজদুনা নাকলদা লালটেন থাওমৈ অমগা ব্রানা ঙাইরমই। অদুবু ঐ লাকপা উবদা ঙাইরমদবা শাদুনা ফম্মুংদা তুমিন্না অমুক হিপচিন্নে। ঐনা মওং অদু খঙলদুনা ইমাদা শাওজিল্লি হৌজিক

ফাওবা ঐ লাকপা ঙাইহবদা তুমদ্রিবরা? ঋানা ঐবু কদাইদা শোইখিগদগে খনবদা ঋাজরবা ইমাদুনা ঐবু শাউখিনিকিজবদগী হায়রকই তুস্না য়াদদুনা সুম ফল্লম্বনিদা। ঐগীদমক্তা ঋাজরম্বী ইমাদু খুরুমজহৌদ্রে। হৌজিক খুরুম্নিংলকপা মতমসিদদি মতম কৌবা হিংচাবনা য়োংপীখরে। ঐখোয়সু মতমগী খয়াত্তা ঙাহাক্তং শান্নজবনি। মতম্না য়োংনিংবা মতমদা ঐখোয়সু চঙগদৌরিবনি খল্লুবদা অহল-লমনশিং অদুবু হৌজিক্তা খুরুমজনিংঙকই। লৈখিদ্রবা মতমদা লৈহন্নিংঙক্নি। স্কুল, কলেজ নৎত্রগা করিগুম্বা থবক অমদগী মতম খজিক্তদা মিৎ চা-নরুবা মতাং অমদা লৈশাবী অমগা পাখং অমগা খঙনরকপা নুংশিনরকপা চৎনবীনি। অদুবু পুন্সি চুপ্পা অদুম নুংশিনদুনা লৈরগদবোই খন্নে। অদুবু মতমনা পীরকপা মনা লমচৎ, ব্যবহারদা তিন্নরক্তবা, মান্নরক্তবদগী, শেৎপা চাবা মনিং থুংনরক্তবদগী হান্নগী ঋাখলশিংদু তুংওইনরক্তুনা নুংশিনরক্তবা অমদি খুৎ থানরকপা য়াওনরকই অদুদগী কায়নবা ফাও য়াওই। অদুগুম্বা পুম্নমক খঙলবা অহল-লমন্না মখোয় মখোয়না খঙনরকপদু য়াদে হায়বদি নত্তে, অনী অদুগী হৌরকফম অমদি অমগা অমগা শাংনা পুন্সি চুপ্পা লৈমিন্নবা য়ানবা মাংজৌননা য়েংশিনবা দরকার ওই। মরমদি অনী অদুনা লৈমিন্নরগা চাদা-নাওদা লাক্কদবা লৈবনিনা করিগুম্বা কায়নরকপা তারকপদা অনী খক্তা কায়নগদবা নত্তে। মখোয় অনীনা পোকপা অঙাংগীসু খন্দবা য়াদে। য়ারবদি লৈশাবী পাখংশিংনা খঙনরকপদু লভ মেরিয়েজনি য়াম্না ফজৈ ফজবগী মথক্তা হেন্না ফজনবা চেনবা চোংবা তৌদনা ঋাহং পাওহং তৌনরগা হোংলবদি কন্যা দান পীরিবদু অশেংবা দান ওইগদবোই খঞ্জে। অদুগা হৌজিক্কী পাখং লৈশাবীশিংদি য়াম্না শিংনরে খল্লি,য়াম্না শাংনা খক্বা ঙম্নরে। য়াম্না ফজবা অমনা থাইনগী লাঈওইখ্রবা অহল-লমনশিংগী মিংচৎ লৈখিবা পুম্নমক থিগত্তুনা বার্দ ডে নচিংবা পাঙথোকপা তৌবিমল উংপা য়াম্না ফজবা ব্যবহার ঈবাৎ পুজানচিংবা তৌবা ইতিহাসপু মরুওইনা শিজীন্নরকপসি য়াম্না থাগৎচনিংঙাইনি।

ঋারী অসিদা মরু ওইনা লমচৎনা ফজদ্রবদি মশক ফনা ফজরবসু কনানসু নুংশিদে উশিত্তে। অদুগুম্বা ফৎলমদবা মী অদুনা লমচৎ ফজরক্কবা মতমদ পাখং অদুবু লৈশাবী কয়ানা পামজরকপা অমসুং মাগীদমক্তা থরায় ফাওবা পাম্মুরক্তবা উৎচবা ঋারীনি। অদুগা লমহেনবা, ওক্তবা পোকপা মমা-মপানা মচাবু ফত্তে হায়বদু খঙহন্নিংদবদগী খুমজিন্নবা হোৎনবদা ওইদবা কয়া ঙাংবা অমসুং ঋাজবদু উৎচবনি। অফবা মচা অমা করিগুম্বা শিবা নাবা থোক্রসু থম্মোয় পেন্না কপচবা লাওজবা ঙমজে, অদুগা ওক্তবা হুরানবা, মীহাৎপা খৎনগনবা মচা অমা অশি-অনা থোকপা মতমদা মচাদুবু নুংশিজরবসু কপচনিংবা থম্মোই অদু মনিং থুংহনবা ঙমজদে থম্মোয়গী অপাম্বা অদুমক চিন্দা ফোঙদোকচবা ঙমহন্দে। ঋাফম অসিদি মীয়াম্না হেন্না খঙনরবা ঙাক্তনি।

অশোয়-অঙাম তাকপীরকপশিংবু ওঝানি খন্না থাগৎচগনি।

মীয়ামগী সেবক:
থৌনাওজম বীরমঙ্গোল সিংহ
শগোলবন্দ লৌখাম লৈরক, ইম্ফাল ঋেষ্ট

ইংরাজী কুমজা ১।১।২০০১

9856233482
contact NO:-

# তৌবীমল খঙবা উৎচরি

লাইরিক অসি ফোঙনবা থৌনা হাপ্পীরকখিবা ময়াম্না নব চাকথেকপী হায়না খঙনবীবা শৈশকপা ওঝা অসিনি। কাউঙল্লরোইদবা থৌদোক্তি ইং ২০০৩ গী ফেব্রুৱারীদা ওঝা অসিনা ঐনা ইজবা ইশৈ ময়েক পুথোকপীদুনা মীয়ামদা শক তাকপীখি। অদুগা ঙসি ফাওবা লোইনজরি লোয়ন-লোয়ননা ঐনা ইজবা ময়েক অতৈবুসু থৌনা হাপ্পীখি। হন্দক ফোঙজরিবা মনিরতন হায়রিবা লাইরিক অসিসু ওঝা অসিনা ফোঙদবা য়াদে হায়দুনা থৌনা হাপ্পীবদগী ফোঙজবা ঙমজরে। মসিগীদমক ঐনা ওঝা নব চাকথেকপীবু শিংবা ঙল্লরোইদবা লম্মন তোনশিঞ্জরে হায়না খঞ্জরি।

মথঙদা খ্বাইরাকপম ইবোয়াইমা সিংহসু মনিরতন পাবীবদগী ফোঙনবা থৌনা হাপ্পীরকখিবা অমনি অদুগা প্রুভ ফাওবা লৌবীখি, মসিগীদমক্তসু ইয়াম্বসিবু থাগৎচরি।

মথঙদা শ্রী শাপম কেবা সোসিয়েল ৱার্করনা লুপা ২০০০।- মতেং পাংবীরকপগীদমক্তসু হন্না হন্না থাগৎচরি।

শ্রী শোইবম বাবুলু সিংহ, ইম্ফাল আইরন ইন্দষ্ট্রিনা লুপা ৫০০।- মতেং পাংবীরকপগীদমক্তসু ইন্নাক অসিবু ঐনা থাগৎলি।

থৌনাওজম বীরমঙ্গোল সিংহ

# “‘কৎচবা’”

কৎচরি হে! স্বরসতী মাতা ইমা ইবেম্মা!
ফংজরকপা লৈরাং খুজোক খরদংসে
ইমাগী থৌজাল নত্তনা করি ফংজগনি
ইমাগী লৈয়েংদা থোক্তবা করি লৈবগে?
কৎচরি হে! স্বরসতী মাতা ইমা ইবেম্মা!

জয় ওইরে! জয় ওইরে! স্বরসতী মাতানা
কালিদাসনা নিংজবা থুংহনবীখিবা ইমানি
বেদ–পুরান পুস্তক জগৎ শিন্না য়েনবীরি
কৎচরি হে! স্বরসতী মাতা ইমা ইবেম্মা!

নংগী বীনাগী তাহাদা ভক্তশিংনা ঙাওজরি
লৌশিংগী পুক্তেসু নহাক্কি হৌরকফমসু নহাক্কি,
অত্তাবসু নংনা তাকপীরি, নুংঙাইবসু পাওজেনবী
লোন পুস্তক্কী মমানি, নংগী লৈয়েং ঙাক্তনি
কৎচরি হে! স্বরসতী মাতা ইমা ইবেম্মা!



থৌনাওজম বীরমঙ্গোল সিংহ
শগোলবন্দ লৌখাম লৈরক, ইম্ফাল

# য়াওফম তাকপা

| হিরম | লামায় |
| --- | --- |

# অহানবা শিন
## (কলেজগী অকোয়বা সিন্নরী)

থম্বাল কলেজদগী থোরকই। মাগী কারদা কাখৎলি। করিনোনে গাড়ী সিবো (অমুক কুমথরকই গাড়ীগী চাকা মরিমক য়েংই পমচর ওইরম্বা থেংনরে) ওল্লাকর্পানিদা! চাকা মরিমক পমচর ওইরবা করিগীনো? কনাগুম্বনা তৌগে মতাগুম তৌবা সাল্লেদা! ঐবু নুংশিদবা য়াওরবরা? অসু তল্লেদা ঐদি কমদৌনা চৎকনি (উংদুনা লৈ)

(মনিরতন সুত ফজনা শেৎলি তাইসু পুল্লি য় হায়রপ ঙাওরগা চাউকান চাউকান গপ-গপ য়াম্না লেন্না চঙলকই নাপলগা লোয়ননা হায়রকই)

মনিরতন : মপুং মরৈ ফানা ফজরবী ইবেম্মা থম্বাল! ইচলনা য়াম্না ইখৌ লাংনা ঙাইরিবদু হৌজিক্তি ঐ লাক্লে ৱারুরনু, ঐবু নত্তরা নংনা ঙাইরিবদো?

(থম্বাল য়াম্না শাওনিংনা মনিরতনদা পৈরপ্পা য়েংলকই) অস: পাপী অসিনা ওইরম্মনি। (মনিরতন অমুকসু য়াম্না চিংলেম্না হায়রকই)-নংগী মীৎয়েংদুনা নুংশিজরিবা-হা! মায়থোঙদুনা তরামরিনি পানবা থাজবু ঙমজনা ফজরবী অদুসু শরতকী! ফিজেৎতু নংনা শেৎপদগী কয়াদা ফজহল্লিবা ইবেম্মা ফিজেৎনা তাংজবী! (থম্বাল উপায় লৈতবদগী খুৎশা প্রেক প্রেক থেক্তুনা খাংই) মাবু ঙম্বসিবু কনামত্তা লৈতবরো ?

মনিরতন : এঃএঃ শাউরিনি কাইনা কাস্মীরগী সেম্না কৈদৌরুনি। ঐগদি জুরা চপ চান্নবনিসে। শাউবদা ফাওবা অসুক ফজবা!

(থম্বাল উপায় লৈতবদগী পমচর ওইরবা কার অদুগা থোঙ হাংলগা অমুক চংনবা হোৎনৈ) ঃ গাড়ি মনুংদা খাঙঙুখিগে।

(মনিবতন থম্বালগী খুদাং পাইদুনা চিংথোকই): য়েংঙোই থম্বাল ঐগী নহালগী জিপ অহনবা নিপা থোক্লা কনবা খেংনাং ফুকপা ঙম্বদো হৌজিকসু য়াওরি, নংগী কার বেরা তৌগনদুগুম্বা নত্তে লৈশাবী হেক কাখৎপগা পাইবা মখৈ চেনবী জাৎনি।

থম্বাল: (নাম্ভোক্লবা কন্না হোৎনৈ, নাম্ভোকপদি ঙমদ্রে) অস! তামো: অমুক্তা থাদোকপীয়ু।

মনিরতন: ঐনা ফজনা হায়রিঙৈদা য়াহৌবনা ফগনি থম্বাল নিংথীবী! ফজবী!

থম্বাল: (Touch me not again)

মনিরতন:করিনোনে মানা ঙাংলির্বসিবু ঐবু ভাব অমা ইনা তাদবে। এঃ নোংচুপ লোমগী মীরোল তাংজবা হৈরগা ফাওনা শারকহবরো?

থম্বাল: (কন্না লাওরকই) ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু লৈবাক মচাশা!

মনিরতন: হে! থম্বাল! ৱা-ননবনি লাউরুনু কনাসু চংলকপা ঙম্মোই। নং ঙসিদগী আইজিপি গী মমৌ ওইগদৌরবনি। মপোক ফবী নুপীনি হায়না মীনা ঙাংনরগদবা, ভাব তারবরা?

থম্বাল: ঐবু অমুক্তা কনবীয়ো ঐগী উপাই লৈত্রে। (কপ্পা)

মনিরতন: মণিপুরদা আইজিপি অমত্তনি ইউনিফোর্মগী কিংনি অদুগুম্লবা পুলিস ওফিসার অমগী অমতা পোকপা মনিরতন হায়বদো ঐনি। মীদি লায়রদনা নুংশিৎ ফাওবা ঐবু কিদুনা থৈরিবনি।

থম্বাল: ঐবু কনানা কনবীগদগে? (কপ্পা) লোইনমক মাবু কিরবরা?

মনিরতন: খঙলবরো কনামত্তা চঙলকপা ঙম্মোই। ঐ মনিরতন্নি নংনা চেল্লগা হিংগদরো?

থম্বাল: (কপ্পা কপ্পা) ঐ কলেজ তমজবীবীনি ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু পুলিস

ওফিসার অসিগী মচানা অসুক কা-হেনবা শারমচৎ চৎলবা ফাওবা কনামত্তা তাবীদ্রব্রা?

মনিরতন: আঃ চেল্লু চেল্লু নংনা হেক ঙস্বমখৈ ঐগী ইমাও অসিদা।

থম্বাল: (কপ্পা কপ্পা) ঐঙোন্দা ঙসি তারিবা দশা সি হয়েং কনাগুম্বী অমদা তারোই হায়নিংঙাই লৈবরা? অমুক্তা কনবীয়ুদাঃ

মনিরতন: কান্নরোই থম্বাল নংনা ফ-ন কন্না চেল্লবসু নংদি ঐগী ওইরনি।

থম্বাল: (উপাই লৈত্রে কপ্পা কপ্পা হায়জরকই) তামো, মনিরতন চানবীদুনা নচনবু থাদোকপীয়ু তামোবু উশিৎচদনা নংচদে কিজবনি, নুংশিদবসু নত্তে।

মনিরতন: উশিৎফমসু থোকই, নুংশিফমসু থোকই কিদি কিরুনু।

থম্বাল: (Please make me may way) নচননি খনবীয়ু (Please! Please!)

মনিরতন: ইচনদগী হেন্না নুংশিরবীনি নংবু ঐগী ওইগে তৌবনি। নং পাঙ্গল শোনবীনি ঐসু খঙই অদুবু নং লাইরিক হৈরবনি কায়না ইংরেজী লোল্লবসু, ফ-ন শিংলবসু নিপাগা মান্ননা খক কনবা য়ারোই, অদুগী মথক্তা নংগী নন্দকিশ্বরগুম্না নাম্মা শোইবসু নত্তে।

থম্বাল: তামো মনিরতন! অমুক্তা তাবীয়ু। তামোসি নিপা অমা ওইবগী অৱাৎপা লৈতনা ফজবনি। অদুবু খ্বাইদগী মরু ওইবা গুণ অমা য়াম চাউনা ৱাৎলি। অদুনা পামজদবনি, হঙ্গোইজবনি।

মনিরতন: মাগীসি তশেংনা পামদবসু নত্ত্রিনে, থাসু থাগৎলিনে।

থম্বাল: তামোনা করিগুম্বা মতম অমদা খঙলকপসু য়াই। মতমনা হেন্দোকখ্রগা খঙলকপগী তামোদা পেন্দবা লাকপা য়াই।

মনিরতন: এ:এ: মাগুম্বনসু অশিংবা শারকইসে। (কন্না লাউরকই) হে!

থম্বাল! হায়বিগে তাজৌ, ঐসে মনিরতন্নি মনি-রতন অৱাংপা লৈতবা, শামু রোমদা হায়রগা ইরাবোত শামুগুম্বা।

থম্বাল: তামোবু মাঙহল্লিবসি তামোগী ফজবা নাপল অদুননি।

মনিরতন: হে: অফবা নিপা খনবা হৈত্তবী ঐবু করি ৱাংলি, শোইনাইবসু নত্তে, লাইরবসু নত্তে, মীওই-মীতৌসু ফুট ৬ লোম ৱাংবনি। ঐনা নংবু ফাদুনা নমদুনা লৌগনি, ঐগী খুত্তগী শুকনান নাহ্লোক্হল্লোই, ঐনা নংবু পাঙ্গল শোনবী নুপীনি হায়দুনা শুম থাদোকপীবনি।

থম্বাল: অস: ভাব তাদ্রি মশা মথন্তা পঙথাদা থাগৎচৈ।

মনিরতন: ঐনা নংবু শরাক শান্নবগুম সুম শান্নবগী ৱানি ঐনবু ফারগা পুরগে হায়রদি ঙসাইনা পুবা য়ারেনা নংগুম্বনা কয়াম কনগনি। (অমুকসু ফাগে তৌই) উচি গুম্বা নংনসু।

থম্বাল:(মখুৎনা কহ্লোকই) ঙাইখো তামো! পাঙ্গল শোল্লি খঙলবা নুপীদা নপাঙ্গল ফুদোকফম্লনে,অকনবা ৱেটলিপ্টরগুম্বা, বোক্সরগুম্বনা মপাঙ্গল কল্লি হায়দুনা কবম্বা লৈবাক্তা, করম্বা ষ্টেটতা, মিনিষ্টর, প্রসিদেন্ট ওইহনবা য়াওবগে? অমুক্তা খহ্নবীয়ু।

মনিরতন: এ:এ: অশিংবা শাজিল্লকএ উকিলগী মচাসে।

থম্বাল: শাহিং চাবা কৈ, নোংশা, শামু য়াম্না শাখিরবসু তাইবং মীগী লৌশিংনা ফারগা জুদা শারং মনুংদা থম্মগা অশোল-অনা, অঙাং-নুপীনা যেংবা লাক্লরি, অদুবু কল্লবা শামু, কৈ, নোংশানা করি তৌবা ঙম্বগে? তামো!

মনিরতন: হায়, নংগীদু উকিলগী মচানি কাইনা আইনগী লাইরিক পারকইবরো মদু কান্নরোই, উকিল নুংকিলকা শুকচং চংলোইদবা ঐগী নম্ফু থোক হেক তৌশিল্লক্কনি। হেরা! অদু ওইরবদি ফাবা তারে অশিংবী লৈশাবীসে ঐগী শারং মনুংদা থম্মগে (অমুক্কা ফাগে তৌবা হে!হে! নোকশিনব)

থম্বাল: (নাহ্লোক্তুনা চেনবা, কন্না লাউরকই) লৈবাক মচাশা! ঐবু অমুক্ত

কনবীয়ু শাহিং চাবা কৈ অসিগী মখয়াত্তগী, নত্ত্রবদি ইথন্তা সুইসাইদ তৌদুনা শিজশ্ত্রনি। ঐঙোন্দা তারিবা দশাশি ঐগী করন্বা ইরালগীনো?

মনিরতন: (হা!হা! নোকপা) নংগী নরাল, খঙদ্রিবরো? নংগী নরালদি নংগী ফজরবী নশক্তুননি। য়েন ফারগা হাত্তুনা চারিবদো চাবদা হাওবা অদুননি। য়েন্না মীগী মপোৎ-মরল অমত্তা হুরাল্লম্বগী হাৎলগা চাবা নত্তে। ভাব তাও উকিলগী মচা!

থম্বাল: ইস! ওহ্রোক্লা তনখ্রেদা! ঐ কদোমদা চেনশিগে? তুক্কৎচখ্রেদা!

মনিরতন: অদু থম্বাল নংবু ফুগে হায়বসু নত্তে হাৎকে হায়বসু নত্তে।

থম্বাল: ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু ঐ শাদানবগী মমাঙদা চেনফম লৈত্রবা শজিগুল্লে। তমথিরবা শাদানবসিনা ফাখিগদৌ শরুকপুদি লাম্মেনা চাক্তুনা শিখিবনা হেন্ন ফরে। হায়রগা (গাড়ী মমাঙদা চেনশিনবা, মনিরতন্না ফাবা) হায় মসি শিররনি!

মনিরতন: করিনো ঙাওরবরা টাটা গাড়ী অসিনা তক্লবদি হিংখিগদ্রা নংবো! ছাত্র-ছাত্রি ময়াম্না লেপ্তনা য়েংবীরিবসিবু ফিল্ম নম্বগুম খনবীরবরো? মসি ঐগীদি অত্তাইনি লুহোংনবা নুপী থিজরিবনি।

থম্বাল: ঐবু করম্বা পাপকী ফল চারিবনো, শিজশ্ত্রগে তৌবসু শিহন্দবা নাহ্রোকপসু ঙমদবা হৌদোংনা ফারগা শরাক শান্নবীবা তোল্লবা উচি মচা অদু ওইরে। (কপ্পা)

মনিরতন: থম্বাল নংনা য়াম্না পামজবা খোংতেকপা নন্দকিশ্বর লাকএ চৈসু য়াওদনা চৎপা ঙমদবসে। মানা শাউনিংনবা খরা তৌগে! (থম্বালগী খুদাং পাইরগা চিংশিনবা)।

থম্বাল: অকনবদগী কান্নদবা তামো মনিরতন থাদোকউ, ঐ শিবা কিবা নুপী নত্তে।

নন্দকিশ্বর: মরুপ অমুক্তা থাদোকপীয়ু, মহাক নুপীমচানি।

থম্বাল: মণিপুর অসিদা সাসন লৈতবা শারমচৎ চৎপনা লোইনা ঙমহল্লবা, অকনবনা অচুম্বা ওইরবা লৈবাক ওইরে।

নন্দকিশ্বর: মরুপ মনিরতন! করিনোনে মেন রোডসিদা মশানা য়াজদবা নুপী মচাদুদা তৌবীরিবদুবো, মদু ফজদেদা! ময়াম্না মরুপপু হঙ্গোইবদগী ঙাংনরগা চৎখ্রিবসি মরুপ্পু থাগৎপা ওইরমগদরনে।

মনিরতন: এ:এ: ফিভম শুদবা শোইনাইবা হিরো! লায়েংবা হৈতবা ডাক্তরগী মচা, ময়াম্না ঐবু ব্রা ঙাংবা কি-নদুনা চৎনখ্রগা। অশোনবা নংনা অশিংবা শারকইবরা? হায়! হায়বিগে তাজৌ তাঞ্জা অসিদা নং চঙঙক্কনু মসি ঐগী ফিল্মনি। ঐ য়ুম পাঞ্জরগে তৌনি।

নন্দকিশ্বর: তৌবীনুদা মরুপ!! ময়াম্না তুমিন তুমিন ঙাংনরগা চৎখ্রিবসি মরুপকী মিংচৎ ফজগনি খনবীগনুদা।

মনিরতন: ইমাংদা করিসু হায়বা ঙমদবা মী খরন লম্বী সড়ক্তা ঐবু তাহন্দনা ঙাংনজববু ঙাংনজসনু।

নন্দকিশ্বর: মরুপ্পা খুম্বা ফংদবা মফমদা ঙাংনবদু, অদুনি বেরাদি, মরমদি মরুপ্পা খুম্বা ফংলবদি মরুপ্পা চুম্বা মান্নবা খুম্বা য়াই। মখোয় মঙাল খুম্নবা অদুদি মরুপ্পু চৈবা নত্তনা করি ওইরমগনি অদুদগী হেন্দোক্কুনা অহল-লমন ফাওবা চৈবা য়াওরম্বা য়ারিপোৎনি।

মনিরতন: ওইনিংবা ওইরসনু ইমাঙদবু নত্তবদি! থম্বালদা ঐগী মতম য়াম্না মাঙলক্লবনি, ইরল-ইথুম য়াম্না লোইশিল্লক্লবনি অদুনা নং য়াম্না থুনা চেলহৌরো অদুনা ফনি। নখোঙ মতা অদুগা ঐ নঙোন্দা ওনশিন্নিংদে হায়রিবসিনি।

নন্দকিশ্বর: মরুপ অমা ওইনা অমুকসু হায়জরি। থাদোকপীখ্রো মদু নুপীমচানি, অমরোমদা হায়রগা নচলগুম্বনি। (চৈশু শুর-শুরগা শুম চঙশিল্লকপা)

মনিরতন: হেরা! বন্ধু! মসি নংগী নথৌ নত্তে। নং চুম্না ফাওবা লেপচবা ঙমদবা মীনি। ঐনা অমুক নঙোন্দা ওনশিল্লকঅবদি নংবু চেহ্নোকপা নংহৌরোইদা।

নন্দকিশ্বর: অশেংবনি ঐ খোঙ তেকপনি, খোঙ তেকপা মীনি।

মনিরতন: নন্দকিশ্বর! মসি ঐগী তৌদ্রবা য়াদ্রবা ইথৌনি নং হোস্পিতাল শোইদনা য়ৌবা তারে। (নন্দ শুম চঙশিল্লকপা উবদা থম্বালনা নুংশা থিদুনা মরক্তা অমুক চণ্ডলকই)

থম্বাল: তামো নন্দ লেঙশিল্লকখিনু ঐগীদমক্তা খুং থোক্লরবদি ঐ নুংঙাইজদে। (নন্দকিশ্বর লেপ্লা লৈতনা চৈশু অদুগা শুম চঙশিল্লকই)

মনিরতন: ইসে! মসি শুম চঙশিল্লকই নহে: মসিদি খুৎচাউ অসিনা থোক হেক তৌশিল্লক্কনিসে। (মনিরতন শাউরক্লুনা নন্দদা ওনশিল্লক্লে। নন্দদা কিন্না থিল্লকই। নন্দনা ঙাকথোকই। অদুদগী মনিরতন থম্বাল থাদোক্লগা নন্দকিশ্বরদা ওনশিল্লক্লুনা ফুরক্লে। ঙাইহাক ফুনরবা মতুংদা নন্দ লৈমাইদা লোংনা তাখরে, মনিরতন্না থবাক্তা মখোঙনা নেৎতুনা থমখরে। নন্দকিশ্বর লেংবা ঙমখিদরে। মনাক্তা তারম্বা নুং অমনা নন্দগী মকোক্তা শুদুনা নন্দকিশ্বর মকোক কায়রে। ঈনা পুমঙাং ঙাংখরে। মনিরতন্না হায়রকই)-ঐনা ঙসাইনা হায়খ্রে, অসি থোক্কনি চেলহৌরো।

নন্দকিশ্বর: (মকোক কায়বগী ঈনা পুমঙাং ঙাংলি তপ্না তপ্না হায়রকই) মরুপ ঐগীদি কিরগা চেনগদবা খোঙ পাল্লক্তে, অরানবা চুমথোক্লবা শিজীন্নবা ফংজরিবা পাঙ্গলসে মহে য়াল্লবনি অসিগুম্বদা শিজীন্নদনা পাঙ্গল অসি কৈদৌনগনি।

মনিরতন: আয়:আয়: মসিগী খোঙতেকপসি হৌজিক ফাওবা হন্দ্রিনহে। করি ফরে নকোক কায়রেদো! (হায়রগা নুং অদু লথোকখ্রে), মথৌ মশক খঙদবা, লৌশিং লৈবা শাবা মীগী প্রায়জদি শুমদৌনা

ফংগদবনি। নং অমুক্তা ঐনা থারক্লবদি লোইরেনে। হৌগৎপা ঙমখিগদরো? (অশোনবা মীনি খল্লগা য়াম্না উশিত্তনা লেপ্তুনা লৈরি)

নন্দকিশ্বর: (মনিরতন্না লেপ্লিবা মখোঙ অনী অদুদা মুন্না য়েংদুনা লৈ, অদুগা তপ্না হৌগৎলকই মকোক্তি ঈনা পুমঙাং ঙাংই। অদুগা চঙশিল্লক্তুনা মনিরতনগী মখোঙগী খোংদোল অদুদা মাগী খুদোলনা নেৎলগা খুদক্তা মনিরতনগী মমায়দা কিন্না য়ক্ থিনখরে। মরিতন উশিত্তনা লেপ্লম্বদগী লৈমায়দা অয়ুংবা লফু তুবগুম তুখ্রে। মনিরতন জ্ঞান য়াওখিদরে অশিবগা মান্ননা তাদুনা লৈখরে। নন্দকিশ্বরসু লৈর-লৈরদুনা তুথরকই। নন্দনা তুথরকপদুদি থম্বালনা ওকখ্রে। অদুগা থম্বালগী তম্পাক্তা মকোক্তু মোন খাংহন্দুনা সেবা তৌরি ঈ থিংনবা হোৎনরি। নন্দকিশ্বর মিৎ পাংলকলে (মনিরতন্দা য়েংলি) ঙাইহাক লৈরগা মরুপ মনিরতন, মনিরতন, কৌরকই। মনিরতন অশিবগা চপ মান্ননা করিমত্তা তাখিদরে ইশাং শাংনা তুদনা লৈখরে। হৈমা! ঐগী মরুপ মনিরতনশিদি ৱাছুখ্রমান্নে। ওছোপনিদা ঐসিদি য়াম্না কন্না থিল্লুরমান্নে। তপ্না তপ্না চঙলকই মনিরতনগী মশা পাইদুনা নোমই, খুদাং ঘরি লৌথোকখ্রে অদুগা দুকান অমদগী ঘরি থম্মগা লুপা খরা লৌরি অদুগা টেক্সি অমত্তা লাকপীয়ু কৌরকই।)

(থম্বাল ইঙক ঙক্না য়েংদুনা লৈরি, টেক্সি কার অমা চঙলকই অদুগা মনিরতনবু কার অদুগী মনুংদা হাপকৎনবা মী অনী অহুম চঙদুনা থাঙ্গৎলি)

থম্বাল: তামো! করিনো তৌবীরিবদুবো কদাইদা পুবীগে হায়রিবনো?

নন্দক: ইবেম্মা থম্বাল নং লৈহৌরো। মসি নিপা মশেল তৌনবা থবকনি। নংদি লৈশাবীনি ফজদে (হায়রগা কার মনুংদা মনিরতন মকোক্তু নন্দগী তম্পাক্তা থাঙ্গৎলগা মকোক্তা হুমাই হুম্লদুনা সেবা তৌদুনা মরুপ! মরুপ! কৌদুনা মশা নোমই)।

থম্বাল: করিনোনে তামোনা তাকপীরিবসিবো। তামোসু শোক্তবা নত্তে

অদুগা মনিরতনদুনা লম্বীদা জ্ঞান তারক্লবদি.... হুং নত্তে! নত্তে! ঐ লৈহৌবা য়াদ্রি, ঐ তামোগী য়াথংদু ঙাকচবা ঙম্মরোই;(হায়রগা গাড়িদা নমদুনা কাখৎপা) ঐসু চত্তবা য়াদে।

নন্দ: অস: থম্বাল নং লৈহৌবা ফৈ সে: কুমথখরো (ইহুনবা হোৎনবা-থম্বাল মমিত্তা পি তারক্লে)। তামো নচলবু তাহোকপীগনু, ঐ তামোবু ফিভম অসিদা থাদোকপা ঙম্মোই (নন্দদা কোল্লগা খাংবা কপ্লা কপ্লা)।

থম্বাল: তামোগী কোক্তু ঈ য়াম্না তারক্লে। অসুক থিনা শোক্লগা ঐনা বদনাম কিদুনা লৈহৌবা ঙমজরোই। মনিরতন্না তুখ্রিবসিসু অতোপ্পা মীগী খুত্তসু নত্তে, তামোগী খুত্তনি। কৈ অসিনা করিগুম্বা হৌগৎলক্লবদি...ইস! লোইরে: লোইরে: তাদা ড্রাইভর গাড়ি থৌবীরো।

নন্দ: (থম্বালদা লৈহৌ য়াদবগী খুবাক্লা মমায়দা থারকই) মসি নুপীগী থবক নত্তে লৈহৌরো হায়মি (সেৎ! সেৎ!)।

থম্বাল: (নন্দগী খুবাক অদু মখুৎনা অদুম ফাজিল্লগা থমখ্রে অদুগা কপ্লা কপ্লা হায়রকই) ঐদি ঙসি তামোনা ফুবদা শিরবসু লাইবক ফরবনি খঞ্জরগে অদুগা তামোবু নথন্তা থাদোকপদি শুকঙম ঙমজররোই। টেক্সি থৌবীরো। (টেক্সি থৌবা হৌখরে)।

## ২শুবা শিন

### (মনিরতন ফুরগা থিল্লকপা)

ইবেমহল,-আইজিপি গী নুপীনি, মনিরতনগী মমানি ; মফি নান্না শেৎলি অদুগা কাতি অমা পাইরগা লৈ মশা অকংবা খল্লগা ককলি। গেটলোমদা (সন্ত্রী পোষ্টতা) নোংমৈ পায়দুনা দ্যুটি তৌরি। মনিরতন পুরকপা গাড়ি কার থৌজিল্লকই। নন্দকিশ্বর তপ্না কুমথরকই।

সন্ত্রী : করিগীনো! কনা উন্নগদবনো? সাহেবসু লৈতে।

নন্দকিশ্বর: কনাসু উন্নগদবা নত্তে, সাহেবকী মচা থনমগে লাকচবনি।

(সন্ত্রী কার মনুংদা য়েংই) ইস! হেক পঙথবা মখৈ থক্কুরমাল্লে চংঙো চংঙো। (গেট হাংই, গাড়ি থৌজিনখ্রে)

সন্ত্রী: অসিগুম্বসিদি লাইনসু পামদমান্নে, নহালসু ঐখোয়গী হবিল্ডারদু মানা য়ু ঙাওশিন্নরগা পৈশা পীরম্মু য়াদবগী মকোক থুগাইবীরক্লে। (গাড়ি বঙ্গলা মনাক নক্না মনিং হঞ্জিল্লগা খামই)

নন্দকিশ্বর: (থম্বাল ঈ ইতে তৈনা কুমথরকই), ইমা ইবেম্মা! ইবেম্মা! (কৌই), (ইবেমহল য়াম্না তাখৎনা শাউরংননা চঙলকই।)

ইবেমহল: কনা কনানো? ঙাইহাক্তা থবক অমত্তা তৌজবা ফংলোইদবনি। (নন্দগা থম্বালগা উবদা) নখোয় অনীদি কনানা ফুবীরক্লে? ব্রাকৎপা লাকপা মওইরিনি? অসিগুম্বা কমপ্লেনসিনা নোং হেক ঙানবদগী লাকপসিনা তা-হৈ ঙমজদরে।

নন্দ: ইমা ঐখোয়দি ব্রাকৎপা লাকপা নৎচদে।

ইবেমহল: অদুদি করি হায়বা লাকপনো; মতম মাঙহল্লনু হায়গদবদো

কোক হেক হায়রো।

নন্দ: ইমাইবেম্মা! মনিরতন থিনবা লাকচবনি।

ইবেমহল: হোইনে, মনিরতনবু কদায়নো? নখোয়বু মনিরতনগা তিন্নবরো?

নন্দ: মা গাড়িদা য়াওরি।

ইবেমহল: (চংঙক্কুনা য়েংই) ইমাগী মনি! ইমাগী মনিরতন লাকও। করি তৌরিবগে লাকও (মশা নোমদুনা য়েংই খুম্মক্তরে) (য়ুগী মনম অদুদা উং উং) মনমসিদি কোক্কা ঙাওই হে! (নাতোল মেল্লি) ইহে হেঞ্জিল্লকঅমাল্লেনে; করিগীসু অসুক হেঞ্জিন্না থকচিল্লকইবা? তনখ্রেদা ঐগী ইচাসিদি। নত্তে নখোয়বু কদাইদা থেংনরুরিবনো?

নন্দ: ইমা ইবেম্মা মরুপ মনিরতনসে লম্বীদা অসুম হায়না তুদুনা লৈরম্মে, অদুদা নুংঙাইতদুনা থিঞ্জরকপনি।

ইবেমহল: হায় হায়! নখোয় কনা কনা লৈবগে, অনী অহুমদং থোরকও! অঙাওবসি অমুক্তা থাংথ-নবা তৌশি (সিফাই অনী থোরকই থাংথনবা হোৎনরি)

নন্দ অমসুং থম্বাল : অদুদি ইমা ইবেম্মা ঐখোয় মুক য়ৌনবা তৌজরগে। (মখোয় অনী গাড়িদা কাখৎলগা চৎখ্রে)

ইবেমহল: ইহে! ওহ্রোক্লা থুনা চৎখরেদা, ব্রা হংবা নংহৌদেদা। (য়ু মনম অদু হৈনদ-হৈনদনা মনিরতনগী মমাই মমিৎ তাথোকপীরি) ইমাগী মনিরতন সে সে! মিৎ অমুক্তা পাংও, ইমানদি নঙোন্দা তোংবা কাঙ ফাওবা হাৎপদা ইচা নাখিনি খনবদা কন্না থাজদবদগী কাঙ অদু শিদে অদুগা নংনা তৌরকইবসিবু করিনো? ঐদি খঙদ্রে ইস! মায়সিদি য়াম্না থিনা কায়রেনা (লুখমলোমদা অমুক য়েংবদা লুখমসু কায়রম্বা থেংনরে।) এ! অসুক থিনা শোক্লিবসিনদি চুম্না

মথন্তা তুশিনবনদি ওইরোই...হায়! নখোয়বু কনা কনা লৈগে ডাক্টর অমতং কৌদবা য়ারোইদৌরি। হৌজিক ফাওবা কৌবা খুমড্রিয়েংমী। নখোয়বু খরা ঙাওই হায়দনবু অসি য়ৌরবা ফাওবা সুম লৈথোক্লগদরো?

ডাক্টর রোমেশ: (পরপ পরপ চংঙকই ফার্ষ্ট এইদকী বেগ পায়রগা) ভাবী! ভাবী!

ইবেমহল: ঐনা ডাক্টর কৌশি হায়নরিঙৈদা ইনাও লেঙকপা ফরেদা, ঐদি তৌফম খঙদরে।

ডাক্টর রোমেশ: ঐদি লম্বীদগী তাজরক্লবনি। অদুনা য়ুমদকা চংড্রিঙৈদা সোমদা হান্না চেঞ্জরক্লবনি। নুংশা থিবীরুরনু (ব্রা ঙাংন-ঙাংন মায়দা কায়রিবদু য়েংই লুখমদা কায়রিবদুসু য়েংই) থুনা জ্ঞান তারক্লবা হিদাক অমা কাপচগে।

ইবেমহল: হিদাক্তি লৈরুগদব্রা ইবুংঙো?

রোমেশ: য়ারনি ভাবী ঐঙোন্দা য়াওজরকএ; (হায়রগা সেরিঞ্জ অহনবা অমা লৌথোক্তুনা পাম্বোম মরুদা কাপ্লি। অদুগা লুখমগী অকায়বা অদুদগী নুংকুপ্পচিংবা লৈবাক মকুপ শেংনা চামথোক্লি)

ইবেমহল: ইবুংঙো জ্ঞান লাকঅগদরা? অদুনা জ্ঞান লাকঅদি ফনিদা।

রোমেশ: লাকঅনি, লাকঅনি ভাবী ঙাইহাক্তং পোত্থাখিশি ঐখোয় তামো থিরেন্দি লেংঙকত্রিবরা?

ইবেমহল: মতমদি মওইরক্লবনি। সিফাইগী থবকসিনা তম্বা ঙমদেনে।

মনিরতন: নাহেরকই, -আ:আ:

ইবেমহল: ইমাগী মনি... মনিরতন নংবু জ্ঞান তারবরা? নংবু মিত্তু পাংও ইস! ইমাদি লব্রাই শাৎলুরেদনা....

মনিরতন: (মিং পাংথোক্লকই নন্দকিশ্বরগী মপা ডাক্তর রোমেশ উবদা অমুক উইশিনখরে ময়া ক্রক ক্রক চিকঅগা খাংই)।

ইবেমহল: ইমাগী ইবুংঙো! নংবু য়ু অদুতা থকউরনু য়াদবসিনা ঐদি ওথোক্লা ৱাখরেদা, নত্তে নংবু মী ফু-নরুবকা য়াওবরাও? নথক্তা তুশিনবদা শোকইবরো? ইমাদা হায়য়ু।

মনিরতন: (শাউনা ময়া ক্রক ক্রক চিক্তুনা রোমেশতা য়েংদুনা লৈরি। অশাওবগী ফি ফি কামদুনা খাংলি)।

রোমেশ: ভাবী ঐখোয়গী অঙাংগা তৌনবা ওইরমান্নে, ঐখোয়গীদুসু মকোক্তা কায়রমান্নে, ঈ য়াম্না থোকশ্রে হায়নহৌই।

ইবেমহল: এ!এ! ঙসই মকোক্তা বেন্দেজ য়েংলগা পাখং অমা লৈশাবী অমগা মাবু কার অমদা থিনবা লাকঅম্বা অদুরনে। মদুমক্তি ওইরমগনি থাজদে।

রোমেশ: ওইরম্মনি; থিন্নবা গাড়ি ৱাইখি হায়নহৌই। তামোসু য়ৌরক্লে।

ধিরেন: এ: করিনো তৌরিবদুদি ঐখোয়গী কৈজাওদু কনানা য়ৈথরক্লে?

ইবেমহল: অমুক্তা ঙাইবিখোদা, মহোই পাবুংগী মীনুংশি য়াওদবা, য়াম্না পেনবা মানবা খোন্দো, অঙাং অসিনা অসি য়ৌনা থিনা শোক্লবা ফাওবা অদুম হায়না ঙাংবীবা হৌনবরা? শিনি নানি খংলুদ্রবসিদা...।

রোমেশ: য়েত্তুম মখুল মঙাগুম্বদি ফোংপা তারে হায়রগা ফোংলি।

মনিরতন: (শুগৎতুনা খাংলি ময়া ক্রক ক্রক চিক্তুনা খাংই, রোমেশতা শাউনা য়েংলি।) ইস: ইস:

ধিরেন: (ফোংপদু য়েংলি) এ: ইনাও ডাক্তরগী চা-কা তৌদ্রবরো?

ইবেমহল: হৈমা! ঐদি চা-কা ইকাও কাউরুরে; হায় নখোয়বু চা খরা পুথোরকওনে ঐনবু হায়দ্রবদি নখোয়সু অদুম তোক্লেনে।

থিরেন: ইবুংঙো ডাক্টর ইয়াম্বসু পাওবুদি অঙাংশিংনা হায়রকঅবনি। আ: অদুবু তিতা-নস কুম্বা চংদনবদি তৌবীরবরা?

রোমেশ: মদুসু ননাওনা তৌজরগনি; ঐনা পুরগা লাকচরবনি। তামো থিরেনসু লম্বীদা তাবীরক্লবরা?

থিরেন: ইয়াম্বা তাজরক্লে। নহা ওইবগী খরা তৌরিনি, হৌনবীনি তৌসনু।

ইবেমহল: অদুদি তিতানস চঙদনবদুসু খরা কাপথোকপীরো অদুগা হিদাক্তি করি করি চাখিনি।

রোমেশ: মানা চানবা হিদাকসু ঐনা পুজরক্লবনি, চে অসিদা ইসু ইজরল্লবনি।

থিরেন: ঐন থাজবা উ চারসে থেকনা খোইনা হৌরকপসিদা ইয়াম্বদি ওহ্রোক্লা ব্রাখ্রেদা, খিত্তং চুমথোকপা য়াগদরা খল্লুবদা মমা মচা চংদুনা ঐসে অঙাওবা হেক্তা তাহনবা। মমানা খল্লিবসে মচাসিনা থেক্লা খোইনা মী থেঙ্গাই থেঙ্গাইদুনা চৎলগা খরা হেন্না নুংশিজবরা খঙদ্রেদা; ভায়।

রোমেশ: ভাবী! ঐখোয় তামো থিরেনগী নোংমৈ চিন্দোলসি ভাবীরোমদা ওনশিল্লকপগুম তৌইদা; অদুগা অঙাংদি খরা ঙাওনা হৌর্বাসিনা হয়েং তুংদা হেন্নদুম জ্ঞান তাবসু য়াওবনি। অদুগা অশোকপসিবুদি করিসু থোইদোকপা তৌররোইদা।

ইবেমহল: হা! ইবুংঙো মপা মচাগী তাইনফমদো ঐনা ওইরুরে, ঐদি করিমত্তা শাওজদরে।

থিরেন: তাওনে ইবুংঙো ডাক্টর! মমা মচা মৈ হৌবা মখে খৎনরম্বসে, ঐনা মচাসিদা নমানা হায়রিবদু অমুক্তা তাখো। অসিখত্তং হায়রুবদা মমাসু মচাসু ঐঙোন্দা পুল্লপ শাউজিল্লকইবা, অসিবু অঙকপা নত্তরো? মচাসু ইমাগা শুম ঙাংনজগে মহায়বা, মমাসু -ইমাইচা সুম ঙাংনজগে, মহোই পাবুং য়াওবীরক্কনু, হেক্তা খুম্মকই। ঐ নোকঅগা অদুম লৈরে।

ইবেমহল: ও- ইবুংঙো! ডাক্তর! মচা নিপাদু মপাদগী ৰাংবা হেঙ্গৎলক্লে; মপা মচা লাউনরক্লবদি সিফাই ময়ামসিগী মমাংদা ফজরোইদ্রা হায়দুনা ইতৈমনা পাখৎতুনা অনীমক খামজবনি।

রোমেশ: অওইবনি ভাবী! চাউবদি ঐখোয় তামোদগী খরবু হেল্লম্লগনিনে। (মনিরতনলোমদা ওনশিল্লগা) অদু ইবুংঙো কাকাসু অমুক য়ৌনবা তৌরগে। ঐখোয়গী নন্দকিশ্বরসু অমত্তনি, কাকানা পোকচরিবা অদুগা নংসু তামোনা নথক্তা পোকইদো।

ইবেমহল: অশেংবনি ইবুংঙো।

ধিরেন: মদু খনফম থোকপনি। নচিন-ননাও মায়কৈ অমত্তদা লেপমিন্নরবদি য়েক্লবা ফ-ন য়াম্না লাক্কনসু মীনা পাক্তি লাকচবা ঙম্মোইদৌরিবা; নুংশিনবগী গুণ য়াম্না ৰাংবনিকো তামোসু মৈখেৎ মরু অমত্তনি।

রোমেশ: ঐগীসু অমত্তনি, করিগুম্বা খুশিন খুৎনাছোক্তগী শোইথ্রবদি মৈ চুখৎত্রে, কাংখুল মুৎলে, ইবুংঙো। অদু ঐ য়ৌরগে; ৰারৌনরনুকো।

মনিরতন: ফগনি কাকা ঐ সুম লৈজক্লৌরগে।

রোমেশ: ইহে: ঐদি ইকাওবু কাওইনে। সে: সে: নংগী হিদাক লাংথক লৈননবা (লুপা চাম্মা চৎপী মঙা পীবা)।

মনিরতন: এ:এ: মদুদি তৌবীরনু হাপচিনবীখো (মখোয়না ঙাংনবা ধিরেন্না তাবদগী)

ধিরেন: করিনোনে তৌনরিবদুবো... ওন্নরেনে (হায়রগা চাম্মগী নোৎ তরা রোমেশতা পীরি) অসিখক্তং পাইশিনখো।

রোমেশ: ঐ শেন তানবা লাকচবা নত্তেকো, তামোগীদু হাপচিনবীয়ো খরা হেন্না শোকপা মফমদা ঐখোয় ময়াম চঙদুনা ফ-নবা হোৎনবা তাবনি। নংনা মসি লৌদ্রবদি ঐনা নং শাওবা হছুদ্রি খল্লগনি, সে

লৌশিল্লু; হায়রগা লুপা থনম্মগা চৎশ্রে।

থিরেন: ইবুংঙো-ডাক্টর ইয়াম্বা সুম লৈজহৌরগে, ইনাও লেংঙক্তনা তৌরম্মীসে য়াম্না মমল য়ামথ্রপোৎনি।

মনিরতন: পৈশাদু শেগাইগে, মীনা য়াদে হায়রবমক্তদা (শেগাইগে তৌবা)।

থিরেন: হায় ইবুংঙো! পৈশা শেগাইবা তৌহৈদে। আইন্নসু য়াদে। (থিরেন্না মুনবা)।

# ৩ শুবা শিন

## (লম্বীদা নন্দগা থম্বালগা টৈন্নিদা লাকমিন্নবা)

থম্বাল : তামোগী ঙসাই কোক্তা ফোংপদু য়াম্না নারমগনি, তামোসু অঙকপনি। তামোগী মানা কোক থুগাইবদু, বেন্দেজ মথক্তা ঈনা অদুক য়াম্না ফাওগৎলক্লবদুবু করিমত্তা নাদবদৌনা খাংলগা মনিরতনগীদমক্তা গাড়িকা বাইবিরগা তৌরকইবদু অঙকপনি। তামোগী হকচাংসিদি মীনুংশি ঙাক্তনা শারকপরা খঙব্রেনে। অদুগা; অমুক্তসু ঐগী ঈজ্জৎকী খনবীরকইবা, ঐদি কিদুম কিজেনে তামোসে।

নন্দ: থম্বাল; ঙসিদি ঐ নঙোন্দা খরা লানখরে। ঐ নঙোন্দা মরম ইচা চাদনা খুৎ থাদ্রমান্নে, নংনা মদুগীদমক বারৌনুকো।

থম্বাল: ঐদি শাউনিংবদি লায়রদনা হরাওজরিবনিনে। তামোগী খুপাক্তো পুন্সিগী সুক্তাও কাওজররোই। নুংশি ঈনোৎ হান্নীবনিনে।

নন্দ: ঐগী ঙসি কোক্তা ফোংলিবসে; ঐখোয় ইমানকা উরবদি বাহবা য়ারিপোৎনি। অদুনা ঐনা ইমাগা পাবুংগা উদ-নবা ডাঃ বিরেন্দা ফোংহনবনি। অদুগা থম্বাল নং ঙসিগী থৌদোক অদ যুমদা তন্নুরনু। মসি যুমদা তাহল্লগা অহল-লমন শাউনবা য়াওনরক্তনি।

থম্বাল: তামো ঐ খঙজরে। তা-নরগদি ঐখোয় পাবুংখোয়সু শাউনরক্তনি অদুগা ঙসিবু তামোনা ঐগী ঈজ্জৎ কনবীরমগদি ঐ মনিরতনগী মখুৎতগী নাহোকপা ঙম্বগী শক্তি লৈরোই। মী পুন্নমক মানা তৌরিবদু কা হেন্না লাল্লে হায়বা খঙলবসু কনামত্তনা চঙবা ঙমখিদ্রবনি।

নন্দ: অদুগা থম্বাল, ঙসি ঐনা মনিরতনগা খুৎ থোক্লখিবসি নংনা ঐবু হেন্না নুংশিবীনবদি নত্তে। অদুগী মথক্তা নংগুম্বী অবাংপা লৈতনা

ফজরবী অমনা ঐগুম্বা শোইনাইবা অমদা নপুক্সি মাঙহনবসু ঐনা পামজদে।

থম্বাল: ঙসিগী ঐখোয় তামোগী ৱাতাসিদি, ৱা অদুগী মনুংদা নাপল....

নন্দ: (মরক থংনা) নত্তে, নত্তে, থম্বাল নংগী ৱাখলদু ওন্নরে। নাপলদি ঐনা খ্বাইদগী পামদবা য়েক্লবনি। নাপলনা মাঙহনবা মী য়াম্নখ্রে।

থম্বাল: ৱাফমদুবু;

নন্দ: ঐনা হায়জবদি নংসে ঐগী য়েক্লবা ওইরম্মবসু কনাগুম্বা অমনা ঙম্মনি খন্দুনা নমজা নমথেক্লরক্লদি মদুদা নাম্মা শোইরবা ঐনা তুমিন্না য়েংদুনা লৈথোকপা ঙম্মোই হায়বনি।

থম্বাল: অদুবুদি খঙজরে।

নন্দ: মসি নাপলগী ৱা নত্তে চেনবা য়াদ্রবা ইথৌনি হায়বা তাই।

থম্বাল: অদুবু তামোগা ঐগা তিন্নরকইবসিবু ঙসিনা অহানবরনে? ঐদি তামোবু নাম্মা শোইনবু উজদে, অদুদা তামোনা নাম্বোকপা য়া-নবা ৱাহে খরা অমুক শিজীন্নরকইবদুনা (মায় লৈথোকপা) করিগীনো?

নন্দ: ঐনা ফাগী তৌবসু য়াদ্রব্রা? ঐগী ফাগী তৌফম নং নত্তনা লৈবরো?

থম্বাল: তামোসিদি (মপি তৈথোকই) ফাগীবু অদুম হায়না তৌবরো? পাঙ্গল শোনবী কপকনবী ঐখোয়দবু। খাংবদা ৱাজেনে।

নন্দ: নংগী পি অদু পামসু পাম্মুই, য়েংবদসু নুংশিদবা ঙমদে। অদুগা সিমদি খঙজিল্লু।

থম্বাল: তামো নন্দ ঐনা নংবু তশেংনা নুংশিজবনি। নংনা ঐবু লাপথোক্কদবগী সুম হোৎনবসিদা ঐগী থৱায় অসিনা নংতবু তান্নদুনা সুম লৈহল্লে। ঐগী পোত্থাফম খঙদ্রে।

নন্দ: থম্বাল ঐনা নংবু য়াম্না নুংশি; নুংশিবতা নত্তনা পামসু পাম্মুই। নংনা মকা সাম্না শাৎলগা লৈবদু ঐগী অপাম্বনি।

থম্বাল: অদুগা করিগী ঐবু ননাক্তা লৈহন্নিংদ্রিবা? তামোনা হায়বীরিবদো থম্মোয়গী অশেংবা খোঙ্চোক ওইরম্মোই।

নন্দ: By God! I love you so much! অদুবু থম্বাল; ঐনা নংবু নুংশি। পামজৈ হায়দুনসু নংগীসু খন্দবা য়াবা নত্তে।

থম্বাল: ৱাফম অদু ঐগী ব্রেন্দ-নদি লাম্বা ফংদ্রে; অদুবু ঐনা তাজনিংবা I love you so much! হায়বা অদুদি ঙসি তামোগী চিনবান্দগী তাব ফংজরে। মদুখক তাজবদা থম্মোয়সি হায়ফম খঙদনা নুংঙাইজে।

নন্দ: ঐনা হৌজিক হায়খ্রিবদো ঐগী অশেংবা থম্মোয়গী খোঙ্চাংনি। থম্মোয়দা লোন্না হায়দুনা লৈবা কুইরবনি। মপান থোকহনবা ঙমজদবনি।

থম্বাল: তামোনা তাকপীরিবদুনা অশেংবা ওইরবদি ঙসিদগী ঐগী লাইবক ফবা হৌরবনি। অদুবু হংজনিংবা অমনা করিগীদমক অদুক য়াম্না কন্না হায়দোক্লিংদ্রিবনো? করম্বা ঐগী অশোয়বা লৈবননো?

নন্দ: থম্বাল নঙোন্দদি অশোয়বা অমত্তা লৈতে। অশোয়বদি লায়রদনা হেন্না ফমল্লবনি। নঙোন্দা অৱাৎপা অমত্তা লৈতে।

থম্বাল: অদুগা করিগী অসুক য়াম্না ঐবু খৌরাংহনবীরিবা ?

নন্দ: ঐনা নংবু নুংশিবা অমদি পামজবা অদুগী মনুংদা পাম্মুজবা অমা য়াওরি। অদুনা ঐবু কন্না থিংই; কন্না থিংই।

থম্বাল: অস: তামো ৱারীসিদি সুম তার-তারগা লাপথোকখিবগুম তৌগ্রে, ঐ ভাব তাবা শুকঙম ঙমদ্রে। অদুনা অমুক ঐবু ইখৌ লাংবা হেলহল্লে। তামোগী সাহিত্যদু য়াম্না ৱাংমনগ্রে; ঐবু ভাব তাবা ঙমজ-

নবা খরা লায়বা মওংদা খরা থুনা তাকপীরো।

নন্দ: ঐনা হায়জবদি অসিনি, ঐনা নংবু নুংশিজে অদুগুম্না নংনসু ঐবু নুংশিবীরি অদুবু নংনা নুংশিবীরিবদু য়াম্না হন্থবা অশোনবা অমদা নুংশিবীবগী মওংলা? করম্না মওংদা নুংশিবীরিবনো হংজবনি।

থম্বাল: তামোনা তাকপীরিবাসিদি ঐবু খরা লাপ্না হন্দোকহন্নিংবগী মওং অমা য়াওরি মদুনা তামোনা ঐবু নুংশিবদা অচৌবা পল অমগী বাংমদা লৈরগা নুংশিবীরনি, নক্লিংদবনি হায়না খল্লি।

নন্দ: মদুমক হায়বসু য়াই, অদুবু; ঐনা নুংশিজবসিদি থম্মোয় শেংদবদি নত্তে। অতোনবা অমনা মাগী মপু ওইরিবদুবু নুংশিজে, মপু ওইরিবদুগীদমক্তা থবায় থাদোকপসু চিংনদে, মপু অদুগী য়াইফনবতা খনবা মীনুংশি অদুনি। ঐনা নঙোন্দা নুংশিরিবদুদি য়াম্না শেংনা নুংশিজবনি

থম্বাল: তামোনা নুংশিবীরিবদুগী মওংদি ঐনা নুংশিরিবসিগা মান্নদ্রে। ঐনদি তামোবু ঐগী থম্মোয় মন্দিরদা ল্যাৎচরগা পুজা তৌজনিংবনি। ঐনা তামোবু তোল্লবা শা-ঙা, শা-ষণদা নুংশিবগী মওংদা খনবীগনু। ঐগী পেন্দবসি হায়দোকফম খঙদ্রে।

নন্দ: অদুনি ঐনা কিজবিসি। মরমদি ঐনা নংবু নুংঙাই-য়াইফবা মতিক চাবা ওফিসার অমনা নংবু লুহোংবীদুনা লৌবীরবদি ঐনা কয়াম নুংঙাইজগনি। নংবু মী পুম্নমক্না মেম সাহেব হায়দুনা ঈজ্জৎ তৌনগনি মদুনি ঐনা পামজবদি।

থম্বাল: তামো রাখল অদু ঐবু নুংশিবগী মওং নত্তে। ঐনা খঞ্জবনা তামোনা ঐগী পুন্সিগী লোইনবা অদুনি হায়না পামজবদি।

নন্দ: থম্বাল! অদুমক অশেংবরা? ঐনা নংবু নুংশিমনবদগী হেক্তুনা চিনগদবা পাম্মুজবনি। অদুবু নংনা ঐবু পুন্সিগী লোইনবা ওইনিংই হায়রবনিনা নাম্মা শোইরবা ঐনা নংগীদমক্তা খোঙফম চেংনা

লেপ্পগনি, নং করিমত্তা চিংনরগনু।

থম্বাল: অস: তামো! ঙসিগী নুমিৎ অসি ঐগী খ্বাইদগী হেন্না লাইবক ফবা নুমিৎনি ঐ হায়ফম খঙদনা নুংঙাইজরে। শিরবসু য়ারে। ঐনা তামোবু সেবা তৌবা অদুখক্তনি ঐনা পামজবা।

## ৪ শুবা শিন

### (ডাক্টর রোমেশকী য়ুম )

(তম্ফাম্না কমনরুমদা ফম্লি) ঙসিসিবু করি তৌরবনো খঙদ্রে। মচানিপাসু কলেজদগী হল্লকপ মতম হেন্দোরক্লে, মপাসু লাকপা মতম হেন্দোরক্লে। মিৎসু চোংই করিবু থোক্কদোইনো? হায়রিঙৈদা (রোমেশ লাকপগী গাড়িগী হোরোল তারকই) মপাদি লাকপীরমান্নে।

রোমেশ : (কারদগী বেগ অমা পায়রগা য়ুমলোমদা চঙলকই) ইস: ঙসিদি ব্বারেবু। তম্ফাম্না! বেগ কাসে অমুক্তা লৌশিল্লু।

তম্ফাম্না: করিনো ঙসিদি মতম অমা হেনমল্লে অসুক থেংবীরকইবসিবু কদাইদা অমুক লেঙুরবগে?

রোমেশ: (সোফাদা ফমথরকই) ঐনা থেংবদি লায়রিনহে। আইজিপি থিরেনগী মচানিপা অমতা পোকপদো মমায়সু কায়রে লুখমসু কায়রে অদুগা কোলাম্প (ব্বাহ্নদুনা) তাদুনা লৈরম্মেইয়ে।

তম্ফাম্না: এঃ মাবু ফুবা ঙম্বসু থোরকঅবোরে। কনাগী মচানো মাবু ফুবা ঙম্মীবদু ঙাবু পীজবা য়াইনে। অওইবা মানা ফুদবা মী লৈশিল্লব্রেইমি। মখোয়দা লৈজবা হবিল্ডারদুসু মানা মকোক থুগাইবীদুনা হোস্পিতালদা লায়কন্নরি হায়বনি।

রোমেশ: উং! উং! কনানা ফুরম্বনো হায়বা! আ:আ: য়াম্মা হরাওজগনু

কনানা ফুরন্বনো তারবদি লব্বাই ঈশিং থা-নগনি। নং...

তম্ফাম্না: অশেংবা মানা মকোক কায়রে তাবসিদি পেল্লেমি। অদুগী অঙাংদু ইচেম্মদুনা অঙাং ফংলরোইদ্রা হায়বগী চিংনরক্লবা কান্দা পোকখিবদুদা নুংশিমন্দুনা মনিরতন কৌজরুবা হৌজিক্তি ফংমন্দদুনা ময়াম্না পাপীরতন কৌরদাইদো।

রোমেশ: হায়! হায়! হাক্লা পংহা-হরাওজনু নচানিপাবু লাকঅবরো?

তম্ফাম্না: ওসিদি হৌজিক ফাওবা লাকত্রিনে মখোয়গী কলেজদুবু ছুটি থাদ্রিবরা খঙদ্রেনে। মতম অমা হেল্লেনে।

রোমেশ: মী তাখিনি য়াম্না মখে লাঙখিনু অতৈ অমনা ফুরকপা নত্তে। নচানিপানা ফুরম্মী হায়না তারিকো। ভাব তারবরো?

তম্ফাম্না: হা! ঐখোয় ইবুংঙোনা ফুরম্মীবা করিগী হরে কৃষ্ণ! মাঙলেদনা।

রোমেশ: অদুনবু ঐনা য়ুমগা য়ৌদ্রিঙৈদা মখোয়দা হান্না চৎলুরবনিনে।

তম্ফাম্না: অদুদি কমদৌনি। কৈনিংচিৎ লাকঅবদি কমদৌবা! মাদি মীনা ফুরগা খাংবা হৈ-নবা মী নত্তে। মাখক্তনা ফুরগা পেঙ্কবনি।

রোমেশ: অদুনবু ঐনা চৎলুরিবনি।

তম্ফাম্না: ইস! ঐগী ইচাসিদি মাদৌনা ফিভম ফবসু নত্তে অদুগী মথক্তা মখোঙ নাম্মসু সোইরিবনি। হরে কৃষ্ণ! কমদৌনি অদুগা হৌজিক ফাওবসু লাক্তরি।

রোমেশ: ব্বারুরনু ব্বারুদনা কান্নররোই। কদাই মাগী মিং অতোপ্পদু পাপীরতন হায়না ওন্থোক্লবা ফ-নবু নাতৈ চারিনে।

তম্ফাম্না: ফত্তবদদি লোইরবনি মখা লৈত্রে।

রোমেশ: য়ুদি ফজনা পায়শিল্লকঅমান্নে মমাদু মনাক্তা ফম্বদা মনাতোন মেল্লগা খাংইহে। তো নচানিপা লাকএ।

তম্ফাম্না: হৈমা, ইবুংঙো! ইচা লাকএদনা নকোক্তুদি কৈদৌরিবা নত্তে, নকোক্তু বেন্দেজ য়েৎলে অদুগা ঈদুনা করম্না....

নন্দকিশ্বর: (মমাগা মপাগগী মনাক্তা চংঙক্লগা মখোঙ শোক্লা খুরুম্লি) ঙসিদি ইমাগা পাবুংগনা নচাবু ঙাকপীয়ু খুরুমজরি।

তম্ফাম্না: ইবুংঙো কৈদৌরুরে ইমাদা হায়য়ু।

নন্দ: নাছোকফম লৈতবদগী ইমানা অমদি পাবুংনা য়ারোইদৌবা থৌদোক অমা তৌরুরে। নচাদি!

তম্ফাম্ন: নত্তে নংবু আইজিপিগী মচাগা ফুনরুরব্রো?

নন্দ: ইমা! চেনবদা হিংলোইদবা তাঞ্জা ওইদুনা খরা তৌনম্রে।

রোমেশ: লাও! লাও! পাবুং য়েংবীগে কয়াম থিনা শোক্লবগে, কয়াম থিনা শোক্লবগে য়েংসি।

তম্ফাম্না:(চঙশিল্লক্তুনা য়েংই) ইস! হরে! হরে! থিনা কায়রেদনা, ওছোকপা দশানিদা।

রোমেশ: এ: ফনা থিনা শোক্লেনা করিনা থারকপনো। নখুৎসিসু পোম্লেনে।

তম্ফাম্না: ইমাগী ইবুংঙো, মী খৎনবদা মরক্তা চঙউনু হায়রগা নংদি খাম্বা য়াওরুবরো নৎত্রগা নঙোন্দা দাইরেক্ট হৌরকপরো, অখাম্বা মীদা থাংনা থিন্দুনা শিবা য়াওগ্রবনি।

নন্দ: ইমা! য়াদবা মতাং ওইবননি।

তম্ফাম্না: ইমাগীদি নংনা লোইজরেদো নথক্তা নয়াম্বা অমা নখাদা ননাও অমা লৈবা নত্রেদো।

নন্দ: ইমানা তাকপীরিবদো নচাসু খঙদবা নত্তে। চেনফম লৈতবা লমহাং মখল অমনি।

তম্ফাম্না: লমহাংদা চেনফম লৈতবা, করি ব্বানোনে ইবুংঙো!

নন্দ: ইমাগা পাবুংগদা ফাও মরম ইচা চাদনা অথিবা ব্বাহৈনা চৈরক্লবদি নচাসু খাঙবা ঙম্বগী ব্বাংমা লাল্লকই। অদুগা মরাল লৈজদ্রবী নুপীমচা অমদা ঙম্মনি মতাগুম নমজা নমথেক্লরক্লবদি উনা উনা উশিন্নদবা ঙম্মক্তে।

রোমেশ: ঙসিগী থৌদোক অদুদি ইচানা থোইনা লান্দে হায়না তাইদা। চেনফম লৈতবা চেল্লগসু তুংদগী অদুম ফুরক্লগদৌবা মওংনি।

ফোন: ক্রিং:ক্রিং: হলো হলো কনা ওইরবনো? ও! ডাক্টর বিরেন ওইরবরা, অ:অ: য়ৌরকএ য়ৌরকএ। অ: খঙজরে, নুংনা শুরকপা! অং হোই মান্নি! থেঙ্ক ইয়ু থমজরে।

নন্দ: পাবুং পাবুং ডাক্টর বিরেন নত্রা?

রোমেশ: মান্নি মান্নি য়ুম য়ৌরক্লবরা হংলকইবা।

নন্দ: ঙসিগী থৌদোক অদুদি ইমা ওইরবসু খাংবা ঙম্বীরোই। খন্দুনা য়েংবীয়ু মীগী চুম্না চৎচবী লৈশাবী অমদবু ফারগা কোইচিং চিংদুনা হৌদোংনা উচি মচা শান্নবীবদৌনা তৌবীরে। অদুদা খঙনদবা ছাত্রিসু নত্তরিবা।

তম্ফাম্না: কনাগী মচানুপীনো? কলেজগী ছাত্রিরো?

নন্দ: ঐখোয়দা ট্যুসন তমজবী থম্বালদুনি। অদুদা থম্বালদুন কপ্পুনা লাও-খোংদুনা ফ্রং ফ্রং চোংদুনা তৌরিবা মতৌদুদা য়েংবা ঙম্মক্তদুনা মরুপ মদু নুপীমচানি খরা থাদোকপীখ্রো হায়রুবদনি।

তম্ফাম্না: আ:আ: অদুসু হায়ফমদি থোকইবা ইবুংঙো।

নন্দ: অদুদা ঐঙোন্দা ওনশিল্লকইবা খুৎ থাবা মানা হাল্লিবনি অদুদদি ঐসু খাঙবা ঙম্মক্তবনি।

তম্ফাম্না: হোইনে ওহে... ফত্তনসু পোকইদা খাংববুদি ব্রা-নরবা জাৎনিদা অদুবু মাগী মপা আইজিপি ধিরেন হায়বদুদি মী ব্রারকপা য়াম্না হৈ হায়নবদাইনে। অদুগা মচাদুদি কৈদৌরবা?

নন্দ: অদুদগী মাগী খম্ভবা হৈত্রবা মচিন্দুনা য়ুমদা লৈহৌবা ইমাগা পাবুংগসু ঙাংবা হৌরক্লে।

তম্ফাম্না: ঐখোয়বুসু চৈবদা য়াওরক্লবা করি করি হায়নদি চৈরিবা।

নন্দ: এ: তল্লিদা নপানা ডাক্টর ওইরগা নংগী নখোঙদুদি য়েংবা হৈতবা অদুদদি খাঙবা ঙম্বগী ব্রাংমা লানখিবা খঙহৌদে।

তম্ফাম্না: হোইনে মদুদা শাওদবা ঙম্বা মী লৈররোইনে। অদুবু অকনবনা অচুম্বা শকপা মতমনিনা অমুক হৌবীরক্তনবা অথেল পোৎকা থিলহৌরুশিরো।

রোমেশ: ইহাং হাংনা চেনবা ইয়া য়াদবনিনে। চাক্তি চাবা হৈরগা ফু-নবদি হৈতবরা হায়বগুম্বনিনে।

নন্দ: অদুগা ইমা অথেল পোৎকা তৌরুগনু মী মওং অমনি। মানা চুম্নবোইকা নিংখিনি। অদুগা কিরগা চেল্লবসু তান্নরগা তুংদগী অদুম ফুরক্কনি। শাউনরোইসি চুম্না অদুম হায়নরগা লোইরে।

রোমেশ: মান্নি অদুদা ফাও য়াদ্রবদি ঐখোয়সু ওনশিনবা তাবনি।

নন্দ: কিমল্লবসু ঐখোয়গী মী লৈরোই ইচুম চুম্না অরানবা তাগনি।

তম্ফাম্না: মহোই পাবুংখোইদি অশোন-অনা খক্তা তিন্নবা থবক ওইরবরা মখোয়গীনা খুৎলাই পায়বা মীপা-মীপুন ঙম্বা থবক্লিনা।

নন্দ: অস: ঐখোয় ইমাসে পাবুং! পুকচেল পীথরক্লে। ইমা! মখোয় সিফাইনা চাউবনা মায়কৈ অমা সিফাইসু নোংমৈনা পাল্লবদি শিনিংবদি নত্তবনিনা ডাক্টরদা কপ্পুনা থব্রায় অমুক্তা কনবীয়ু হায়দুনা

খুরুম্মকপা মতাংসু লৈরিদা।

রোমেশ: চুম্মী, ইচানা হায়বা আর্মি ওফিসার অমন্যা মচা নাবদা ঐঙোন্দা লুপা লিশিং অমা কৎলগা খুরুমখিবদুনি। মাগী নুপী মেম সাহেব অদুনা ঙাসু থনম্মী।

তম্ফাম্না: ঐদি হন্দক্কী মতাং অসিদা ডাক্টরগী থবকসি মীনা কয়া ঊশিংত্রমান্নে খল্লকইব।। (রোমেশ নোকঅগা লৈবা)

নন্দ: ইমা লানফম অমদা চৎপা মতমদা ডাক্টর য়াওদনা চৎপা য়াবা নত্তেদা। হেক শোক্লকপদা অকনবা সিফাইদু অশোনবা ডাক্টরনা থবায় কনবীগদৌবনি।

রোমেশ: অদুগা সিফাইসু সাইন্সনা পুথোরক্লিবা খুৎলাইশিংগী মতেং নত্তনা থৌনা ফবা য়াবা নত্তে! তম্ফা।

নন্দ: পুম্নমক অসি কো-ওপরেসনলৈনরগা অমগী মতেং অমনা লৌনরগা ঈরৈবাক কন্নবা থৌনা লাকইবনিদা ইমা!

রোমেশ: অদুবু অফবা খুৎলাই লৈরবসু খুৎলাই-শিজীন্নবা হৈবা থৌনা ফবা সিফাই লৈত্রবদি খুৎলাই ঙাক্তনা কৈদৌরুনি।

নন্দ: অমগা অমগা নুংশিনদবা হায়বসিনা নাইতোম তাদুনা অপুনবা অকনবা থবক অমত্তা তৌবা ঙম্লরোইদবনি ইমা!

রোমেশ: মনিমুক্তা পীবীগে থিররবসু, হংলরবসু নুংবু নুংশিনদ্রবদি তাকপীনিংঙাই মী লৈত্রে অদুগা মানা হেক চঙখিবগা চাগদৌবা কৈ লৈরবসু মীদুবু নুংশিদ্রবদি চানিং চাজসনু খল্লগা অদুম লৈথোকপা তাবনি।

তম্ফাম্না: আইজিপি থিরেনগী মচা অদু ঐ মঙাইরে খনবদগী থোকইবা থৌদোক্লি ইমা ভাব তারে।

# ৫ শুবা শিন

## (আইপিপি গী বঙ্গলা মনুং)

## মণিরতনগী রিডিং রুমনি

(রাউন্দ টেবল অমা থারি চিয়ার অহুমদা মনিরতন, যদু, কেশো ফমলি, মাগী মাগী লাইরিক মমাঙ মমাঙদা লৈনরি। অদুগা য়ু লিক্লি খরসু টেবল মখাদা য়ুংদুনা লৈরি। মনিরতন কোক্তা বেন্দেজ পুল্লি)

মনিরতন : কেশো কান্নদে কান্নদে লাইরিক কাসি কোন্না তপ্না পাশি হিদাক লিক্লিদু মঙক লৈথৎলু খরা খরা য়োৎশিল্লগা নুংঙাইবা হরাওবা মিকি লাঙাকেদবা কৌশিনখিসি।

কেশো: (লিক্লি মঙক লৈথৎলি) আপসুশ তাহোকসি হায়বা নত্তরো। (হায়রগা গিলাস অহুমদা খরা খরা হৈবা হৌই)

যদু: (ঈশিং লিক্লি অমা পুশিল্লকই খরা খরা য়ানশিল্লি মাগী মাগী গিলাস থাঙ্গৎনরগা চেস হায়রগা গিলাস অহুম্মক কক কক থেঙ্গাইনরি য়াম্না হাওনা থক্লরি। গৎ! গৎ!)

মনি: য়া! হৌজিক্তি আপসুসকী চেক্লা পাইথোকখরে। এ, বি, সি ইবা লাইরিকশিংসে টেবল মখাদা থাদখরো। মশক য়েংনিংদে।

কেশো: হোইদহে মশক য়েংনিংদ্রবা লাইরিকশিংসে হায়রগা (টেবল মখাদা প্রোপ, প্রোপ থাদখরে) এ,বি,সি মুন্না খঙনরবা বিএ পাস তৌরবা কয়া কয়া চকা হুম পানবা থৌদুনা খাংলিবদুনি। পেৎ! পেৎ!

যদু: মমিৎ খক্তং ফাৎলগা পেৎ পেৎ থৌরিবদো খঙলে অদুগা য়ুগী অতোপ্পা মিংথোল 'হিদাক' ফজেহে। নোংশা মখোম্না শেন্বা হিদাকসিবু থক্তনা করি হিদাকপু থক্কনি! হাওব্রেনে!

কেশো: মসিবু চাকখাওদা খজিক্তং চংশ্রবদি অকি-তুজুং পুন্নমক লোইনা চেপ্লোকখিবা খঙহৌদে।

যদু: ইংরেজী ককাদি তম্মুদ্রবসু হেক্তা পাইথোরকই, মসিদি ইংরেজী মহীনি। অদুগা এ,বি,সি য়োমশিন্নবা হোৎনরিবা পেৎ পেৎ খোংদুন পেসেঞ্জর ঙাইনরিবা নুংশা শাগ্রবা অদুদা লৈনরিবদু।

মনি: সরকারগী থবক ফংদ্রবা ঙাক্তনি। ফংদ্রবা ঙাক্তনি মখোয়দু. ..

কেশো: ঙাইখো যদু, এ,বি,সি য়োম্বা হায়বদি করিনো, ঐদি ভাব তাবা ঙমদ্রে।

যদু: এ,বি,সি য়োম্বা হায়বদি এ,বি,সি ফজনা হৈরবা হায়বদি লাইরিক হৈরবা ঙাক্তনিদনা মিৎ খক ফাৎলগা মায় য়োমশিল্লবদু। মখোয় অদু ক্লাস অমত্তদা ফম্মীন্নবা কনাগুম্বা মমান্নবা খরদি ওফিসার ওইখিবসু য়াওরমগনি।

কেশো: ও! অদুদা খঙহন্নিংদদনা তৌবনি খঙলে অদুনা লাইরিক হৈতবা মান্নবা ফিনা য়োমশিনবা, অদু মনিরতন সাহেবতি কোক শোকখিবগী ডাক্টরগী হিদাক্তি চারিনি, নোংশা মখোমসিদি য়োৎশিল্লগা কমদৌবা ?

যদু: হেরা! ডাক্টর হিদাক্তগী হেন্না ফরবনি, ডাক্টরগী হিদাক চারগবু অকি-অখঙ তাপ্লোকপা ঙম্বরা? মৈঙালনা লাকপদবু মমদুনা লৈবা ঙম্বরা থৌন ফবগী ব্রাখলনা য়ৈবদা অকিবা তুচুংবা পাইশ্রগদবনি।

মনি: য়োৎকদবনি অশোক-পা গুলি মারো-হেক থকচিল্লগা থোকঅ থোকঅবা লাক্কনি (হায়রগা অমুকসু থকচিল্লি)

যদু: হায়দোকপদা ইকাইবা ব্রানি। ঐগী ইয়াম্বা অমা এম:এ: পাস তৌরগা হায় স্কুল ওজা হাপ্লীনি হায়দুনা লুপা লিশিং ৫০।- লৌথোকপখরে। লৌ মচেৎ অমা লৈজবদু বন্ধাল চৎশ্রে। হৌজিক ফৌ কারকত্রে।

কেশো: কয়াম কুইরবা?

যদু: ভায়! অথুবা মতমদা হাপ্পীরনি হায় হায়দুনা চহী ৩ দি হেল্লে। হায়রিবসে অতোপ্পা মী কা নত্তে ইপাগা হেক পোকমিন্নবা ইনেগী মচা ইবাইনা তৌরিবা।

কেশো: মদুগী ব্বাদু থম্মসি। মনিরতন সাহেব (মরৈ ইথা থানা ফোরেন হায়গদবদা) ফৌরেনগী অঙাংবীসিদি য়োৎপদি ওম্থোক্লা নুংঙাইজশ্রেদা।

মনি: নুংঙাইবরা ফোরেল লোমগী হিদাকশিংসে। নুংঙাইবনি।

কেশো: অস! খোইথুমনৈ। অদুনা ঐদি সাহেব বর পীরবনি ফৌরেন মচাশা নখোয় পুম্নমক কার তোংলো দোলান মথোল মথোল শাগৎলো।

যদু: চুম্মীনে ঐখোয়দি করিসু পুথোকপদি হৈত্রবনিনা-য়োৎশিনবা ওইনা অদুম তল্লসি। অদু ওইরদি ঈনা কুপ্পা খাংপোক শঙদা লৈবা তাবনি। ঐদগী চিংনা তনমনশ্রেবা খাংপোক শঙদুসু মল্লবনিনা নোং য়ুরে।

কেশো: এ: মদুদি ইমুংদগী থব্বানমিচাক মশিং থিরগা মতম লেনবা য়াবনি। অদুগনে নিংথম থাদা নোংকা চুরকপদুদি নুংঙাইশ্রবা জাৎনি সুমাংদা নোং হাংশ্রবসু ইমুংদদি পাক হাংবীবা নত্তে কাছু মোম্পাক পুমলুপ!!

যদু: হেরা ভায়! অদুবু ব্বা নেইদনা ইকাইদরা? তৌবুদি নখোয়দা নত্তেদা ঐখোয়গীসুনি। ইংবদুদা চোৎপা হায়সিদি করি হায়নি নুংঙাইশ্রবা জাৎনি তর তর হেক চিংশিনবা.....।

কেশো: নোং য়ুরবসু ইয়ুমনিনা অদুম লৈবা তাবনি। ঐখোইগী পোৎনা মীরৈবাক্তা য়োল্লগা পৈশা লাক্লবদি লৈতে পৈশাসু মীরমদগী লাকপা শিজীন্নবা পোৎসু মীরমদগী...... অতনবা ঐখোয়দি খরা ব্বাবা তাবনি। ব্বারকখিনি।

যদু: অদোমদা খল্লুরবদি ঐখোইগী পোৎনা মীরৈবাক্তা য়োল্লুবদি লায়রদনা ঐখোই ইমুং-মনুংগী পোৎ ফাওবা শিজীন্নবা লৈজদে ইমা-ইপা শিরগা শ্রাদ্ধ শোনবা ফাওবা মখোইরোমদগী পোৎ ঙাক্তনা তৌরিবনিদা।

কেশো: হোইনে ভায়! খল্লুরবদি চা-নবা থক্লবা লোইনমক মীরমদগী তাংজবা ঙাক্তনি।

যদু: মণিপুরগী পোত্থোক ফজবা হায়রবদি মণিপুর বন্দ, নেসনেল হায়রে ব্লোকেদ অসিগুম্বসি তারেনে। হা!.....

কেশো: অদুগা শেঞ্জাও পায়বা অচৌবা কারবারব্বালাশিংনা মমাংথোঙ লোল্লগা মনিংথোঙদা লুপা ১০।- পীবা পোৎতু নং ওইবগী পীরবনি কা হায়জিল্লগা ইনকেস্তা লুপা ২০।- দা য়োনবা।

যদু: ইন্সাং-নাপী য়োল্লবা হিংজবা ইমা ইবেলশিংনা ইচাশা ঙরাংদি কৈথেল বন্দ তৌরবনিনা ঙসিদি ঈশিং থকঅগা লেল্লসি।....... অসিনা বন্দনা ফংহনবা খুদোলনি।

কেশো: অদুগা বন্দ তৌরবসু ওফিসারসিংদি তলবতি অদুম ফংব্দরা?

যদু: সরকারগী থবক তৌবগী হৌনবী বন্দ মনুংদসু ওফিসতি কাগদবনি হায়বগী নিয়মদি লৈ অদুবু কাবা ঙমদবা কাহৌদবা লোইনমক হেক্তা তলব ফংলোইদবদি নত্তেদা ভায়! (য়ুদি অদুম থক্লরি)

কেশো: অদু ওইরবদি মাংজরিবসিদি ঐখোয় খক্তা ওইরে।

যদু: নত্তদি ওফিসারশিংনা শুরিবা থবকশিংদুদি প্রজাগীনি। ঐখোয়গী ফাইলশিংদু মচি লেংঙস্মরোইদবনি। ঐখোয়না বন্দ হাংলবা কা দা চৎলুবদদি বন্দ মনুংনিনা মী কারক্তবা য়াওই অদুনা খরা তপ্না লাকপীরো।

কেশো: চুম্মে, ঐখোয় শাউরুফম লৈতে অদুবু তলবতি কায়দনা ফংগনি।

ঐখোয়না শাউরবনি কায়না ইথন্তা ইথবাক্তা খুত্তুম্না শুজিনবা গুম্বনি। ইশাগী থবাক ঈপুম চংজ-নবা।

যদু: শম্না হায়রগা বন্দ তৌরগা কান্নরিবসিদি থবক শুদ্রবসু পৈশাদি অদুম ফংজৌ হায়বনিনে।.....

কেশো: বন্দ মনুংদদি লৌ ইংখোলগী খাজনাদি অদুম লেপ্পা নত্তে। ঙসিদি বন্দনি চাক লাম্মনু য়াদবগুম্বনি। ফরে মসিগী বারীসি থম্মসি ঐখোয়গীদি লাইগুম্বা মনিরতন সাহেবতা নন্দকিশ্বর হায়বা খোঙ তেকপা অদুনা সাহেবকী কোক্তা বেন্দেজ য়েংহল্লিবা সিগী করি তৌসিগে?

মনি: নন্দকিশ্বর হায়বা মপুং ফাদবা অদুনা ধর্ম্ম লৈবা, অশিংবা শাবা খোঙতেকপদুনা ঐঙোন্দবু খুৎ থানি কায়না থারকইবদুবু মকোক্কুদা থোপকী মহুত্তা ষষ্ঠি নত্তনা করিবু য়াওরমগদগে?

কেশো: অওইবনি ভাব তাজখিদরে। ঐখোয় সাহেবতবু!

মনি: মাগুম্বদি সে: খুপাক অসিনা লব্বাইদুদা শু থবদা অদুম শিজগদবা মী মচানি। নহালসু ঐনা লোইশিল্লগে খল্লবদি নুং অদুনা অমুক্কা থাজিল্লবদি অদুম লোইরগদবনি।

কেশো: মান্নি সাহেব মাদি নুমিৎ অদুদা অদুম লোইশিনবা য়ারবনি।

মনি: অদুদা ঐনা মাগী মীওই অদুদা য়াম্না লায়না খল্লুরে করিবু তৌবা ঙমজগদগে। উশিৎলুদবদগী শোইবনি।

যদু: অওইবা নন্দকিশ্বর ফাওবদি তুংগী বাখল খছুবা ঙমদবা মীনি। মাগুম্বা করিসু লৈতবা অমনা মনিরতন সাহেবপু কোক্তা বেন্দেজ য়েংহনবা হায়বসি অমরোমদা খল্লগা ইক্কুম ইকাইজে।

কেশো: কান্নদে কান্নদে! নন্দকিশ্বর পৃথিবীদগী ট্রান্সফার থাপ্রসি। শামুদা কিন্না থিল্লকপগী রিবাউন্দ খঙহল্লসি।

যদু: হন্দমুক্তি অমুক হল্লক্তনবা স্বার্গ রোমদা থাবীথ্রসি।

কেশো: অস: হিদাক্তি লোইখ্রেনে। হিদাক বাংলগা শাউনিংবদগী ঙাওবা হেল্লিনে। হিদাক খরগা হাপখিশি খোইদৌ শাউগৎহল্লোইশি। য়ারিবরো সাহেব।

মনি: হিদাক্তি শ্বাইদা ফংলরোই পুং অসি ফ-ন থেংথ্রে। ঐ জিপ পুথোরক্কে। নুমিৎপু তাথ্রবদি ফোরেন লিক্কর সোপতি থিংলম্মনি।

কেশো: পৈশাদি সাহেব ঐখোয়দি করিমত্তা য়াওদে ঐখোয়গী য়াওজবা হায়ববু য়োৎনবা খনাও খক্তা ঙাইজরে।

মনি: পৈশাগী বাদি সে: (চাম্মা চৎপী বন্দল অমা উৎলি) অদুগা ন^ দকিশ্বরগী মতাংদা করি তৌসিগে। মসি খরদি খঙহনবা ফরে।

কেশো: হেরা সাহেব মাদি মমিং মুখৎলসি। লুরিবা অমনা ঐখোয়বু করিগুম্বা মনিরতন সাহেবকা কায়নবকা থোক্লবদি কমদৌনি। ঐখোয় ফ-ন বানি ফৌরেনগী নৎত্রবদি খনাওসিদা য়ু অতোপ্পদি চংঙু য়াখিদরে।

যদু: হাওতবা ফাওবা লৈরগা থকপা ঙমজদবা ঐখোয়না ফোরেনগী য়ু নৎত্রবদি থক্লিংদ্রবনি। কেশো ভায়না হায়গুম্মদনা করিগুম্বা সাহেবকা কায়নরবদি ঐখোয় শোয়দনা হুরানগনি।

মনি: হেরা! মদুগী বাদু থমখিশি করিগীবু কায়নদোইনো? নন্দকিশ্বরসি পৃথি অসিদগী ট্রান্সফার থাথ্রবদি থম্বালদি কমদৌবা।

যদু: মানা পামজবা মীদুনা শিথ্রবদি মনিরতন সাহেবতা অদুম মশানা তান্নজরক্লগনি। করি মতা চিংনবীরগনু।

মনি: স্বাইদদি লিক্কর সোপ অমত্তা হাংলম্মরোই খরা হায়থরগা থিরশি থোরকও।

কেশো: করিনো সাহেব কুম্বা নিপা ফংজবদি মরাইবক ফবনি। থম্বাল হায়বী অদুনা পঙজরিবা, অঙকপনি!

# ৬ শুবা শিন
## (লম্বী মাংখিবা)

(মনিরতন জিপ থৌরি, সোলেগী ঈশৈ য়ে দোস্তি হম নাহি ছোড়েংগে... কেসেত্তা শক্লি। জিপ লম্বী মরাক থুংনা হাইনা চৎলি। অমুক খামই অমুকসু জিপ মথক্তা থকই, অমুক থৌই লম্বীদা চৎপা ৰী তককে তৌরি তেপতা ঈশৈ জাৎ-জাৎ শকলি)

যদু : অমুক্তা ঙাইবীখো মনিরতন সাহেব লম্বীসিবু ঐবু ভাব অমা তাদ্রে

মনি: ঐসু খঙদ্রে করি লমনো ঙরাং নুমিদাংদগী থৌরকপনি। নোংঙাল্লকএ। করি লমনো হংশি অহল অমা চৎলিসিদা যদু নং খরা হংউ। (গাড়ি তপ্না থৌই)

যদু: (ব্যবহার য়াওদনা) হোই! অহল! স্বাইসিবু করি লমনো?

অহল: মথন্তা হায়রি খোন্দাসিদি ওছোক্লা কেংখ্রেদা মসিদি না পংশিন্নরগে। (তাশিন্নদবা।)

যদু: হোই অহল স্বাইসিবু করি লমনো? মসিগী অহল অসি মনা তাদমান্নে।

অহল: (মখুৎনা মনাদা খল্লগা না তাদবা শারি) ইচাশা! নখোয়বু বীমোলগা তিন্নবরা? ইপাসে না কয়া ফত্তরে?

যদু: হোই! অহল অসিদা লাকইবা মকোক্তা বেন্দেজ য়েৎপসে আইজিপি গী মচানি, মনিরতন হায়বদু অসিনি, তারব্রা?

অহল: মখুৎনা মনা খল্লগা য়াম উশিত্তনা ইশাশা গাড়ি কন্না থৌগনু অঙাং চেঙ্হোরক্লবদি খাম্বা নংহৌরোই ভাব তারবা?

কেশো: ঐখোয়না হংলিবসি তারবরা?

অহল: করিগুম্বা গাড়িনা অঙাং তকউরবদি শ্বাইসিদি হান্না ফুদংলগা কোন্না ব্রা হংবগী চংনবী লৈবনি। গাড়িদো নশানা ঙন্না থৌ হাপবা গাড়িনা ঙমহনগনু।

কেশো: হৈমা, অহলসিদি মনা থিনা পঙলবা জাংনি।

অহল: ভাব তারব্রা? তাদ্রিনে, তারকখিনি, হিদাক থকঅবসু হিদক্লা ঙমহনগন্ ভাব তানদবা থেংনরবদি য়ুম য়ৌদবা য়াওবনি ইচাশা:

কেশো: মসিগী অহলসিদি মনা অসি তাশিন্নদ্রব্রা করিনোনে?

অহল: নুংশিদনা হায়বনি ব্রাসৌনুকো মনমদি খরা কল্লেনে।

মনি: ঐ হংঙগে নখোয় হংঙনু। য়েংঙোই অহল গাড়িদা কারকও যদু নংগা কেশো নংগনা খরা কাহল্লকউ। না তাথিবা অহন্নি। (যদুগা কেশোগা কুমথরগা গাড়িদা থাঙ্গংলি)

মনি: য়েংঙোই অহল! নং আইজিপি গী ময়ুম খঙবরা ঐখোয়সে হিদাক ঙাওরি ঙাওরি গারি থৌরকপদা লম্বীসি ওন্নথ্রমান্নে অহলনা খরা তাকপীয়ু। জ্ঞান তাখিদরে।

অহল: ও: অদুম্না হায়য়ুদনা খঙলে খাইদেম তোলেনগী য়ুম নত্তরো? হন্দক হঙ্গাম মরু বেগ ২০০ রাম লোকখিবদো খিত্তা ঙাইরে থৌরো থৌরো তপ্না থৌ।

কেশো অমদি যদু ব্রাহু-ব্রাহু নোকপা মনিরতনসু নোকই।

কেশো: মসিগী অহলসিদি শাখিখরেদা তারবোই নিংই অদুগা কদায়দগী খাইদেম তোলেন কায়না মাগী ব্রারীসি অঙকপনিকো।

অহল: নখোয়বু হঙ্গাম মরু লৌগে হায়বরো ওইল মিল লৈবরো?

কেশো: মসিগী অহল অসি শোইদনা চৈ চারনি তৌশিন্নরিব্রা কৈনো খঙদ্রে।

অহল: এ: তোলেন মোইগী ইংখোলদি চৈ কা য়ুংলগা খাবা শম্বলদু নত্তে, চেক্লা পাকা চল্লগা ফুট ১০ হেন্না ৱাংনা ফজনা খাপ্লবা জাৎনি। গেটকা য়োংনা ফজনা পানবনি, চেকশিনখ্রবজাৎনি।

মনি: নিশাগা হল্লকপনে অহল অসিগী মতৌনে হো! অহল নংগীসু হঙ্গায় মরু কয়া লোকপগে?

অহল: (তস! ঐগী টেলিফোল লাইন্দা নমদুনা চিংশিল্লে) তুমিন্না মথন্তা হায়জৈ।

মনি: করিনো নথন্তা মুরুম মুরুম শোল্লিবদুনা।

অহল: খাইদেম তোলেনবো, (মখোয় অহুম ৱা! নোকপা), মাদি থবক কন্না শুবা মীনি। মচা নিপাদু ফজনা লাইরিক তমহল্লগা হায়দি বি:এ: পাস তৌরগা নখোয়গী সরকারগী থবক্কা হায়দি মীনাই ওইহনবীবা মী নত্তে।

কেশো: বি:এ: থাহল্লগা করি তৌহল্লিবা শজিক ফালহনবরো?

অহল: সে:সে: মণিপুরদা ফংদবা মরু-মরাং জিরা,লোং, গুনমরিচ, অদুদগী হৱাই মায়রোংবী, হৱাই মুখ, শগোল হৱাইনচিংব রব্বর পাম্বী ফাওবা থারিবনি।

মনি: ঙসিগী দাওসিদি! লম্বীসু ওন্ননা লাকঅবা অদুগা তানিংদবা ৱা ঙাক্তা ঙাংবা অহল অমমুক থেংনরে হংদবা ৱা ঙাক্তা হেক খুমজিল্লকপা পেল্লেহে (অহল মনিরতন্দা য়েংলগা নোকফেৎ তৌই)

অহল: (শকফম হঞ্জিল্লগা) অদুগা ইবুংঙো গোমেন্টকী থবকসিদি য়োন্দবা পোত্তা লৈগদবা ঐখোয় মশেল মমলসে পংহাপ্তা হাপকৎনবনিনে।

মখোয় অহুম: অওইবরো, ৱাখলদি ফজরিনে।

অহল: লুপা লিশিং ১০ খক্তং থৌরাং তৌরকউ হায়রকপদা লাইরিক খরা ফত্তবা অঙাংশিংদি ২০ পীজগে শোয়হনবীন্ কা হায়রিপোৎনিনে। অদুমক্তদা ৩০ পীবা য়াওরবদি ২০ পীরুবা মীদো মাঙজরে।

মখোয় অহূম: ফজদরা য়ারিসে ও: অহল য়ারি লেপ্লো, তানিংদবে।

অহল: মশাগী মরলবু কনামত্তা হায়দোকচরোই হায়রগা বন্দল বন্দল তুমিন তুমিন পীনবা হোৎনরিবা এ: কৈনোমা তৌরবনিকো ইচাশা: অঙাংদুনা রাইটিং টেষ্টতু ফেল ওইরবা অদু ফাওবা পৈশানা মেনবা য়াগদরা হংনরিবা অঙকপা মতমনিকো।

মনি: হো: অহল য়ারিদো ওকচরে, লেপ্লো তানিংদরে।

অহল: খঙলে, খঙলে, অদুবু ইবুংঙো ফার্ষ্ট ক্লাসকা লাকইবা অঙাংশিংগীদি পৈশা কা ইতিং তিংনদে অদুগা কাবক কাবক্কী জাৎসিদি বি:এ: পাস তৌরবসু চক্কা অহূম পানবী রিক্সো অদুম থৌরে।

মখোয় অহূম: মসিগী অহলসিদি মখদাংসু কল্লিহে (হায়রগা নোকমিন্নে)

অহল: অশিংবা কাংবুনা রিক্সো থৌদে। ইংখোল শুবরা মরন্নাই কারবার অমা তৌজবরা অদুম হিংই। করিনা হায়ববু লাইরিক য়াওরবনিনা মাঙগদবা, তোংগদবা লোইনা ইঙান ঙান্না উরবনিনা মাঙহন্দবা ঙল্লে।

মনি: অহল নং ঙসি শোইররনি হিদাক ফংদবগী খরগা শাউনিংবনে অদুগী মথক্তা লম্বী ওন্নবনে নংনগা ঐখোয়না তানিংদবা য়া ঙাক্তা ঙাংবনে।

অহল: (নোকমি নোকমি) অদুগনে ইচাশা য়াম্না নুংঙাইরবা য়া অমগা লৈরিয়ে। তোলেনগী শম্বল চৈ য়ুংদুনা কাবক কাবক খারিঙৈদা

নোংমা দ্রগ এদিক কৌবা অঙাং অমা মশক ইফ-ফজনা লোংনা তাদুনা লৈরম্মে।

কেশো: মসিগী অহলসিদি মানা থোকপা পংঙাংদ হেক ঙাংইদা (হায়রগা নোকশিল্লি।)

অহল: মখয়াৎ তু কোঙ্গোল ঙৌরোক ঙৌনা পিক থল্লি। ঙহাক লৈরগা মপাগা ময়াম্বগা লাকঅগা কৌদুনা য়েংই খুমদ্রে।

যদু: দ্রগ চাবা অঙাং ওইরম্মনি অহলসিনা দ্রগ এদিগ কৌবা অঙাং (মখোয় নোকমিন্নে) অমা হায়রিসে। মাদি মমিং ওইরবোই নিংঙ্গুরবা।

অহল: ময়াম্বদুনা হায়ববু মসিগী অঙাং দ্রগ এদিগ অসিগী হাক্তক্তা য়ুমগী মাল-চাং হেক লোইদা শিগেসু শিজরসনু হায়রগা অদুম পুখরে।

# ৭ শুবা শিন
## (আইজিপি গী য়ুমলোমদা)

ইবেমহল : (মাগী কা মনুংদা হঙ্গৎ হন্দা চৎলি, টোর্চ লাইট অমা পায়রগা) ইমাগী মনিরতন নংসিদি ওহোকপনিদকো। নপাবুংনা হল্লক্লবদি ঐবু করি খুমশিগেনে। নপাবুংদা লাকত্রি তাকএ কদায়, তাকত্রে কদায়, ইমাবু তুংদসু তেন, মাগুদসু লাং, শ্বর ফুল্লিদা। ঐ অসি নহাকথকসিদা শেমজিন-শাজিনবা ওইদবা ঙাংবা ওহোক্লা হৈরেদকো।

ফোন: ক্রিং, ক্রিং ইবেমহল: হল্লো, ফোন: অঙাং লাকএবরা?

ইবেমহল: লাকএ! লাকএ!

ফোন: অদুদি মহাক অমুক্তা পায়হল্লকউ।

ইবেমহল: মাবুরো....... আ: ........ বাথরুম চঙখিমান্নে।

ফোন: খঙলে, খঙলে, নং প্রজেক্স ওফ মাইন য়াম্না শিজীন্নরেনে।

ইবেমহল: হলো, হলো, তাবীবিরো থমখ্রেনেসে, হায়রসিরা খনবনি হৌজিক লাকঅগা ঐনা খুমগদবসি করিনো? ঐসে মৈ মথক্তা ফ্রং ফ্রং হেক চোংদুনা খাংহল্লিদা চোংথরে মৈনুংদা চোংথদরে খাঙ মথক্তা শিবা ঙাইবা তাবা ওহোকপা ইরাইবকনিদকো।

## ৮ শুবা শিন
### (লম্বীদা মখোয় অহম)

যদু : অহল ইবুংঙো লাইরিক্তি হৈতবা লাইশুদি নংমুক খঙবা লৈতেনে। নংনা ঙসাইদগী ঙাংইবসে তানিংদবনা লোইরেহে।

অহল: (নোকফেৎ তৌই) ইচাশা গাড়ি ফংদদুনা য়াম্না ৱারম্মবনি। নখোয়না থিনবীরকপা ফরে লম্বী তেল্লি ৱারি শাংই ইপাগী ৱারিসিনা নখোয়দা অমাঙবদি ওইহল্লোইদা।

মনি: মসিগী অহলসিদা নন্দকিশ্বরদা শাউনিংবদু খরা খাইদোক্লসিরা। অদুদা মনা তাথিবসিদা নুংশিদুনা তৌনি ঐসি কনানো খঙহল্লসিরা?

অহল: ইবুংঙো: করি হায়বা নংগী নমিংদুবু কেন্সর কৌই হায়বা!

মনি: ইহে! মসিগী অহলসিদি খুৎচাউসিনা থোক হেক।

অহল: (নোকমি নোকমি) নংগীসি ঐঙোন্দা ৱারৌবা মাল্লকএ পাপ পুজনি। ঐনা অসি খরা ফৎলকত্রবসিদা তৌনি ৱারৌনু নপাগুম্বনি।

কেশো: সাহেব, ৱারৌরুরনু নাম্মা শোইরবনি ঙসিদি মানা ঙাংবসি খরা তারসি য়াম্না ফজবা ৱাসু য়াওরকই।

অহল: ইংখোল শুবসিগী মনুংঙাইসিদি মথেল অমনি। পাম্বীশিং অদুনা ইশং শংখৎলকপা, ময়োন অনৌবদুনা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবগুম চাউখৎলকপদুদি নুংশিরবা ইচানা চাওখৎলকপদৌনা হরাওদবা নোক্তবা ঙমদবগুম্বনি। অদুনা হকচাং ফাওবা ফগৎলকই কুচু কাসে তঙাং তঙাং ময়োন চোংলকপা জাৎনি।

মনি: হোই! হোই! অদুবু ঐখোয়দি খুৎনা চাক চাবা মী নত্তে। চামসনা

চাবা মীনি, তাবীদবনিনা উপাই লৈতে। (শোনবা)

অহল: অচুম্বনি ইচাশা: পৃথি মাতানা য়োকপীবা ইলাং নাপীশিংসে ইপা সোরারেন্না অমুক্কা চাউরক্লবা, ফজনবা অমৃত খিক্লক্লিবনিদো।

যদু: হোইনে মদুদা পাম্বীশিংদুনা হৱাওদুনা মরেং মরেং চৎলকই অদুবু ঐখোয়না চাউরকপগা পেক পেক থেক্কুনা চাথোকই। নৎত্রা?

অহল: নখোয় ঐখোয়সু মদু চারগা চাউরকই। অদুবু পুন্সি লোইবা লোইদবা খণ্ডদে মরক্তা গাড়িনা পেৎ হেক তকখাই, থাংনা তেন্না পান্দুনা শিনরিবনিনে ইচাশা!

কেশো: মসি অহল অসি তাবদৌনা তৌই। মসি তারমদৌ মাল্লি।

যদু: মাগী ৱারিগী মতাংগসু চা-দি চানরিবা। তাবদি তাদবজাৎনি অদুবু তাবদা কান্নবা ৱা য়াম্না য়াওই। ঙসিদি ঐখোয় খরা সুম তারসি।

অহল: ইচাশা! খল্লুরবদি মীওইবা ঐখোয়সে নুংশিগ্রবা জাৎনি। মীওইবা, শা, ঙা, অদুদগী পাম্বী ফাওবা, পোকঅগা চাউরকপা পুন্নমক শিরোইদবা য়াওদে।

যদু: সুম তাও অহলসিগী ৱাসে মওং অমনি।

অহল: শিদবা ঙমদবা নেচরনা শেম্বা পুন্নমকসে শিগ্রিঙৈ মনুংসিদি মীপাল তাংলগা হিংনিংদে, নুংশি চান্নসু হিংনিংই।

মনি: অদুমদি য়ানিংই মীনা লাকচখিবা পামদে মীপাল তাংনিংদে। ঐগী ৱাদি ঐনা শিগদৌ শরুকপুদি মীনা শিবন খরদি ফৈ। হা!

(মখোয় অহুম নোকই) মনি: নন্দকিশ্বরদি হিংহনবা য়াদ্রে। (মথন্তা শোল্লি)

অহল: মীপাল তাংদবা হায়বদি মীরমদগী পোৎ লৈরুদ্রবসু ইরমদা থোকপা পোখোক খরা অদুনা হিংজবা ঙম্বা হায়বনি।

যদু: ফজেনে অহল, অহলসিদি পোইন্ট পাম্বীনিহে!

অহল: ঐখোয়গীস্ থোকনবা য়াবা পোৎ খরদি পুথোক্লবা হোৎনরসি হায়জরগী ঃনি।

কেশো: য়াম্ন ফজবা ৱাখলনি হনুবা, ফজে! ফজে!

অহল: ঐখোয়গী ইরমনগী থোকচবা পোৎনা মপাল লৈবাক্তা থাদোক্লবা ইলৈ লৈজদ্রিম্নানে খল্লিনে ইপাদি।

যদু: চুম্মী অহল! মসিগী অহল অসি মন্ত্রী ওইহনগদবনি।

অহল: গোবমেন্টকী থবক ঙাক্তা তান্নবদা মমৈ থংদদি লৌ উবীনবা অমদি ইঙখোল কোইবীনবা লৈরক্তদুনা কোবি, হঙ্গাম ফাওবা চাবা ফংলক্লরোই। ইন্দষ্ট্রিসু প্রাইভেট নক্তদি হিংবা ঙম্লরোই।

যদু: মানা হায়রিসে য়াম্না চুম্বা ৱানি। ইঙখোল কোইদুনা পোৎ য়োনবীনবা লৈত্রবদি তলব ফংলবসু পৈশাদু ওইনা চাবদি য়াদবনি, মণিপুরসে মমৈদদি গোরমেন্টকী থবক তান্নরিঙৈদা করিমত্তা ফংলকওইদৌরি।

অহল: মীওইবা ঐখোয়সে চাবা থকপা ফংলক্তবা ৱারবা কান্দদি লাঈ নিংঙমদবা মীসু লাঈ নিংবনি অদুগা চিন খক্তদা লাঈ শোল্লগা লাঈনা চা-নবা স্বার্গদগী পোপ-পোপ থাদরক্কদবদি নত্তে ইচাশা!

কেশো: ৱা:ৱা: ফজে অহল য়াম ফজবা ৱানি।

অহল: লাঈনদি থবক শুনবা খোঙ খুৎ পীবীরে; পোৎ-চৈ থারগা চাজনবা মফম পীবীরে; নোংজু নুংশা, অঈং-অশা লোয়না শেম্বীরম্মে। থবক শুবা তল্লবদি শেৎপা চাবসু তনবা তাবনি।

যদু: শেৎপা চাবদি তন্নিংদে। হেন্না হেন্না শেৎনিংই, চানিংই।

# ৯ শুবা শিন
## (আইজিপি গী বঙ্গলো সেকেন্দ টাইম)

ইবেমচল : (মাগী রুম মনুংদা চৎন-চৎনা ঙাংলি) ওঙ্গোকপনিদকো; করি লম্বু য়ৌখ্রবনো' নহালদৌনা মীনা ফুবীদনা অমুক্তা সড়ক্তা তাদুনা লৈখ্রবরা খঙদ্রে। হ্য: কৃষ্ণ ঐনা তৌগদবসি করিনো খঙদ্রে, মপাবুংদি লাকঅনি। ঐদি কমদৌনি। হৌজিক ফাওবা লাকত্রগা, করিগী ফোন তৌরক্তে; হায়রগনা করি খুম্বা। ঙসাই মানা ফোন তৌরকপদা লাকএসু হায়জিল্লুরে। হোরেল লাকঅগনা করিনো খুমগদবা। হোরেল লাকপগা মনিং মমাং থৎলগা হংলখিনি। আ: ঐ খঙজদ্রেদা; ঐনা নংবু ফংজদ্রিঙৈদা ইচা হায়বদু ইমিৎসিদা উবা ফংলরোইদ্রা খল্লুবদা লৈফম চাফম খঙখিদবনি। অদুবু চহী তরাগী মতুংদা উচিন-নাচিন্না নংবু ইমানা ফংজরে। হৌজিক ইচা নিপা পোকচবগী নুংঙাইবনা কদায়নো? মীনদি নচা নিপাদো মশক্লা ফজরিবা ফিভম্লা ফজরিবা থাগৎপীরি। মশক ফজবসিগী চক্রিসিদি মীনা খঙবীবা নত্তে, খরা অমনা নচা নিপাদো নংনা লমহেলহনবনিসু ঙাংনবীরি। মশক উদরে লৈফম চাফম খঙদে। ইনাক্তা লৈরে পংখৎতা খৎনৈ। ইচা পোকপগী নুংঙাইবা হায়বদুবু অসিরনে। অব্রাবগী মখলসি ওঙ্গোক্লা য়ামখ্রেদা। হে! ঈশ্বর! শোয়দ-ঙামদনা লাকহনবীয়ুকো ননাইদো।

# ১০ শুবা শিন
## (অহলগী এদভাইসতা ঙকপা)

মনিরতন : হোয়নে, অহল নংসে ওহ্লোক্লা ঙাংবা হৈখরে। শাউগে তৌরবসু ননাদু তাথিবগী খল্লুবদা শাউবা ঙমদবা, হৌজিক্তি নংবু নুংশিরক্লে। (অহল মমিত্তু ফৈনা য়েংলগা নোকই) করি মিয়েংনোদুদি ?

অহল: ব্রারিদি শাংনা লৈরি অদুবু লম্বীদি তেল্লে। অদুবু সিমতংগা তাখো ঐখোয়ন শেন তুংশিনবগী মরুপ হায়দুনা অমা তৌরিবদু মরুপকী পৈশাদু হেক ফংবগা য়ুমদা নোংমতা থমজবা ঙমজদে। ফংবগা ময়াংগী দুকান্দা অদুম কৎলুরে।

যদু: করিগী কৎলুরিবা অহল।

অহল: পৈশাদু য়ুমদা লৈরবদি লোইথোকখিনি হায়দুনা ঐখোয়না পাম্বা পোৎ গাড়ি, স্কুটরগুম্বা ঐখোয়গী লমদদি লৈজদবা অমা লৈরুরে। অদুদি নহাল মখৈ চাদ-থক্তনা ব্রানা তুংশিল্লুরিবদুদি গাড়ি অনানবদা মোন কোল্লগা ফম্মীবা, অদুগী তাদ্রিবরো?

কেশো: অস: মনিরতন সাহেব, মানা ঙাংইবসি চুমদি চুম্মী হে।

অহল: করিনো হায়ববু ঐখোয়দি স্কুটরদু শাবা হৈতে, ফম্না-ফম্না য়াংনা য়াংনা চেনবীদো, ব্রাদি মীতৈ মচাদি মমিত্তা মথিবোং পাল্লি মহায়বা অদুগুম্বা শাবা ফেক্টরি অমত্তসু লৈত্রি, শেন্বা ফাওবা হৈত্রি।

যদু: চুম্মী; অদুবু মদুগী থাক অদুদি ব্রাম্না ব্রাংখরে।

অহল: অদুনা ঐখোয়না শেন তুংশিল্লিবসিদি মীরৈবাক্কীদমক্তনি হায়বা। ঐখোয়না ইঞ্জিন পানবা পোৎ শাবা হৈত্রবসু লশিং থারগা লশিং

লোকপদি হৈগনিদনা। অনানবা পাম্বী থারগা লিমোন পুথোকপদি ঙমগনিদনা, মুগা তিন য়োক্লগা মুগা লৌবদি কারগী হৈরোহ। চাউর-চাউরবা পাৎ কয়া লৈরি; অদুদি ওফিস শাবা য়ানবা লৈপাক শাডী লিশিং লিশিং হৈজিন্দুনা তোংনবা, ফুন্নবা হোৎনরগা বিল্ডিং শাজিল্লি। মফম অদুদা অনানবা পাম্বী থারবদি লিমোন থোক্লোইদরো?

কেশো: চুম্মীনহে সাহেব!

অহল: থোন্দ্রবসু য়াবা চীং অনেপ্পা ভারী অমা লৈরি অদুদি ওফিস শাবা য়াদরো? ইঞ্জিনিয়ারনা লম্বী থেক্লা খোইনা শেল্লগা শিল্লোংগুম্না ফজবনা ঙক্নি।

যদু: অস: অহল গুড! য়াম্না ফজবা য়াখলনি, নংগী না অশিমগী পংলমদ্রবদি ফগদবনি, শিংবগী জাৎতদি লোইরেনে।

অহল: হৌজিক্তি লৌফমসু ঐখোয়গী ওইদরে। মীরৈবাক্কী হার বেগতু হেক চায়দ্রিবা মখে লৌ পাম্বী অমত্তা হৌ হায়বা য়াদ্রে! হারদি ষষ্ঠি ষনযুংনা হেন্না ফরিবনি; অদুদি মণিপুরদা ফংবা পোৎনি, পৈশাসু মীগী লমদা চৎখ্ররোই। অসিগুম্বা য়াম্না লৈরিদা।

যদু: অস! চুম্মীহে অহল মদু ফাওবদি য়ানিংই।

অহল: ইচাশা, চাকখুম ফাওবা ঐখোয়গী নৎত্রে, গ্যাস লাকত্রবদি চেং লৈরবসু চরা হেনবা তারকএ। মীরমগী পোৎ য়াম্না পান্নবদি ঐখোয় মীরমগী লল্লোনফম ওইবা তাবনি পোৎসু মীরমদগী লাকপা, পৈশাসু তলবসু মীরমদগী লাকত্রবদি ফংগদবা লৈতে।

মনি: হোয়নে, ঐ ফাওবা অঙাং ওইরিঙৈদা মণিপুরগী শান্নপোৎ শান্নবীরক্তে। ফোরেনগী শান্নপোৎ ফজ-ফজবা রেলগারি ককা হৌজিক ফাও লৈবু লৈরমখিনি। হৌজিকসু ফোরেন কার অমা লৈনবা পাবুংদা তক্লরি, ইমানা নহাল লৈবু লৈবীনবা পাবুংদা হায়বা হৌখ্রবনি।

অহল: ইচাশা য়াম্না নুংঙাইহ্রে। ঐগী যুম য়ৌরে নখোয় অবাং পাংনা হায়গৎলগা ইম্ফাল য়ৌনবা হ্‌ংঙ-হ্‌ংঙগা চৎখ্রো। ইবুংঙো আইজিপি গী মচানিপা মনিরতন, ইপাগী না করিসু তৌদে, ইপাসু ওল্ড সেক্রেটরিয়েটতা সেক্রেটরি ওইনা লৈরম্মী, হৌজিক রিটয়ার ওইরে। নপাবুং থিরেনবু ঐনা খঙই। (মখোয় অহ্নম ইঙক ঙক্লা ময়া কারগা য়েংলি)। নখোয়গুম্বা ইনখৎলকপা নহারোলদা তাহন্নিংদুনা না অসি পংশিন্নরগা ৱারি তাহনবনি God Bless You অসিমগা কাওগনু Honesty is the best policy. Bye! Bye! কুমহৌরগে।

মখোয় অহ্‌ম্মক: আ: অহল অসিদি ইংরেজী ফজনা ঙাংইহে। ঐখোয়নদি খুঙ্গং অসিদবু খল্লুবা, ঐখোয়নদি অসৱাইদবু অশিংবা লৈরম্মোই খল্লুবা ঐখোয়দগী হেনবা ঙাক্তা লৈরম্মে।

## ১১ শুবা শিন
### (আইজিপি গী বঙ্গলো থার্দ টাইম)

ইবেমহল : সোফাদা ঙাথদুনা মনাক্তা টোর্চ লাইট অদু য়ুংলগা লৈরি। হৌজিক ফম্বসু ৱাশিল্লকএ, হিপ্লসু ৱাশিল্লকএ, হায়রগা (কা মনুংদা শুম চংলম্বদগী মপানলোমদা তপ্না তপ্না থোরকই) সন্ত্রীশাঃ

সন্ত্রী: মেম সাহেব! করি তাকপীগদবা? ঐখোয় লোয়না লৈজরি।

ইবেমহল: নখোয় কনা কনা আউট পাস চংখিবা?

সন্ত্রী: মেম সাহেব মখোয় অনী খক চংখি।

ইবেমহল: অতৈদি শুনা লৈবরো?

সন্ত্রী: লৈ মেম সাহেব। অতৈ অতৈ করি তাকপীগদবা??

ইবেমহল: করিসু হায়দেদা নখোয় সাহেব লাকপা মতম ওইরকএ (তাল্লক অদুদা মনিরতনগী জিপ থৌজিল্লকই) মনিরতন গেট তপ নক্না ব্রেক খংফা ফাই ব্রেক ফাবগী মখোল তারি।

সন্ত্রী: হাংজরে সাহেব! হায়রগা (থোঙ হাংই)

মনি: নুতিগী হায়নখিগদরা? ঐ লাকএ খঙলবদি থোঙ থোক হাংবা য়াদরো? খুবাক চার কান্দা ঐ হাংজগে, করিনো? সিফাইনবু অসুক পঙবদি; বুদু ঙাক্তা সন্ত্রী ওইদুনা করি কান্নগনি। নহালগী বুদু হবিল্ডারদু লাকঅবরা?

সন্ত্রী: লাকপা ঙমদ্রি সাহেব।

মনি: (লৈরগা য়েংলকপদা মমা লৈম্বদু উরে) ইমা নৎত্রা? করিনো ইমাসু হৌজিক ফাওবা তুম্নীদ্রিবরো?

ইবেমহল: সুম থোরকপনিদা লাকও লাকও চঙমিন্নরসি।

মনি: ঐ গাড়ি গেরেজদা থম্মুখিগে। হেক্তা লাকপা য়াবরা?

ইবেমহল: হোই! হোই! থম্মুরো-থম্মুরো উচিন-নাচিন্না মপাবুং লাকত্রিঙৈদা লাকপা ফরেদা।

মনি: (চংলকই) ইমা! নুংঙাইনা তুম্মগা লৈরম্বা য়াদরো?

ইবেমহল: ইবুংঙো নংবু ঙরাংদগী জিপ অহনবদুমা থাও পিক থন্না হাপচিল্লগা পঙচৎতা চৎলি চাক্লা কদাইদা চারিবা অহিংনা কদাইদা তুম্মুরে। নং হেক লাকত্রিবা মখে তুম্বগা য়াবদি হায়রুনু মিৎকাসি কবাক খল্লিবা ঐ খঙজদ্রে।

মনি: ও! হো!....ইমা ঐনা হায়জবদি ঐবু ঙাইদুনা তুম্মদবসি তোক্লো হায়বনি। ইমানা ঙাইবীরম্বদু ঐগীদি অশাওবনি, ঐনদি ইমা তুম্লম্লনি ফন থেংলে খল্লগা লাকপনি অদুবু অদুম তুমম্মদবা অদুম হায়না সুম তৌশিল্লকঅবদি ঐনে য়ুমসিদা হল্লক্কদবা তল্লেকো।

ইবেমহল: ইমাইপেম্মা! ইমাগী ইবুংঙো অদুম্লকা তৌরবদি ইমাদি লোইরে লোইরে। নত্তে নংবু লম্বী লমখাংদা মীনা শক নুংশিদদনা নোংমৈনা কাপ্লক্লবদি আইজিপি গী মচানি হায়দুনা নোংমৈ মরুদু থৈরগা চৎখিগদরো? ইবুংঙো।

মনি: অস:অস: লোইরে লোইরে কদায়দগী মহাভারতকী লাঞ্জাও পুশিনবীরকইবনো? মনিরতনগী মিং তাবদা মী, লাঈ হিংচাবা ফাওবা কায়দুনা চেন্নরবা। অদুগা ইমানা ঐগীদমক্তা খ্রাবীরিবা।

ইবেমহল: নত্তে, নংবু ঙরাংতা মখোঙ নাম্মা শোইরবা নন্দকিশ্বর হায়বা অঙাং অমনা ইলায় লায়না তৌরকখিবদু কাউরবরো? নংনা ঐদি অকনবনি হায়দুনা মুক্লিঙৈদা অশোনবনা হাৎকদৌরিবা খঙলবরা?

মনি: (মমাগী খ্রা তাবদা নন্দকিশ্বরবু অমুক হেন্না শাউনিংঙকই) চুম্মী

ইমানা হায়বা চাক্লিবা মৈফমদা পেত্রোল! আ: হন্দক্তি নন্দকিশ্বর নংদি স্বার্গ কাবা ফংগদৌরি। নরাইবক ফরগদবনি। অরোইবীদা।

ইবেমহল: ইহে, ইহে, ইমাইপেম্মা! করিনুংগী পল্লুরিবনো। য়েংঙোই ইমাগী নিংথেম! ইমা লাল্লে। খৎনবদো মখা তারগনু মখোয়নদি হৌরক্লরোই। ঐনা হায়বদি অশোনবসু মীনি থৌশাদবা তৌগনু হায়বনি। মাগীসু থবায় পাল্লিবনি।

মনি: অদুনিনে অশোনবা মানা হাৎলকত্রিঙৈদা অকনবা ঐনা অশোনবা লানবা ঙমজদবদু থোক লাছোকপীরবদি.... ফরেদনা.... হা!

ইবেমহল: ইহে, ব্রাফমসিদি ঐনা ফ-নবা হায়বদা মুৎলুরবা মৈ অমুক হৌগৎপগুম থোক্কদৌরি করমনো?

## ১২ শুবা শিন
### (লৈকোলদা নন্দ অমদি থম্বাল)

নন্দকিশ্বর চৈশু অমা পায়রগা সু-সুদুনা চৎলি।

থম্বালসু নন্দগী ওইরোমদা হ্রাও-হ্রাও চৎলি।

থম্বাল: তামো! তামোগী চৈসুসি য়াওদনা চৎসিনা, য়ারোইদরা?

নন্দ: চৈসু য়াওদ্রবদি খোঙ নাম্মা য়াদবসিদি থাংবসু য়াই। অয়াবা খোঙ নাম্মসিদি থাংবা ঙমদবনিনে।

থম্বাল: করি ব্রাতানো তামো, অয়াবনা করিগী ঙমদ্রিবা য়াদবনা করম্না থাংবা য়াগদৌরিবা?

নন্দ: নংসে চাউরক্কদৌবা লৈরি। য়াদবনা থাংনবা হোৎনবা মতমদা অয়াবা সিমদি প্রেসর অদুম পুবা ঙমজে। অয়াবনা থাংনবা হোৎনরকপা মতমদদি য়াদবা অশোনবসিদি হকচাংগী অরুম্বা পুজবা ঙমদেইবা অদুগী মথক্তা অয়াবদুনা থাংনবা পীরকপা প্রেসরদু পুবা ঙমদেনে নংবো।

থম্বাল: ও: ও: ভাব তারে। অদুদি য়াদবা মায়কৈগী প্রেসর পুবা ঙমদবা চৈনা পুরিবসে হুন্দোকখ্রসি। চৈগী মহুৎ ঐগী খোঙ অনীসিনা পুল্লপ পুরগে হকচাংগী ভারীসু নাম্মনা পীরকপা প্রেসরসু। হায়রগা চৈ মুল্লগা লংথোকখরে। (অদুগা নন্দকিশ্বরগী শেগাদা থম্বালগী লেংবান ইনশিনখরে) সি ওইরবদি য়ারেদনা।

নন্দকিশ্বর: ইহে! থম্বাল নংনা তৌরিবসি করিনো মীনা উরগা করি হায়নি। লৈকোন অসিদা নম্মানবী অতৈসু চৎলি।

থম্বাল: করিসু নত্তে। ইমান্নবীদা লেন্নজরিবা। তোঙান তাবা পামজবদু পুনশিল্লকইবা। তামোগী থোঙ নাম্মা ঐঙোম্দা পাল্লকই ঈশ্বয়না, তামোনা খঙশিন্নদবগী ৱানি।

নন্দ: থম্বাল! নংনা ঙসি তৌরকইবসি করিনো? খঙনুং নুংশিরকইকো। নং নশা মাঙজগেরা? ঐসে নাম্মা শোইরবা মীনিনে। খঙঙু।

থম্বাল: অওইবরো? অদু ওইবদি ইশৈদুম শক্তোক্তে।

থম্বাল: ঙসিদি ঐগী মঙ তাইবং ফাওজরে।

নিংজরম্বা থাজবা ঐগী ওইজরে।

তাইবঙ ঈপাক্তা পেন্না শান্নজরগে

নন্দ: ভীক্ষারিনা মনি পরেং ফংগদৌরে

থম্বালগী লৈনম্মা ইমুংদা থুংলরে

কনানো অমদি মাঙজগদৌরে

থম্বাল: ঙসিদি ঐগী মঙ তাইবং ফাওজরে

নিংজবা পামেলদা য়েৎচবা ফংলনি

পাইহল্লরোই খোইমুসে ঙসিদগী

নন্দ: ঈপোম্মা ঈপাক্তা ঙাওজররে

থরোগা থম্বালগা য়ৈনররে ঈয়ায়দা

ঙসিদি ঐগী মঙ তাইবং ফাওজরে।

# ১৩ শুবা শিন

## (নন্দকিশ্বর নোংমৈনা পানবা)

**লম্বী নাকল অমদা খোঙনাং মরুমদা**
**মনিরতন, যদু অমদি কেশো য়ু থকলি।**

কেশো : নন্দকিশ্বরনা হন্দক থাংঙকইবা খোঙথাংসি থম্বালনা মাবু অমুক্কা হেন্না নুংশিবীনবা থৌনালৈবা, লিংজেল ফবা শাজল্লকপগী ব্রানি।

মনি: অদুম্মক চুল্লবনি। অদুনা মহাক হন্দক্তি পৃথিবী অসিদা লৈহনবা য়াদরে। ঐঙোন্দবু মানা তৌরকইবদু য়েংউনে। ঙকত্রা?

কেশো: নুমিৎ অদুদা সাহেবনা অশোনবনি খল্লগা থাদোকখিবদু সাহেবকী অশোইবনি।

মনি: হোইনে মাগী মথবাক্তা ঐনা খোঙনা নেৎলগা থল্লবনিনে। মহাক লেংবা ওৎপগী পাঙ্গল লৈত্রবনি। ঐনা নুং অদুনা অমুক্তনি মকোক্তা শুখিবা অদুসু কন্না শুখিবকা নত্তে।

যদু: অদুবুদি ঐখোয় সাহেবনা থওইনা ফুবা নত্তেদা য়াম্না থিনা ফুবা য়ারবনি। মাদি নুমিৎ অদুদা লোইশিনবা য়ারম্মবনি।

কেশো: অদুদা ঐনা ঙকইববু মানা সাহেবতা করিমত্তা কিদবসিনি।

মনি: কিবদি কিগন্দবনি য়াম্না শাখিবনি মতৌ ইমান মান্দনা।

কেশো: এ:এ: সাহেব নন্দকিশ্বর য়াম্না হরাওনা নুংঙাইনা ইশৈকা ঙংলগা সোমদা লাকইএ।

যদু: সাহেব! লাকএ, লাকএ, ঙসাই পাবুংগী রিভোলবর য়াওখিবদাই তঞ্জাসি মাঙহল্লরোইসি, হেক্তা হাৎহৌরসি।

মনি: অদুবুদি য়াওরিনে অদুদা গুলি অমখক্তা ঙাইরে। করিগুম্বা পালহৌদ্রবদি কাপ্পুইয়েসু থোক, শিসু শিংহৌদা পাবুংনা রিভোলবরসি চেকশিন্না থমখ্রবা জাৎনি। অমুক ফংবা ব্রাদৌরিবনি। মীঙোন্দা কাপ্পী হায়বা তারবদি লোইরে।

যদু: বা!বা! মাদি ইশৈকা ঙংলদুনা চৈশু অসিগা য়াম্না মোন্দা নুংঙাইনা লাকইনে। থম্নালগা প্রোগ্রাম চৎলুবা জাৎলা খঙদে।

মনি: ঐনা কৌরবদি শোয়দনা লেপকনি লেপহল্লগা শোইদনা পান্নবা কাপ্পগেকো, ঐসে মহৌশাদি খুৎ চুম্বনিকো। য়েংসি।

কেশো: খঙদেসে শোইহল্লনু সাহেব! উ মতোন্দা তোংবা উচেক্তদি পাল্লগা অসুক চাউবা মীদা কাপ্পদবু পান্দ্রবদি পান্দ্রবা হায়দুনি। থম্বালগী থব্বায়না পামজবসি ঙসিদি লোইশিল্লসি। কাপ্লো! সাহেব!

মনি: শেগাদগী রিভোলবর পুথোরক্লে, রিভোলবর মতোল চুম্মী। কন্না কৌরকই (নন্দকিশ্বর! অমুক্তা ঙাইখো।)

নন্দ: (চপ লেপ্পী লৈদুনা য়েংই) হৌজিক্কীদু ঐগী মরুপ মনিরতনগী মখোল মাল্লি, মাগীসি ঐবু নুংশিরকপা ওইরম্মনি। মরুপ! মনিরতন! নংবু কদায়দা লৈবগে?

মনি: (খোঙনাং মরুমদা লৈশিল্লি যদু অমদি কেশোসু উদ-নবা মনিরতনগী মতুংদা লৈশিল্লি, মনিরতন রিভোলবর চেৎনা পাইরে মমিৎ নাম্মা উইশিল্লগা কক্ তৌগ্রে ট্রিগরদা খুদোম্বী থমখরে।)

যদু: ঐখোয় সাহেবনা মিৎ নাম্মা উইশ্রিখ্রবদি শোইদ্রবনি।

মনি: নহাক্কী স্বাগগী বার্ত্তন লৌরোকো (হায়রগা ট্রিগর চিংখরে) (দং)!!

নন্দ: ও! মরুপ চান্নরবা নংদি ওম্ভোক্লা পাংজখিদরেদা। (কন্না লাউরকই) মরুপ মনিরতন নংসে পঙইদা (হায়না হায়না লৈ-লৈদুনা তুথরক্লে অদুগা ফ্রং ফ্রং চোংদুনা লৈমাইদুনা তুদুনা লৈরি।)

যদু: এ:এ: পানখরে। পানখ্রে মথবাক্তা.... মথবাক্তা...., ফ্রং ফ্রং চোংদুনা তুখ্রে। (ময়াম চেনশিল্লকই ময়াম্মা ভাংনৈ) মনিরতন্না কাপ্লা ওইরম্মনি,মা নত্তনদি নন্দকিশ্বরবু কাপ্লীনবা লৈতে। নন্দনসু মনিরতন কৌরম্মই।

# ১৪ শুবা শিন

**(থম্বাল ব্রাহ্বা)**

(থম্বালগী মপা দেবেন উকিল মাগী কারদগী কুমথরগা ফাইল কোল্লগা মাগী চেম্বরদা চংলকই। ইস: ব্রাবনা লোইরেনহে। মনিলৈমা, তারিবরো? কদায়দা লোৎখ্রবগে?)

মনিলৈমা: ও: লাকচরে লাকচরে। করি লোন্দানো? কদায়দা লোৎলুনি হায়গে হেক য়ৌরকপগা আরগুমেনগা করিগা !

দেবেন: অদু ওইরবদি ঈশিং অইংবা গিলাস ফজবা মওং ফজবী নখুৎ অদুনা ঐঙোন্দা পিরকও। ফিল্টরবুদি সিদা লৈরে। অদুবু নংগী নখুৎ অদুনা পুরকপদু খরা হেন্না হাণ্ডবগুম তৌই।

মনিলৈমা: (নোকফেৎ তৌই) ব্রাঙ: শাঙাংনা হৈজরিবা। ও: মীগীদমক্তা হেক খৎনবদা খনাও কংলবরা করিনো? (ঈশিং য়ারি ফিল্টরদা)

দেবেন: হোইনহে, খৎনবিগে হায়দুনা পৈশা লৌশিল্লুরবনিনা ঙম্মা ঙম্ন বা খল্ল-খল্লগা লাউনবা তাবনি। কৈদৌঙে ফাও লাউনগদৌরিবনো খঙব্রেহে সুমদৌনা!

মনিলৈমা: পৈশা ফংইবনি হায়দনা য়াম্মা শং শংদুান লাউনবীগনু কো! শিংলি কা তৎখিদৌমাল্লি। কোর্ট মনুংদা।

দেবেন: অদুনিনহে তিংখত্তনা লাউনরগা হোটেল হেক য়ৌবগা ব্রা: ব্রা: নোকমিন্নরগা চা থকমিন্নরিবনি। শাউনবা মালহন্দবা য়াদেনে।

মনিলৈমা: ও, অদু ওইরবদি শুমাং লিলানিনে। হাত্ত-হাৎনরগদৌ মানবদো। হামেং ৱাইনবদৌনা।

দেবেন: হোইনে থম্বালগী মমা নংবু ঐগী ইনাক্তা ঙাহাক্তা ফম্মো লাউনে নশক্তো খরা নক্লা য়েংঙগা ঈশিং কাসে মহাও অমা হেল্লি হায়মি।

মনিলৈমা: ও! লাকচরে! লাকচরে, ঐসু ননাক্তা ফম্মগা কালেন নুংশাসে খরা হেক ইংজরিবনি।

দেবেন: ফেনগী নুংশিৎ অসিনা ইংহনবা য়াদেইৱানি। নংগী হুমাই মচাদুনা নখুৎনা হুম্বদো মনম নুংশিবা নুংশিৎ মখল অম ফংইনে। নং উদনা পোত্থাবা শুকয়া য়াদেইবা।

মনিলৈমা: (নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরগা হুমাই মচাদু হুমই) ঐনা পায়বা হুমাইসিদগী থাবল্লেগী লৈনম লাকপরা? নৎত্রগা লৈহাওগী লৈনম লাকপরা? উকিল সাহেব! (হা! হা! নোকপা)

দেবেন: (নোকফেৎ তৌরগা) তো, তো, নংনা ইনাক্তা হেক ফম্বগা ঙসাইদগী ৱারম্বা পুম্নমক লোইনা কায়দুনা হেক চেনখিদা, নংগী কেতুকি গী মনম মানবা নুংশিরবা মনম অমা য়াওরিনে মদুদা ঐসে হেক ঙাউখিদুনা থুবনিনে লাংথ্রুবী গুম্না।

মনিলৈমা: অদুবুদি ঐসু নং হেক হল্লকত্রিমখৈ ঘুমসিদা লৈফম চাফম খঙদে। ইহাং হাংবগুম করিগুম্বা অমা ইৱাৎ-ৱাৎপগুম কৈনোমা অদুম তৌরিবনি।

দেবেন: ও! ও! নংসু তৌবরা ঐসু হেক চংলকপদা নং লৈরমদ্রবা খোইদৌ অদুম লংখৎলে।

মনিলৈম: মহোই বাবা হেক লাকপদা ইমুংসে কোনুংদগী হেন্না নুংঙাইজে ঙসাই মখৈ শাবনা.... লৈফম কঙদে হৌজিক মহোই বাবা য়ৌরকপগা য়াকখ্রবা নুংশাসে মেরাগী থাবল!...... ।

দেবেন: অ:অ: মমাংঙৈগী হৈনৌ মখোঙদা ফম্মীন্নরগা ৱারি তকখৎনবদো নিংশিংলকপরা? নুংশিদা! নংনা ঐঙোন্দা তামো কৌরিঙৈগীদো (নোকমিন্নবা) নুংশাদি হৌজিক্লা হেন্না শাগৎলকইবনি অদুগা ঐ লাকপদগী মেরাগী থাবল ওনখ্রবা ফজেনে! কয়াদা কনখ্রবা নুংশিনবগী শক্তিসে।

মনিলৈমা: অদুনবু নুংশিখ্রবা ইমা ইপা লোইনা হন্দোক্লম্মগা ননাক্তা নুংঙাইনা লৈথোকপা ঙম্লিবসিনি। খল্লুরবদি সংসার অসি অঙকপনি। অদুগনে নচা নুপী অসি লাঙ্গী অমা য়াওনা ফজরেইমী।

দেবেন: অদুবুদি মমাগী মচানিদনা নংসু থাইনা মনিলৈমনা কলেজ কারকপা, কুম্লকপদা পাখং শঙ্গু শঙ্গু ঙাইনখিবদো নিংশিংলিবরা? ফরে থাগৎনবা ওকএ, ইবেম্মবু লাকত্রিবরা?

মনিলৈমা: লাকঅবনি রিডিং রুমদা লৈরমগনি ইবানিগী ৱারি তাবদা পুকলি তিংখৈ নোক্লম্নসু খঙদ্রি।

দেবেন: খরা নোকচবা হায়দুনি।

মনিলৈমা: মীনা কোইতান তান্নরবনি। অফবা নিপা অমা সুম য়েংশিনবা হৌবা য়ারবনি। আইজিপি গী মচা মনিরতন হায়বদুনা কন্না তান্নরি হায়না তারিয়ে।

দেবেন: তামো খিরেনগী মচানিপাদু ওইরদি য়াইনে মশক মতৌসু ফজবনি মীওইসু ৱাং চাউবনি। ইতৈমদুনা থেংনা ফংজবগী খরদি লমহেল্লমগনি।

মনিলৈমা: মশক মতৌরোমদা য়েংলগবুদি হেন্দোক্লা ফজমল্লবনি। অদুগা ফেমিলিসু লিংবনি। অদুদা নাপলনা মাং থাবা য়ুবু য়াম্না থকই হায়রিয়ে। অদুগা মী ফুনবসু খরা পামজমান্নে।

দেবেন: মশক ফজবদু মাঙবা ঙম্নবা অমদি পায়রিবোইরে। মাসু।

মনিলৈমা: মীনা হায়নববু মখোয়গীদা লৈজবা হবিল্ডার অমা লম্বীদা পৈশা পীরম্মু হায়বদা হবিল্ডারদুনা ঙসিদি পৈশা য়াওরকত্রে হায়রুবগীদমক মকোক্তা নুংনা শুদুনা হবিল্ডারদু মকোক থুগাইদুনা হৌজিকসে হোস্পিতাদা লৈরি হায়না তাই।

দেবেন: আইজিপি গী মচানি হায়বগী নাপল অমদি য়াওজরিবা মশাগী মমলদু হোংহল্লরিবা।

মনিলৈমা: অদুগা থম্বালদসু ঙরাং নহাল কারল তুরল তৌই তারিয়ে থম্বালনা কয়া য়াদমান্নে।

দেবেন: এ:এ: ঐখোয়রোমদসু লম হেঞ্জিল্লকইবোইরে, পুলিস ফারগা পাখোল শিজীন্নবা ঙম্বা উকিলনি খঙদ তৌরিনি। করম হায়না হেঞ্জিল্লকইবা।

মনিলৈমা: থম্বালগী মরমগী ওইরমান্নে মুন্না চপ চাবদি খঙদ্রে। মখোঙ মাম্মা শোইবা ঐখোয় থম্বালনা ট্রাসন তল্লম্বা ডাক্টর রোমেশকী মচানিপা নন্দকিশ্বর হায়বদু মানা নুংনা শুবীদুনা মকোক থুগাইবীরে হায়বনি।

দেবেন: এ: বারিসিদি মনুংদা য়াম্না লৈরম্মীনা-নন্দকিশ্বরদু মকোক কায়রগা অদুম তোকচরবা।

মনিলৈমা: এ: অদুবু অরাইবা নংত্রি মানা অদুক চাউবা মনিরতনদু কিন্না অমুক থিনবদা মনিরতনদু লুখমসু কায়বা মমায়সু কায়বা অদুগা বাম্বদুনা সড়ক্তা তাদুনা লৈ হায়য়ে।

দেবেন: নাম্মা শোইজরবসু মরিন্দি ফরম্মীবা।

মনিলৈমা: অদুগা অমুকসু মনিরতনদু মযুমদা থিঞ্জিল্লি হায়বনি।

দেবেন: বাহ! ফজরিনে মীগী আইজিপি অদুগী মযুম অদুদা, ওহো! ঐদি মরিতন্দু মথন্তা পোকচবগী খরা ঙাওজবা ওইরমগনি খনবনি।

অ: থম্বালনা য়ান্ত্রবসু মতম খরা লৈরগা অদুম য়াজরক্কনি পিদুম পিরসিরা খল্লম্বনি। ব্বারিসিদি অদুক অপঙবা অদুদা ইচা পিরুবা য়াদ্রে।

মনিলৈমা: মাগী মমিং মনিরতন কৌবদো ফৎমন্দবদগী ময়াম্না পাপীরতন হায়না ওঙ্হোকপীরে হায়বনি।

দেবেন: ও: য়াম্না ফজবা টাইটল অমসু ফংবা মশানা য়াদনা.... মদুগী টাইটলদু মশাদি খঙলমখিরোই।

মনিলৈমা: মনিরতনদো ঐদি কয়া পামজদে মশাদা নাপল য়াম্না য়াওই। নচা নুপীনসু কয়া য়াদ-মান্নে। মশানা য়াদবা থবক তৌবীরোইশি।

দেবেন: হা! খঙদে ইচা লৈশাবী ফারকএ হায়দনা থাদোক্তবসু য়াদে। নুংশিরিনি হায়দুনসু ইমুংদা ছো লোল্লগা থম্বসু য়াবা নত্তে। ঐখোয়না অমা খল্লিদৌ মানা থোকপা অমরোমদা ফৎ হানখিবসু তম্বা ঙমদে।

মনিলৈমা: করিনো অমরোমদা ফৎ হানখিবা হায়দি?

দেবেন: অদু ফাওবা ভাব তাদ্রিবরো? অদুবুরো মমাংঙৈদা নংনা তৌখিবদো কাওরবরা?

মনিলৈমা: (নোক্লা-নোক্লা) ঐনা করি তৌখিবা।

দেবেন: ডাক্টর অমদা ব্বা লোইনরগা হৈজিংপোৎ ফাওবা পুরগা নংনা সোমদা শৎ লাকখিবদো খরা নিংশিংউ। ইবেম্মা।

মনিলৈমা: হা: হা-য়ো নোকতুম নোকচনিংই। থাইনগী ব্বারি নিংশিংলগা হৌজিকতা পোংখৎলকইবা। অদুদি মহোই পাবুংনা ইয়া য়াবীদনা ঐনা নমদুনা লৈখিবা তারেনে।

দেবেন: মাবু মমল হোংহল্লে হায়দুনা ব্বাহৌবা মতেক অমা য়াওরে।

মনিলৈমা: মমল য়াম্বা পাম্বগী ব্বা নৎচদেদা! হো: ইবুংঙো চাক্রি জাও। নংসু ঈশিংদা চোংথদুনা শিরনিকা হায়বদো কাউবীরবরো

ইমাইপেম্মা! শিদ শিরদবোই হেক নিংখি। থা-থা গী চক্রি নত্তে অদুনা হৌজিক ফাও চক্রি তৌনরগা ঐখোয় লোয়নমক থাকইবসিনি।

দেবেন: (নোকফেৎ তৌরগা) হোইনে হে! থাইনগী বারিদু থম্মসি ডাক্টর রোমেশকীদি মচানিপা অমদুদরা?

মনিলৈমা: অদুম্মখক্তনি। মখা তাহল্লরোই অমনা সুম ওক্লসি হায়না মবান্নিমক য়া-নরবনি। অঙাং য়াম্মগা ইংখোল মচেৎ মচেৎ য়েঙ্ছোক্ল নবনি। অঙাং অমখক্তা ওইরবদি ইংখোলসু য়ুমসু ফিভম করিমত্তা কায়দবা য়াগনি হায়দুনা মবানিমক য়া-নখ্রবনি।

দেবেন: মবান্নিদি য়াম্না ভাব তাইনা লমগী বাবু খল্লবদি মখোয়না খল্লিবদু চুল্লবনি। (মতাং অদুদা লৈশাবী অমা চংলকই ইপা পাখৎনা)

লৈশাবী: ইমা! থম্বালনা ট্র্যাসন তম্বা ওজা নন্দকিশ্বরদু..........।

দেবেন: তপথৌ, তপথৌ, ইংনা তপ্পা হায়য়ু নংগনি। লোইনমক নংগনি।

লৈশাবী: পাবুং তামো নন্দকিশ্বরদু মহাপাপী মনিরতন হায়বদুনা....... (থম্বাল চেঙ্ছোরকই)

থমবাল: তামো নন্দকিশ্বরদো......... কৈদৌরবা?

দেবেন: হায়য়ুনে, হায়য়ুনে জ্ঞান তানা তপ্পা হায়য়ুনে নন্দকিশ্বরবু মনিরতন্না করি তৌরবা?

থম্বাল: তামো নন্দবু করি তৌরে হায়বা?

জামিনি: তামো নন্দকিশ্বরদো মহাপাপী মনিরতন্না নোংমৈনা কাপ্পুনা সড়ক্তা তাদুনা লৈহৌরে। অস: ঈনা পুমঙাং ঙাংখরে। তামোদু খপ খপ চোংদুনা লৈহৌরে। ঐ উরকঅবনি

থম্বাল: আ: তামো নংদি ঐগীদমক্তা থবায় মাংবা তারবা। (হায়রম্মগা

লোংন হায়থখরে) মমাগা-মপাগনা চেনশিন্দুনা ওকখরে। (জামিনি ইঙক ঙক্লা য়েংদুনা লৈ)

দেবেন: জামিনি নংসু পঙমনখরে। ঐখোয়দা হান্না তুমিন্না তন্নন্নবদি ফগদবনি। হায়! মমা নংবু লব্রাই অসি ঈশিং খরা হাপসিনে (হায়না দেবেন্না লব্রাইদা কাল্লি। ফু:-ফু:)

মনিলৈমা: (ঈশিং পুরক্কুনা ঈশিং য়ৈরি) ইমাগী ইবেম্মা থম্বাল!

দেবেন: ও: মনিরতন নংদি নশক ফজবা খক্তা মঙাইরেদনা মীয়াম্না পাপীরতন কৌনবদো নং নশামক্না মতিক চা-নবা হোৎনজরবা নং পঙইদা।

## ১৫ শুবা শিন

### (লম্বীদা নন্দকিশ্বর তাদুনা লৈরি)

নন্দকিশ্বরনা লোংনা তাদুনা লৈরিবা মফম অদুদা ময়াম কোইশিন্দুনা য়েংলি।

অমনা: অসুক ফগ্রবা অঙাং অসিবু কনানা নোংমৈনা কাপ্পীদুনা হাৎকে তৌরম্মীবনো? খঙদ্রেনে হৌজিক কালসে।

অমনা: আইজিপি থিরেনগী মচা মনিরতন হায়বদুনা তৌবা ওইরমান্নে। ঙসি ৫। ৬ নিগী মমাংদা খৎনখিবনি। মদুগী কৈনিংচিৎ ওইরমগনি।

ছাত্র খরনা: (কার অমা পুরকই) ময়াম অশোকপসি হোস্পিতালদা থুনা পুননবা তৌশি। য়াম্না ফবা মীনি মী অমগী মাঙনবা অমত্তা তৌদ্রবা মীনি। মীপুম খুদিংবু মানা লুনা তৌদবা লৈতে। মীনুংশিসু য়াম্না চাউবনি। খুদক অদুদা ময়াম্না অয়াওবা লুপা ১০।২০ পুখোক্লরক্কুনা হোস্পিতাল য়ৌখরে।

অমনা: অদুবু মনিরতনগী মপা থিরেন সাহেবতুদি ইচা মিচা খাইদনা আইন ঙাক্লা চৎলি হায়না তাইদা!

অমনা: তাবা খক্তা নত্তে থিরেন সহেবতি ফবনি মাগুম্বা পুলিস ওফিসার অতাংবনি। শেঙ্গা-থুমজাকা য়াদবনি। মচানিপা অসিগী হাক্তক্তা বদনাম খরদি চারনি।

অমনা: মীগী কলেজ তমজবী নুপীমচা অমবু ঐদি আইজিপি গী মচানি হায়দনবু মশানা শুক্নয়া য়াদনা ফাদুনা নমজা নমথেক্লগে হায়রবদি মপানা তাল্লিবা অচুম্বা মিংচৎ লোয়নমক নালাদা নমশিনবা হায়দুনি।

অমনা: অদুগা ঙসিগী নোংমৈনা পাম্দুনা লৈরম্মীবা অঙাং অসিদি হায়নিংঙাই লৈতনা ফবনি। লৈশাবী অমগী ঈজ্জৎ কন্নবগীদমক্তা মঙোম্দগী হেন্না কনবা নিপা অমবু থিংনবা হোৎনরম্বসিদি ঐখোয়সু নুংশি মাবুদি।

অমনা: হোই! মাদদি অশি-অনা থোক্তনবা ভগবান্দা খুরুমজরিবনি। করিনা হায়ববু মাগী দশা অসি ঐখোয়দসু তারোই হায়নিংঙাই লৈতে। ঐ ওইরবসু ঐগী ইচানুপী অমদা ঐদি কল্লবনি হায়দুনা তৌরম্লবদি করম্না য়েংদুনা খাংগনি।

অমনা: অদুনবু হৌজিক নন্দকিশ্বর হোস্পিতালদা পুরমদাইদা পৈশা খাইনবদা পুখোক্লিংদবা অমত্তা য়াওখিদেদনা। নুংশিবা অমগীদমক্তা থবায় ফাওবা পাম্মুনদে। করিসু থোইদোকপা অশোয়-অঙাম য়াওদনা ফরকপা ওইসনু খঞ্জরিবনি।

# ১৬ শুবা শিন

## (থম্বালগী মপা দেবেন শাউরকপা)

(থম্বাল: মকোক্তা অচোৎপা ফি অমা নপ্লগা ফম্মুংদা হিপলি। মমা মনিলৈমা হ্মাই পায়রগা তপ্লা তপ্লা হুল্লি। মপা দেবেনসু মনাক্তা ফল্লি)

দেবেন: ইপাগী থম্বাল! সে: সে: মিৎতু পাংঙো ইচানা মিৎ উইশিন্দুনা লৈবসি ইপানা য়েংবদা নুংঙাইতে। ইপাগী ফজবী.....

থম্বাল: (কপ্লা কপ্লা) মনিরতন হায়বা মহাপাপী অদুনা ঐগী কারগী চক্কা মরিমক থিন্দৎলগা পমচর ওইহল্লগা ঐনা গাড়ী তোংনিংঙাই লৈতদুনা খোইদৌ শাউগৎলিঙেদা মাগী জিপতুদা নমদুনা চৎহনগদবগী বাই-ফোর্সতা তৌরকপনি পাবুং।

দেবেন: হোইনে, হোইনে, পোত্থাখিসি ইপা খঙলে মা ফৎত্রে ফত্তবা মাগী থবা শুম নিংশিংলগা নংগী নশা শোক্লবনি। নশা ফরগা কোন্না লিয়ু।

থম্বাল: ঐনা কোইচেন চেন্দুনা তৌবা অদুদা তামো নন্দকিশ্বরনা তৌবীগনু। মরুপ নুপীমচাদু খরা থাদোকপীখো। হায়রুবগীদমক্তা অকনবা মানা ফুবীরগা লোংনা নম্বীরগা মথবাক্তা খোঙপাক্লা নেৎলগা থম্বীরিবা অদুগা নুং অমনা অমুক শুজিনবীদুনা মকোক থুগাইবীরিবা (নাহে নাহে ঙাংবা)

মনিলৈমা: ইহে: মখোঙ নাম্মা শোইরবা অদুদা কয়াদা ধর্ম্ম য়াওদ্রিবনো?

থম্বাল: অদুদগী তামো নন্দনা তপ্লা হৌগৎলগা মমায়দা কিন্না 'য়ক' অমুক্তং থিনবদা মমায় কায়দুনা সড়ক্তা জ্ঞান য়াওদনা থাহুদুনা তাপ্রে। অশিবগা চপ মান্নখরে।

দেবেন: মকোক কায়রবা নন্দকিশ্বরনা ফুরকইবা য়াম্না মচু তানা তৌরকইনে।

থম্বাল: অদুগনে তামো নন্দকিশ্বরগী মীনুংশিসি অঙকপনি, তাবীয়ু।

মনিলৈমা: অদুদগী কৈদৌরবা নন্দকিশ্বরদুবু থৌনাবু ফন ফরিনে।

থম্বাল: অদুদগী তামো নন্দগী খুদাংদগী ঘরী লৌথোকখ্রে। ঐদি করি তৌদোইনো খল্লম্মী। অদুগদি য়েছোকপরা খঙদে টেক্সি ব্রাইরগা ব্রাছদুনা লৈরিবা মনিরতনদু হাপকৎলগা ময়ুমদা থিনবীরিবা।

মনিলৈমা: এ: অদুদি নন্দকিশ্বরদি থম্মোয় চাউখ্রেদা। আইজিপি গী ময়ুমদা।

থম্বাল: অদুগুম্বা তামো নন্দবু মহাপাপী অদুনা নোংমৈনা অমুক কাপ্পীরিবা মাদি মানা ব্রাছরিঙৈদা অদুম হাৎকে হায়রবসু য়ারবনি।

দেবেন: মহাভারতকী ব্রারিগা চপ মান্ননা লাঞ্জাও অমা লৈরম্মবা জাৎনিনে।

মনিলৈমা: ফত্তবদি য়ৌরেনে। নন্দকিশ্বরদুবু মাগী মবুকচেল অদুদা ওছোক্লা ফজরবা মীনুংশিগা লোয়ননা থম্মোয়সু য়াম্লা চাউরিনে।

থম্বাল: অদুনা তামো নন্দকিশ্বরনা তারিবা দশাসে ঐনা ফংগদবা দশানি। অদুগী মথক্তা ঐগী ঈজ্জৎকীদমক্তা খনবীদুনা কনামক্তদা হায়দোক্লরোইসি হায়নদুনা ইবানিমক হায়দোক্লদবনি।

দেবেন: খঙলে, খঙলে, ইবেম্মা লৌশিংনা শা,কৈ,নোংশা,শামু ফাওবা ফারগা শিজীন্ননিংবা মওংদা শিজীন্নরি হায়বদু মানা হৌজিক ফাওবা খঙদ্রি। অদুগা আইনগী মখুৎ মশিং কয়ানো, অদুগা আইন্না লাম্বা ফংদবা মফম লৈতে হায়বদুসু মানা খঙদ্রি।

মনিলৈমা: অদুগুম্বা লৌশিংনা করি করি তৌবা ঙম্মী হায়বকাদু খঙবা

মী নত্তেদা মপানা আইজিপি ওইরি হায়বসিদা লৈরবা মীনি।

দেবেন: মপানা পুলিসকী হেদ ওফ দি দিপার্টমেন্ট পায়রি খনবা নাপল অমা লোইনরি। করিগুম্বা কোর্ট অমদা থেংনরকপা মতাংদদি ঐখোয়গী পাব্বারসু অদুম খঙলক্কনি। পাঙ্গল খক্তনা শামু ফাবা ঙম্বা নত্তে ইবেম্মা!

মনিলৈমা: ঐগী ইচাসিদি নহাল মখে যাম্না কিনা লু-লুকনা খাংলল্লেদনা। আইনসু মখোয়গী ফুরিৎখাওগী পোৎ ওইরবোই নিংঙুরবা। কৈনা মী শোক্লুরবদি মশাগী খোঙ্গুলদা মপুন্সি লোইরিবনি নংগীদমক নমা ঐসু লৈরি নপাবুংসিমসু ইচাও চাউনা লৈরি।

দেবেন: আইজি গী মচানি খল্লগা অপংবা নাপল অমসু মা লোইনরি। মাগুম্বদি লায়রদনা মকোক তরা পানবা মখুৎ (পাম্বোম) ২০ পানবা রাবন ফাওবা নাপন্না হোইরীবদগী ঐ মঙাইরে খল্লুবদগী মপাম্বোম অনী খক্তা পানবা রামনা হাৎখ্রিবদুনি।

থম্বাল: মনিরতন হায়রিবসিদি নাপল ঙাক্তনি মাগী মশাদা য়াওরিবসে। নহালদসু হায়রিবনি ঐগী নম্ফু শিজিন্নরকঅগে।

দেবেন: ঐনা হান্না খংলম্লবদি মাগী মপা আইজিপি অদুদা ব্রার্নিং তৌরমগদবনি। ব্রার্নিংদু তাদ্রগা আইন্না থোক পুল্লগা তৌফম থোকপা তৌরকপদা সেন্টরলোমদগী মতিক চাবা লাক্লুহনগদবনি। অদুতদা জ্ঞান পোপ তাগদবনি।

থম্বাল: মাদি মপাগী মরুমদা য়াম্না কনবা শারি। ঐনা খৎনবা পামদবদগী অসুম খাংলিবনি। মাদি মপানা আইজিপি নি মচিন্না হায়রিবনি।

দেবেন: অদুদি কান্নদে রোমেশকী মচা নন্দকিশ্বর হায়বদু কয়াম থিনা শোক্লবগে য়েংলুরসি নংসু খরদি ফরেদনা।

মনিলৈমা: মাদি খৎনবা কিদুনা য়াম্না ব্বানা খাংলম্মবা জাৎনি ইচাসে।

দেবেন: মনিরতনগী ৱাং চাউবা: কারলদুদা মপা ঐ লৈরিবা অসি শোক্তনবা য়ারিবা মখৈ খাংজরবা জাৎনি ঐগী ইচাসে। কিরুনুদা পাঙ্গল খক্তা দরকার নত্তে আইনসু মপাঙ্গল য়ান্না কনবনি। ফরে ফরে নন্দকিশ্বরদু ঙাহাক্তং য়েংঙুসি।

থম্বাল: অদুদি পাবুং ঐসু খরা য়াওজগে। (হরাওজরি)

দেবেন: করিগী পুদনি ইচাবু। থম্মোয় চাউবা অঙাংদুগী ৱা তাবদা ইপাসু মাবু নুংশিদবা ঙমদ্রে। অদুগা মখোয়গা তান্নরগা লৌখৎপা য়াবা করি করি লৈবা হায়বদুসু খন্নরুসি।

## ১৭ শুবা শিন

### (আর:এম:সি: হোস্পিতাল)

### (ওপরেসন থিয়েটর)

(তম্ফান্না মশম মনা ইফা ফানা অঙাওবীগুম মথন্তা ঙাংজরি) ইমাগী ইবুংঙো ইমাবু কনা য়েংঙগা লৈয়ু হায়রিবনোনে। হে! ভগবান ননাইসিবু অমুক্তদি কনবীয়ু। ইচানা শিগদবা, নাগদবা পুন্নমক ঐ মমানি মমা ঐঙোন্দা লোইনা পীনবীয়ু ঐ হরাওনা ফিগাও শানা লৌজগে (কপই) ইমাবু সুমক মাঙজবা তারবরা? ইমাগী ফিজিগী মনি) হিক হিক কপই।

রোমেশ: তম্ফান্না নংগী মতৌসিদি ঐবু কমদৌনা খাংউ হায়রিবনো? খরসু খাংবা তম্মু। ঐগী মরুপ ডাক্টরশিংনা অঙম্বা লেবেলদা কন্না হোৎনরি। মখোয়সু কোইচেন চেন্দুনা হোৎনরি।

তম্ফান্না: ইমাগী থম্মোয় চাউবা নন্দকিশ্বর! চাব ফজবা, নংগী শরুক মীনা চাথোকপ্রগা নংনা নবুক থনবা ঙম্বনি। নংগী শরুক শুকখন খন্দবা ইমাগী ইবুংঙো ইমাদি মাঙজরেদনা। (কার অমা চংলকই) দেবেন, মনিলৈমা অমদি থম্বাল পরেং শানা চংলকই।

(থম্বাল মমিত্তা তারকইরা পী অদু তৈথোক-তৈথোক্লা রুমাল অমনা মখুৎনা পাইরগা চংলকই কপচবদু থিংনবা হোৎনবদা হিক হিক তৌরি। মথক্তা থায়জরি, ঙসি তামো নন্দ নংনা ফংলিবা দশাশি ঐনা ফংহনবনিকো। অদুগা মনিরতন্না নন্দকিশ্বরগী থবাক্তা নেৎতুনা থম্বা অদুগা নুংনা শুবা থৌদোক অদু সুম উদুনা লৈরি। অদুদগী নন্দগী কোক্তা ঈনা ইঙাং ঙাংনা টেক্সি বাইবা অদুগা মনিরতনবু ময়ুমদা থিঞ্জিনবা অদু ফাওবা মথং মথং লোইনা নিংশিংলক্লি।)

দেবেন: ইপাগী থম্বাল, নং পংখন্দা খঞ্জিন্দুনা লৈরগনু নশাদু শোক্লক্লনি।

থম্বাল: পাবুং করিসু খন্দেদা।

দেবেন: ইচাদা মনিরতন্না ওৎখিবা পুম্নমক ইপানা মথং মথং লম্মন-খুম্ন বা হোৎনগনি। লাঞ্জদবা নন্দকিশ্বরসু ঈশ্বরনা কনবীগনি ঈশ্বরগী বিচারদি খিত্তং তপ্পনি, উদবদি নত্তে ঈশ্বরদা অমম্বা মফম মতম লৈতে। হন্দক্তি মাগী খোঙ নাম্মা শোইরিবসি ফাওবা ফ-নবা য়েংঙগদবনি।

রোমেশ: এদভোকেট সাহেবসু, ইবেম্মা মনিলৈমসু, অদুগা ইচানুপী থম্বালসু য়াওনা লেংবীরকই।

দেবেন:অংহোই, ডাক্তর সাহেব, থোইনা চিংনবিরুনু ঈশ্বরনা তম্বা লাক্কনি লাঞ্জদবগী পরিক্ষা মখল অমনি।

রোমেশ: খঙদ্রে সাহেব, ঐ ভাব তাদ্রে। ঐদি মমাগী মতৌ য়েংবা ঙমদরে (পি তৈথোকই)

তম্ফাস্না: অদুম মথক্তা ঙাংদুনা লৈরি। হে! ভগবান! ননাইনা মমা অমা ওইনা ইচাগী থবায় নিজরি ইহুৎ শিন্দুনা ঐগী থবায় অসি লৌবীয়ু (কপ্পা কপ্পা ঙাংলি)

মনিলৈমা: (তম্ফাস্নাগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মরেংবান্দা পায়রগা তপ্পা)

স্নাইবেম্মা, ইচা ইবুংঙোবু কদায়ন্নাইদা শোকপনো?

তম্ফাম্না: খওদ্রে নৈমা: ঐঙোন্দা উহনবীদে খওহনবীদে কদায়দ ইদা পানবনো শুক্তাক তাকপীদে ভগবানগী খুত্রা নৈখ্রে।

মনিনৈমা: অদুবুদি ঐখোয় পুন্নমক মাগী মখুত্তা নৈবা ঙাক্তানি। মাতন্না শান্নবিবা হংলাইদ্রে। (তাঞ্জা অদুদা ডাক্টর বিরেন ওপরেসন থিয়েটরদগী থোরকই)

ডাক্টর রোমেশ: (চেনশিন্দুনা হংই) করি কন্দিসন্দা লৈ? ডাক্টর।

ডাক্টর বিরেন: চিংনবিরগনু গুলৈনা লৈরন্বা মফমদু হকচাংগী মরু ওইবা পার্ট অমত্তা শোক্লমদ্রে হৌজিক গুলিদু লৌথোকচরে I am doing with my best স্না ইবেম্মা করিমত্তা চিংনদবা য়ারে।

তম্ফাম্না: তামো,অচুম্বরানে (কপ্না কপ্না খুমই)

ডাক্টর বিরেন: অচুম্বনি ইচা করিসু তৌররোই।

রোমেশ: ডাক্টর! অমুক্তা চানবীয়ু ইচা অনী শুদবনি (হায়রগা পী তৈথোক্লি)

ডাক্টর বিরেন: ডাক্টর রোমেশ, নং করিমত্তা চিংরগনু ঐনা থোরক্লিবা সি ওপরেসন সক্সেস ওইবগী হরাওমন্দুনা থোরকপনি।

তম্ফাম্না: (হরাওমন্দুনা পী তারকই) তামো! নচন্না খুরুমজরি। নচাদো!

ডাক্টর বিরেন: ঐ নংগী অব্বাবদু কোক্লনবা চেষ্টোরক্লিবনি।

তম্ফাম্না: তামো, তামোনা অমুক্তা কনবীয়ু তামো ঐসে নচলগুম্বনি। (রোমেশসু পী তারি)

ডাক্টর বিরেন: ডা: রোমেশ, নংসু ডাক্টরনি ৱারুরনু I will do what can I do. O.K. ঐ চংলগে ৱারুরনু স্নাইবেম্মা কপ্না তোকপা য়ারে। ঐ চংলেকো। (ওপরেসন থিয়েটরদা চংখিবা)

গম্বাল: (ডাক্তর বিরেনগী পাও তাবদা থরা হপাওজে মপি তৈথোকই) হে ভগবান! অমুক্তা কনবীয়ু তামো নন্দগী থৱায়দদি তপ্লা শোঔজে। (তম্ফাস্নাগী মনাঙ্কা চংলগা হংজে) ইমাশি: মনিরতন হায়বা মহাপাপী অদুদি মপানা লোংশিনখ্রবরা?

তম্ফাস্না: ইবেম্মা, আইজিপি গী মচানি। অচৌবা পুলিস ওফিসারগীমচানি ঐখোয় মাবু থিক লাকউদ্রে। হংসু হংলুদ্রে ইচাগী মথাই কন্নবা খক হোৎনবদা অতৈ অমত্তা হন্না য়েংউবা ঙমদে।

দেবেন: (রোমেশতা হংলি) ডা: সাহেব গুলি লৌথোক্লে হায়রবনিনা থোইনদি চিংননিংঙাই লৈত্রে।

রোমেশ: অং হোই! গুলি লৌথোক্লে হায়রমল্লে।

দেবেন: অদুদি ডা: গুলিনা পানবদি কদয়ৱাইদা পানবা ওইরবনো?

রোমেশ: গুলিবুদি থবাক্তা পানবা নত্তে পুক্তা পানবনি লৌথোক্লে হায়রবনিনা থোইনা অকায়বা লৈররোইদ্রা খল্লি।

দেবেন: হন্দক্তি ডাক্তর! তামো ধিরেনসু উকিল অমনা তৌবা ঙম্বদু খরদি খঙহনবা তারেদনা।

রোমেশ: তৌবদি য়াবনি। অদুবু পেন্নদবগী লম্মন খুম্নবগী থবক্তি ঐখোয়না তৌররোইসি। পুম্নমক তাইবং শেন্বা মপুদা শিন্নরসি।

দেবেন: করিনোনে ডাক্তর অসি য়ৌরবা ফাওবা তুমিন্না সুম লৈখিগদরা?

রোমেশ: মখোয়দা লম্মন খুম্নবা হোৎনবদা মাঙগদবা মতম তিংগদবা পৈশা অদু পুম্নমক ইচাগী মশা ফননবা রোমদা থাদরসি।

দেবেন: ঐখোয়গী ডাক্তরগী থম্মোয়সিদি ওম্বোক্লা চাউখরে। অদুমক্লা নন্দকিশ্বরসু থম্মোয় চাউবা ওইরে। অদুমকপু খরা খঙহনবদি ফবনি। (ওপরেসন থিয়েটরদগী ডাক্তর বিরেন থোরকই) ডাক্তরনা নোকমি

নোকমি লেঙথোরকপবু করি তাকপীগদবনো?

ডা: বিরেন: ময়াম চঙবা য়ারগনি হায়জগে তৌবনি।

তম্ফান্না: তামো ঐখোয় চঙজবা য়ারগদরা?

ডা: বিরেন: য়ারনি তৌবগু পেরি পেরি চঙবদি য়াদ্রি অদুগা মী য়াম্না চঙবসু য়াদ্রিবা হৌজিক্তি য়াম্না থোৎলিবা মতাংনি।

য়োমেশ, তম্ফান্না, দেবেন অমদি মনিলৈমা চঙনবা পরেং শানা লেপ্লার।

থম্বাল: দেবেন্দা, পাবুং ঐসু খরা য়াওজগে।

দেবেন: বিরেন্দা, ইচানুপী অসিসু খরা য়াওহঞ্জগে য়াগদরা?

বিরেন: থম্বাল নংবু নন্দকিশ্বরগা কোক ফোৎপা লাকখিবদুরা হংলকই।

থম্বাল: অং হোই পাবুং মন্নি।

বিরেন: এ:এ: লাকও, লাকও নং কপ্পদি য়াদেকো। (আ: মনুংদা ময়াম পরেং শানা তপ্না তপ্না চংলকই। তম্ফান্না তুমিন তুমিন পী তৈথোকই। থম্বালসু পী তৈথোকই। অকোনবদা থম্বাল হিক হিক কপ্পক্লে।)

বিরেন্না: (মখুৎনা ইঙ্গিৎ তৌই) ব্রা অমত্তা ঙাংবা য়াদেকো তুমিন্না য়েংঙগা লৈগদবনি। কপ্লিংবা খাংবা ঙম্মোইদৌবা লৈরগদি মপান্দা ঙাহাক লৈহৌবা ফৈকো। হয়েংদগী লোইনা য়ারনি।

# ১৮ শুবা শিন

## (যদু নোংমৈ পুরগা চেল্লকপা)

যদু রিভোলবর মবুক্তা য়েপশিল্লগা ইপা পাখৎনা তুং মাঙ হন্না হন্না য়েংদুনা চেল্লকই। মচিন থোক্লা হায়রকই, মনিরতন হায়সিনা মপাগী রিভোলবরসিবু ময়ুমদা খরা থিনবীরম্মু, হায়রম্মগা মানা কদোমদা চেনখ্রবনো? নন্দকিশ্বরদু পানদি পানখ্রে। থবাক্তা পানবা মাল্লি, শোইদনা শিরগনি। অদুগা নোংমৈসিনা ঐনা ইপঙ পঙনা পাইরগা সড়কসিদা চৎলি। করিগুম্বা পুলিসনা ফারবদি ঐদি কমদৌবা। মনিরতনগী মপানা খুৎলাই পাইবা নংনা হাৎপনি হায়জিল্লরুবদি কমদৌবা। অদুম্মকপু পাবুং ধিরেনদি অদুমক্তি তৌগদবা মান্দে। ঐবুসু লুনা তৌবীবনি। অদুবু মচা কন্নবা থ্রিটন তৌরগা ঐনা কাপ্পনি হায়য়ুকো হায়রব্রুবদি ঐদি শিরেনে। মুন্না খল্লবদি নন্দকিশ্বরদি মরাল শুক্নৈ লৈজদবনি। অদুদা ঐনা ঙক্লিবদি নোংমৈনা পাল্লবা ফাওবা মরুপ মনিরতন নংসে পাংজখিদ্রেদা হায়রি। শিখিবা তারবসু মনিরতনগা ঐখোয় অনীগবুদি করিমত্তা কিবিদনা পাওতাক পীবীরম্মগা শিখিগদৌরি। মথক্লাই হাৎলবসু মাবু কিহনবদি ঙমখিদরে। নন্দকিশ্বরগী থৌনা ফাওবদি থাগত্তবা ঙমদে। অদুনদি ঐসু অশেংবা ব্রাফম খুম্মগা ফাঁশি শগাই কারবসু কাব্রগে।

(আইজিপি গী বঙ্গলো)

সন্ত্রী পোষ্টতা দ্যুটি তৌরি।

যদু: ইয়াম্বশিং ঐ অমুক্তা চংজগে?

সন্ত্রী: কনানো?

যদু: ঐ ননাও যদুনি মনিরতন সাহেবকী মরুপনি।

সন্ত্রী: (থোং হাংই অদুগা চেক তৌই, যদুনা রিভোলবর পুথোরকই)

সন্ত্রী: এ: রিভোলবরসিদি.......

যদু: রিভোলবর অসি পীরুগে লাকপনি।

সন্ত্রী: মনিরতন সাহেবতি?

যদু: মনিরতন চেনখ্রে...........

সন্ত্রী: করিগী?

যদু: মানা নন্দকিশ্বর কৌবা অমা রিভোলবরসিনা কাপ্লগা চেনখ্রে।

সন্ত্রী: এ! অদুগা রিভোলবরসি পুরগা লাকইবা। নংদি শিংইনে।

যদু: থোকঅবা অমা লাকঅনি ঐ মনিরতন সাহেবকী নিংজবা ফাওবদি থুংনবা হোৎনরম্মগে। (হায়রম্মগা চংলকই ইবেমহলগী কা অদু থোং লোল্লমই; যদু কোল্লিং বেলগী সুইচ নমই) ক্রিং, ক্রিং....।

ইবেমহল: (থোং হাংঙগা) কনানো?

যদু: ইমাইবেম্মা ঐনি (ইপা পাখৎনা চংলকই)।

ইবেমহল: অসি য়ৌরক্লবনিনা পাখৎপা তোকপা য়ারে। বঙ্গলা অসি আইজিপি গীনি চিংনদনা তপ্না ফম্মো কনাবুসু কিরুরনু।

যদু: ইমা! মনিরতন সাহেবনা নন্দকিশ্বরদা নোংমৈনা কাপ্লম্মগা কদোমদনো খণ্ডদ্রে চেনখ্রে, সে রিভোলবরসি লৌশিবীয়ু।

ইবেমহল: (কনাবুসু কিরুরনু পাখৎপা তোক্লো হায়রম্বা মানা) হা!! ঐগী মনিরতন্না নন্দকিশ্বরদা নোংমৈনা কাপ্লবা অদুদি কদায়দা পাল্লবা। নত্তে! নন্দকিশ্বর শিহৌরবরো ই! অদুদি কমদৌনি। ইমাগী মনিরতন ইমাদি মাংলেদনা। (হায়রম্মগা থক থক নিক্লগা ফমথখরে অদুদগী মবুক মেৎলগা তুথখরে) ইস: ঐ লাঙ্গমন কাংলকএ (তুথরকপা)।

যদু: কনা কনা লৈবগে ইমাসে কৈনোমা তৌখরে ঈশিং খরা লব্রাইদা হাপসি।

(সিফাই অমনা ঈশিং পুথোরকই, যদুনা ইবেমহলগী লব্রাইদা ঈশিং পোপ পোপ য়েরি) ইমা! ইমা! পাখৎপীগনু ঐ মনিরতনবু ফংনবা থিজরুগে।

ইবেমহল: (স্তান তারক্লে) ইস! ঐ! ঐগী লাঈমন ফুক্কৎলকপদা ঐ শ্বর ফুল্লুরে। ইমাগী মনিরতন! ইমাগী মনি র ত ন ...........।

যদু: ইমা খরা ফরবরা? ডাক্তর কৌশিরা?

ইবেমহল: য়ারনি ইবুংঙো! ইমা ফম্মুংদা ঙাহাক্তা হিপলুখিগে। কদায় রিভোলবরদু পিরকও।

যদু: সে: ইমা! (রিভোলবর পিখরে) লৌশিনবীরো।

ইবেমহল: (রিভোলবর পায়শিনখরে) নপাবুংগী রিভোলবর অসিদি মানা করম্না পুরম্বি। ঙসাই য়াম্না থিরম্বনিনে............ নং চা থকখো। ইমা ঙাহাক্তা পোত্থারুখিগে। (ইমুংদা চংখ্রে)

যদু: ইস: ইমা ইবেম্মাসে মচানিপা অসিগী হেক খঞ্জবদা য়াম্না ব্বারবা জাৎনি। মরাল ইলে লৈতনা ব্বাখল লাগনানা অদুম শোনবা তারে, নুংবু নুংঙাইতেনে। কমদৌনি সিদি ইমাসে নুংশিদা।

সিফাই অমনা চা পুথোরকই) (যদু চা থক্লগা ইবেমহলগীদমক্তা নুংঙাইতনা ঙাংজরি।) মনিরতন সাহেব অসিনা ইমা অসুক ফগ্লবসিবু মাগী ব্বাখলদা ব্বাম্বদুনা নমদুনা শিহনগদৌরি। ওহ্লোকপনিদা........ ঐ ইমাগীদমক্তা মনিরতন ফংনবা থিদবা য়াদে। (চা থকপা লোইরে চৎলগে খল্লদুনা ইবেমহল লৈবা মায়কৈদা চংলকই) ইমা ইবেম্মা! অদু নচা অমুক,

ইবেমহল: (ইমুংদগী থোরকই) ঙাইখো যদু নং ঙাহাক্তা ফমখো, ঐ

ঙাহাক্তা পোত্থারুখিগে অমুক থোরক্কে। ইমানা থোরকত্রিবা ফাওবা নং লৈরমখো। (ইবেমহল চঙখ্রে।)

যদু: (অদুম ফমই) ঐদি ইমাগা ৱারি খরা শান্ননিংলি। ঙাহাক ঙাইখিবা তাবনি। (হায়রিঙৈদা সিফাই লিচৈ পায়বা অমা থোরকই)

সিফাই: নংগী নমিং করি কৌবা? (যদু ইঙক ঙকই সিফাইদুদা য়েংদুনা লৈ) নত্তে, নংবু মীগী মচা মরাল লৈজদবা অদুদা করিগীনো নংনা ঐখোয়গী মনিরতন সাহেবতগী রিভোলবর মুল্লগা কাপ্পুরিববু হৌজিক্তি মীদো শিরে হায়রে অদু করম তৌদৌরি।

যদু: করিনোনে? তাকপীরিবদুবো ঐদি চুম্নগী নোংমৈসি গোভরমেন্টকী ইশুনি খরা থিনবীরুচো হায়বগী মনিরতন্না মথ্বাই হিংনবা চেনখ্রবনিনা ঐনা মরুপ অমা ওইবগী লাকচবগী ৱানি।

সিফাই: হৈইদ! নচিন্দু থিনু কারল তুরল খুম্মগা কান্নরোই। হায়রগা (লিচৈ অদুনা মনঙ্গন্দা সেৎ সেৎ থারকই) ঐখোয় লোয়না খঙঙি মনিরতন সাহেবপু মাঙহল্লিবসি নখোয়ননি। কেশো হায়বদুদি কদাইদা চেনখরে।

যদু: কেশোসু অশিংবনিনা নাহোকখরে। খ্বাইদগী পংবা ঐদি নখোয়না ফু-নবা লাকলিবসিনি। (অমনা মমায়দা ফি অমুবা অমনা পুনশিনখরে) ও: ফি অমুবা অমনা মায়দা পুল্লকইসিনা ননিং তম্না ফুরগেসিরা?

সিফাই: সেৎ: সেৎ: ফুরকই। ঙাংবা হৈরনু চৈ চাবা থবক তৌরবনিনা চৈ চাবা তাবনি। করিগী মী হাৎলুরি, সেৎ সেৎ থারি।

যদু: অয়ো ইমা! ঐ শিরে কন্না লাউরি।

সিফাই: সেৎ সেৎ ফুরি।

যদু: হে সিফাই! পুল্লগা মীদা ফুবসি নখোয়গী হৌনবীরা? অদুগী শরুকপুদি

নোংমৈনা কোক কাপ্পুনা হাৎলো। নংসু ঐসু ব্রা-নদবা তৌবা য়াদরো অদুগী নরিনসু লৈতবা (সেৎ সেৎ ফুরি)

সিফাই: যদু! নংনা মী হাৎলুরগা নচিন থিবা অদুগী ফুদবা য়াদবনি মচিন চুম্মু। হাৎকদবা নত্তে ফুবীরোই। চুম্না খুম্মু।

যদু: ফুবা ব্রারবরা? লৈয়ে তাববু ব্রাবরা খুৎ হল্লক্কদবসু লৈত্রবা,ফুরোনা।

সিফাই: (সেৎ সেৎ থারি) নংনা হাৎলুরবনি হেক হায়বদা ফুবা তোক্কনি।

যদু: ও, ফুবীররোই লান্না খুম্মু অদুগা মীয়ামগী মমাংদা ফাঁশি তৌবীগে হায়বকো। মরালগী মতুং ইন্না ফাঁশি তৌরবনি হায়দুনা শিরবা কাপ্পদসু ঐবু মীনা থিনা চৈহনবীগে হায়বনি। মদুদি য়াররোই ঐদি।

ইবেমহল: (অনোক অমুবা অমা উপ্পগা থোরকই) ইমাগী যদু! ইমা ব্রা হায়গে। ইমানা নংগী নথব্রাই কনবীগনি নং করিমত্তা চিংনগনু। নংনা নন্দকিশ্বরদা নোংমৈনা কাপ্পুবদু শেংনা হায়দোকউ ইমানা কনবীগনি।

যদু: ইমা, নচা মনিরতনবু কন্নবা হোৎনরুবগী চাফম থোকপা চৈনি ফুবীয়ু।

ইবেমহল: ইহে! নংসিদি পঙখরেদা নংগী চৈনাখোল তাবা ঙমদরে। নংনা কাপ্পুবনি কোক হায়দোকউনে। অদু হেক হায়দ্রিবমখৈদি নং চৈ চাখিনি। নংবু ঐনা কনবীদ্রবদি কনানসু কনবীরোই।

যদু: কান্নদে ইমা, নমিৎ থিংনা য়েংলগা ফুহনবীয়ু ঐনা পাবুংগী রিভোলবরদু গোভরমেন্টকী ইসুনি পাবুং মথা শারনি হায়বগী থিনবা লাকউবগী ঐ চৈ চাফম থোকঅবনি।

ইবেমহল: যদুগী মমায়দা ফি খুম্মীবসি লৌথোকও। য়েংঙোই যদু ইমাদি ব্রারেম তাবা হৈনদে।

যদু: ব্বারেম! ব্বারেম অমগা তাখো নংগী নচানিপা মনিরতনদো অদুমক্কা নন্দকিশ্বরগী মথবাক্তা আইজি সাহেবকী রিভোলবরনা কাপ্পনি। ব্বারেম অসিনা মপাসু মচাসু শিগদৌরিবনি।

ইবেমহল: যদু! অদুম্না কন্না ঙাংগনু মী তাখিনি। ঙাংবা ঙমদ-নবা থবক তৌরক্কনি।

যদু: কমদৌবা ইমা! ঙাংবা য়াদনবদি হাৎতোকপীগে হায়বনি অদুনিনে নচানা হেক পামজবদি। নচানা মী হাৎপনিনা মমাসু মী হাৎপা করিসু কাইদে নখুৎ চল্লবা মীনি ঐদি হাৎলো। অনোক অমুবদো লৌথোকপীয়ু ঙান্না হাৎপীয়ু। ঙান্না য়েংবীয়ু, ঐসু ঙান্না উজগে।

ইবেমহল: ইমাগী যদু, ইমা ব্বা হায়গে সি, মসি লুপা লিশিং ১০ নি অসি পুরগা নংগী হিংজ-নবা তৌরুরো, লৌ পরি ৫ দি ফংলনি। নংনা নংগী মরুপ্পু খরা কনবীরো। (চাম্মা চৎপী বান্দল পীরি)

যদু: (ইবেমহলদা অমুক য়েংই পৈশাদা অমুক য়েংই) ইমা! নংসু ঐমক্কী ইমানি খল্লম্বনিকো! হে! মীওইবা অঙকপনি!

ইবেমহল: সে:সে: লৌরো ইমানা নংবু নুংশিবদগী পীরিবনি। পঙলগনু, অসিগুম্বা তাঞ্জা অমুক হন্না লাকঅরোই।

যদু: করিনোনে ইমানা তৌবীরিবসিবু পৈশা অসি লৌরগা ঐবু মী হাৎলুদ্রবসু হাৎপা তাহনবীগে হায়বনিনে। নচাদি শিরবসু ওইদবদি ঙাংজরোই। ঐবু হাৎপীরো। মতৎ মতৎ ককঅগা হাৎলবসু কায়দে।

ইবেমহল: নংনা লুপা অসি ফজনা লৌরবদি নংগী অব্বাবা পুন্নমক ঐনা কনবীগনি। নৎত্রবদি.............. (রিভোলবর উৎপা)।

যদু: ও! পৈশা লৌদ্রবদি হাৎপীরগে অসিরা? নখুৎমক্কা কাপ্পগা হাৎপীরো অদু ওইরবদি ঐনা শিরকান্দা পৈশাদু ইখুত্তা পাইহনবীরো অদুগা হায়রিংবা হায়বা য়ারনি।

ইবেমহল: নংসির্দি মতম য়াম্না মাঙহল্লি নাম্মা হায়রিঙৈদা য়াদ্রবনিনা নংনা পামজবা শিবদো হেক্ তৌরক্নি। (মখুৎ নাম্মনা পৈশা পীরি মখুৎ নাম্মনা পিষ্টোলনা যদুগী থবাক্তা থল্লি) পৈশা অসি লৌরগা নথবাই হিংগদৌরিবা লৌদ্রগনা রিভোলবর অসিদা গুলি ৬ য়াওরি ৬ মক্ লোইনা কাপশিল্লক্নি

যদু: মদুমক তৌবীরো নংনা পোকপা নচানা মী হাৎপা ঙম্লগা অপোকপী মমানা মী হাৎপা ঙমদ্রবদি পকচদে। অদু ওইরবদি মনিরতনদি মমাদগী লমচৎ তমজবনি হায়নহৌরনি।

ইবেমহল: যদু! করিনো নংনা ঙাংলিবদো। কনাদনো?

যদু: মী হাৎপী অমগী মনাকোংদা খঙনবা তা-নবা লাউরিবনি। শিরগসু লাঙ্গৈরমলেন্দা পেন্না লাউরুনি। মী হাৎপা অমগী ইমুংদি পৈশানা মী লৈনবা হোৎনৈ।

ইবেমহল: য়ারে য়ারে যদু! ঐ চংলে নং চৈ চাবা য়াবা চারগা কোন্না কাপ্পা তারে। (হায়রগা ইমুংদা চংখরে)।

সিফাই: অদুদি নং ইমানা হায়বা য়াদ্রবনিনা চৈ খরা অমুক চাবা তারেদনা।

যদু: নখুত্তা লৈরবা মীনি, নখোয়না তৌনিংবা থবক তৌবদা অকাইবা করিসু লৈতে, হাৎকে-তুপকে ননিং তৌরো। অদুগনে মসিমদি তাজৌ ইমাসিগী মচা মনিরতন্দো নখোয়গী খুত্তা লৈত্রিকো করিগুম্বা মনিরতন্দুনা নখোয়গা মত মান্নদ্রবদি নখোয় মশেল পাউখুম মান্নরোইকো।

ইবেমহল: (ৱাদু অদু তাবদা চপ লেপ্পী, মখুত্তগী রিভোলবর তাখিবা খঙহৌদে)

সিফাই: কান্নরোইদা যদু নংবু লুপা অসি কোক লৌশিলহৌদা। নখোয়গুম্বা কয়া কয়া ঐগী লিচৈ অসিনা মখিল চুমখ্রবনিদা। মেম সাহেবনা

তুমিন্না চংথ্রিবসে নংবু খরা কামখৎহল্লু হায়রম্মবনি (সেৎ সেৎ থারি)

যদু: হৈ সিফাই মচা বুদু! মখোঙ মখুৎ লোইনা পুনশিল্লগা ফুবা হৈবা। নংদি শিরোই নারোইদবা মীরা? ঐনা পামদবা লুপ অসি নং লৌজরগে হায়য়ুদনা।

সিফাই: হৈ যদু নংবু মেম সাহেবনা তারবদি নংবু শিব তারে-নহে।

যদু: পামদি পাম্বা হায়বগী নাংদি লৈজদবা। ঐঙোন্দা লুপাগী বান্দল অসি পায়হনবদি বল্লি কক্কদৌরবা ইরোইদা মনি পরেং শিবীগে হায়বগা করি খেন্নবগে যদু।

সিফাই: আই, মসি ঐঙোন্দা বুদু কাসু হায়রি। নং ফুজিল্লকউরা?

যদু: নখুৎ লেপ্তনবনিনে ঐনা হায়রিবসে। নংদি মেম সাহেবকী লিচৈনিনে, মানা ফুনিং ফুনিংবা মীদা নংনা ফুগদবনি। নংনা ফুনিংবা মীদদি নংনা ফুরুবা ঙম্বা নত্তেনে। হায়! লিচৈ! লিচৈ নংদি তেকখ্রগা অমা অমুক শিন্দোকঅগা লোইরেনে।

সিফাই: এ! ঐসে মথন্নাই পান্দবা মেম সাহেবনা পাইবা লিচৈ তারেনে।

যদু: নত্তদি, নংনা ঐঙোন্দা ফুরিবসি ঐনা নংগী করি তৌরুবগীনো? নংদি তোল্লবা জীবনি করিগুম্বা মরম চাদনা ফুবা তারম্মগনা সাহেবনা নঙোন্দা ফুরবসু য়াদরো? নং চেনফম লৈবা নত্তে।

সিফাই: (তুমিন্না ঙাংই মসিমদি চুম্মী, ঐসু পুল্লগা মেম সাহেবকী লিচৈ অমনা অমুক ফুবসু য়াই ঐঙোন্দদি আইজি সাহেবকী লিচৈনা ফুগদবনি হৌজিক ঐনা ফুরিবসিদি সাহেবকী ওর্দরসু নত্তে)

যদু: করি তৌরে ফুবা লেপ্লবদি ফুখোনে ঐদি নংনা ফুরগা নুংঙাইজরিবনি। মেম সাহেবসু হরাওজগনি। মমা মচানা পেল্লগা লোইরে।

সিফাই: ফুররোই (তপ্না হায়বা) (মেম সাহেবনা থনম্বা লুপা বান্দলদুদা

অমুক য়েংই)

যদু: করি খল্লি, অদুদগী পৈশাদুদি ঐনা লৌরবসু ঐনা হেক শিরগা মাগী হান্নগী ট্রেজরিদুদা অমুক থমখ্রগদবনি। ভাব তারবা? নংনা ঐঙোন্দা ফুরিবসিনা তলব থিংবীদনবনি চুম্বরা?

সিফাই: তুমিন লৈয়ুহে! নংনা হেক হায়দোরকপসিমা মেম সাহেব তারগা করি হায়নি।

যদু: ইহে ৱারমান্নেনহে, য়ুম্ফম অহনবদা লৈয়ে থাবগুম্বনি। নুংঙাইত্রো? য়ুম্ফম্নবু মখুৎ হল্লকপা ঙম্বরা? ঐদি নখোয়গী য়ুম্ফমনিনে, ফুরকখোনে।

সিফাই: ইহে! নংসিদি ওছোকপনিদকো ঐনা নঙোন্দা ফুরিবসে ফুনিংদনা ফুবা নত্তেনে মেম সাহেব কিবদগী ফুরিবনিনে, নংবো।

যদু: অদুবুদি ঐনা ঙসাইনা হায়বদা য়াওখরে। তলবকী ফুবনি। ঐনা হায়রেদনা। অদুগা ঐগী খোঙ খুৎ পুল্লিবসি থাদোক্লরগা ফুনরবদি ঐসু মীতৈ মচানি। নংনা পায়রিবা চৈ অদু ঙসাইনা ঐনা লৌরগদবনি।

সিফাই: এ: নংবো থাং-তা হৈবরো?

যদু: হৈত্তেদা, অদুগনে সিমদি তাজৌ ঐ অসে নখোয়গী সারগী মচানিপা মনিরতনদুগা য়ু গিলাস অমত্তদা থকমিন্নবনিকো। করিগুম্বা অমদগী নংসু ঙসি ঐনা তারিবা দশাশি তারবদি মেম সাহেবকী...... নং নত্তবা লিচৈ য়াম্না লৈরিবনি।

ইবেমহল: যদুনা ঙাংলিবা ময়ামদু তারি।

সিফাই: ফুরোইদহে: শয়েং অসি হিক্তোক্কদৌরে ঙসাইদগী অসুক কন্না লৌ য়ৈবগুম চৈরোং অসিনা ফুবদা খুৎকা লোইনা পোক থোক্লে চা গিলাস অমা ফাওবা পীথক্লিংদে।

যদু: মান্নিনে! লুপা অসি হেক পীরবদি ব্রাবসু খরা ফগদবা চা ককাসু থকনিংলকওইদবা, লৌ হায়বা য়াররোইদবা মীদনা নমদুনা লৌহনগদবগী হোৎনবা নৎত্রা?

সিফাই: অওইবনিনে। অব্রামল খরদি পীবীবা য়াবনিনে। ঙসাইদগী তাদুনা লৈরিবা লুপা বান্দল অসি ঐনা উপু মনুংদা হাপচিঞ্জরুরবদি ফরগদবা।

মেম সাহেব: হায়! হায়! কনাদনো হায়রিবদো?

সিফাই: মেম সাহেব! লিচৈসে ব্রারে ঙাহাক্তং পোত্থাহনবনি। ফুজরগে (লৈমাইদা সেৎ সেৎ ফুরি)

মেম সাহেব: লিচৈদো কায়রগা অমা অমুক শিল্লু। হায়বা ইন্দবা মীদু ফুবদা লিচৈ ব্রাৎপা লৈতে ঐ ঙহাক পোত্থারুখিগে। নথৌ লেপকনু।

সিফাই: লেংশিনবিরো মেম সাহেব য়াম্না ব্রারম্মনি ঙসাইদগী অব্রাবা থবক ঙাক্তা শুবীরবনিনা।

ইবেমহল: হায়! নংগীদুবু সেৎ সেৎ থারিবদুবু কদায়দনো যদুদুবু নাখোকপগুম্ম তৌইনে। ঐ উদ্রে হায়দনা লৈপাক্তা ফুরবরো?

সিফাই: মেম সাহেব, হোরেল চৈফম য়েংলগা খংবিগনি (তপ্না শোনবা) মচানেইনা ফত্তবা য়াবা ফৎত্রগা মরাল লৈজদবা মীদা সুম ফু-ফু হায়বসিবু করি ধর্ম্মনো, (শোছাংননা হায়বা)

ইবেমহল: করিনো মুরুম মুরুম শোল্লিবদুনা খরা ফু হায়রগা ঐ য়েংবা নুংঙাইতদুনা তৌবনি। ঐ চংলে নং ব্রাগনু। ফুখো, হায়বা ইন্দবদো!

যদু: নাহে নাহে তুমখরে, সিফাই: ও, যদুসে তুমগ্রমান্নে তুমজখ্রসনু।

থিরেন: (আইজিপি গী ইউনিফোর্ম ফজনা শেৎলগা তপ্না তপ্না চংলকই; অদুগা সোফাদা তপ্না ফমথরকই। মকোক পাইরগা উংদুনা লৈ।)

ইবেমহল: (ধিরেনগী মনাক্তা চংশিল্লগা তুমিন লেপ্তুনা লৈরি, ব্রা হৌদোক্কদবা কিদুনা লৈরি)

ধিরেন: কৈদৌরে নশা ঙমদ্রবরা? তুমিন্না লেপ্পরিবসিনা...........।

ইবেমহল: (ধিরেনগী মনাক্তা তপ্না ফমথরকই) ঐবু মহোই পাবুংদা করম্না তম্লসিগে............ ঐ মায়থিরে......... হৌজিক্তি মহোই পাবুংনা তাকপীখিবা পুম্নমক লোইনা য়ারক্তা তারক্লে।

ধিরেন: ঐ ভাব তাদ্রে ফজনা হায়রকউ। নংগী ডাইলোগতু করি হায়রিনো?

ইবেমহল: (ধিরেনগী মখোঙ কোল্লগা হিক হিক কপ্পক্লে) ঐ লাল্লে।

ধিরেন: কৈদৌরবগে কোক হেক হায়দোক্লো খোঙদা কোল্লগা খোঙনা করি খঙগনি ব্রাসু হায়দনা পীরাং অদুনা করিগীনো?

ইবেমহল: ঐ মাংজরে (কপ্না কপ্না) মহোই পাবুং ঐ মাংজরে মী হাৎলুরে মী হাৎলুরে।

ধিরেন: কনানা কনা হাৎলুরবা? ফুমদুনা থমলিবশিংদো ফুম্লনু।

ইবেমহল: (কপ্না কপ্না) নচানিপানা নন্দকিশ্বরবু নোংমৈনা কাপ্তুনা তৌরুরিবসি তাবিরবরো? ঐ য়াম্না সানখরে।

ধিরেন: নংনা হান্না তাজরম্বা ফরেদা। ঐ হৌদোক্কদৌবা তম্দুনা লৈরবনি। রিভোলবর অদুগী ঐ জেল চংবা তারি। হৌজিকপু ঐনা রিভোলবর অদু কদায়দগী লৌরুনি। অহনবা লৈরবসু নম্বরদি মান্নররোই।

ইবেমহল: রিভোলবর অদুবুদি নচানা য়ৌননবা হোৎনরকএ।

ধিরেন: হা!! রিভোলবর নংঙোন্দা লৈরবরো। ইস, কনাদা পীরকইবা ফরেদা।

ইবেমহল: অদুগীদি নুংশা থিবীরুরনু (পুথোক্তুনা পীবা)

ধিরেন: ইস! নুংঙাইজরেদা ঐ মসিগীদমক্তা কোক চিক্তুনা লাকঅবনি। হায়রগা (রিভোলবর অদু কোল্লগা চুপ্পা) কনানদি মফম অসি য়ৌনবা পুবিরকইবা ঐদি মাবু খুরুম্বা য়াই। মী অদু চৎখ্রবরো?

ইবেমহল: (তুমিন্না লৈ।)

ধিরেন: নত্তে, কনানা ঐখোয়গী য়ুম অসিদা পুরকপগে?

ইবেমহল: হরে কৃষ্ণ! ঐদি করম্না খুমগনি (মথন্তা তুমিন্না শোল্লি)

ধিরেন: Pain killer tablet অমত্তা পীরকউ।

ইবেমহল: (টেলবেট পুথোরকপা ঈশিং গিলাস অমগা পীরি।)

ধিরেন: কনানো? ঐগী থব্রায় কনবীবা মীদো মীবু কাপ্পুরবা নোংমৈবু পুরগা লাকইবদো ঐ মাবু অঙম্বা খরদং ওইরবসু পীখিবা ফৈ। অদুগা মনিরতনদি নাছোক্লবগী উপাইসু লৈগদৌ মান্দ্রে।

ইবেমহল: ইস! মাদি কাপ্পম্মগা অদুম চেনখ্রে, হায়বদাইনে অদুগা কনানা করম্না খঙগদৌরিবা?

ধিরেন: ইবেম্মা! নচানিপাদুনা কাপ্পমদাইদা য়াম্না চাউথোক্লা লাউরম্মী হায়রি।

ইবেমহল: মাদি করি হায়না লাউরম্মীবা?

ধিরেন: হায়! নন্দকিশ্বর নংগী স্বার্গ চৎনবা বার্ত্তননি হায়রগা য়াম্না পেন্না মীয়ামগী মমাংদা কাপ্লেএ।

ইবেমহল: অস, অদুবু মনিরতননা কাপ্পনি হায়বদি নত্তেদনা।

ধিরেন: নোংমৈনা পাল্লবা মতুংদা নন্দকিশ্বরনা অসুম্না লাউরম্মী হায়রি, "মনিরতন নংসে ওছোক্লা পাংজদেদা" খুম্মী হায়রি।

অমুক য়েংই)

যদু: করি খল্লি, অদুদগী পৈশাদুদি ঐনা লৌরবসু ঐনা হেক শিরগা মাগী হান্নগী ট্রেজরিদুদা অমুক থমথ্রগদবনি। ভাব তারবা? নংনা ঐঙোন্দা ফুরিবসিনা তলব থিংবীদনবনি চুম্বরা?

সিফাই: তুমিন লৈয়ুহে! নংনা হেক হায়দোরকপসিমা মেম সাহেব তারগা করি হায়নি।

যদু: ইহে ৰারমান্নেনহে, য়ুম্ফম অহনবদা লৈয়ে থাবগুম্বনি। নুংঙাইত্রো? য়ুম্ফম্মবু মখুৎ হল্লকপা ঙম্বরা? ঐদি নখোয়গী য়ুম্ফমনিনে, ফুরকখোনে।

সিফাই: ইহে! নংসিদি ওঙ্খোকপনিদকো ঐনা নঙোন্দা ফুরিবসে ফুনিংদনা ফুবা নত্তেনে মেম সাহেব কিবদগী ফুরিবনিনে, নংবো।

যদু: অদুবুদি ঐনা ঙসাইনা হায়বদা য়াওখরে। তলবকী ফুবনি। ঐনা হায়রেদনা। অদুগা ঐগী খোঙ খুৎ পুল্লিবসি থাদোক্লরগা ফুনরবদি ঐসু মীতৈ মচানি। নংনা পায়বিগা চৈ অদু ঙসাইনা ঐনা লৌরগদবনি।

সিফাই: এ: নংবো থাং-তা হৈবরো?

যদু: হৈত্তেদা, অদুগনে সিমদি তাজৌ ঐ অসে নখোয়গী সারগী মচানিপা মনিরতনদুগা য়ু গিলাস অমত্তদা থকমিন্নবনিকো। করিগুম্বা অমদগী নংসু ঙসি ঐনা তারিবা দশাশি তারবদি মেম সাহেবকী...... নং নত্তবা লিচৈ য়াম্না লৈরিবনি।

ইবেমহল: যদুনা ঙাংলিবা ময়ামদু তারি।

সিফাই: ফুরোইদহে: শয়েং অসি হিক্তোক্কদৌরে ঙসাইদগী অসুক কন্না লৌ য়ৈবগুম চৈরোং অসিনা ফুবদা খুৎকা লোইনা পোক থোক্লে চা গিলাস অমা ফাওবা পীথক্লিংদে।

যদু: মান্নিনে! লুপা অসি হেক পীরবদি ব্রাবসু খরা ফগদবা চা ককাসু থকনিংলকওইদবা, লৌ হায়বা য়াররোইদবা মীদনা নমদুনা লৌহনগদবগী হোৎনবা নৎত্রা?

সিফাই: অওইবনিনে। অব্রামল খরদি পীবীবা য়াবনিনে। ঙসাইদগী তাদুনা লৈরিবা লুপা বান্দল অসি ঐনা উপু মনুংদা হাপচিঞ্জরুরবদি ফরগদবা।

মেম সাহেব: হায়! হায়! কনাদনো হায়রিবদো?

সিফাই: মেম সাহেব! লিচৈসে ব্রারে ঙাহাক্তং পোখাহনবনি। ফুজরগে (লৈমাইদা সেৎ সেৎ ফুরি)

মেম সাহেব: লিচৈদো কায়রগা অমা অমুক শিল্লু। হায়বা ইন্দবা মীদু ফুবদা লিচৈ ব্রাৎপা লৈতে ঐ ঙহাক পোখারুখিগে। নথৌ লেপকনু।

সিফাই: লেংশিনবিরো মেম সাহেব য়াম্না ব্রারম্মনি ঙসাইদগী অব্রাবা থবক ঙাক্তা শুবীরবনিনা।

ইবেমহল: হায়! নংগীদুবু সেৎ সেৎ থারিবদুবু কদায়দনো যদুদুবু নাখোকপগুম তৌইনে। ঐ উদ্রে হায়দনা লৈপাক্তা ফুববরে?

সিফাই: মেম সাহেব, হোরেল চৈফম য়েংলগা খংবিগনি (তপ্পা শোনবা) মচানেইনা ফত্তবা য়াবা ফৎত্রগা মরাল লৈজদবা মীদা সুম ফু-ফু হায়বসিনু করি ধর্ম্মনো, (শোল্লাংননা হায়বা)

ইবেমহল: করিনো মুরুম মুরুম শোল্লিবদুনা খরা ফু হায়রগা ঐ য়েংবা নুংঙাইতদুনা তৌবনি। ঐ চংলে নং ব্রাগনু। ফুখো, হায়বা ইন্দবদো!

যদু: নাহে নাহে তুমখরে, সিফাই: ও, যদুসে তুমখ্রমান্নে তুমজখ্রসনু।

ধিরেন: (আইজিপি গী ইউনিফোর্ম ফজনা শেৎলগা তপ্পা তপ্পা চংলকই; অদুগা সোফাদা তপ্পা ফমথরকই। মকোক পাইরগা উংদুনা লৈ।)

ইবেমহল: (ধিরেনগী মনাক্তা চংশিল্লগা তুমিন লেপ্তুনা লৈরি, ব্রা হৌদোক্কদবা কিদুনা লৈরি)

ধিরেন: কৈদৌরে নশা ওমদ্রবরা? তুমিন্না লেপ্পরিবসিনা...........।

ইবেমহল: (ধিরেনগী মনাক্তা তপ্পা ফমথরকই) ঐবু মহোই পাবুংদা করম্না তন্নসিগে............ ঐ মায়থিরে......... হৌজিক্তি মহোই পাবুংনা তাকপীখিবা পুম্নমক লোইনা য়ারক্তা তারক্লে।

ধিরেন: ঐ ভাব তাদ্রে ফজনা হায়রকউ। নংগী ডাইলোগতু করি হায়রিনো?

ইবেমহল: (ধিরেনগী মখোঙ কোল্লগা হিক হিক কপ্লক্লে) ঐ লাল্লে।

ধিরেন: কৈদৌরবগে কোক হেক হায়দোক্লো খোঙদা কোল্লগা খোঙনা করি খঙগনি ব্রাসু হায়দনা পীরাং অদুনা করিগীনো?

ইবেমহল: ঐ মাংজরে (কপ্লা কপ্লা) মহোই পাবুং ঐ মাংজরে মী হাৎলুরে মী হাৎলুরে।

ধিরেন: কনানা কনা হাৎলুরবা? ফুমদুনা থমলিবশিংদো ফুল্লনু।

ইবেমহল: (কপ্লা কপ্লা) নচানিপানা নন্দকিশ্বরবু নোংমৈনা কাপ্তুনা তৌরুরিবসি তাবিরবরো? ঐ য়াম্না লানখরে।

ধিরেন: নংনা হান্না তাজরম্বা ফরেদা। ঐ হৌদোক্নদৌবা তন্দুনা লৈরবনি। রিভোলবর অদুগী ঐ জেল চংবা তারি। হৌজিকপু ঐনা রিভোলবর অদু কদায়দগী লৌরুনি। অহনবা লৈরবসু নম্বরদি মান্নররোই।

ইবেমহল: রিভোলবর অদুবুদি নচানা য়ৌননবা হোৎনরকএ।

ধিরেন: হা!! রিভোলবর নংঙোন্দা লৈরবরো। ইস, কনাদা পীরকইবা ফরেদা।

ইবেমহল: অদুগীদি নুংশা থিবীরুরনু (পুথোক্তুনা পীবা)

ধিরেন: ইস! নুংঙাইজরেদা ঐ মসিগীদমক্তা কোক চিক্তুনা লাকঅবনি। হায়রগা (রিভোলবর অদু কোল্লগা চুপ্পা) কনানদি মফম অসি য়ৌনবা পুবিরকইবা ঐদি মাবু খুরুম্বা য়াই। মী অদু চৎখ্রবরো?

ইবেমহল: (তুমিন্না লৈ।)

ধিরেন: নত্তে, কনানা ঐখোয়গী য়ুম অসিদা পুরকপগে?

ইবেমহল: হরে কৃষ্ণ! ঐদি করম্না খুমগনি (মথন্তা তুমিন্না শোল্লি)

ধিরেন: Pain killer tablet অমত্তা পীরকউ।

ইবেমহল: (টেলবেট পুথোরকপা ঈশিং গিলাস অমগা পীরি।)

ধিরেন: কনানো? ঐগী থব্রায় কনবীবা মীদো মীবু কাপ্পুরবা নোংমৈবু পুরগা লাকইবদো ঐ মাবু অঙম্বা খরদং ওইরবসু পীখিবা ফৈ। অদুগা মনিরতনদি নাম্ভোক্লবগী উপাইসু লৈগদৌ মান্দ্রে।

ইবেমহল: ইস! মাদি কাপ্পম্মগা অদুম চেনখ্রে, হায়বদাইনে অদুগা কনানা করম্না খঙগদৌরিবা?

ধিরেন: ইবেম্মা! নচানিপাদুনা কাপ্পমদাইদা য়াম্না চাউথোক্লা লাউরম্মী হায়রি।

ইবেমহল: মাদি করি হায়না লাউরম্মীবা?

ধিরেন: হায়! নন্দকিশ্বর নংগী স্বার্গ চৎনবা বার্তননি হায়রগা য়াম্না পেন্না মীয়ামগী মমাংদা কাপ্লেএ।

ইবেমহল: অস, অদুবু মনিরতননা কাপ্পনি হায়বদি নত্তেদনা।

ধিরেন: নোংমৈনা পাল্লবা মতুংদা নন্দকিশ্বরনা অসুম্না লাউবম্মী হায়রি, ‘‘মনিরতন নংসে ওম্ভোক্লা পাংজদেদা’’ খুম্মী হায়রি।

ইবেমহল: অদু ওইরবসু মাবু হাৎপা তাদ-নবা ঐনা হোৎনরি। মহোই পাবুংনা মণিপুরগী খাইদগী চাউবা পুলিস ওফিসারনিনা থৈদোকপা য়াগনিদা। য়ারেইদ্রনে?

ধিরেন: ইস: নুংঙাইরেদা আইনবু ঐনা শেন্বরনে। অদুগী মথক্তা আইজিপি গী মচানা মীহাৎপদা আইজিপি না য়ারিবসিনদি মণিপুরগী আইজিপি সিদি মচা কন্নবগী খক্তনি অচুম্বা সুকতৌ তৌদ্রে হায়নবদা মীয়ামগী নচিনবু কনানা মেল্লুগনি।

ইবেমহল: ইস: অদুনদি ঐনা মহোই পাবুং লৈরি খল্লুবসিদি কান্নদ্রেনে।

ধিরেন: কারগী কান্নদনি ঐনা তলব ফংলিবসি ইমুংদা পুশিল্লক্তবরো ?

ইবেমহল: অদুদি থৈদোকপা য়াগদরা হায়দুনা হোৎনরিবসিদি হেন্না চাউথোক্লবা তারগদরা?

ধিরেন: কনাদা থৈজিনগে হোৎনরিবা?

ইবেমহল: (খ্বর শাংনা হোল্লগা) মাগী মমান্নবা যদু হায়বদু পাবুংগী নোংমৈ থিনবা লাকই।

ধিরেন: অদুবু যদু হায়বা অঙাং অদুবু চৎখ্রবরা..... হায়মী?

ইবেমহল: চৎ...... তরি লৈবনি সেক্রেট রুমদা...........।

ধিরেন: (যদু লৈবা মফমদা লাকই। যদু উপুনা চৈনা খাংদুনা নাহে নাহে অয়ো, অয়ো, ইমা হায়দুনা লৈরম্মী।)

যদু: (মথন্তা ঙাংজরি, ওহোকপনিদা ঐ......... মনিরতন্না হায়বা ইল্লুবদগী ফজরবা দশা অমা ফংজরেদনা। য়ু অহাওবা, পৈশাদি তিংদবা খরা থকউবদুগী ফলনি। পাবুং লাক্লগা করি থোকঅগদবা শিবা তাবা।)

ধিরেন: (যদু উরুবদগী ফৎ থোরকই অদুগা লাউরকই) ইবেমহল!

ইবেমহল: হরে কৃষ্ণ! ঐদি কমদৌনিসিদি (হায়রিঙৈদা থিরেন শাউনা চংলকই)

থিরেন: করিনো নংনা তৌরিবসে, নংসু আইজিপি ওইরবরা?

ইবেমহল: (থক থক নিকলে, অমরোমদা যদু ফুরম্বা সিফাইদুসু পাখংতুনা চেনখরে)।

থিরেন: (শাউখিবনা লোইরে মখুৎ মশা প্রোক প্রোক থেক্লুনা খাংসি, অমুকসু লাউরকই) ইবেমহল, যদু ফুবা সিফাইদু পুরকউ।

ইবেমহল: মহোই পাবুং ঐ য়াম্না লানখরে অমুক্তা ঙাকপীয়ু।

থিরেন: ইবেমহল, নংগা যদু ফুবা সিফাইদুগা অসিদা লাকউ। (মখোঙ থিনবা)

ইবেমহল: (মখোল থক থক নিক্লা) চেনফম লৈতবা ঐ লাকচরে। সিফাই মচাদুদি চেঞ্জখ্রসনু পুম্নমক ঐগী ইরাল ঙাক্তনি। (নিক্লুনা লেপ্লা)

থিরেন: নং যদুগী মখুৎ পুল্লিবসি লৌথোকউ, মমায় পুল্লিবসিসু নংনা লৌথোকউ। নং য়াম্না চাউরমলেনে। ঐগী ব্রা সুকতা তাদনা মী ফুহনবা ঙম্লবা। অসিবু ফুভম চাদনা ফুরুবদগী করিগুম্বা শিরম্মবদি কমদৌনি।

ইবেমহল: (কিনা কিনা) যদুগী মমায়গী ফি লৌথোকলি, মখুৎ পুল্লিবদুসু লৌথোকলি।

থিরেন: ইপাগী যদু নং খরা ব্বারম্মে, নং হৌগৎপা ঙম্মীবরা?

যদু: পাবুং নচা ঙমজখিগনি।

থিরেন: অদুদি হৌগৎলু নঙোন্দা পুল্লম্বা থৌরিদুনা নমাগী মখুৎ অসি মতুং লোমদা পুনশিল্লু। ইপানা হায়বা ইল্লু।

যদু: ইপা ইবুংঙো নচাবু ঙাকপীয়ু (হায়রগা থিরেনগী মখোঙদা কোল্লগা খুরুম্লি।) ইপা ইবুংঙো নচাগীসু ইবাল চাউনা লৈ।

থিরেন: নংগীদি করি নরাল লৈরিবা?

যদু: ইপা ইবুংঙো নচাসু ইরাল লৈ। মনিরতন সাহেবতগী চাথোক থক্তোকপা য়াম্না লৈখিনে। ঐখোয়না থকমিন্নবদগী থোকখিবা থৌদোকনি পাবুং।

থিরেন: ঐনা লোয়নমক খঙই। পুম্নমক্কী হৌরকফমদি নমা অসিনি। নমা ইবেমহলনা মচা মনিরতনবু মাঙহনবনি। নোংমৈ লোন্না পুষ্প্রবসু মানা খঙগদবনি। অদুবু মনিরতন্না রিভোলবর পুরগা চৎপদা মমা মানা উরবসু করিসু হায়দবনি। অঙাংনা পায়জববু পায়জসনু মপাগী নোংমৈনি হেক্তা হায়বনি। অ: ফরেদনা অঙাংনা মী হাৎলেদনা। মমাসু মী হাৎলমগদৌরেদনা।

ইবেমহল: (থাঙ্গে শেংনা কপ্পগা হায়রকই) ইমাগী যদু ইমা নঙোন্দা য়াম্না শেংনা লানখরে। ইরালসি কোকচনবা নংনা লিচৈ অদুনা ইমাগী নঙ্গল অসিদা ননিং থুংনা অমুক্তং ফুরম্মু অদুগা ইমাগী কায়রবা থম্মোয় অসে তাইশিনবরা য়েংগে।

যদু: করি ব্বারোনে ইমা! মমানা মচা ব্বারকপবু মচানা খুৎ হন্নবরনে। ঐগীসু ইরাল লৈবনিনে। ঐনসু ইমাগী পৈশা মাঙহনবা য়াওখিবনিনে।

থিরেন: ঐ লোয়না খঙই। মনিরতন্না মাঙজবদা নংসু থেংনরুবতনি। নংগা থেংনদ্রবসু মাদি অদুম মাঙজগদবা লৈরবনি মাবু তশেংনা মাঙহনবদি মমাসিননি।

ইবেমহল: ঐনি! মনিরতন্না পীয়ু হায়রিবমখৈ ব্বাত্তনা পীখিবদুনা ঙসিদি ঐসু ইচাগা কায়নবা ফংলে পুম্নমক ঐগী ইরাল ঙাক্তনি। ইচানা কাপ্পম্মীবা নোংমৈদু ঐনা পীবনি। ঐমক্লা পীবনি।

থিরেন: ইবেমহল নংনা ওসি খল্লকইবা ৱাখল অসি চঙী থরগী মমাংদা খক্ষস্বা তারবদি ওসি নংগী লচানা মী ওংলুদুনা ইমুং অসি মৈরক্তা লংশিল্লিবসি কঞ্জবা ওমমগদবনি। পোলোইদুনা হকচাং (মশা) কুমগ্রবা কান্দা শিদ হিদাক ফংদুনা করি কান্নগনি।

ইবেমহল: ঐ মমা ফত্তবীনি মচাবু মাওহনবীনি ঐ ইশানা য়াই। ইমাগী যদু নংনা ইমাবু অমুক্তা ওইবসু লিচৈ অদুনা ফুরকউ। অদুগা ইমাগী ইরাল কোকচগে।

যদু: ইমা, নচাবু ওাকপীয়ু মনিরতন সাহেবপু কন্নবা ঐ লৈজরি। ইমাগা উননবা থিবগী থবক্তু ঐ তৌজগে। ইমাদি মনিরতনগা কায়নরবদি শোয়দনা ওণ্ডরগনি। নচা চংখিবা য়াখিরোইদরা?

ফোন: ক্রিং.... ক্রিং..... ইবেমহল: হলো কনা ওইরবনো ও: ওসি সাহেবলা হোই, হোই, নখোয় সার পাম্বীবরা অমুক্তা য়েংওকখিগে।

থিরেন: (মাগী মোবাইল পায়খরে) করি করি পাও লৈবগে? অং, অং ফরে ফরে গুলি লৌথোক্লে হায়বা........ অ: শিজদবনা ফৈদা অ: ইয়াম্বদি অচুম্বসু পামইদা বদনামদুনি ইয়াম্বনা কিজরিবা.........।

ইবেমহ: (মাসু ফোন্দা তারি) (ইবেমহলগী ৱাখলদা...... ইস: ঐনা তৌরুরিবা প্লানশিংসে ঐ শিগদৌবা ওাক্তা তৌরম্মীদা। মশাগী জবান মশানা পীবা ওম্মগনি নাবা ফরগদি অদু-নদি যদুদা লুপা খরা পীরগা থেমজিনবনা কমদৌবা)।

থিরেন: নংনা করি খল্লিবা। নং যদুদা লুপা লিশিং তরাখক পীগ্রো মথাই খরা হরাওজনবা।

ইবেমহল: ফগনি, (যদুদা পীবা লুপা লিশিং তরা অদু লৌশিল্লগা) ইমাগী যদু সে: সে: নং মসি লৌদবা য়াদে। নপাবুংগী য়াথংনি।

যদু: ইমা! ঐ য়াম্নদি লায়রবা মীনি অদু ওইরবসু ইমাগা পাবুংগদগী লুপাদি

লৌজরোই। অদুগা পাবুংগা ইমাগগী পেন্নবা থবক্তি নচানা তৌজগে পৈশাসু দরকার লৈরবা কান্দা লৌজগনি। পাবুংগী ব্রাখলদো ওহোকনা ফজখরে।

খিরেন: যদু নং পৈশা পায়শিল্লু ইপানা হায়বা ইল্লু নংগী দরকারগী পীবা পৈশা নত্তে ঐগী দরকারগী পীদবা য়াদবনি। মসি ঐগী ওর্দরনি।

যদু: পাবুং নচানা লৌগদৌরিবা পৈশা অসি করিগী মতাংগীনো নচাদা তাকপীরো।

খিরেন: ইপাগী যদু: নংনা ঐগী থব্রায় কনবীবগীদমক্তনি। লৌরো য়ারেদনা।

যদু: করিনোনে পাবুংনা তাকপীরিবদুবো, পাবুংগী থব্রায়বু ঐনা কঞ্জবা ঙম্বরনে। করিসু লৈতবা ঐগুম্বা অমনা।

খিরেন: ইপাগী যদু ঐনা হায়রিবসিনি। নংনা ইপাগী রিভোলবরদু পুরক্লমদ্রবদি ইপাদি রিভোলবর অদু পীনিংঙাই লৈতদুনা ঐ ইথন্তা সুইসাইদ তৌজবা তারবনি। অদুনি নংনা ঐগী থব্রায় কনবা হায়বদুদি সে: সে: লৌশিল্লো ইপা পেল্লে।

যদু: ইপাদগী পৈশা লৌবা তারবা ফরে নচা লৌজরগে অদুবু পাবুং নচা ব্রা অমত্তা হায়জগে।

খিরেন: হায়য়ু নংনা হায়নিংবা ব্রা হায়বদা ইপানা মুন্না তাগনি। অদুগী মথক্তা নংনা লাক্লিংবা মতম খুদিংমক্তা ইপাগী থম্মোয়গী থোঙ লাউনা হাংলি।

যদু: পাবুংনা তাকপীরিবা অদুদা য়াওখরে নচানা অমুক হায়দ্রবসু য়ারে।

ইবেমহল: যদু! নং ইমাবুদি খরা ব্রারৌরমগনি ব্রারৌফমসু থোকই। ঐগী ব্রাখলদু য়াম্না চাউনা লানবা ব্রাখলনি। থম্মোয় চাউবা নংনা হেনপ্রে। ইচা নুংশিবগী ব্রাখলদা অফ-ফত্ত অমত্তা খঙখিদরে।

যদু: য়ারে ইমা হৌখিবা ৱা হৌখরে। অদু নচা অমুক চৎনবা তৌজরগে (তপ্না তপ্না তুরোই ঙাম্লোই চৎপা) শেক শেক্লুনা থোরকই।

ইবেমহল: নং চৎপা ঙমগদৌমান্দে য়াম্না শোকখ্রে। ইমানা ফত্তবদগী.....

যদু: ইমা য়াগনি। সিফাইদি খোঙদা নোংমৈনা পাল্লবা ফাওবা য়েক্লবগী লানফমদগী মরৈবাক য়ৌনবা লাকপা য়াওরিবনি। অসিদি করিসু নত্তে। (তপ্না তপ্না চৎখরে)।

থিরেন: করিনো ইবেমহল নংনা ঙসি তৌরম্মীবা থবকসে নং ঙাওরবনি।

ইবেমহল: অচুম্বনি ঐ ঙাওরুরে, লুপা খরা পীরগা ইচা মনিরতনবু কন্নবা খল্লুবদগী তৌখিবনি।

থিরেন: ঙসিগী ৱাখলদুদি তশেংনা ঙাওরগা চৎলবা মী ফাওবা য়ারোই! মনিরতন্না চেনজখ্রিবদু ফরবনি পুলিসকী মায়কৈদগীদি থিদবা য়াদবসু লৈরিবনি। থিবদা ফংদবা লাঙ্গ খুরুমউ ফংলগদি ঐনা কনবা ঙম্মোই।

ইবেমহল: ও!অদু ওইরবদি ঐদি অচুম্বা চৎপা পুলিস ওফিসারনি হায়দুনা চুরাছাবা ওন্দুনা নচা হাৎলগে হায়গদৌরিবরা?

থিরেন: ও: হো! ইবেমহল নংসিদি ওহ্লোকপনিদা, ঐগীসু অমত্তা ঙাইবা ইচানি। অদুবু আইনদি ঐনা শেন্বা নত্তে। ইচাগীদমক্তা মীনা চৎনদবা আইন অমা শেন্বা য়াবা নত্তে।

ইবেমহল: অদুনদি মহোই পাবুং! ফংবু ফংলবদি ফংফম থোকপা চৈরাক অদুম পীবা ঙম্বীগদরা?

থিরেন: হঞ্জিন-হঞ্জিন ঙাংনবা য়াম্না ৱাই। চেনখিবদু ফরবনি, অৱাবা খরা থেংনরগা অহল-লম্মন নুংশিরক্কনি। হায়নবা লৈ, লাঙ্গ শুকথা থাজরমদবা মীসু অৱাবগী পনখৈ য়ৌরকপদা লাঙ্গ খুরুমকই।

ইবেমহল: হে! ভগবান নিপাগী থম্মোয় করিনবু শারকপনো? মনিরতন

নংবু ইমানা উজবা ফংলোইদৌরি ইমাগী উপাই লৈত্রে। ইমাগী মনি-র-তন।

থিরেন: হন্দক্কী মতাং অসি থম্মোয় কনখৎনবা এক্সরসাইজ মখল অমনি, ঈশ্বরনা এক্সাম অমা পীরকপনি খল্লু। অদুগনে ঙসিগী অসুম হায়না ঐ খঙদ্রিঙৈদা মী ফুবা য়াদেকো নং নচাগী ৱাখলদা ঙাওরে হায়দুনা ঐ তোক্লবনি। নৎত্রবদি নং ঙসি ঐনা লোক-অপতা নমগদবনি (মথন্তা ঙাংবা-আইন্না ইচা ওইরবসু ফাদবা য়াদে। আইন্না কনাবুসু কিবা য়াদে। নুংশিবসু য়াদে, আইন্দি আইন্নি মনিরতনবু পনিসমেন্ট পীদবা য়াদে, ফংনবা থিদবা য়াদে)।

## ১৯ শুবা শিন
### (জিরি লম্বীদা মনিরতন)

মনিরতন লম্বীদা ইমোৎ মোৎলগা জিরি চৎপা বতা তোংনবা খামদুনা হোৎনরি। বস অমত্তা খাম্বদা লেপত্রে, মখোঙনা সুম চৎলি। চৎনা চৎনা নন্দকিশ্বরনা তুরমদাইগী ৱাঙাং অদু নিংশিংলকই। "মরুপ মনিরতন নংসে ওহ্বোক্লা পাংজখিদরেদা" হঞ্জিন-হঞ্জিন মনাকোংদা তাদুনা লৈরি। মথন্তা ঙাংজরি মা শোইদনা শিরম্মগনি। ঐসি মী হাৎলবনিকো। তাল্লক অদুদা চুরুপসু কন্না থকনিংই, ফুরিৎখাওদা লুপা অমা ফাওবা য়াওখিদরে। অদুবু হন্না হন্না ফুরিখাৎওদা হুমদুনা য়েংলি। মচিন থোরকই, অস: চুরুপ অমত্তা থকনিংশ্রেদা কনাগুম্বা অমদগী চুরুট নিরগা থক্লগে খল্লকই। চুরুপ থকপা মী লাকপরা? তুং-মাং য়েংলি। তুংলোমদা মোৎলবা নিপা অমা লাকই।

মনিরতন : তাদা, করিগুম্বা অমত্তং হায়জগে?

নিপা: করি হায়গে ইবুংঙো।

মনিরতন: তাদবু চুরুপ কা য়াওবীবরা?

নিপা: এ: নং চুরুপ থকনিংবরা হাওদি হাওতে য়াওরি।

মনিরতন: হাওতসনু মচৈ অমতা থকচগে থকনিংবনা ঙাওরে।

নিপা: সে: সে: (হায়রগা মচৈ অমা পীরি), ঐসু অমা থকখিগে (হায়রগা মাসু মচিন্দা চুপই) মসিগী নিশাসিদি থকপু থকনিংলকঅদি ইকাই ইকি কা লৈতবনি ব্বারবসু থকনিংই নুংঙাইরবসু থকনিংই য়াওদ্রগসু হেন্না থকনিংবনি ইনাও। (মৈখেৎ খেৎলগা চুরুপ চম্মীনৈ) লোক্লা মরোল অমা খুগল্লিবা অফবা পোৎ নত্তেদা, (তাল্লক্কুদা লোক খুবা)

মনি: থক্লিংবনা ঙাওখিদুনা (চুরুপ অদু ফৎ ফৎ চিংই) অস: নমথিখরেদ অসিদগী হাওতবা চুরুপতি লৈরমাখিদরা মৈখু থোকই হায়বগী থকপা তারেনে। মসিদি থোক হেক তোকথোকপনা হেক ফরবনি। তোকথোক্কে (লংথোক্কে তৌই ঙমদ্রে)। অমুক্কা ফৎ চিংই হে! চুরুপ নংনসু ঐবু ননাই ওইহল্লবা নং ঙসিদগী কায়নরসি (লংথোক্কে তৌবা) অমুক্তগা চিংখিগে অমুকসু চিংই। (চুরুপতা মুন্না য়েংই) নংগী নগুণসে চাউখরেদা, লংথোকপা ঙমহন্দে। নংনা ঙসি ঐবু ইকাই ইকি লংমা লালহল্লে। ঐগী পুন্সিদা নিরগা চাবা থকপা তৌরকত্রি। অদুবু নংনা ঙসিদি ঐবু ভীক্ষারি ওইহল্লবা নংগী চক্রি খাংবা ঙমদ্রে। ঙসিদগী বিদাই (হায়রগা লৈবাক্তা নৈথৎখরে। তাঞ্জা অদুদা বস অমা লাকলি, মনিরতন হন্দক লাক্লিবা বস অসিদা তোংহৌদবা য়াদরে তক্কে তকচরসনু ময়াইদা হেক্তা লেপ্লগে হায়রগা গাড়ী মমাংদা চপ লেপ্তুনা মখুৎ অনী থাঙ্গৎতুনা বস খাল্লি। বস ব্রেক খংফা ফাদুনা লেপ্পী।)

(ড্রাইভর অমদি কন্দক্টর অনী পুন্না লাওরকই), হোই করম্বা মীনো তক্লবদি নংবু নয়ুম হনবা ফংখিগদরা সিট অমত্তা লৈত্রে কারকঅনু।

মনি: সিট লৈত্রবসু য়ানি লেপ্লগা অসুম চৎচগে। (হায়রগা নমদুনা কাখৎলে।)

কন্দক্টর: টিকেট কৎলগা লাকপীয়ু। হুয়েং মখৈ অদুম হায়না তৌগনু করিগুম্বা ব্রেক ফৎলমদ্রবদি নংসু শিনি ঐখোয়সু ইরাল ইরৈ লৈজদনা মী তকলে হায়দুনা ময়াম চংদুনা ফুবীবদা শিগদৌরিবনি। অদুগা মমল য়ামখ্রবা গাড়ি অসি মীনুংশি য়াওদনা মৈ থাদোকপীনি। অচুম-অরানগী বিচারনা কোন্না তৌগনি, ভাব তাও ভায় নং অঙাং নত্তে।

মীয়ামসু: অচুম্বনি, ড্রাইভরগ কন্দক্টরগা মখোয় অনীগী পুক্নিদি গাড়িনা মীবু শোক্লুরবদি অদুম লোইরে। অচুম-অরান খংদে ড্রাইভর হাৎলো হেক্তা হায়বনি। হৌজিক্কীদু শোইরমগদবা খিত্তা ঙাইবনি।

মনি: ঐ ময়ামদা খুরুমজবি, ঐনা লাল্লে ঙসিগী সিমদি ময়াম্মা ঙাকপীরো।

কন্দক্টর: অদুদি সুম লেপ্লগা চৎপা তাবনি, কদাই য়ৌগদবনো ? ঐখোয়দি অঙাওবকা ওইরবোই নিংঙুরে।

মনি: গাড়িনা হেক খাম্বা মফম অদু ফাওবা। অঙাওবসু মাল্লবনি। ফিরোলসি খরা মোৎলে অদুননি। ................. গাড়ি মনুংদা ঙাহাক চৎলগা মাগী ব্রাখল নন্দকিশ্বর কু অমগী মথক্তা ফি অঙৌবা অমনা কুপ্লগা লৈরি। মমা তম্ফাম্না ফ্রং ফ্রং চোংদুনা নন্দকিশ্বরবু নন্দকিশ্বর, ননদকিশ্বর কৌদুনা কপ্লি। শিরব মচাবু হন্না হন্না কোন্দুনা চুপ্লি। মপা রোমেশসু ইপাগী নন্দকিশ্বর পুকচেল চাউবা, ইপাদি মাংজরেদো হায়দুনা কপ্লি। ময়াম্না মৈ মথক্তা থাঙৎখরে। মপানা কপ্না কপ্না মৈ চুরি। থম্বালসু ফিঙৌ শেৎলগা লুখ্রাবী অমগী মতৌগুম্না কপ্লি। অসুম্না হায়রি ঐদি অসুক নৌনা লুখ্রাবী ওইজবা ঙমজখিরোই মীনুংশি য়াওদ্রবা সংসসার অসিদা সতি ধর্ম্মনা হিংফম লৈতে। ঐবুসু পুবীয়ু ধর্ম্ম থুগাইনবা মী য়াম্না লৈরি হায়রম্মগা মৈ চাক্লিবা কু অদুগী মথক্তা চোংশিনখরে। পোলোইবা অদুদা থম্বালসু য়াওখরে। ঙাহাক লৈরগা অঙৌবা লৈনা ইকোই কোইনা য়ানবা দোলাই অমদা নন্দকিশ্বর তোংলগা পাইরকই।

নন্দকিশ্বর: ঐগী নুংশিরবী থম্বাল লাকও ৈলগী দোলাই অসিদা তোংমিন্নরসি। মীনুংশি খংদবনা থন্না লৈরবা সংসার অদুদা নহাক্না পামজবা সতি ধর্ম্মদু ঙাক্নুনা হিংজবা ঙম্লোই। মীনম্বা, মীনুংশি খঙদবা সংসার অদুদা অমুক পম্থরুরনু ঐগী চান্ন-থোইরবী। শোরারেলগী অম্বাপুরদা নুংঙাইনা নুংশি-ৱারি শা-শাদুনা লৈমিন্নরুসি।

থম্বাল: ননাওসু লাকচগে পাম্মুবা থৱায়গী মবুংঙো নুংশিবা, ঐবু থম্বীরমগনু, পুবীনিংবা মফমদা পুবীরো, তাইবং কন্না য়ৌরোইদবা মফমদা নংগা-ঐগতা নুংশি ৱারি শারুরসি, কল্লক চাউবা সংসারদা লৈনিংদরে। হায়রগা থম্বালগী খুজেং নন্দনা চিংখৎখিদুনা পুন্না ফম্মীন্নখরে। মতাং অদুদা নন্দকিশ্বরগী মমা তম্ফাসু কপ্পা কপ্পা চেল্লকই।

তম্ফাস্না: ইমাগী নন্দকিশ্বর ইমাবুদি হন্দোক্লম্লগা ইমৌবুদি পুরবরা? নবান্নিনা চৎকদৌরিবদু কদায়দনো? হায়রদুনা দোলাই ফংনবা মপান্বোম ৱাংনা থাঙ্গৎলগা লামদুনা হোৎনরি। ময়ুমলোমদা অমুক নিংশিংকই, আইজিপি থিরেনগী মখুৎ তুংলোমদা সিফাই অনীনা ফাদুনা থৌরিনা পুল্লি। সিফাই অমনা হায়রকই।

সিফাই: সার ৱারৌবীবা য়াদ্রে, নচা নিপানা মী হাৎলবনিনা নচা ৱারকপীবা ঙমহৌদবগী পনিসমেন্ট খরদি ফংবীবা তারে।

থিরেন: হোই! ইচা ৱারকপা ঙমহৌরগদি ইকাইবসি ফংলম্লোইদবনি। মানা ঙমখিবদগী মাসু অৱাবা নংলে, মমা-মপাসু লৈফম খঙহন্দ্রে। আইনগী মতুং ইন্না পীফম থোকপা পনিসমেন্ট পীরো।

সিফাই: সারগী ৱাঙাং তাজবদা য়াম্না নুংঙাইজদে সারনা নচানিপাদু পুথোকপা ঙমদ্রবসু লৈফমদি তাকপীয়ু ঐখোয় থিজরুগে। সারবুসু থাদোকচগে।

থিরেন: য়েংঙোই সিফাই মচাশা! এগী ইচা ওইরবসু মী হাৎপা মনিরতনবু লৈফম খণ্ডদ নখোয়না ঐবু হাৎলবসু করিসু কায়দ্রে।

সিফাই: অদুবুদি খরা তৌবা তারেনে হায়রগা থিরেনগী মমায়দা ফি অমুবা অমনা পুনখরে। অদুগা ফুবা হৌরক্লে।

থিরেন: ফুরো ফুরো য়াই ঐসু দন্দি ফংবা য়াই ইচাগীদমকনি শিরসু য়ারে। অদুগা ইচাদুগী লৈফমদি ঐদি তশেংনা খণ্ডদবনিকো।

ইবেমহল: কন্না লাউরকই হায়! সিফাই মচাশা! নখোয়সু নখোয়গী সার মক্তদা অদুম্না ফুবদি হাকমনখ্রে হে! ফুদবা য়াদবা ওইরগনা ঐঙোন্দা ফুররো। চৈখোল তাবদা ঐ শিখিবনা হেন্না ফরে।

সিফাই: মী হাৎপা পাপীরতনগী মমারা ফরক্তা লাংওকইবসে। মাগীসু পনিসমেন্ট ফংফম থোকই। মাসু মচাদুনা মী ফুরুরগা লাকপদা হরাওজবীনি। মচা অদুনা হেক তৌরিবমখৈ অদুম হরাওনা য়াবনি। লাকও লাকও নুপী পুলিস অনীখক লাকও মমাসি পুল্লগা পুরকও জবান লৌশি। (নুপী পুলিস অনীখক লাকঅগা পুল্লগা পুশিনখরে)। ইবেমহল কন্না লাউরকই, ''অয়ো ইমা ঐ শিরে'' হায়রিঙৈদা থিরেন লেকথরগা পুথোরক্লে মমা ইবেমহলসু লেকথরগা পুথোরক্লে।

মনি: গাড়ি মনুংদা কন্না লাউরকই '' হো ইমা! ঐ সিদা লৈয়ে''

কন্দক্টর: হৈমা করি তৌরে ভায় নংদি অদুক কন্না লাউরকইবদি।

মনি: ও: হো তাদা ঐ ঙাহাক উইরুরে।

কন্দক্টর: এ: নংদি লেপ্পা লেপ্পা মঙ মঙলবরা? শগোলদৌনা লেপতুম তুম্বা হৈবোরে?

মনি: ঐ ভাব অমা তৌরুরে। (তুমিন্না শোল্লি ইকাইখ্রেদা)

কন্দক্টর: কদায়দা কুমগদবনো শিলচর য়ৌরে ভারা পীরো।

মনি: শিলচর য়োৗরবরো? গাড়ি খাম্মদবরা ঐ কদাইদা চৎশিগে?

কন্দক্টর: গাড়ি খাম্মদবনি, লেপ্পগা লাকঅবনিনা লুপা ১০০।- খক পীরো।

মনি: কন্দক্টর সাহেব ঙসিগীদি ঐ পৈশা অমত্ত য়াওজদ্রে।

কন্দক্টর: ইস! নুংঙাইবীরেদা গাড়ী অসুক শাংনা তোংবীরগা ইলাই লাইনা পৈশা য়াওজদ্রে হায়রিসিবু করিনো? মদু য়ারোই।

মনি: (তৌফম খঙদদুনা ফুরিং লৌথোক্লগা) ফুরিৎ অসি লৌবীরো।

কন্দক্টর: ৱাহ! মশা খুৎফ সিনা পৈশা য়াওদ্রে হায়রিসিবু কিবু কিজেনে। তৌনু, তৌনু, খুৎ-শু য়াওনরক্কনি। পুলিস তাকউরো।

মনি: ইস! তাদা মদুদদি তৌবীনু ঐ য়াম্না ইকাইজে খুরুমজরি। মওং চাদবা দশা অমা তাদুনা তৌরবননি।

পেসেঞ্জর অমনা: মদুগী নিপাদা ঙসাই মখৈ লেপ্না লেপ্না মথন্তা কপ্লকপসু য়াওই, করিগুম্বা দশা অমা তারগা চেল্লকপা মাল্লি। থাগেরা থাদোকপীখ্রোদা।

ড্রাইভর: ও: থাদোকখ্রো ভায় হোরেল মাবু অমুক তুম্ফম চাফম কা অমুক তাল্লকঅবদি মহা বেরা থাংনগনি ইবান্নিগী ঙসিগী দাওনি।

কন্দক্টর: অস: ওহোকপনিদা পৈশা খরা ফংগদরা হায়রগা...... কুমদ-কুমথবিখরো নংগী অমোৎপা ফুরিৎকাদু পামজদরে।

মনিরতন: কুমথরক্লে।

# ২০ শুবা শিন
## (মনিরতন ইকাইবা নঙবা)

মনিরতন মাগী ফুরিৎ অদু মরেংবান্দা য়াল্ললগা চৎলি, চাক লাম্বনা খোঙ থাংবা য়ারক্রে। সড়কী মতাইদা ফম্মগা চাক্তি লাম্মে করি করম তৌরগা চাক চরা অমত্তং চাশিগে খল্লি। অদুগী তাল্লক অদুদা চাকচমাংদা য়ু থকখিবগী হৈনবী অদুসু লাকই। মচিন থোক্লকই হুইস্কী গিলাস অমত্তং থকচিল্লবদি অৱাবসি খরদি কাউহনবা ঙমগদবনি করম তৌশিগে? খোঙ্গ্রাও বেক পোকেটতা হন্না হুমদুনা য়েংলি। করিগুম্বা চাম্মা চৎপি অমত্তংগা য়াওরম্মবদি নুংঙাইনিদা খল্লি। চাম্মরক হন্না য়েংলবনি য়াওদ্রবনি। চাক চাদ্রিঙৈসিদা থক্তি থক্লিংখরেদা। ঐসে ঙরাং নহান্তা চাম্মা চৎপীগী বান্দল পুরগা য়ু থকপা মনিরতনদু ওইদ্রে হায়বসি হেক্তা কাউই। হে ভগবান! উপাই লৈত্রে ঐনা নহাল মখে লাঙ্গদা য়াম্না চৈখিবদুগী ফল ফংলিবা জাৎলা? হে! ভগবান ননাইনা সাঞ্জরে ঐবু চাক চরা অমত্তদি ফংহনবীয়ু হায়ন-হায়না চাক হোটেল য়েং য়েংদুনা চৎলি। মীতৈ হোটেল নৎত্রবদি লোন ফওনদদুনা হোরেল য়াম্না ফরক তানগনি। খল্লদুনা মীতৈ হোটেল থিরি। উচিন-নাচিন্না মীতৈ হোটেল মচা অমা থেংনরে। তাঞ্জা য়েংদুনা চাক চাফমদা ফন্লে। চাক অমা পীরো হায়াখ্রে "শোম্থাংননা" চাক চাবা লোইরদুনা খুৎশা হামদোক্লগা মচিন তৈথোক তৈথোক্লা মহাজনগী মনাক্তা চংলক্লুনা লেপ্লরে।

হোটেল মহাজন : অঙাংশা ইবুংঙোসিগী চাক্কী লুপা কয়া তারে (লাউরকই) মনুংদগী মীজাওদুরা?

মহাজন: মান্নি।

মনুংদগী: মদুগী মীজাওদুদি মী তরুক্কি চাক মথন্তা চাখিবনি, লুপা হুম্ফু লৌবীহৌরো।

মহাজন: ইবুংঙো মীজাও নংদি মী তরুক্কি চাক নথন্তা চাপ্লে হায়নে লুপা হুম্ফু খক তারে। (মী অতৈসু পৈশা পিনরি) পাবুং অসিমুক্তা লৌবীয়ু।

মনিরতন: পাবুং চাক্তি চাজরে, ঐবু করিগুম্বা অমত্তা হায়জগে।

মহাজন: ইবুংঙো হৌজিক ব্রা ঙাংনবগী মতম লৈতে, অতাবা পৈশাদু কোক হেক পীবীরম্মো। শেন হন্দোক-হঞ্জিন্দা লানবা য়াওরনি।

মনিরতন: পাবুং ঐবু তাঞ্জা অমা তৌরে,ব্রারী সিমতা অমুক্তা তাবীখো।

মহাজন: ইবুংঙো অসুক চিনখ্রবা তাঞ্জা অসিদা করি ব্রারীনো তাগদৌরিবদুবু ঐ ব্রারী তাবা শংখিরোই। নংগী পীগদবা লুপা ৬০ দো অমুক্তা হান্না পীথোরকও অদুগা কোন্না করিনো করিনো ঙাংনরসি।

মনিরতন: পাবুং পৈশাদু য়াওরমদরে পুল্লপ্পা তাহৌরমান্নে। (হায়রগ মমায় ইমক মকশিন্না মখুৎ জুর তৌদুনা লেপ্লি)

মহাজন: ইবুংঙো মোইরাং খম্বা মানবা মদু য়ারোই মী ৬ কি চাকপু নথন্তা চাথোক্লগা পৈশা য়াওরমদরে হায়বসিবু করি ব্রানো? কান্নদে, কান্নদে পৈশা পুথোরকউ, ঐ শাউরক্কদৌরি।

মনি: (করিনুংগী চারুরবনো খল্লক্লে, মপী ঈরা চেল্লক্লে, ও! পুক্কীদমক্তা অসুক য়াম্না ইকাইবা নংলবকো ঐমুক তোনবা কনা লৈরম্মগনি চাদনা শিরম্বনা হেন্না ফরমগনিদা)

ময়াম: অসিগী মীজাও অসি মী ৬ কি চাক চাথোক্লগা পৈশা য়াওদ্রে হায়রিবসিবু মমা মপাগী হোটেলসু নত্তনা কনানা য়াদোইনো? মসিদি ফুরগা ফগদবনি মশানা ফরিবা, ভীমদু মঙাই।

মনিরতন: পাবুংনা ফুবীরবসু ঐ চেঙ্গেরোই ঐ লাল্লুরবনিনা।

মহাজন: ঙসি নং অহেনবা ঈ খরা লৌথোকউরা ময়াম চংদুনা...... হা! হায়! কলিগী ভিম! ভিম নং ঙসি লুখাক শেংহনগনিকো।

মনি: অদু ফাওবা য়াজরে।

মহাজন: অদুদি তু: আদগী কুলি ময়াম চাখিবগী চায়রিবা অসি হান্না শেংউরো।

মনি: পরপ পরপ চংদুনা লুখাক শেংবা হৌখরে। (কোল লিক ফেংবগী মখোল তারি)

(বেক গ্রাউন্দ ঈশৈ)

হে! তাইবং মীওইবা পুক্কীদমক্তা,

নিংথৌগী মচাসু তৌহৈদবা কৈসু লৈখিদরে

পুক্কী মনাই ওইদবা ঙমখিদরে কনাসু

হে! তাইবং মীওইবা পুক্কীদমক্তা,

ভীক্ষা নিরি নিংথৌনা পুক্কীদমক্তা

পুক মানা লাল্লবা সনা লুপানা কৈদৌনি,

চাবা ফংনবা মীওইবনা তৌদবা করি লৈ

হে! তাইবং মীওইবা পুক্কীদমক্তা

পাক্তা কুম্বসু পুকচাক্কীনি মীওইবা,

চীংদা কাহনবসু চাক্কীনি মীওইবা

নিংথৌমচানা লুখাক শেংখরে, মীওইবা,

হে! তাইবং মীওইবা পুক্কীদমক্তা,

মনিরতন: হোটেলগী লুখাক শেংবা লোইখরে। মনিরতনগী ব্রাখলগী মঙ অমা নিংশিংলক্লে। নোংমা মমা ইবেমহলনা মঙোন্দা তৌখিবা থৌদোক খরা.....

ইবেমহল: ইমাগী মনিরতন! ইমানা নংনা চানিংবা ঙা রৌ হায়বদো ইমানা ফজন থোঙঙগা থম্মবনি। লাকও লাকও চাক চাথোকঅরো।

মনি: ইমা! ঐ চাক চানিংদে (মরৈ ইথাং থানা খুমই)

ইবেমহল: নংনা ঙসাই হায়রম্বদো ইমানা মদুমক থোংঙবনি ইমাসু নংগা চামিন্নবা ঙাইরম্বনি। নংনা চাবদো উরগা ইমানা নুংঙাইগে।

মনি: ইমা! নং চাথোকও ঐ চানিংদরে। অসুক চাউরবা ঐবু অঙাং মচাদৌনা সুম ঙাইদুনা লৈরনু ইমা নংনা ঐ ঙাইবসি তোকওনে, ঐ ইকাইরে। ঐসে ইখুৎনা চাক হুকপা ঙমলবনি।

ইবেমহল: ইমাগী মনিরতন, নংসে চহী য়াওদনা চাউখিবননি থুনা চাউমনখিদুনা ইমানা পোবা পাম্বা পেলহৌদরবনি। চহী ইয়াও য়াওদনা ঐঙোন্দগী খুদুপ অমা হেন্না ব্রাংথোকখরে।

মনি: অস: ঐখোয়গী ইমাসে তনখরে। ঐসে ঙসিদি ইম্মান্নবগী মথুমদা য়েন থোংবা পিক থন্না চাথোরকএ। রৌ থোংবদগী শরুক চাম্মা হেন্না হাওবা,........... নংগী রৌ থোংবদো চানিংদরে হৈদোকখ্রো। (হায়রগা ফম্মুংলোমদা হায়রং হায়রং লাকই)

ইবেমহল: (পৃখম পায়রগা তান্নরকই) নংনা চারকঅবসু ইমানা থোংবসি চখোম অমত্তং য়েংউ ইমা ইনবিগে (সে:সে: তান্নরকই)

মনি: অস: মীনা চানিংদরে হায়রবা মক্তদা ইমাসিদি ভাব তাজখিদরে (হায়রগা মখুৎ হায়দোরকপদা পুখমদা পাম্দুনা পুখমদু পায়রক্লগা থিরেনগী মমাঙ মক্তদা শ্রেং শ্রেং তারক্লুনা চাক ইন্সাং লোইনা হৈদোকখি।)

ধিরেন: মনিরতন নংন। খঃ। থকচিল্লগা চাক পুখমদা তাইনগনু। মসি করিগুম্বা মতমদা চাবা ফংদবগী অবাবা লাকখিনি।

ইবেমহল: মহোই পাবুংসিমা! ওহ্‌োকপনিদা চাক পুখমদি ঐনা পায়রকপনি। ঐগী খুত্তগী নাহ্‌োকখিবনি। নচা নিপানা লংবসু নত্তনা। মাদি য়ু থকপসু নত্তনা। ...........।

ধিরেন: ফরে! ফরে! ইমুংসিদা নল্লিবা য়ুনমসি নংনা থকপগী য়ুনম ওইরে। (হায়রগা মাগী কাদা চংখরে) (মঙ লোইখিবা) মীকপ থোরকপা।

হোটেল মহাজন: ইবুংঙো মীজাও লুখাক শেংবদি লোইরে। পুক্কীদমক্তা তৌহেন্দবা থবক অমত্তা লৈতবনি অদো নংগী নমিং করি কৌবা।

মনি: ইঙক ঙক্লা মহাজন্দা য়েংদুনা লৈরি। ঐগী মিং করি কৌসিগে।

মহাজন: কৈদৌরে ইঙক ঙক্লা য়েংলিবদি নমিং কাউখরবরা? নিংশিংলিবরা ?

মনি: ঐগী মিং......... আ: কান্ত কৌই।

মহাজন: অদু নং নপাঙ্গল ফনা উই শিং খরগা খাইরম্মগেরা?

মনি: য়ানি খাইজরমগে। (তপ্পা ঙাংই) হেক পোকপদগী শিংদি অমুক্তসু খাইরক্তরি......হৈনবা হোৎনবা তাবনি খরা চারুরবনিনা। সুম তৌরগা হৈরক্তনি লুখাক শেংদৌ শরুকপুদি শিং খাইবনা ফৈ।

# ২১ শুবা শিন

## (মণিপুরদা নন্দকিশ্বরগী যুম)

নন্দকিশ্বর ফম্মুংদা হিপলি। রোমেশ অমদি তম্ফাম্না নাকল অমমমদা ফম্লি। মচানা খরা খরা ফরকপগী হরাওনা মচা য়েংদুনা লৈরি। তম্ফাম্না মচাগী ব্বারৌবা মানবা, ফরকপগী হরাওবা মান্দবা অসিদা হায়রকই।

তম্ফাম্না : ইবুংঙো ইমাগী নন্দ নংবু নোংমৈনা পাল্লবা ফাওবা ঈশ্বরগী কৃপাদগী উচিন-নাচিন্না করিসু থোইদোকপা য়াওদনা খরা খরা ফগৎলক্লে। অদুবু নংনা করিমত্তা হরাওজদবা, ব্বারৌবা মানবা, মা য়াওরিবসিবু করি তৌরবগে? ইমাদা শেংনা হায়য়ু।

নন্দ: ইমা! মীওইনা পোকপা ঐখোয়সে অব্বাৎপা, অশোনবা অদুদদা মীনা হন্না-হন্না পল্লগা লংনজবদা হরাওনৈ। হৈ! শাফবা হায়নদি শুকলক লংনদে লংনরবসু থাগৎপা ওইনা খল্লি। শাফবা অদুনা শাউনিংদে। অদুগা মিৎ তাংবা অমদা মিৎ তাংবা হায়রুরবদি থাগৎপা নত্তবনিনা ব্বারৌনৈ।

তম্ফাম্না: ইমাগী নন্দকিশ্বর! নংগী পেন্দবসি ফুল্লগনু নমা ঐদি অপঙবীনি ভাব তাবা ঙমদরে নংনা পাম্বদো লৌথুপ লৌকোই লৈতনা দোং দোং হায়দোকউ।

নন্দকিশ্বর: হন্দক ঐগী মরুপ মনিরতন্না ঐগী অব্বাবসি য়েংবা নুংঙাইতদুনা অনৌবা মপোক অমা ওলহনবীরগে তৌবীরম্বদু ঐনা জ্ঞান তারকপদা অমুক্কসু হান্নগী খোঙ নাম্মা শোইবা অসিগা লোয়ননা অমুকসু হিংলরে।

তম্ফাম্না: ইবুংঙো! অদুম হাইবা হৌনদে। নংগী ব্বাখলদু করিনো?

ন্দকিশ্বর: মসি ইমাদসু পাবুংদসু ৱারৌজবা নৎচদে। মসি ঐগী ফংফম থোক্লবা ফল ওইরম্না তাই। মসি কনাদসু শিন্নফম লৈরোই। হৌখিবা পুন্সিদা কনাগুম্বগী মখোঙ থুদেকউবা য়াওরমগনি।

রামেশ: ইচগী পেন্দবা অসি লৈফম থোকই মীমান্নবা ঙমদবগী নুংঙাইতবা ঐখোয়না খঙদবা কয়া থেংনরমগনি। অদুনা হায়রিবনি। ইপা ভব অরে।

তম্ফাম্না: ইচাগী পেন্দবসি ঐখোয়না করম্না কোকহনসিগে মহোই বাবানা তাকপীয়ু। ইচাগী পেন্দবা অসিনা ঐদি পোত্থাফম খঙজদ্রে।

ন্দকিশ্বর: মসি ইমা! শেন্বদা থোক্কদৌ মান্দ্রে অদুবু মী অমা ওইনা পোক্লবনিনা ইমান্নবনা লমজেল চেল্লগা ঐনা চেনবা ঙমদবসি নুংদি নুংঙাইখিদ্রেদা।

রোমেশ: হন্দক্তি মনিরতন্না নমদুনা থবক শংহনগদৌরি। হন্দক্তি ইচাগী খোঙ নাম্মা অসি ইন্দিয়াগী ৱাংমা ওইরবসু পুংফ-ফনবা য়েংবা চৎলনি লুপা ফন য়াম্না চংলবসু ঙম্নবা হোৎনরনি। এ:এ: উকিল দেবেনসু মচানুপী থম্বালগা লাকই। করি হায়গদৌইনো?

উকিল দেবেন: কনা কনা লৈবগে? অমুক্তা চংজরক্নে।

রোমেশ: এ:এ: উকিল সাহেব লেংশিল্লকউ ইচা ইবেম্মা থম্বালসু য়াওরকই।

থম্বাল: পাবুং! তামো নন্দবু খরা ফগৎলকপরা?

রোমেশ: নখোয়! খ্বাইনা অসুক থৱায় য়াওনা হোৎনবীবসিদবু করিগী ফত্তনি। নংগা খঙনদবসু নত্তনা চঙঙগা হেক হংজরুরো (থম্বাল নন্দগী মনাক্ত চংলগা ফমখ্রে)

থম্বাল: তামো! ইফ ফগৎলকত্রিবরো কৈনো? থৱায় ইনুং নুংঙাইতনা লৈবগুম তৌই। পাপীরতন্না খরা লাকচখিবদুগী সুম খন্দুনা লৈবিরবরো?

নন্দকিশ্বর: নংনা পাপীরতন হায়রিবদো মরুপ মনিরতনবুরা? অদুম্ন খক্ হায়গনু নংগী করি দুস্মন্নি লৈনদুনা অদুম্না হায়রিবনো? মদু নঙোন্দা ফজবা ব্রাংলি নংদি লৈশাবীনি।

থম্বাল: তামোনা তাকপীরিবসিবু করিগুম্বা ঐসিনা মনিরতন্না হায়রিবমখৈ য়ারম্মদি ঙসিগী তামোগী দশাশি তারম্মোইদবনি অসিরা? অদুনবু ঐদি তামোদা য়াওবীরক্কনু হন্না-হন্না হায়জখিবদুনি।

নন্দ: ইহে! নংনা ভাব অমা থাল্লে। নংনা খল্লিবদুনা অমনি। ঐনা খনবদি মনিরতন্না পামজবা থবক অদুনা মঙ্গোল ওইরম্মবদি ঐগী অতেকপা খোঙ অসি ঐগী অমুক হন্না ওইররোইদৌবনি, অদুগী হায়জবনি।

থম্বাল: তামোগী ব্রাফম অসিদি ঐখোয়গী ব্রাখলদগী য়াম্না লাপথ্রবব্রানি। ব্রাফম অদুনা ঐবু করিসু ওইনা খন্দবা অমসু য়াওরি।

নন্দ: নংবুদি ঐনা শিবদা পুবসু য়ারোই, পুফমসু থোক্তে, করিগীসু পুরুনি।

থম্বাল: ঐনদি তামোনা খরা ফগৎলকপা য়েংউরগা খরা হরাওজরুগে খল্লগা লাকচরি। পাপীরতন অদুনা নোংমৈ অদু ঐঙোন্দা থোক কাপ্পীরম্মবদি ঐসু অনৌবা মপোক অমা ফংলম্বা য়াবনি। ঐগী মরমগীদমক মী কয়া ব্রানরে (হিক হিক কপ্পকই)।

নন্দ: (ফাগী তৌরকই) এ! নংবু কয়াম লিরবা মপোকনো? নংগী পুন্সি অদুবু চহী ২০ শুরবরো? ঐনা সুম ফাগী তৌরগা চা-ন্ননা কপ্পকইবসিবু হে! অঙাওবী অহলশিংনা উরগা করি হায়নি। অহলশিংদি অমত্তা লৈরমদরে। অদুগনে মনিরতন্না নংবু পামজবসিদি অরোইবীনি। নং মাগী পাপ্তি পুগনি।

থম্বাল: ঐনদি খরা নোকমিন্নরুগে কাইনা লাকচরি অদুগা কপহল্লে। অদুগনে তামো! মহাপাপী অদুগী ব্রাদি ঐঙোন্দা অমুক তাকপীরনু অদুগা ঐনা মাগী পাপনা করিগী পুগদৌরিবা?

নন্দ: ঐদি ঐগী মীমান্নবা ঙমদ্রবা ফিভমসিগী খল্লুবদা কারল তুরল পংঙাং ঙাংজবনি। ঐগী ব্রাঙাংদা নংগী পী তাখিবদু পাম্মুই তাহনগনু।

থম্বাল:এ! অদুখক্কী ওইরে, য়াম্না কা হেন্না শোনবসু নত্তবা! অদুগীদমকপু অদুক য়াম্না হঙ্কনা খনবীবা হৌনদে। মখোঙ অনীমক ককখ্রবা মী ফাওবা হিংনরি। অদু য়ৌনা থম্মোয় চাউরগা অমরোমদা অদুক শোনবরা?

নন্দ: অদোমদা খল্লুরগবুদি য়াম্না হেন্না খেন্নবা লৈরিদা, শামুগা ককচেংগা খেন্নবগুম খেন্নবা লৈরিদা, অদু ওইরবসু মী মান্নদবা হায়বসিগী পেশ দবসিদি নংনা লাম্বা ফংলরোইদবনি।

থম্বাল: পোলিও মকসু নত্তে, ঐখোয় ময়াম চংদুনা ফ-নবা লায়েংলগা শোইদনা ফগনি। অদুগা তামোনা ঐবু চংহন্নিংদবা অমসু লৈগুম তৌই।

নন্দ: নংনা মরোল অমা ব্রারৌগদবগী ঙাইবনে। ফরে-ফরে, ঐ করিমত্তা হায়জররোই। অতৈদি লায়রি নহাল ঐনা ওপরেসন তৌরিঙৈদা নংনা কপ্পদু য়াম্না ফজখি হায়নৈ; ঐদি উহৌদ্রে অমুক্তগা কপ্পুনে, ঐগী ইমাঙসিদা, ঐ অমুক্তা য়েংজগে, ব্রারৌগনবী ইবেম্মা।

থম্বাল: (মমিত্তা পী তানা তানা নোকলি) অদু ওইরদি নহাল তামোনা মনিরতনদা অমুক থিনবদা তুং-মাঙ কায়হন্দুনা ব্রাছহনখিবা খুথিন্দো ঐঙোন্দা অমুক্তং থিনবীরকউ অদুগা কপ্পগে থাঙ্গেশেংনা। অদুগা শোল্লিকাসু হায়রি। ইথা থাজদনা য়াম্না কল্লম্মীনে। (হায়রগা খুৎ পায়রগা চিংলি)

নন্দ: হৈ! অঙাওবীসিদি ফুরকওই খঙনা চিংলিবরা? থাদোকউনে।

থম্বাল: সিগী খুৎশিননিনে অমুক থিনবদা লুখমসু মায়সু কায়হনবদো।

নন্দ: অদুদি নমায়দু লুকথরকউ, ননা ফজবদু ফোইদৎকে।

থম্বাল: সে!সে! ফোইদংপীরো (মমায় লুকথৈ)

নন্দ: লুকপু লুকথরকইনহে। (হায়রগা মনা লৈথংলি) মনা সি লৈথংকে।

থম্বাল: হায়মা! তামো; চা-ননা লৈথংলে। এ:এ: নারে থাদোকপীরো? ব্বারকপা য়াম্না হৈদৌরিদা।

নন্দ: ঐনদি নপুন্সিদো অফবা মতিক চাবা অমদি চংখি-নবা খল্লগা নংনা ঐগুম্বা অমদা মাঙজরগেরা নং?

থম্বাল: (মরক থংনা) অস! অস! তামো করি ব্বাতানো মাঙজবা হায়বদুদি ঐনা হৌজিক শাউরকক্তনা মিঙ্গৌকা থক হোংদোরক্কনিকো। (অনিমক নোকমিন্নবা)

(লৈকোলরোমদা দেবেনগা রোমেশকা চিয়ার অমমমদ' ফম্মগা ব্বারী শান্নরি)

দেবেন: হন্দক্তি ডাক্টর সাহেব! ইচা নন্দকিশ্বরগী মখোঙ নাম্মা খিঙ নুংঙাইতবসি ইন্দিয়াগী ব্বাংমদা ওইরবসু ফ-নবা য়েংথোকঅসি। ঐসু অঙম্বা মতেং পাংজগে। ঐবু লান্না খনবীগনু।

রোমেশ: অং হোই! মমাগা ঐগসু মদুগী মরমদা খন্নরবনি! ঐগী ইচা অসিনা মখোঙ নাম্মা শোইবা অসিদা মাসু নুংঙাইত্রবা মাল্লে।

দেবেন: হন্দক ইচা নন্দকিশ্বরনা নিপা থোকপা থৌদাং অমা থেংনবীরম্বা অসিদি ঐগী পুন্সিসিদা কাওবা ঙম্মরোই। হায়বদি ইচা নুপী থম্বালগীদমক্তা তৌরম্মী হায়বগী ব্বা নৎচদে। নুপী ওইবী খুদিংমক্কী ঈজ্জৎপু মমল য়াম্না খনবীবা অদুগীনি।

রোমেশ: হোই! লৈশাবী অমগী ঈজ্জৎ কন্দ-য়াদবা মতাং অদু ঐখোয়গী অঙাং অসিদা থোক্লুরে। তাঞ্জাদু চেনফম থোকত্রবা মতাংনি হায়বা তাই। মতাং অদুদবু উশিন্নদনা লাকঅবদি নিপা ওইবগী গুণ য়াওদ্রে হায়না ঐনা লৌগনি।

দেবেন: কয়াদা ফজখ্রবা ব্রাখলনো? ডাক্টরগী পুকচেলদু থাগৎনিংঙাইনি। কান্নদবদা মী কল্লুবগী খুদোংথিবা মায়োক্লরে হায়দুনা ব্রারৌরমগদরা খঞ্জরম্বনি।

রোমেশ: এ:এ: অদুম্না খনবা হৌনদে, নুপী হায়বসিদি ঐখোয় পুম্নমক্কী ইমানি। পৃথিবীদা ফাওখিবা অকনবা পুম্নমক নুপীনা পোকপীবনিনে, অদুবু ইকাইথিবনি, অদুনা নুপীগী ঈজ্জৎ কনগদবনি।

দেবেন: য়াম্না ফজখ্রবা পুকচেলনি। অদুগা ঐখোয়না খঙহৌদবনা...... আ: থম্বালনা য়ুমদা তমদবননি। মাগী ব্রাখলদা মনিরতনদি আইজিপি গী মচানি; অদুগীসু মথক্তা মশা মউ ফৈ। ঐখোয়না তম্মুরগা শাউনরবদি, অহল- লমনসু শোক্লরকপা য়াই, কায়না খল্লবরা খঙদে।

রোমেশ: খল্লমগনি; মনিরতন হায়রিবা অঙাং অসিনদি মীওইদি ফজৈদো অদুগী মথক্তা আইজিপি গী মচাগা ওইশিল্লে।

দেবেন: অং হোই, মনিরতন হায়রিবা নিপামচা অসিনা থম্বালদা সুমদৌনা হায় হায়বি, নংগী নপানা উকিল ওইরগা কৈদৌদোইনো....... ? অদুনদি ঐখোয়বু মানা উশিংলমদ্রবা জাৎনি। সুম খল্লুবদা ইকাইজরক্লবনিনে।

রোমেশ: নো: নো: মসিদা করিসু ইকাইনিংঙাই লৈতে, মরমদি ঐখোয় -ঐখোয়দি য়ুম পু-নরিবনিনা খাগা-ব্রাংগা চেন্নবদা কনাগী কদায়দগী খংবা ঙম্নগদগে ?

দেবেন: অদুযুদি চুম্মী, ইশা ইশানা পু-নরিবা থবকশিংগী ঙম্নবা খনবনে য়ুমগী খনবনে হায়বু হায়রকত্রবদি ইচানুপীগী তৌফম থোকপা দিফেন্স কা নিংশিংবা ঙমদ্রে।

রোমেশ: করি করিগুম্বদা ঘড়িদি শিবা কাওরবা, অদুগা খুদাংদা পুং কয়া তারবা য়েংউবকা যাওখ্রবনি সাহেব!

দেবেন: ঐখোয়নদি অদোমদা খন্দুনা লৈবা, ইচাশিংনা খল্লিবনা শাউনরক্লগা খুৎ থোক্লরক্তনবা খনবা মাল্লি।

রোমেশ: অঙাংশিংনা খঞ্জরিবদুসু, অমরোমদদি চুম্মীবা মনিরতনগী লমহেনবা শারমচৎ অদু উকিল সাহেবসু তারগদি খুৎ থারসিরা খল্লকপা য়াওরকপা য়ারিবা, অদুনা মখোয়সু পাউ তমদবা ওইগনি।

দেবেন: ব্বারৌবীবদি য়াদে ঐদি ইচম চম্না ব্বা অমা হৌদোকচরগে খল্লিবা।

রোমেশ: হেক্তা তাকপীয়ু; ঐখোয় মশেল অফ-ফত্ত খন্নগদবনি।

দেবেন: (তুমিন শোঞ্জবা, হায়রশিরনে, ঙাহাক লৈরগা হায়রগে) মী হাৎকে তৌরম্মীবা মনিরতনদি ঐখোয়না ফা-ননবা হোৎনদ্রে। মানা হন্দক তৌরল্লিবসিদি তশেংনা মরদর এটেম্প হায়বা য়ারে। অদুগী মথক্তা লম্বীদা কলেজ কাজরকপী ছাত্রি অমবু কিদনেপ তৌনবা হোৎনরম্বা অদুগীসু চাউরবা মরাল অমা লৈববনি। মসি পারা অমা তম্বীবদি ফরবনি।

রোমেশ: এ:এ: তৌবীখিনু ইচা লৈশাবী অদুগীসু খরা য়েংদবা য়াদ্রি। মাগী মরমগী থোকখিবা ব্বাথোকনি হায়দুনা শরা শনপ্লগনি, অদু ফজদে।

দেবেন: অদোমদা ঐখোয়না খল্লিঙৈদা, মখোয়দি ঐখোয়সু উশিত্তবগুম।

রোমেশ: নত্তে! নত্তে! ইতৌমা ইবেমহলদুসু মহৌশাদি মশক মতৌ ফ-ন ফজরম্বনি। অদুবু হৌজিক্তি ময়াংসু কংশিনখ্রে, কুচু ককা মুশিন মুরবনি।

দেবেন: মদুনদি ঐদি পেন্থোকপা ঙমজরোই, খরা খঙহনগদবনি।

রোমেশ: এ: মখোয়গী ইমুংদুসু য়াম্না ব্বা-নরম্মগনি। ঐখোয়না খঙদবগী তৌবনি।

দেবেন: ৱারম্বা যাই, মসা, মখোয়গী মচা খক্তগী মরান্না ৱাজবনি। ঐখোয়না তৌফম থোকপা তৌরকপগী ৱাবদি ফংদরি হায়জরিবা।

রোমেশ: অদুবুদি য়াম্না চুম্বা ৱাফমনি।

দেবেন: মচা অদু পীক্লিঙৈদগী হৌনা লম হেলহনখিবনিনা মচানা মী ফুরুরগা হরাওজবা, মীদুনা নারমগদবদি খল্লুদবা।

রোমেশ: ভাব তাজদ্রবদি তাজদ্রসনু, লমনদি ঐখোয়না শিংলরোইশি কনাগুম্বনা পাঙদে হায়গে হায়জসনু। ঐখোয় পুন্নমক্কী মথক্তা পুন্নমকপু উবা অমা লৈরি। খরা খজিক ত্তপচরবসু ভাইঙমদবা তৌরোইসি।

দেবেন: ৱাফমদুবুদি য়াম্না ফজবা.........। অদুদা ঈশ্বর য়াম্না থাজমল্লবসু মীনা সুম কাখৎলকপনা হেল্লোইদ্রা হায়জরিবা।

রোমেশ: ভাব তাদবা কাংবুদি কাখৎলক্লবা হোৎনরকপা য়াই। মাগী মতম মাঙজ-নবা।

দেবেন: হোই; ফিংবা হেনমনবদগী মাঙবসু লৈতবা নত্তে। কনাগুম্বদি মচাদা থাংনা য়াল্লম্বা মীদু তান্নখ্রিঙৈদা মচাদু হোস্পিতালদা হান্না পুহৌদদুনা শিদবসু য়ারম্বা মচাদু অদুম শিবসু য়াওরি। ঐসু খঙজে।

রোমেশ: তো: তো: মচা অদুনা শিরমদাইদা হায়জনিংবা লৈরবসু নংহৌদ্রে। মচা অদু ৱারৌ-ৱারৌনা অদুম শিখ্রবনি। মদু ফাথবা ঙমদবা অশাউবগী ফলনি। শাউগনবদগী পাখৎপা পোকই, পাখৎপদগী শিবসু য়াই।

দেবেন: ঐখোয় ডাক্তর সাহেবকী ইং, তপ্পা শাউগন্দবা, পুকচেল ৱারকপা হৈবা অসিনা, শা, কৈ গুল্লবা ফৎত্রবা মী ফাওবা ইকাইবা খঙহনবা ঙমগদৌরি।......... তৌববুদি তামো ধিরেন্দো য়েংবা নুংঙাইত্রবনি।

রোমেশ: এ: হান্নগী ধিরেন নৎত্রবনি, ময়াং ফাওবা কংবগুম তৌরে। অদুবু ঐগী মায়কৈদগীদি ৱেল কমনি। মানা লাকচদবদি খঙদ্রে।

## ২২ শুবা শিন
### (ইবেমহলগী তেংথাখোল)

(ইবেমহল মনিরতনগী শটো কোল্লগা হিক হিক কপ্লি)

ইমাগী মনি! মনিরতন নংবু কন্দাইদা লৈরিগদগে? ইচাবু চানা ফংদবগী ব্রাবনে, লোৎনবগীব ব্রাবনে তুম্ফম চাফম খঙলম্মরোইদকো তুম্মিং কাং মরক্তা ওহ্রোক্লা ব্রানা খাংলিনিদকো। ইমাদি নংগী খনবদা শিনসু ঙমদবা, চংবসু ঙমদবা ওহ্রোক্লা ব্রারেদা। থম্মোয় কায়রগা মিৎলুগী পীরাংনা মনিং তম্মা লাউনা-খোঙনা চেৎহনবসু ঙমজদে, ঙল্লবদি খরসু য়াংগদবনি। ইমাদি ব্রারেদা! ইচা নুংশিবদা অখাকপা থমহৌদবগী ফলনা ঙসিদি ইচাসু, মপাসু, ঐসু লুরবা ঈয়াইদা পুন্না ঈরাক্লহল্লে। মসি পুন্নমক ঐতনা থোকহনবনি। (হায়রম্মগা সোফাদা তুমথখরে)

(ইবেমহলগী মণ্ড)

মনিরতন লম্বীদা য়াম্মা মোৎনা চৎলি। লম্বী চৎপা নিপা অমদা লুপা ১০ দং পীবীয়ু নিজরি।

নিপা : চৎলোহে থবক্তি শুনিংদনা নপাঙ্গল অদুক ফরগা নিবা ইকাইদরা?

মনিরতন: তামো চাক লাম্মন্দুনা তৌবনি।

নিপা: নিরগবু চাবা হৌনবরা? নপাঙ্গল ফ-ন কল্লবসু মীনা উশিংখিরোই। তনগনু শুরগা চাউ। ব্রাখল নুংঙাইবনি।

মনি: থবক শুফম লৈগদরো? শুগেনে। অমোৎ-অকাই নালা শেংবা ওইরবসু য়াই। চাক লাম্মনখিদুনা হায়বনি। চাক চারক্তা য়াম্মা কুইরে। ঐ শিগদৌরে।

নিপা: উ য়াল্লুশি আ: অদসদা ঐগা চৎমিন্নসি (হায়রগা পুখ্রে)।

মনি: উজাও অমা য়াল্লি। (মবুক থবৎ তৎলি শ্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লি) ইস: ৱাখরেদা ঈশিং খরা থকখিগে হায়রগা লোক্কী ঈশিং তারকইবদু মখুৎনা য়ারগা থক্লি।

নিপা: হৈমা! নংদি চাক লাম্মে হায়রগা ঈশিং হান্না থকচিল্লবা।

মনি: চাকাই হোনেল উ য়ানবগী পৈশা ফংলগা চাগদবনি। খাংবা ঙম্মক্রে লাম্বনা শিগদৌরে। অমুক্কসু য়ারগা থক্লবা তৌরি। (তাল্লক অদুদা সিফাই খবনা মনিরতন উবরা হংলি, ঙা খরদা।

খন্দুনা: তু! আদা ঈশিং য়ারগা থক্লিবসিনি।

সিফাই অনীখক চেনশিল্লক্লুনা মনিরতনগী মখুৎ ঈশিং য়ারিবদু নাম্মা নাম্মা চিংথোক্লুনা ঈশিং মরী অদু মখোঙ অনীগী কারক্তা জোরো জোরো তারি। ময়াম লাওনরকই )পাপীরতন ফাখ্রে ফাখ্রে মসিদা! সিফাইনা ফুবদা শিরবদি লৈবাক অসি ইংঙগনি। ঐখোয়সু খরা ফুহৌশি (হায়দুনা ময়াম চংদুনা ফুরি। খরনা হায়রকই), নুংঙাইবরা নহালমখৈ নংতনা মী ফুবনি ঙসিদি নং অমুক চৈ চারো। (সেৎঃসেৎঃ থারি।) মনিরতন, ঐ লাল্লে লাল্লে (হায়দুনা মখুৎ খন্দুনা খাংলি।) (তঞ্জা অদুদা নন্দকিশ্বরগী মপা রোমেশসু চৈ অমা পাইরগা চেনশিল্লকই) নংনা ইচা মরাল ইলৈ নৈতবদা করিগী নোংমৈনা কাপ্লম্মী (হায়রগা শেৎ শেৎ থারি।) মপা ঐ অমা ইচাউ চাউনা লৈরি খঙদরা? (থম্বালগী মপা দেবেনসু লাকই।

দেবেন: হায় মনিরতন হায়বা, নংনা ঐগী ইচানুপীবু নংনা পামই হায়দুনা মসানদি য়াবীদনা লম্বীদা হেক্তা ফাবা য়াবরা? নরমচৎতি শাগী শাজৎ চৎলগা, নপানা আইজিপি ওই হায়দুনা তৌবরা? হায়রগা (মখজাইদা খুপাক্লা সেৎ:সেৎ: থারি)

মনিরতন: পাবুং ঐ লাঞ্জরে হন্না হন্না লাউরি। অয়ো ইমা! ঐ শিবা তারে (কপ্লি)

রোমেশ: ও: নং হৌজিক্ত নশানা লাল্লে, হায়দুনানিবা ঐনা নন্দকিশ্বরদা নোংমেনা কাপ্পনি হায়দুনা চে অসিদা ইরগা নশাগী সিগনেচর তৌ।

মনি: মশানা ইরগা সিগনেচর তৌখ্রে। যদু নংসু লাকই।

যদু: মনিরতন সাহেব! নহাক মখেদি নংনা মী ফুরগা ঐখোয়না হয়াওজবদুগী পাপ থোক্লবা ঐখোয়সু মীনা খরা ফুহনবদি ফৈ এসু খরদি মহাও তংলক্‌ই।

মনি: যদু: নঙোন্দদি কনানা ফুরকইবা? নখোয়সু ঐগা ইত্তহংগী অম্বা খরা নংলবরা?

যদু: (ফুরিৎ লৌপোকঅগা মনজুন ওনশিল্লি) উরবরা? চৈফমদু নংগী ইমা ইবেমহলনা সিফাই থাজিন্দুনা ফুহল্লিবা।

মনিরতন: ঐগী ইমা-নদি করিগী নঙোনদা অসুক শাথিনা ফুহল্লিবা মুশিল মুশিল মুনা শাংনা শাংনা তারিবা চৈফমদু ঐ য়েংবা ঙমদরে। হে! ইমা নংদি ঙাওবরোইরে।

যদু: মনিরতন সাহেবনা পীরম্বা রিভোলবরদু থিনবা চৎলুবদা নংনা নন্দকিশ্বরদা নোংমৈ কাপ্পদো ঐনা কাপ্পনি হায়যু হায়বা: ঐনা য়ারুদবা। অদুদা ইমানা ঐবু ফুহল্লিবা। মী থাজিন্দুনা।

মনি: এ: ঐগী ইমাসিদি মচা খক্তা নুংশিবা ওহ্লোকপা ইমানিদা অদুগীবু অদুক থিনা নঙোন্দা ফুরকইবা। য়াম্না চাউনা লাল্লেদা।

যদু: অদু হৌজিক্তি নংনসু নশানা কাপ্পনি হায়দুনা সাইন তৌখ্রে। ইবান্নিনা কাপ্পা তারনি ফনদুম ফরে। (ইবেমহল খংলাউ লাউরকই) ইমাগী যদু ইমানা লাল্লে। (ধিরেন চংলকই খোঙজুপ মখোল তারকই)

ধিরেন: হায়! ইবেমহল করি তৌরবগে? নমঙসু করিসু অদুম কারল তুরল খন্দুনা লৈরবরো? জ্ঞান তারবরো সোফাদুদা অদুক য়াম্না কন্না তুস্মবরা?

ইবেমহল: ইস! হে ভগবান! ওল্লোকপা মগু অমা শাংনা মঙইদা। (মমায়দা মখুৎনা নাম্বরগা মপুরোইবা ধিরেন্দা খোঙদগী তোন ফাওবা মুন্না য়েংদুনা লৈরি)

ধিরেন: কবিনো অদুক মুন্না য়েংসিবদুবু নংবু ঙাওগদৌরিবরা? নশাদু পোত্থাবদা ৱাখলনদি পোত্থাবা লৈত্রবানিনা নশাদু য়াম্না শোকাচিল্লকপা তাবে। খরা কাউথোকপা [illegible]

ইবেমহল: মতোই পাবুং নং অসি ওল্লোক্লা শিংখরেদকো নংনা হায়খিবা পুন্নমক অমত্তা চিত্থদনা লোইনা [illegible] মথঙ তারকই।

ধিরেন: [illegible] উরে ঐদু থাগৎলকই [illegible]..........।

ইবেমহল: অসি য়ৌনা শিংখ্রবা [illegible]-মাঙগী [illegible] উখ্রবা নঙোন্দা [illegible] ওইদ [illegible] ঙজরিবা।

[illegible] অদুক থল্লকইবা? [illegible] ওইদবা ঙাংবা হৈবরো?

ইবেমহল: নংদি হৌখ্রবা ওইরিবা, ওইবক্কনৌ [illegible] পুন্নমকপু খঙবা ঙম্বা [illegible]গুবনি।

ধিরেন: [illegible] নংগীদুবু থাগৎলিবরা [illegible] য়েংলিবরা? হা!

ইবেমহল: [illegible] জবনি। [illegible] পাবুং ঐনা নংবু ইপুরোইবা ওইনা ফংজবসিদ ঐনা হৌখিব মপোক্তা করি দান তৌজরকপগী মহৈননো [illegible] ঐ ইথক্ক চাউথোকচরি, পেঞ্জরি।

ধিরেন: হোইনে, হৌজিকপু নংগী ওইদববরো? মায়োক্লবা ৱাফমদা খুমগদবদি খুমহৌদ্রগা মীদু চংখ্রগা খুন্দম থোকপা নিংশিংলকপদি করি কান্নগনি।

ইবেমহল: অদুনিনে হৌজিক্তা নিংশিংলকইবসে। কোন্না শিংঙকপা কান্নদবদু!

খিরেন: অদুবু নচা কন্নবগী প্রজেক্ট ওফ মাইনদি অঙকপদা লৈনে। কনামত্তদা হংনরুবা লৈতে। থুনা থুনা শেমখ্রেনে।

ইবেমহল: ঐনা খুদক খুদক্তা পংশাদা শারগা খুমজিনবদু মহোই পাবুংনা খঙবীবরা?

খিরেন: (হা! হা! নোকই) মসিগী নুপীসিদি ওন্থোকপনিদা। নংবু থনুংদা লোন্না কপ্তুনা নশক্তু মুশিন মুশিনখরে। য়েংবা য়াদরে খরসু কাউথোকপা তম্মুনে।

ইবেমহল: অদুবু মহোই পাবুংসু নচাদু কদায়দা লৈবগে খরসু তুমিন তুমিন পাউ লৌবীবদি য়াবনি.........। তৌবীদে।

খিরেন: ইহে! ইবেমহল! ঐ অসি মনিরতনগী মপানিনে ঐসু তুমিন তুমিন য়াম্না কন্না থিরিবনি। ঐসু ইচাদু নুংশিবদা ঙাওরিবনিনে। কপত্রগা ইচা নুংশিদবা নত্তেনে। খাঙফম খঙদ্রিবনিনে।

# ২৩ শুবা শিন

## (ডাক্তর রোমেশকী লৈকোল)

(রোমেশ ঈশিং পেরে অমা পাইরগা লৈ পাম্বীশিংদা ঈশিং চাইরি। দেবেন লাউরকই) ডাক্তর সাহেব! অমুক্তা চংজরক্কে।

রোমেশ : এ: উকিল সাহেব লেংশিল্লকও গেট লোন্দবনে।

দেবেন: এ: ইশানা হেক্তা হোৎনবীরেনে।

রোমেশ: হোই ঈশিং চায়বীবা অসিদা লৈশিংসে হরাওজরি, ঐসু মখোয়গী হরাওজবদুদা ৱাখলসি ময়োল চোংহল্লিবা।

দেবেন: অদুনদি লৈ পাম্বীশিংসিগা ডাক্তরগা ৱারী শান্নরবা!

রোমেশ: মদুমক হেক হায়বা য়াই ঐ হেক উবগা কেশিল্লকপগুম তৌরিবনিনে। ঈশিং খরা পীথকই হায়বগুম্লি।

দেবেন: অদুনদি লৈ পাম্বীশিংসু মশা ঙম্মক্তবা য়াওরকপদা...... ঐখোয়....... ডাক্তরনা লায়েংবীবা য়াওরম্বা তারে।

রোমেশ: মদুমক তৌজরি হায়জবা য়াই। মনা খুইথরকপা উরবদি করিগী খুইরক্লিবা তিন লৈবরা হেক হেক য়েংবীবা, তিন অদু থিরগা ফাদোকপীবা........ তৌজরিবা।

দেবেন: হোইনে, মদুসু চপ চাবা লায়েংবনিনে মখোয়সু মশা ঙমদ্রে তাক্তি তাক্লকই হায়জরিবা।

রোমেশ: তাক্লকই। মনা খুইথরকই কংশিল্লকই মদু ঐখোয়দা তাক্লকইবনি, অদুনা অঙাংশিংনা ঈশিং চাইবদদি খুইবসু উবীদে, কংবসু উবীদে।

দেবেন: হোই চাইফম থোকপগী চাইবা দন্দি ফংদনবা চাইবা হায়বদুনি।

রোমেশ: অশেংবনি অদুনা ইশানা তৌজরিবনি। অসিসু জীব মখল অমা য়োকপনি, ব্রা ঙাংবা ঙমজদবা চৎপা ঙমজদবদনি মনাক্তা মৈ থারক্লবসু চেছোকপা ঙমজদবা শারে শিগদৌরে হায়বসু ঙমজদবা (মতাং অদুদা গেটলোমদা অনাবা অহল অমা লাকই)

দেবেন: ডাক্তর সাহেব গেটলোমদা পেসেন্ট অহল অমা লাকই।

অনাবা অহল: ডাক্তর সাহেব! অমুক্তা চংজরক্কে।

রোমেশ: হেক্তা লেংশিল্লউ গেট লোন্দবনি।

অনাবা: ইবুংঙো ডাক্তর সাহেব ইয়াম্বসে কোক য়াম্না চকই, খ্বাংসু না... হকচাংসে অমত্তা শম্নদবগুম তৌরে। লোয়না ইতেক তেক্লে...

রোমেশ: য়েংশি য়েংশি! মশা পাইরগা য়েংই। টেম্পারেচর য়েংই। ... হিদাকসু পীরে। গুলি অসিনা নোংমদা অহুম্লক য়োৎপীয়ু ... অসিনা চাক চারগা থকপীয়ু চাম্মচ অনী অনী অদুগা অমুক ...

অনাবা: করি লায়নানো সাহেব! লৌ মতমসিদা নাখ্রবদি ... অমা ব্রাগদৌরবা অদুদা হেক্তা চেঞ্জরক্লবনি।

রোমেশ: লায়হৌ তৌগে তৌবনি। নাবা য়াবা নত্তে তাদা য়োৎশাক পায়বগী লু-য়াং খরা নাবনি করিসু তৌরোই খল্লি।

অনাবা: অদু সাহেবনা হিদাকসু পীবীরে, হিদাক্কী মমলনে লায়েংমনগী লুপানে কয়া কৎচরম্মুগে?

রোমেশ: লায়েংমন্না গভর্নমেন্টনা পীরি, অদুগা হিদাক্কী মমলনা হিদাক শারকপা কম্পনিনা তাদখোইগুম্বা মরম ওকপা লৌমীদা লেম্না পীনবা ঐখোয়দা থারকপা লৈ। অদুনা পৈশা লৌজররোই।

অনাবা: পৈশা শুক্লৌ লৌবীররোইদ্রা? মদু নুংঙাইজদে লুপা ২০ সিদং

থমজরমগে। ৱারৈবান্, খরা লৌবীয়ু।

রোমেশ: অশেংবনি লৌজররোই লুপা ২০ দো লৌগী হার লৈবদা মতেং মতেং ওইবীরুরো। ফৌ য়াম্না থোকহনবীয়ু ঐখোয়গী শরুকসু য়াওরিবনি।

অনাধা: ইস! ইকাইখরেদা, লায়েংমনসু লৌদ্রবা হিদাকসু লেম্না পীবীরবা। সাহেব! নুংঙাইবগী মথক্তা নুংঙাইবা ওইরকখোকো। অদুদি ইয়াম্বা য়ৌজরগে।

রোমেশ: হোই, হোই তাদগী বরদু ওইনা লৌজহৌরগে। মদু পৈশাদগী হেন্না মমল য়াম্বা পোৎনি।

দেবেন: অদোম্বু লমদম অসিনা করিগী নুংশিদনি। লৌ, ইংখোলনা ফাওবা নুংশিরনি

রোমেশ: চুম্না সুম লেংঙকপরা? চা পাইবীয়ু (অনীমক চিয়ার অমমমদা ফম্মগা চা থকমিন্নে)

দেবেন: সাহেব: মনিরতনসি খরদি হেনমনবনি পারা খরদি তম্বীবা য়াবনি। সোমগী পুকচেল অসিনা চাউমনবসিনা।

রোমেশ: মসি সাহেব, ঐদি উপর ৱালাগী মখুত্তা অদুম শিন্নজরে। হায়দি য়ুহার হাবা, নোং-নুংশিৎ তৌবা অসিগুম্বসি সাইন্সনা অমদি সিফাইনা নোংনৌ নৎত্রগা করিগুম্বা খুৎলাই অমত্তনা থিংবা ঙমদে হায়জরিবা।

দেবেন: (নোকই) য়াম্না চুমখ্রবা ৱানি ঐখোয়না শুকখন খন্দ্রিবা ৱানি অদুনা নোকচবনি ৱারৌগনু।

রোমেশ: (নোকমিন্ননবা) সুম হায়জরিবনি। অদোমগী নুপীমচা থম্বালদি পুবীরকত্রব্রা? ঐদি নুংশিজবনা মাগী শক্তাদু পেরি পেরি তৌবা অদুদা হেন্না নুংশিজপ্রে।

দেবেন: এ: ইকাই ইকি ৱাংমা লান্না কপ্পরুবনি কৈনো? য়ুমদসু ৱাছুরকইবনি। ইশম শম্না হেক্তা হায়জরগগে।

রোমেশ: তাকপীয়ু য়াইনে।

দেবেন: মখোয় অনীসি অমনা অমবু য়ানবগুম তৌই।

রোমেশ: অঙাং মশেন য়ান্নজরবসু ঐনদি য়াজদ্রিবা।

দেবেন: (মায় ঙাংলপ্না) এ: ঐখোয়গী ডাক্তরগী ৱাতাসিদি ইচানুপীসিনা খরা হছুবসিদা......... তাকপীরকপা ৱানিনে।

রোমেশ: উকিল সাহেবকী ইচানুপীদো ফজদে, ফত্তে হায়জবা ঙমজদে ফজমল্লবনি অৱাৎপা করিসু লৈতে অদুদা...........।

দেবেন: ঐখোয় ডাক্তর সাহেবকী ৱাতাসি থাগৎশিন্নরগা ইকাইবা পীবা মাল্লে।

রোমেশ: ঐখোয় উকিল সাহেবনা ভাব অমা খল্লে, ঐগী ৱাতাসিদা ইচানুপীদো মাঙহনবা পাম্মুই হায়জবনি।

দেবেন: করম্না মাঙহনবা ওইগদৌরিবনো? ঐদি ভাব অমা ইতা তাজদ্রে।

রোমেশ: মাগা জুরা চাবদি থিবদা ৱানিংঙাই লৈতে। মশকসু ফজবা আইএএস কুম্বা মতিক চাবা য়াম্না লৈরমগনি লৈবাক চাউই-কৈনো? ইচা থম্বাল মাঙহল্লোইসি।

দেবেন: (নোকফেৎ তৌজে) শকফম হঞ্জিল্লগা শ্বর শাংনা হোছুরকই। ঙসি থম্বালনা মাগী ক্লাসতা রোল নম্বর ৱান কা তাজরিবসিদি নন্দকিশ্বরগী মপান্ননি।

রোমেশ: কদাইদগী ৱানোদা উকিল সাহেব! মশানা ফবগী ফংজবনি। ইচা থম্বালগী ৱাৎপা লৈতনা ফজবী অদুবু ঐগী ইচানিপা নাম্মা শোইরবসিদা করম্না মাঙহনগদগে?

দেবেন: মশানা য়াগনি খ্বায়বগী থাজবা মপা ওইরিবা ঐনা খঙই।

রোমেশ: ঐখোয়গী উকিল সাহেবনা নুংশিবীরিবা ঐগী শোইনাইরবা ইচাবু অদোমগী ইচানুপীদুনা থওই-ব্বাওইদনা খুমদোরক্লবদি ইচোপ চোপ্পনিদা। নাম্মা শোইদুনা লৈরবদুদা অমুকসু ইকাইবা নংলবদি।

দেবেন: অদুদি ওইররোই ঐনা মথক্তসু পঞ্জপ্পবদুনি মখোঙ অশোয়বদু লায়েংনবসু হোৎনসি তৌবতবু হান্না হোংদোকঅসি। তামো থিরেনসু খঙজরসনু মনিরতনসু খঙজরনি।

রোমেশ: ব্বাফম অদু লম্মন-খুম্নবগী ব্বাফমলোমদা চৎপ্পনি। করিগুম্বা ঐগী ইচাসিনা লায়েংবদা মায় পাক্লবদি হোংলসি।

দেবেন: নন্দকিশ্বরগী মখোঙদি শোয়দনা ফগনি খল্লি। অদুনা হান্না হোংদোক্লসি হায়জরিবসিনি।

রোমেশ: অমুক্তা ঙাইবীখোদা হয়েং নিংঙম্মক্তবা লাকপা য়াইকো মতেক খজিক্তুং তোংমিন্নগদবা গাড়ি নত্তে হৌজিক্তুগী তোংবসিনা ঐখোয়না শিপ্পবা মতুং ফাওবা তোংমিন্নহৌগদবা গাড়িনিদা।

দেবেন: ঐনা হায়জরিবসি য়াবীয়ু, লুহোংদ্রিঙৈদা লায়েংবদা ঐগী শক্তি খরা ব্বাৎলি অদুননি, করিসু থোক্লদ্রিঙৈদা।

রোমেশ: তামো থিরেনগী মমাঙদা তৌগে হায়বগী মতাগুম থোক্কনি হায়জবগী ব্বানি ঐগীদি লাইবক ফবনি। অদুদি ঐচআইভি টেষ্ট অমুক্তা তৌজখিগে। ইচানিপাসি, করি হায়গে?

দেবেন: অচুম্বনি তৌথোকখিসি, য়েৎতুম সিরিঞ্জদগীসু লাকপা য়াওনবনিনা। অমগা অমগা চেনবা, চোংবা তৌহন্দনা হায়নরগা হৈজিংপোৎকা পু-নরগা চাউনা হোংগদবনি।

রোমেশ: হোই! চেন, চোংবা য়াওদনা হোংবদু ঐসু পামজে কন্যাদান অদু অশেংবা দানমক ওইগদৌ মাল্লি।

রোমেশ: ঙসিদি ইমুংদা লক্ষ্মী লেংশিল্লকপগী য়াফম অমা লোইনরে। অহাও, অথুম, লদু-পেরা, রসগুলা খরা চা-ননবা তৌশি। চিন থুম্নবা তৌশি মঙ্গল ওইনবা (ইমুংলোমদা লাওখিবা) অবীরবরো। তম্ফাস্না! নংগীদমক্তা মতেং পাংবীনবা লাকপগী ৱারীনি। তারো লাওনহে।

তম্ফাস্না: ইচা চাউরকপগী অনৌবা নুংঙাইগদবা লাকঅবা! তৌজরক্কে তৌজরক্কে। তো: তো: থম্বালগা মমাগসু লাকইয়ে। লাকও লাকও নমা নচাসু চিন থুম্নরসি। তান চারেদা।

মনিলৈমা: চিনদি করিগী থুম্লগদৌরিবা? চিন থুম্ববু করিগী য়াদনি। য়াওজগে, য়াওজগে (মমা মচা চংলকপা), (থম্বাল নন্দকিশ্বরগী মনাক্তা চংলকপা)

থম্বাল: তামো! করি খনবীরিবা? অনাবসু ফরবনিনা।

নন্দ: অনাবসু ফরে মখা করি চথসিগে লাও! ফম্মো। (তম্ফাস্না চংঙক্লুনা চা-ননবা থনম্মী) সে: সে: নখোয় অনীগী চা-ননবা, হায়! হায়! য়াম লৈরিকো হাওরগদি হায়রকউ ইমাদা।

থম্বাল: ইস! ইমানা সেবা তৌরবা ঐখোয়গী।

তম্ফাস্না: তৌদদি, কনানা তৌবীনি! ঐখোয়দি লায়রবনিনা মীনাই মীশলসু থমজবা ঙমজদে।

থম্বাল: অস: ইমাগী ৱাতাসিদি লোইরে! লোইরে!

তম্ফাস্না: ও! ৱেল কম তৌবীনবা মীদো ফংনবগী চিন থুমগদৌরিসিনি, ইমা চংঙগে নপাবুংনা অমুক লাউরকঅনি। (মতাংসিদা থিরেন চংঙকপা)

থিরেন: সবাস! সবাশ! ওহ্লোক্লা নুংঙাইরবা মতাং অমদা.........

রোমেশ অমদি দেবেন থিরেনগী মখোল তাবদা লৈদুনা য়েংথোরকই।
এ: তামো থিরেনসু লেংঙকই। লেংশিল্লকও তামো! (২ মক্লা)

রোমেশ: (হৌগত্তুনা ব্রেল কম তৌই সোফা ফৎ ফৎ কছোকই) তামো লেংশিনবীয়ু।

থিরেন: ইনাওশা! ফমল্লবনি কছোকউরনু ইয়াম্বদি মোৎলগসু হৈনরবনি। নখোয়মুক ফজবসিবু কদাইদগী লৌরুগদগে?

রোমেশ: ঐখোয় তামোগী ইন্টলিজেন্স দাইলোগ অসিনা মরোল অমা নাল্লিবা। ঐখোয়না খঙ্গবদা লাম্বকা ফংজগদবকা লৈত্রে। (অনীমক লেপ্তুনা ব্যবহার তৌই) তামো! নমস্তে! নমস্তে!

থিরেন: নমস্তে ইনাওশা! ফম্মো (হায়রগা ফমথরকই) নত্তে নখোয়না তৌরিবসি করিনো? ইয়াম্বদি ভাব অমা ইতা তাদ্রে।

দেবেন: ননাওশিংনা তামোদা করি শোইশ্লবনো ঙসি তামোনা ব্রারৌরিবসিবো?

থিরেন: ঐসে মী ফত্তবা মী হাৎকে তৌরম্লা মনিরতনদুগী মপানি। অদুগা নখোয়না আইনগী হৌনবী অমত্তসু তৌরকপা লৈতে ঐবু হাৎলগে হায়রিবরো? ইকাইহল্লগা।

রোমেশ: ঐখোয় তামোগী ব্রাতাসিদি পুলিস ওফিসারমক্কী মনিং মমাঙ থৎপা ব্রাতানি। অদুবু ননাওদি মী কন্নবগী থবক্তা লৈরুবনরা খঙজদ্রে, মী হাৎপা ফুবগী মহুত্তা শিগদৌরবা মীবু করম তৌরগা কনবা ঙমগদগে খঙ্গবা মীনিনে।

থিরেন: (ইকাইমনখ্রদুনা লুকথরগা খাংই, নোকশিন্নরগা হায়রকই) ইনাওগী থাঙ ময়ানা য়ানবা নত্তবা মনম্মা য়ৈরকপসিদি শরু কায়বা মওংনি। খাংফম খঙদবা মখে নাবনি তৌফম লাকফম খঙদেহে। (ঙাহাক তুমিন লৈনৈ,অচিকপা থুগাইরগা।)

দেবেন: তামো! ইবুংঙো মনিরতনগী ঈ-পাউসিবু করিমত্তা ফংখিদ্রবরা? ঐখোয়সু মাগী খনবদা ৱারবনি। তশেংনা...........।

ধিরেন: (নোকমি নোকমি হায়রকই) অদুগীনিনে ঐনা হংবা লাকইবসে, মাগী লৈফমদি নখোয়না খঙলমগনি। ঐদি মপা ওইরবসু পুলিসনিনা লৈফম্বু খঙলবদি হেক্তা ফাগদৌরিবা?

রোমেশ: ঐখোয় তামোগী লোন্দাসিদি উচেকনি হায়দুনবু খুনুখ্রংনা পাইনিংবা মফমদা পাইখ্রগা ঙানুসু উচেকনি হায়দুনা থিহনবীগে তাকপীরিবরা খঙজদ্রেনে। ঐদি তামো, থিবী-নবসু......।

ধিরেন: হায়খিদে! ইনাও ডাক্তরসিদি ঈশিংদা ইংনা লৈজবা ঙানুনি। ইয়াম্বগী ইচা মনিরতনগুম্বা খুনুখ্রং নত্তে, চুম্মী।

রোমেশ: তামো ননাওবু ঙাকপীগনি। ৱাফম অসি সুম ঙাংনবদা খুনুখ্রং কদাইদগী নিংশিংলুরিবনো খঙদ্রে।

ধিরেন: করিমত্ত্র লান্দে মনিরতনদি খুনুখ্রংগুম্বনি মশাদা তিংখং পাল্লবনি। ইয়াম্বসে ইকাই খাংদগী কঙ কোৎলগা পংচদা চরবনি। জ্বর য়াওদ্রবনি ৱারৌগনু।

রোমেশ: ঐখোয়সু তামোগী অৱাবদা শরুক য়াজরি। মনিরতনদে হল্লকপা তারবসু ঐখোয় করিমত্তা তৌজরোই বাই গোড! থাজবীয়ু।

ধিরেন: ইনাও ডাক্তরগী ফজবা পুকচেলনা ইয়াম্ববু মায়থিবা নংহল্লে। ইয়াম্বা য়ৌনবা তৌরগে সে! লুপা লিশিং তরাসিদং লৌশিল্লু।

রোমেশ: ঐখোয় তামোগীসিবু লুপা পীবা লাকপীরিবরো? অনাবসু ফখরে। ননাওগীদি তামোনা নুংশিবীবা অদুদগী হেন্না য়াম্বা মমল অমা লৈত্রে, ননাও লৌজরোই ৱারৌগনু।

ধিরেন: ইনাও মসিদংদি লৌবীয়ু ইয়াম্বনা নহাল মখে লাক্তবদি ইকাইবগী পন্না ৱাংনা থিংখিবনা লানবা ঙমদবনি। নং ৱারৌগনু। সে: সে: লৌশিনবীয়ু। (লুপা মপুল অমা পীরি)

রামেশ: তৌবীনু তামো! লুপা অদু অমুক্তা হাপচিনবীখো। ননাওনা পামজবদি ঐখোয় মশেল কো-ওপরেসন লৈনবদুনি। লুপাবুদি ঐখোয় লোয়নমক থবক ৱানা শু-নরিবসি লুপাদুগীনি। ঐনা দরকার লৈরকপদা তামোদা হাপ্পীয়ু হায়রগা লোইরেনে।

ধিরেন: ইনাওনা ইকাইবা পীরিবসে পীফম্মুদি থোকঅবনি। অদুবু ঙসিদি ইনাওনা পোকমিন্নবা নয়াম্বমক্তি খন্দুনা ঙাকপীয়ু। ঐনা পীজরিবসি মতিক চাবা লুপা নত্তে নোংমৈনা পানবা হায়বসি অরাইবা কেস নত্তে থৱায়গী মমল কনানসু পীবা ঙম্মোই।

রামেশ: তামো! তামোদি পোকমিন্নবা ইয়াম্বদগী হেন্না লুনা খঞ্জরিবনি।

ধিরেন: মতাং চানা লাকখিদবদু ঐনা মথক্তা হায়জখিবদুনি। নংনা লুপা অসি লৌদ্রবদি ইনাওনা ইয়াম্ববু ৱারৌরি হায়না লৌজগনি অমুক হন্না খোঙ্গুল তারকপসু ঙম্মরোই।

রামেশ: তামো! মীওইবা ঐখোয়সি দশানা ইকোয় কোয়শিল্লগা লৈবা মাল্লি। ঐখোয়না সড়ক্তা চৎচরিবসিবু খজিক্তং থেংবদা শিবা য়াব ঙাক্তনা নাক, য়েৎ, তুঙ-মাঙ ইকোয় কোয়শিল্লি। শিভমগী শিভম ঙাক্তনি, করি হায়গে।

দেবেন: অচুম্বনি থেংবু থেংলবদি হিংনিংঙাই লৈতবা ওহোক্লা তোয়না থেংনৈ। অদুনা ঙসাই ডাক্টরনা হায়বীখিবা অমগা অমগা নুংশি-চান্নবা লৈমিন্নবা কো-ওপরেসন লৈনবা য়াম্না ফৈ হায়বদু ঐসু পামজে। অদু ডাক্টর সাহেব! তামো ধিরেনসু থেংথ্রগনি।

ধিরেন: য়াম্না ফজথ্রবা ৱানি পুক্রীং লৌশিং হেঙ্গৎনবা, অনৌবা জ্ঞান ফংবা য়াবা ৱাখল য়াম্না য়াওই। ইনাও অনীগী ৱারীদা।

রামেশ: তামোনা থাগৎপীরকইবসি ঐদি কিজেকো।

ধিরেন: থাগৎপা নত্তে অশেংবনি। ঐনা খঞ্জরম্বদি মনিরতনবু ৱারৌনবগী

বাফম, অমদি মাবু মতৌ করম্না ফাসিগে খন্নরমগদরা হায়রগা সোমদদি নুংঙাইবনা থল্লবা স্বার্গগা চপ মান্ননা লৈরম্মে। অহাও-অথুম চারগা নুংঙাইনা পোখারম্মী।

দেবেন: হোই তামো! সোমদা খন্নরম্মীবসিদি মী ফা-নবা পুন্নবা বাফম অমত্তা য়াওদে। নুংঙাইথোকপগী বারী ঙাক্তনি।

থিরেন: ফজরবা স্বাগগী বাখল্লোন খন্নবা মফম অসিদা ইয়াম্বা কুইজররোই। ঐ অমদি ঐগী ইচানিপা মনিরতনগী পাপ কোকচনবা প্রাইশ্চিট ওইনা লুপা খরসি লৌশিনবীয়ু।

রোমেশ: তামোনা থম্মোয় শেংনা কন্না তাকপীবা অসিদা ননাও লৌজরগে। অদুগা তামোনা কো-ওপরেসন থব্বীরবগী তামোবু হন্না হন্না থাগৎচরি।

থিরেন: ইনাওশা নুংঙাইজরে! নংনা লুপা খজিক্তংসি লৌবীবগীদমক ঐ পেঞ্জরে। নতৈমগা ঐগনা নুংশিজদুনা মনিরতন কৌজরুবা মরমচৎনা পাপীরতন কৌহল্লে।

দেবেন: তামোসিনা হায়দোরকপসিদি.......... কনানা পাপীরতন কৌবা য়াওরবগে, তামোনা পংখন খনবা ওইরমগনি।

থিরেন: ইমাংদা কৌদ্রবসু ইতুংদদি কৌরম্মনি। ঐনসু য়াই পাপীরতন কৌবা। অদুগুম্বা পাপী অদুনা ইনাওশিংগী মচাশিংদা নত্ত-নত্তবা ধর্ম্ম য়াম্না তৌরম্মে। ইয়াম্বসু লোইনা তাজরে। ইকাইবনা শিবা য়ারবনি।

দেবেন: তামোসু ইতৈমসু খরদি বারবা জাৎনি।

থিরেন: ইবুংঙো বাবদা নত্তে, ইকাইবসুনি ইয়াম্বনা আইজিপি ওইজরিবসি মীয়ামগী থৌজান্ননি হায়বসি ইচা মানা খঙবীরম্লবদি শুমদৌনা তৌরম্মগদরা ইনাওশা?

রোমেশ: তামোসু ৱাজবাদ লোইৱবা জাৎনি, ইচানিনা নুংশিদবসু ঙমদবা মীনা উবদদি নুংঙাইনা উবা পুলিস ওফিসারনি হায়দুনা।

দেবেন: অওইবনি, মীওইবা ঐখোয়সে ৱাবগী মখল মান্নদে, নুংঙাইবগী মখলসু মান্নদে। ঐখোয়না শেৎলিবা ফিজোলসে অৱা-নুংঙাই পুম্নমক য়োমশিন্নবা শেৎলিবনি। অয়াম্বনা অৱাবগী পোৎয়োমনি। নুংঙাইবগী মনুংদা অৱাবা ঈপাকসু য়াওদবা নত্তে। অঙকপনি।

ধিরেন: ঐখোয়গী ওঝাশিং অমনা তাকপীরম্মী ফজরবা ৱা অমা "When wealth is lost nothing is lost, when health is lost something is lost, But when character is lost everything is lost" মসিমক ঐগী ইচাদা চপ চানা থোক্লরে। Example নৎত্রে।

রোমেশ: ফজখরবা ৱানি। অদু তামো মমা-মপা ওইবশিংনা মচাশিংবু চাউনবা য়োকপা থাকপদি সংসারগী চৎনবীনি। মচাগীদমক্তা শিবা ফাওবা কিদে।

দেবেন: অচুম্বনি, অদুবু মচা ওইবশিংনদি মপা-মমাবু চাউনবা য়োক-থাকপদি কয়া লৈতেনে। অদুবু ঐখোয়দি মতম্না য়োৎখ্রবা ইমা-ইপাদুবু হৌজিক্তা নুংশিখৎলকই।

রোমেশ: অশেংবনি ইমা-ইপাদু লৈরিঙেদদি নহা ওইরিবনিনা ঐখোয়সু অহল ওইরকখিনি খল্লুদে, হৌজিক্তা য়াম্না নিংঙল্লক্তরে। মসি পুম্নমক মতম মাগী খুদোল ঙাক্তনি।

ধিরেন: অচুম্বনি ইনাওশা! হৌজিক ফৎত্রবা পাপীরতন অদুগী মমা অদুনদি ফৎত্রবা মচাদুবু নুংশিদবা ঙমদেনে।

রোমেশ: অংহোই তামো! ইতৈমদু কমদৌরিবগে?

ধিরেন: ইয়াম্বদি নতৈমগী মতৌ য়েংবা ঙমদরে। হৌজিক হিদাক কাপ্পুনা খাংলি। ইয়াম্বা য়ুমদা হন্নিংদরে। য়ুম হায়বসি পোত্থাফম ওইবনি।

অদুগনে ইনাওশা: ঐ মনিরতনগী লোৎফম খঙদবা অশেংবনি, নোংমৈ অসিনা শাক্কিনি। খঙবু খলবদি ঐ নখোয়গী নখুত্তা শিন্নগদবনি।

রোমেশ: নত্তে! নত্তে! তামো, ঐখোয়না মনিরতন্দা করিসু তৌজনিংদে। মাগীসু দশা অচৌবা এমনি। মানা হেন্না জ্ঞান তারক্কনি। মাসু ইচাগুম্বনি কৈনো, অতোপ্পা নত্তে।

ধিরেন: ইবুংঙো নংগী পুকচেল অসিদি অতাঙবা নত্তে লৈতবনি। সংসারসিদা লৈরমগনি থাজদ্রে। পুকচেলনা ফজরিবা লৌশিংনা লৈরিবা, ইং-তপ্পা গুণ পুন্নমক শুনা নঙোন্দা য়াওরি।

রোমেশ: কদাইদগী তামোনা নুংশিবীদুনা পংথা-থাগৎপীরিনি। ননাওদি পঙজপ্রপোৎনি।

ধিরেন: নংনা পোকপা নচানা ধর্ম্ম লৈতবা হৌনদে, পঙবা হৌনদে। অদুনবু মানা ফুসু ফুরগা আইজিপি ওইরিবা ঐগী য়ুমদা চিংনদনা থিল্লকপা ঙমখিদবুনি। অদুফাওবা ঐগী অঙাং অদুনা ভাব তাখিদবনি। ইয়াম্বা য়ৌরগে কো (চৎখিবা)।

(রোমেশ, দেবেন-ফগনি তামো! হায়রগা থিন্দোকপা) হঞ্জিল্লকপদাঃ

দেবেন: ঐখোয়গী ডাক্টর সাহেবকী লম্মন-খুশিংসিদি ফজখরেদো উশিত্তবসু ঙমহন্দবা। ফজনা ইকাইবা পীখরেদো।

# ২৪ শুবা শিন

## (মনিরতন্না লৈবা কাছার হোটেলদা গুন্ডা চঙবা)

(গুন্ডা ৫ খক মবুক থন্না চাক চাথোক্লগা অকোনবগী চাক খোৎথবা অদুদা ফুরিৎখাওদগী শম চবুন অমমম নমশিল্লগা পুখম পাইরগা মহাজনগী মনাক্তা চঙলকই)

গুন্ডাশিং : করম্বা হোটেলনোনহে? চাক্তবু শম চবুল চবুল য়াওবসিবু করিনো? অসুম হায়না হোটেলনা মোৎলবদি লায়না শন্দোরক্কুনা মী শিনবা তারে। হোই! মহাজন মতুং তৌদনবা লুপা লিশিং ৫০ খক ফাইন তৌবা তারে। থুনা পুথোরকউ। থুরকউ।

মহাজন: ইচাশা: শমদু য়াওদ্রিঙৈদা নবুক্তি থন্না চাহৌরবরা?

গুন্ডাশিং: (পিস্টোল ফৎ শত্তোরকই) নথ্বাইদু মাংনিংদ্রবদি থুনা পুথোরকউ (হায়রগা মহাজনগী মখুৎ অনীমক তুংলোমদা ফাজিন্দুনা থমখ্রে)

মহাজন: (উপাই লৈখিদরে) অদুক য়াম্বা লুপাদি ঐদি কদাইদগী লৌরকনি উফাও উজদরি।

গুন্ডাশিং: ঐখোয়না পায়রিবা পিস্টোল অসি অঙাংগী শান্নপোৎ নত্তে। য়াম্না থুনা পুথোরকউ শুফাৎত্রবসু অরৈবা হান্না পুথোরকউ। অৱাৎপা কোন্না অমুক লৌরগে। (ব্লেক্ক ফয়ার দং দং কাপই, হোটেলদা লৈরম্বা ময়াম কায়দুনা চেন্নখরে) (তাঞ্জা অদুদা (মনিরতন) কান্ত খোঙ্গ্রাও শেগাইবা অমা ফুরিৎ শেগাইবা অমা লিৎলগা মরেংবান্দা শিংজং অমা হায়গৎলগা থৌ ইশা শাদনা তপ্না থোরকই গুন্ডা মঙানা লৈরিবা অদোমদা...... গুন্ডা মঙা অদুনসু কান্তগী ফিভম অদুদা য়েংলি।)

কান্তনা লাউরকই: হোই! গুন্ডা শাবা অঙাংশা! করিসু নত্তবা লুপা খরগীদমক্তা অদুক য়াম্না মীনুংশি খঙদবা অপঙবগী থবক অদু তৌবা হৌনদে। অহন্দু নপাগুম্বনি নখোয় নখোয়বু নপা লৈতবা মফম মরাং খঙদবা মচা ঙাক্তরা? অদুগা নখোয়না লুত্রর অশেংবা ওইরবদি নোংমা নিনি ব্রাৎলিঙৈদা ঐখোয় তাং অদুক্তা লাক্কনি লুপা থনম্মু হায়রকপা য়াদ্রো। অদুসু নখোয়না কিরমগনি। (নোংমৈ কাপ্পকই দোং, দোং, কান্ত ফং ফং লৈথোকই) হোই, মরু লোইজখিনি কাপ্পদি হৈসু হৈতনা অদুগী শরুকপুদি নবুক্তা চংশ্লবা চাক ইন্দাং অদুগী মমল পীরম্মগা নথুন থাঙ্গৎতুনা চেঞ্জখ্রো নৎত্রবদি শোইদনা শিরনি।

গুন্ডাশিং: হোই পরশুরাম শাবা নোংমৈগী মমাংদা নংগী শিংজং অদুনা করিসু তৌবা য়ারোই। নং নথন্তা শিংজং অমা পাইরগা কৈদৌদৌরিবা? নং নহাল মখৈ লৈবা উদেনে শক্তাদি অঙাও অফে হেক মাল্লদনা নথ্বাই মাংনিংবরো?

কান্ত: ইয়া! হোই অঙাংশা: নখোয় নখোয়না পায়জরিবা নোংমৈ অদুবু ফজনা পাইবসু হৈত্রিনহে, অরেম্বদা নখোয় মশেল কাপশিন্নদুনা শি-নরনিনে। চেকশিনজৌ নখোয়না পায়রিবা নোংমৈ মচাশিংদো ঐগী খুত্তা লাক্কদবা ঙাহাক্তা মঙাইরে। হোটেল অসি ঙাক্লবা নোংমৈ পাইবা মী কয়া লৈরমগনি হায়বসু খঙদোক্লবা তৌজদে। অপঙবশিংসিদি ঐখোয়গী অহলদো মকু খোক্তোক্লবা লফোই ওইনা উরুরবরো? তুং মাঙুস য়েংদবা গুন্ডানেইনা নখোয় নখোয়গী নতুংলোমদা অমুক্তং লৈদুনা য়েংউনে। শিবনা হাল্লনিনে।

গুন্ডাশিং: (মহাজনগী মনাক্তগী খরা খরা চৎথোকঅগা লৈ লৈদুনা ক্ষোয়য়েং কোয়য়েং য়েংই। তাঞ্জা অদুদা কান্তনা চোংশিন্দুনা শিংজং খোক অদুনা লৈ লৈদুনা ফুবা হৌরকই। অহানবদা মহাজনগী মকোক্তা নম্লম্বা অদুগী মখুৎতা ফুদৎলি। পিষ্টোলদু মথক্তা পায়খৎলি কান্তনা ওকখ্রে। অদুগা শিংজং লংথোকপ্রে) গুন্ডা অমনা লাউরকই,

কনামত্তা লৈতে হায়জিন্নবনি মহাজনদু কাপ্লো। (গুন্ডা অমনা মহাজন তপ্না কাপ্লকই মতাং অদুদা কান্তদি গুন্ডা অনীগী মঙক্তা চপ্তুনা কন্না লাক্লরি, মহাজন শিবনা হানবা তারে খল্লদুন মখোঙ নাম্মনা মহাজন্দা কাউরকই, মহাজন চৌকিগা কোন্ননা তুপ্রে। মহাজন্দা পানগদবা মরু অদুনা গুন্ডা অমদা পানখ্রে। লাউরম্মগা তুখ্রে। অদুদগী গুন্ডাশিংদুনা অমুক কান্ত তম্না রাউন্দ অহুম কাপশিল্লকই। মিৎশিং-নাশিংবা কান্তনা চোংথোক-চোংশিন তৌদুনা পানবা ঙমখিদরে। অদুগা গুন্ডা অমগী মখুৎ ফুদেক্তুনা পিষ্টোল অমুকসু লৌখরে। হৌজিক কান্তগী মখুৎতা পিষ্টোল অনী শুরে। অয়াওবা মরু ক্রোক ক্রোক শৎ লৌথোকই। অদুগা গুলি য়াওদবা পিষ্টোলদু হোটেল মনুংদা লংশিল্লকই। গুন্ডা অমনা কান্ত তম্না দং দং কাপশিল্লকই, কান্ত চোংথোক-চোংশিন তৌই, মানা ইনশিল্লম্বা গুন্ডা অমদা মুক পানখ্রে, আ: লাউরম্মগা তুখ্রে। অদুগা গুন্ডা অদুন পায়রম্বা পিষ্টোল অমুক লৌশিনখরে। মরু শৎ লৌথোকই। ফুরিৎখাওদা হাপচিল্লি। অদুগা পিষ্টোলদু মবুক্তা শৎ য়েপশিল্লি। অদুগা গুন্ডা অমগী খুবোমদা কাপশিল্লি। খুবোমদা কোল্লগা কুহুখরে গুন্ডা অহুম তুখ্রে, অনীদুনা উপু মরুমদা লোৎতুনা লৈরি।)

কান্ত: (লাউরকই হোই!) গুন্ডা অঙাংশা: থোরকও লাও কান্নরোই নখোয়না তৌরিবা পুম্নমক ঐ লোইনা উরে। (হায়রগা নুংদুম অমা অতোপ্পা মফম অমদা লংশিল্লি। গ্রোং গ্রোং তৌবা মফম অদুদা গুন্ডা অনীদুনা নোংমৈ কাপশিল্লি। অরেম্বদা মরু মাংহল্লি কান্ত নোকই। অমুক লাউরকই )হোই! অঙাংশা: গুন্ডা বুদু অনী নখোয়না পায়রিবা নোংমৈদু মরুসু য়াওদরে সিদা পুরকও কান্নররোই নখোয়গী চেনফম লোইনা থিংখরে নখোয়না পাম্বা লুপা লিশিং ৫০ সু সিদা লৈরে লৌজররো লাকও। গুন্ডা অনী লোন্না ঙাংনৈ চেলহৌরসি। (হায়রগা চেনখ্রে।)

কান্ত: অঙাংশা! নখোয়না চেল্লিবদুবু কদায়দনো? ঐনা লৈবা মায়কৈরোমদা চেনশিল্লকএনে।

(গুন্ডা অনীদু লেপ্পগা য়েংদুনা লৈরি। তাঞ্জা অদুদা কান্তনা চোংশিনখিদুনা গুন্ডা অনী অদুগী লৱাই লেম্ফুগী শম তাপ পাইখ্রে। অদুগা নমথরগা নমদুনা ফমহল্লি। অমুক চিংখৎলি গুন্ডা অনী অয়ো: অয়ো! অমুক হৌগৎলি। গুন্ডা অনীদু কিরক্লে মবান্নিগী পাঙ্গলদগী কান্তনা য়াম্না হেনবা অদুদা) হায়রকই, তামো ঐখোয় লাঞ্জরে ঐখোয়বু থাদোকপীয়ু, (নোংমৈ পিস্টোল অনীমক পীথোরক্লে।)

কান্ত: হো: অদুম্না ঙসাইনা তৌরবদি নখোয় ৱারম্মোইদৌবনিদো। ঐনা অঙাং হায়বা অদুদা ঐঙোন্দা তামো হায়রকইরো। চহীদি ঐঙোন্দগী ভারী অমা হল্লগা ঐনা অঙাং হায়বদি নখোয়গী পঙজবা জ্ঞান য়াওজদবা অদুদা হায়বনি।

গুন্ডা অনী: (থক থক নিকলে) অমুকসু তামো! হায়রগা (মখোঙ কোল্লগা খুরুম্মকই) ঐখোয়গী থৱায়দদি কনবীয়ু।

কান্ত: ঐখোয়গী থৱায়দদি কনবীয়ু হায়বা! মীগী থৱায়গীদি খন্দবা! পুকচেলদি ফজেনে সাবাশ! গুড!, কনবীনি। নখোয়না ঙ-নবদি অহল অসি হাৎকনিদো ঐবুসু হাৎকনিদো।

গুন্ডা অনী: লাঞ্জরে তামো! ঐখোয় হয়েংমখৈ তৌজররোই।

কান্ত: হৌজিক ফাওবা তামো হায়রি! মীনা হায়রনু হায়রমক্তদা! ঐঙোন্দা খুরুমদৌ শরুকপুদি নপাগুম্বা অহল অসিদা নথ্বাইদু ভীক্ষা নিজরুরো, অহল অসিনা ভীক্ষা পীবীরক্লবদি হিংবা য়াই, নৎত্রবদি হিংফম লৈতে।

গুন্ডা অনী: পাবুং! নচা অনীগী থৱায় অসি অমুক্তা কনবীয়ু। (মখোঙ কোল্লগা খুরুমই)

মহাজন: নখোয়না লাকচবা ঙমদবা মী থেংনরগা থবায়গী ভীক্ষা নিবা ইকাইদবা! নখোয়না ঙস্মগা মী হাৎলগা পৈশা লৌবা ঙম্বা নখোয়গী থবায়নি। সুমহায়না পৈশা তানগদৌগী শরুকপুদি নখোঙ তেকপসু নত্তবা নখোয়না থবক শুরগা চানিংদ্রিবা করিগীনো?

গুন্ডা অনী: পাবুং থবক ফংদবদগী তৌবনি। অমোৎপা থবকসু শুবা ইকাইবা অদুদা তৌফম খঙদদুনা লমচৎ অসি ফৎত্রবনি। অদুবু ঙসিদি পারা ফংজরে। থবক শুবা তঞ্জররোই। গিলাস চাম্মবসু ইকাইজররোই। হুরগদদি চাজররোই।

মহাজন: ফরে ফরে নথ্বাই কন্বীরবনি ঐগী মায়কৈদগীদি।

কান্ত: অসিদা নোংমৈনা পান্দুনা তারিবা মখোয় অহুম অসে কনানা কাপ্পনো চুম্না হায়য়ু (রেকোর্দ তৌনবা টেপ থারি)

গুন্ডা অনী: তুম্মিন্না লৈবা।

কান্ত: (লুখমদা পাইরগা লাউরকই) নখোয়না কাপ্পদা শোইদুনা পানখিবা নত্তরো, কাপ্পদি ঐঙোন্দা পান্নবা কাপ্পনি অমনা পাবুংদা কাপ্পনি অদুদা ঐখোয়না লৈথোকচবদগী পালহৌদবনি।

গুন্ডা অনী: চুম্মী ঐখোয় মেশন কাপ্পবদা শোইখিবা ঙাক্তনি। (তাঞ্জা অদুদা পুলিসকী গাড়ী থুংলরে)

পুলিস ইন্সপেক্টর: খুরাগী হোটেলসিদা ঈরাং খরা থোকখিবরা? কনানো অমনা টেলিফোন তৌরকই, চুম্বরা?

মহাজন: অংহোই,সাহেব! তৌরিবসিনি পোৎ-চৈকা ইচাই চাইরিবসিনি। ফোনদি কনানা তৌবীরিবা ফৈনে। লান তৌরিঙৈদদি লেংঙক্রেদো......... অঙাংশা! সার খোই ময়ামগী চৌক্রি অমমম থারো লাও।

ইন্সপেক্টর: (মখোয় ময়াম ফস্মী) ঘটনা অসিদি কমদৌনা থোকইবনো?

মহাজন: সাহেব! করি হায়গদবনো খঙদ্রে। চাক মবুক থন্না চারগা শম চবুন অমমম পুথোরকই অদুগা লুপা লিশিং ৫০ পীয়ু হায়দুনা কোক্তা হেক্তা নোংমৈনা নম্মী।

ইন্সপেক্টর: অদুদগী কমদৌবা?

মহাজন: অদুদগী ঐগীদা শিংখাইদুনা লৈবা; অদুদা: লেপ্লিবা নিপা পাখং অদুনা মখোয় মঙা অদুগা ফ-ন কুইনা লান থেংনৈ। ঈশ্বরগী থৌজালদগী মা মথন্তনা নোংমৈ লোইনা মুল্লগা মখোয় অনী অদু ফারিবসিনি। অহুম অমসু নোংমৈনা পান্দুনা তুরিবসিনি।

ইন্সপেক্টর: মখোয় অহুমদি কনানা কাপ্লিবা।

মহাজন: ঐখোয়দা কাপ্লকপদা শোইদুনা মখোয় মশেন্দা দশা তাখ্রে।

ইন্সপেক্টর: (গুন্ডা অনীদুদা মুন্না য়েংই)।

গুন্ডা অনী: সাহেব! কাপ্লবুদি ঐখোয়না শা-ফবা অসিদা কাপচবনি অদুদা মানা চোংথোকখিবা অদুনা ঐখোয় মশেন্দা পানখিবনি।

ইন্সপেক্টর: (পুলিস কাংবু ৱা:ৱা: নোকই) ও! কাপ্পদি নখোয়না কাপ্পা।

ইন্সপেক্টর: শা-ফবা অসিদি ঐবু কদায়দনো উপ্পবগুম তৌইদা......।

কান্ত: সার নোংমৈ পিস্টোল মঙাসি পায়শিনবীয়ু।

ইন্সপেক্টর: (পিস্টোল মঙামক য়োমশিল্লি) ঐবু শাফবসি য়াম্না নক্না উখিবগুম তৌইদা.........। আইজিপি থিরেনগীদা উখিবা মাল্লি।

কান্ত: শক মান্নবা ওইরমগনি, সার!

ইন্সপেক্টর: পুলিস ষ্টেসন ঙাহাক্তং য়ৌরুসি। ইবুংঙো শাফবা নংসু কাখৎলো। হৈ গুন্ডা অনী নবান্নিসু কাখৎলো। (পুলিস ষ্টেসন য়ৌরে গুন্ডা অনী মনুংদা পুশিনখরে, ৱান্টেদকী ফোটো এলবমদা ফাক ফাক্লুনা য়েংলি)।

ইন্সপেক্টর: ও: মখোয়াসাদ ব্রান্টেদ কাংবুনি।

কান্ত: থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক চুম্না লিরি।

ইন্সপেক্টর: মখোই মঙা অসি ফাবা মীদা লুপা লিশিং ১০। ১০ গী প্রাইজ পিগনি লাউথোক্লবা মী ওইরম্মে। অদুনা শা-ফবা পাখঙ নঙোন্দা লুপা লিশিং ৫০ পিবা তারে।

কান্ত : ঐদি মখোই ৫ অসি ব্রান্টেদনি হায়বসু খঙজদে ঐনা নোকরী তৌরিবা হোটেল অসিদা লুত তৌবা লাকপা অদুদা থব্রাই খুবাক্তা হাপ্লগা থেংনজরুবনি।

ইন্সপেক্টর: য়াম্না ফরে নংগী থৌনা অদুবু ঐখোইনা থাগত্তবা ঙমদে। সে: লুপা লিশিং ৫০ সি লৌবিরো। লুত্তর ৫ অসি ঐখোইনা ফাবা ঙমদদুনা লৈরিবনি।

কান্ত : য়াম্না নুংঙাইজরে ঐনা নিফু লৌজরগে তরা অমনা ময়াম চা থকপিহৌরো।

ইন্সপেক্টর : (নোক্লা নোক্লা) খুৎ চুমবনা শা ফারগা খুৎ চুমদ্রবসু মনাক্তা লেপলুবা মীসু শা চাবা ফংবা তারেদনা। (হোতেল মহাজন লাকপা)

মহাজন : সার ঐসু লাকচরে করি করম তৌরবা।

ইন্সপেক্টর : শা ফাবা অসিদা মাগী থৌনা ফবগীদমক্তা ঐখোইনা লুপা লিশিং ৫০ পিজবনি অদুবু মানা তরা অমদি ঐখোইদা পিথোরক্লে। খুরাখোই লেংখিবা য়ারে।

কান্ত : পাবুং লুপা অসি খরা পাইশিনবীয়ু (বান্দল মরিমক পীরি)।

মহাজন : (ইঙক ঙক্লা লৌশিল্লি) এ! পৈশা লৌবা লাকপা তারবা !

ইন্সপেক্টর : পাবুংদি করিমতা শোকহৌদবরা ? অদুগা নোংমৈনা পানবা অহুমদুদি।

মহাজন : মখোই অহমমক শিবদি শিদৌ মান্দ্রে। অদুগা মশাসু হোস্পীতালদা থিঞ্জরুরে। অদুগা ঙসাইদি করিসু শোকখিদবরা খনবনি হৌজিক্তা পাম্বোম মরু অসি কদাইদা য়েখিবনো খঙদে খর নাই ... নে।

কান্ত : ইহে ! হে! মদু ঐনা কাউখিবনি মখোইনা নোংমৈনা কাপ্পকপা অদুদা খুত্তী শংদ্রবনিনা ঐনা খোঙনা কাউখিবনি মদুদা পাবুং চৌকিংগা কোম্নরা তুখিবদো পাবুং নিংশিংবিরিবরা ? পাবুংদা পানগদবা মরু অদুনা মখোই অমদা পানখিবনি।

মহাজন : ইপাদি ইপা পাখংপা অদুদা কনানা করি তৌখি হাইবা করিমতা খঙহৌদ্রে। অদুনদি ইপাবু নঙনা অমুক পোকপিরবনিনে। নঙগী নখোঙ অদুনা ...।

কান্ত : নিংশিংলিঙৈদো লাইবক অমুক্তা কৎচহৌখিগে (লাইবক কৎলি) ঐনা পাবুংবু অমুক পোকপা কদায়দগী ঙমগদগে লাইনা তম্বনি।

ইন্সপেক্টর : সাবাস ! শা ফবা ভেরী গুড! পাবুংবু কন্নবা খুং অনিমক শংদ্রবা ফাওবা নখোঙনা কন্নবা হোৎনবদা কনবসু ঙম্বা হেন্দসেক অমুক্তা তৌশি। খুং শোকনে। ইস ! নখুং অসিদি .... কনখ্রেদা।

কান্ত : সার! শোইখ্রে শিংজংদা পাইদুনা লৈবনিনা ... খরা কনখ্রবরা ঙাকপিগনি।

# ২৫ শুবা শিন

## (হোতেল মনুং - কান্তগী রিডীং রুম)

কান্ত লাইব্রিক পারি চিয়ার অমদা ফমই। ফম্মুং অমসু নান্না থারি।

মহাজন : ইপাগী কান্ত ! নঙ লাইব্রিক পারিব্রা ? পাও পাও ! নঙগী নহালগী লিশিং নিফু অদু নঙ থমজিনজরো।

কন্ত : পাবুং মদু পাবুংনা অদুম থমজিনবিরো। নচানা দরকার লৈরকপা মতমদা পাবুংদগী লৌবা য়াবা পোৎনি।

মহাজন : অদু নঙনা লৈনিংবা অমদি হায়য়ুদনা হন্দক ইচা লাকপদগী হোতেলসে লক্ষ্মীনা মখোঙ থোঙনা লাকপগুম পংলাক্ত লাকএ। চহী তরাগী মমাঙদগী ইপানা থৌবা ঙমদদুনা তোকউরবা লুপা ৫০০০।- অমসু ঙরাং থিল্লকএ। অদুগা ঙসিসু লিশিং ৫ মসুং পিরম্মে। পোৎশিংনা ফরিবা। চাক শোৎকে কাকা অমতা হায়খিদরে। চাম্মা চৎপীগী মোম্পাক্তা হিপ্পা ফংগদৌরে। ইচাগী হাক্তক্তা ৱাৎপা অমতা লৈখিদরে। মীনা ব্যবহার তৌবসু হেল্লে।

কান্ত : মদু পাবুংগী দাও য়াবা তাঞ্জা লাকঅবনি। ঐগী হাক্তক্কী ৱা নত্তেদা পাবুংনা লাঞ্জদবগী ফলনি।

মহাজন : ঐদি নহালগী থৌদৌ অদুদি কিবনা লোইখরে। ঐসি শিরমগদবনি নঙনা কনবিবদগী হিংহৌরবনি। মখোইনা মী ৫ নিনা নঙ শিবা তারে খনবদা ইপাদি মফম মরাং খঙখিদ্রবনিনে। অদুগা নঙনা হাৎপা ঙম্লবা মী অমসু মখোঙদা কাপ্পগা মথ্বাই শিহন্দ্রে। অতৈসু নঙনবু হাৎলগে খল্লবদি লোইনা হাৎপা ঙম্বগী তাঞ্জা ফংখি।

কান্ত : হোই, পাবুং মখোয়বু হাংলগে খল্লবদি হাংপা ঙম্বগী তাঞ্জা ফজনা ফংখি। অদুদা নচানা পাবুংগী হোটেলসি মী হাংপগী কেসতা চেন্নহন্নিংদবা। অদুগী মথক্ত Human Right হায়বদুগী মায়োক্তা তৌজনিংদবা। মীনা মীবু হাংনরগা কনাদা Human Right তাল্লুগদগে। ঐনা খ্বাইদগী হরাওজবদি পাবুংনা হন্দক কোলেজদা মিং চনশিনবীদুনা কোলেজ কাবা ফংজরিবসিনি। মসিগী লম্মনদি পুন্সি সিদা সুক্কাও কাউররোইদবনি। শিংবা ঙম্লরোইদবা লম্মন্নি।

মহাজন : অদুবুদি তিন্নজরুবা শঙ্গী মতেংননি। মখোয়সু নঙনা ফরবনিনা হরাওজরে ঐসু মায় পাকচরে। হৌজিক্তী হান্নদগী হেন্না লুনা চেংনা তিন্নজরে। উনবা খুদিংগী কোলেজগী ফাউন্দরনা ঐবু চা ফাওবা লানবীরে। নঙসি লাইরিক্তা ফবা নত্তে। লমচং শাজং ইং, তপ্পা পুকচেল ফজবা অসিদা পুশিল্লুবা ঐ ফাওবা হান্নদগী নুংশিবিবা হেল্লবনি।

# ২৬ শুবা শিন

## (ইম্ফাল লোমদা নন্দকিশ্বর লুহোংবা)

মঙ্গোলদা নন্দকিশ্বর কোয়েৎ য়েৎলগা মখোঙ নাম্ম তিংথোক্লগা ফমলি। রোমেশনা য়েত্তা তন্দুগা তম্ফাস্না ওইদা ফল্লি। ফোটো কাপ্লবা তৌরি। অহল খরনা হায়রি বর যত্রা তৌনবা তৌরসি ফোটো নুংতো নমগদবা লোইশিল্লো ! লাওনরি।

তম্ফাস্না : ও! ইচাগী মখোঙসিদং ফিভম চুম্না ফম্বা য়াদবসি নুংঙাইতেদা; ফোতো নম্বসিদা কয়াদা পেন্দ্রবনো ?

(বর তোংনবা শাবদা লৈ পরেং ফজনা জুম জুম য়াল্লি। বেন্দ পার্টিনা খোঙলি জিন্দাবাদ হে ! মোহোবতকী জিন্দাবাদ হায়দুনা)

রোমেশ : ফজনা শেল্লবা কারসিদা ইচাগী মখোঙ অসি কোনশিল্লগা ফম্বা য়ারবদি য়েংবদা নুংঙাইগদবনিকো।

ধিরেন অমদি ইবেমহল পুন্না কার অমদা তোংদুনা লাকঅগা অনিমক চংঙকই।

রোমেশ : তামো ! ধিরেন লেঙবিরক্লে। জয়: জয়: খুরুমজরি। (খুরুম্বা) তামো !

ধিরেন : জয় : জয় : ইনাওগী ইমুং স্বর্গদগী হেন্না নুংঙাইরে। নুংঙাইবীয়ু নুংঙাইবীয়ু লান্দবনা নুংঙাইতনা কনানা নুংঙাইনি।

রোমেশ : খঙদে তামো, তৌদবা য়াদবা ঙাক্তা য়াথং পংতৌদা তৌশিল্লকই। নুংঙাইবা মান্নবা হোৎনবদা মনুংদা ননাওনা ৰাজরিবসিদি কনানসু খঙবিবা নত্তে। তামো : ঙাহাক্তং পোত্থাবীয়ু ইতৈমা ! ইতৈমসু শোমদা লেঙশিনবীয়ু ননাও অমুক চঙজরুখিগে।

(বর যত্রা তৌরকই, বেন্দা শক্লি : প্যার কিয়া তো দরনা ক্যা প্যার কিয়া কৌই চোরি নাহি কি শকলি) গাড়ী ময়াম পরেং শাংনা চংপা হৌরকই অমরোমদা দেবেনগী য়ুমলোমদা লুহোংবগী নুপী পালা শকই। ইমুংলোমদা থম্বাল পোৎলোই শেৎলি। ফোটোসু নমলি দেবেন য়েংতা ফমই। মনিলৈমা ওইদা ফমই। মরাং মরাং তৌরি বরসু থুংলরে। মখোঙ নাম্ম চৈনা শৌরগা চঙলকই) মাঙোপ্তা লুহোংবগী ঈশৈ শকলি।

ময়াম : (কন্যা থোরকএ !) কন্যা অসিনা ফজরিবা বরসিদি মখোঙ তেকপা মাল্লি ঙাংনৈ।

(থম্বাল পোলোই শেৎলগা মাঙোপ মচিদা মপা দেবেন্দা খুরম্মী, দেবেন্না মকোক্তা নানবিরি। মখোয় অনিমক মপী ঈরা চেল্লী। পালানা ঈশৈ শকলি...।

দেবেনগী ব্রাখল : (থম্বাল পোকপদা হরাওনখিবদু নিংশিংলকই। "খঙহৌদনা কয়াম থুনা চাউখিবা" ম্যুজিক মতেক অমা)

(ফ্লাস বেক)

মনিলৈমা : হৌজিক্তী ইচানুপী ফজরবী অমা ফংলবনিনা ঐগী অদোমদা মিংগৌফম খঙদদুনা নমহাই তৌবদো তোল্লনিকো। রাশি ফবসি ঐনা খরদি ... হেনল্লমালেকো। (নোকঅগা হায়বা)

দেবেন : হোই, রাশি ফবসি নঙনা খরা হেল্লমাল্লে। নুপীনিনা চাকথোং ফৌশু নঙগী নতেং পাংনবা লাকত্রদনা।

মনিলৈমা : ব্রাইরম কোল্লিক শেংবসু পাংবিরনি অদুগা অদোমসু কন্যা মপা ওইরেদনা মিঙ্গৌসু মহোই পাবুং কৌবা য়ারনি। দাও য়াবসি ঐনা খরা হেলমাল্লে। ব্রারৌগনুকো।

দেবেন : নুপী পোকপসি নঙগী পেন্দবা করি লৈ ?

মনিলৈমা : ময়াম্নদি নুপী পোকই হায়দুনা কয়া লুমদে কা হায়নবসু য়াই। অদুবু ঐদি নুপীনা হেন্না পামজে।

দেবেন : করিগী নুপীনা হেন্না পামইবা নণ্ডদি ....।

মনিলৈমা : নুপী ওইরবসু লাইরিক ফরবদি ওইহন্নিংবা অফিসার ওইহনবা য়াই। নিপা ওইরবসু পুকচেল ৱারকপা ঙমদবা, য়ু-দ পংথক্তা থকপা, লমচৎ চুমদবা ওইরবদি ঐখোয়না চেকশিন্না লোত্তুনা থম্বা সনা লুপা - হুরান হুরান্দুনা মাণ্ডহল্লবদি কৈদৌরুনি।

দেবেন : হোই! হোই! ননিং থুংনবা শেমজরো মশকপুদি নঙভোন্দগী হেন্দৌরিবনি। নুপী ওইরবসু সোরোজীনি নাইদু নিপা অমনা তৌবা ঙমদবা থবক কয়া কয়া তৌখি। গবর্নর ফাওবা ওইখি। (লুহোংফমগী ময়াম্না মপা কদায়দা লৈবগে খ্রি-নরকই।)

দেবেন : ঐ অসিদা লৈজয়ে। (মঙ ফাওনরকই)

অহল অমা : ইবুংঙো ! নচানুপীদা বর পীবিরম্মো।

দেবেন : হৌখিবা ৱাখলদুদগী হৃঞ্জিল্লকই মপী তৈথোকই লেপ্তুনা চৎপা মতম্না ঙসি থম্বাল মপুং মরৈ ফাদুনা লুহোংলবনি খল্লুবদা মচানুপী থম্বালবু খঙনুং নুংশিরকই।

ময়াম : লক্ষ্মী অমুক্তা থাদোকপীয়ু কন্যা মপা চঙলকই মচানুপীদা আশির্ব্বাদ পী-নবা .... চঙলকই এ।

দেবেন : ইপাগী অমত্তা পোকচবী থম্বাল ! নুপী ওইবীশিংগী হৌনশানিনা ঙসিদগী নঙসু ইমুং অসিগী মৌ হায়বদু ওইবা হৌরেদো ইপানা নিংজবা নঙনা থুংহল্লে। অদুবু ইপানা হায়গদবদি নঙনা য়ুম্নাক অসিগী ইজ্জৎ কন্নবা হোৎনবনা নহাক্কী মরুওইবা নথৌ ওইগদবনি। অদুতনা নঙগী সতী ধর্ম্ম ওইগদবনি। অদুনা নমা নপা ঐখোয়বুসু লৈবাক্লা অফবা শাগৈ জাৎকী মচানি হায়বীগদবনি। নকু ননেম্না

য়াদবা থবক তৌরোইদবনি। নঙগী নচিন্দগী নুংশিনরমদবা মী ফাওবা অমগা অমগা নুংশিনহন্নবা হোৎনগদবনি। অহল লম্মনগী সেবা ঙস্বা ওইয়ু হায়রগা (চাম্ম চৎপী মঙা পিরম্মগা ইপা চৎলে হায়রগা মপি তৈথোকঅগা থোরকএ, থম্বালনা মপাগী মখোঙদা লাইবক কৎলগা মপী ঈরা চেল্লগা লৈহৌরে। লুহোংবা লোইরদুনা ময়াম চৎনখ্রে।)

(নন্দকিশ্বর চৈশু শুরগা তপ্না তপ্না চঙলকই। থম্বাল মকোক খুম্মগা ফম্মুং অদুগী ফম্মাংদা ফমদুনা লৈরম্মী। নন্দকিশ্বর চঙশিল্লকুনা থম্বালগী কোক খুমলিবদু হাংদোক্লি। থম্বালনা নন্দকিশ্বরগী মখোঙ পাইরগা খুরুম্মকই।)

নন্দ : থম্বালগী লেংবান পাইদুনা ঙাকই, হায়রকই য়ারে, য়ারে, নখোয় নমান্নবীশিংনা ঙাংনহৌবদু নঙদি তারকপরা ?

থম্বাল : তপ্না খুম্মকই করি করি ঙাংনহৌবা ঐদি তাজরক্লে।

নন্দ : থম্বাল হায়বী অসুক ফজখ্রবী অসিনা মাগী নন্দকিশ্বর হায়বা খোঙতেকপা অসিদা নৎত্রবদি সংসারদা নিপা ফংদ্রবরা ?

থম্বাল : (মরক থৎনা) মখোয়না খোঙতেকপা অদুগী মগুন খঙদদুনা তৌরিবনি। তামো ! (মচিন মেনবা) অদুগা অহলশিংনদি বর অসি কদায়দগী ফংলুরিবনো মগুন লৈখ্রেদা হায়না ঙাংনহৌবদি ঐনা তাজরকই

নন্দ : মদুনা নঙনা তাবা হৈবনি। অদুগা নঙদি তশেংনা মাঙজরেদো নঙগা জুরা চা-নবদা ফংজদ্রেদো ....... অদু নঙবু তামো অদুম কৌখিগদরো ?

থম্বাল : মাঙজবা হায়দি ঐরো তামোরো ? অমুকসু শোইখরে। (মচিন মেল্লি) অদু করি কৌগদগে ? অদু ওইরবদি ...।

নন্দ : তামো কৌবদা শোইখরে হায়দুনা নচিল মেল্লবনিনা করি কৌগদৌরি।

থম্বাল : মতম খরদি নমহায় তৌদনা লৈবা তারেদনা।

নন্দ : মতম খরা লৈরগা করি কৌগদৌরিবা ? মদুনিনে ঐনা তানিংলিবসে।

থম্বাল : অদুবুরো ... নোকপা .........

নন্দ : করি কৌগদৌরিবা ..... নোকপা .........

থম্বাল : (নোক্লা নোক্লা) মহোই পা .... বুং হেক কৌগদৌরিবা।

নন্দ : নঙদি য়াখলসে য়াম্না শাংনা শাংনা উবা ওন্নমলেদনা।

থম্বাল : হায়ফম খঙলক্তবা অদোম্ .....

নন্দ : মীনা য়েংবদা নুংঙাইতবা খোঙ তেকলিবা অসিদং য়েংলগা হোংশি য়ারম্মবদি ঐহাক মীমাঙ থোকনা চোপলোইদৌবা।

থম্বাল : অদুরো ঐখোয় পাবুংনা খোঙ তেকলিঙেসিদা চৈসু পায়রগা লুহোংবদুদা হেন্না পামজবা অমা লৈরি মাল্লে।

নন্দ : ঐসু ভাব তারে নখোয় পাবুংনা খল্লিবদু মনিরতনগী মমাঙদা তৌগে হায়বা অমা য়াওবননি। খোঙ তেকপসিনা নমদুনা থম্বাল হেকপ্রে অসি ওইরিনিনে।

থম্বাল : অদো তামো ! ইহে অমুকসু তামো হায়জিল্লুরে হান্না কৌখিবা মিঙ্গৌ অসিদি খাম্বা ওহোক্লা য়াজখরে। অদোম হায়খিগে মতম খরদংদি। অদো মনিরতনদি তাবদি তারনিকো মাদি মথাই অদু খরদি চাকচবা তারেদকো।

নন্দ : মীবু সুম ফত্তদুনা লৈরমখিগদরো ? মাসু নুংঙাইরক্লম্মরোইদবনি। য়াসু মীনি কৈনো ?

থম্বাল : ফরে মসিগী ব্বাসি থম্মসি লায়েংবসিদি করি লমদা চৎসিগে ?

নন্দ : লায়েংবদি হোনিমুনগী মওংদা চৎকল্লনি ইণ্ডিয়াগী ব্বাংমদা...!

থম্বাল : ঐগা তামোগা চিং লম্বী অমদা নুংঙাইনা কোইমিন্নরম্মী। ইখঙ খঙহৌদনা তুংদগী চৈতুপ মনা থোমমকপদগী তামোসে উপ্না তুদুনা লৈরিঙেদা নিপা অনিখক লাকঅগা ভান অমদা হাপকৎলগা থৌখিরম্মী। অদুদগী ঐনা কপ্প কপ্পদুনা তামো, তামো নন্দ কৌর কৌরদুনা কন্না চেন্দুনা তান্নজরম্মী। চিং লম্বী অদু চাউনা কোনবা (গোলাই) অমা ওইনা তৌই। অদুদা ঐনা চিংয়াং অদুদা কাখৎলগা অশম্বা লম্বী য়েংজবদা চেন্থরগদি তান্নবা ফংগবোই নিংলদুনা চিং থক্তগী কন্না চেন্থরম্মী। অদুবু তুশিন্দুনা থরো থরো ওন্থবদা লম্বী অদুদা য়ৌরগা ঐহাক হৌগৎনবগী পাঙ্গল ফংখিদ্রে। ঐগী ইমাঙমক্তদা ভান অদু চেনখিরম্মী। গাড়ী অদুগী মমাংঙদ্রা লেপ্লগা খামজগে খল্লন্দু কান্নদ্রবদুদা ঐনা খল্লকই ঐনা তান্নদুনা ফংলরোই অদুনদি শিরগা থব্বাই চেক্লা অসিনা তান্নরগদি ফংগনি খল্লদুনা ঐহাক চপ য়ুংনা ঙন্নবা চিংচেপ অমদা চোংথরগা থব্বাই থারগে ইমা নিংশিংলকই হে ! ইমা অপোকপী নচাগী পুন্সি লোইরমাল্লে নচাবু ব্বারৌরনু। হো ! বাবা! নচাবু ঙাকপীয়ু ঐ বাবাগী সেবা মতোল লোল্লমদরে। হায়রগা চোংথরগে তৌরকপা খুদক্তা তুংদগী অহল মকোই চোম্বা মকোইসু মশমসু পুমঙৌ ভৌরবা অমনা ঐগী লেংজুমদা ফারক্লম্মী। ঐ চোংথবা নংহৌদ্রে অহল অদুগী ভান অমসু য়াওরকই।

অহল : ইবেম্মা ! নঙনা নথক্তা শিজগে তৌরম্মীবদি করিগীনো ? থম্বাল মানবী।

থম্বাল : বাবা ঐগী ইপুরোইবদু মীনা ফুদৎলগা গাড়ীদা হাপতুনা পুবিখ্রে তান্নবসু ফংলরোই। ইপুরোইবা য়াওদনা হিক্তুদুনা কৈদৌরুনি খল্লগা থব্বাই চেক্লা অসিনা ইপুরোইবা তান্নরগে তৌজবনি। ঐবু অমুক ফাবিরগনু। ঐনা হিংনা তান্নবদদি ফংলরোই।

অহল : অদুবু ঐনা নঙগী নপুরোইবদুগী মনাক্তা পুবিরবদি নঙ শিদবসু য়াবা নৎত্রা ?

থম্বাল : অদুবু বাবানা তৌবিরবদি বাবানা অপাম্বা পোৎ অমা ঐনা শোইদনা পীজগনি। নঙদি ইপাগুম্বনি। মতেং খরা পাংবীয়ু।

অহল : অদু ওইরবদি নঙ ৱাশকউ (শোইদনা পীগনি হায়না)

থম্বাল : সৈত্যনা শাক্কিনি, বাবানা পাম্বা পোৎ অমা হেক্তা পীজগে।

অহল : ফরে ফরে, অদু ওইরদি ঐগী গাড়ীসিদা কাখৎলো।

থম্বাল : (গাড়ীদা কাখৎলে) বাবা গাড়ী খরা কন্না থৌবিয়ু ফংবরা য়েংসি।

অহল : নঙগী নপুরোইবা নন্দকিশ্বরদো নঙবু নুংশিজবা মনিরতন্না ফাখিবনি, ঐনা মাগী মফম খঙই। শোইদনা উনহনগনি।

থম্বাল : ও: বাবা ! ঐদি নন্দকিশ্বরদা লুহোংদুনা মৌসু ওইরবনি। অদুগা হৌজিকসু মানা ঐবু পামলিবরা ? বাবাগী খোনফমদো অহল মাল্লক্লে। (লৈদুনা য়েংলকই)

অহল : ঐ নঙগী মনিরতননি ঐনা নঙতবু নুংশিজবনি, অদুনবু ঐনা নঙবু শিগদবদগী কনখ্রিবনি। অদুগা নঙনা হৌজিক্তা ঐনা পাম্বা পোৎ অমা পীগনি হায়নসু ৱাশকখ্রবনি। নঙ ঐগী ওইয়ু মসি ঐগী অপাম্বা পোৎনি। অতৈ অমা পামদে।

থম্বাল : (ইঙক ঙক্লা) হৈমা ! ঐদি নঙবু অহল অমনি হায়দুনা অহলনা পাম্বা পোৎ অমা পীনি হায়খিবনি। নঙনা অহলগী শক্তম লৌরগা মীনম্বগী থবক তৌরম্মবনিনা ঐসু ৱাশক ঙাকপা ঙম্মরোই। নঙদি মনিরতন ওইরে। গাড়ী খাম্বীরো, ঐ কুমথজহৌরগে। শিজহৌরগে।

মনিরতন : নঙনা খাম্মো হায়রগা হেক্তা খামগদরা ? (অদুম থৌরি)

থম্বাল : সে! ঐ লৈজহৌরগে গাড়ী খাম্বীরো, ঐ নঙবু থাজরক্তে।

মনি : অদুদি ঐদি নক্ষু তৌরকপা তাবনি ঐনা অসুক ব্বানা পৈশা চঙনা প্লান তৌরগা অরেম্বদা মাঙহনবদি য়ারোই।

থম্বাল : তামো মনিরতন ঐ হৌজিক নন্দকিশ্বরগী নুপী ওইরবনি ইশানা য়াদনা লৈবসু নত্তে। য়াম্না নুংশিন্না লৈমিন্নরিবনি। ইবুঙ্গা মাগী ঈ লৈম্রবনি। নঙনা ঐবু তুক্কচ্চম থোক্লবনি। লুখাক ওইরবনি।

মনিরতন : গাড়ীবুদি খাম্বীরগে। নঙগী নন্দকিশ্বরসে ঐগী মীনা পুন্নগা ফুরবনি। আদা মখোঙ মখুৎ পুন্নগা হাৎকদৌরবা ওক অমগুম্না তারিবসে নঙগী নন্দকিশ্বরনি। উ অনিগী কারক্তা।

থম্বাল : ইস !! হরে, হরে আদা অশিবগা মান্নরা তাদুনা লৈরিবা অসিবু ঐগী ইপুরোইবনি হায়বা ! (হৌন কপ্পা) অদুদি ঐদি মাঙজরেদনা হায়রগা (চেনশিল্লগা কোল্লগা কপগ্রে।) ইস! চৈফমশিং অসিদি ঙাংশং ঙাংশং ঙাংনা লোইনা তৎলেদনা ঐগী তামোসে ওচ্ছোক্লা থিনা ফুবিরম্মেদকো হৌনা লাউরকই হে! মহাপাপী চন্দালশা, ঐবুসু হাৎলরো ঐবুসু হাৎলরো (হায়রগা বাছখরে,থম্বাল বাছখিবা উবদা)

নন্দকিশ্বর : ঐগী থবাই ওইবী থম্বাল ! ঐ করিসু তৌদে, নঙগী নতৌসি উরগা ঐগী থম্মোয় কায়গদৌরে। মখোয়না ফুবদদি ঐনা খাঙবা ঙম্মী। অদুগা নঙনা বাছবসিদি ঐগী খাংবা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈখিদরে। (ব্বানা ব্বানা ঙাংবা)

থম্বাল : তামোবু মখোয়না পুন্নগা ফুরবনিনা তামোদি খোঙ খুৎ পান্দ্রবা অশেম্বা ঙাগুম তুমিন্না অদুম খাঙলবনিনে ওচ্ছোক্লা চাক্ল খাংলেদকো।

নন্দ : নঙদি মনিরতন্না ফারগা পুরকপরা ?

থম্বাল : মানা হনুবা শাজিন্নরগা পুরকখিবনি। ... (মনিরতন লোমদা ওনশিল্লগা) মহাপাপী শা: নখোয়না ঐগী থবাই ওইরিবা অদুগা

লাঈগুম্মা লাৎচরিবা ইপুরোইবসিবু করম্বা মরালগী অসুক থিনা ফুরম্মীবনো ? (কন্না লাউরকই) হো ! আই, জি, পি, গী মচা ইবুংঙো অঙম্বা! ঐবুসু হাৎপিরো লাকও। (কপ্পুনা কোনশিনবা)

।নিরতন : ঐনা নঙগী নপুরোইববু ফুরিবসে অতে অমগী নত্তে, অদুগা নঙনা নন্দবু কোনশিল্লগা লৈরিবদো থাদোকউ (শাগল পাইদুনা চিংথোকপা) অদুম হায়না তৌবদু ঐনা য়েংবা হৈনদে। সে: থাদোকউ (কন্না লাওবা)

থম্বাল : থাদোক্লোই সুকথা থাদোক্লোই। ঐসে মাগী নুপীনি মঙোন্দা ফুগদবা চৈদো ঐঙোন্দা ফবিয়ু শিরবসু ঐনা হান্না শিজখিগে। ঐ কনামত্তগী নুপী নত্তে ঐবু শোক্লক্কনু।

যদু অমদি কেশো : থম্বাল নঙনা নন্দকিশ্বরবু কোল্লিবদু ইকাইদ্রা ? ঐখোয় অহুমগী মমাংসিদা ইকাই খঙদবা তৌগনু সে! থাদোকউ য়েংবা নুংঙাইতে।

থম্বাল : করিগী ইকাইরুনি লুহোংলবা নিপাবু (হায়রগা মমায়দা নানবিরি অদুগা কোনশিল্লগা হিক হিক তপই) তামো ! ঐদি মাঙজরে। মহাপাপীশা: ঐবু থাদোকপীয়ু হায়বনি। তাদ যদু নঙগা কেশোগদি পাপীসিগী মরল কয়াম চারুরে। মরাল লৈতবা মী ফুবদা অসুক য়াম্না থৌনা ফরিবসি, হায়য়ু ইকাই খঙদবা শা:

মনিরতন : ঐনা নন্দকিশ্বর ফুবা তোক্কদবসি নঙনা নন্দকিশ্বরবু পামদ্রে, নুংশিদ্রে হেক হায়রবা নৎত্রগা নন্দকিশ্বরনা মশানা খঙনা নঙবু পামদ্রে হেক হায়রবা অদু ওইরবদি নবান্নিমকপু ফুবা তোকলে। নৎত্রবদি অমুকসু ফুখিনি হন্টরসিনা (ফুবা হৌরকই হুইত হুইত) (নন্দকিশ্বর আ: হা আহ: চৈনা খাংলি)

থম্বাল : অদুদি নঙদি ঙাওরবা হুইগা করি খেন্নরী ? নঙমুক ফত্তবা জীবসিবু কদায়দা পোক্লমগদগে ? নঙদি মীনাই অঙাওবনি।

মনিরতন : হায় থম্বাল ! নঙনা হায়রিবদো কনাদনো ? নঙ ঐবু খঙদবরা?

থম্বাল : মনিরতন হায়বা অপঙবা অদুবুনি। নঙনা ঐবু পামজরগা ঐনা য়াবিদ্রগা নঙনা মীঙোন্দা তাইনরিবসিবু নঙ্গু মীনা অঙাওবা হায়দনা করি হায়গনি। নঙনা শাওফম থোকইবদি ঐবু নৎত্রো? ঐবু হাৎনিংলে হাৎলু ফুনিংঙে ফুজৌ অদুদি নৎতনা।

মনিরতন : থম্বাল ! নঙ ঙাংবা য়াম হৈরেনে। ঐনা হায়য়ু হায়রিবা ৱাদু হেক হায়দ্রিবখৈ ঐদি নঙগী নপুরোইবসি ফুখিদৌরি (হায়রগা হুস্তরনা হুইত হুইত কনখৎপা)

নন্দকিশ্বর : (আহ! আহ! চৈনা খাংলি) তপ্না হায়রকই, হোই !! মীবু মখোঙ মখুৎ পুনশিল্লগা হুস্তরনা ফুবা হৈবা, থৌনা ফবা নঙ মঙাইরে নরিল লৈরিবা, ফু-ফু নঙনা ৱারগা, কেশোবু অমুক ফুহল্লু ঐগীদি অৱাবা লৈতে। খাংবা হৈরবনি।

থম্বাল : কপ্না কপ্না হায়রকই নখোয় ঐগী ইপুরোইববু ফুবদু তোকলো কৈদৌবগে ঐঙোন্দা ফুবিরো ঐ শিজরগে। শিদ্রিবা ফাওবা ফুরো। ঐ হিংবা পামজদ্রে ইপুরোইববু ঐগী ইমাঙদা অসুক থিনা ফুরগা কনাগী নুপীনা খাংবা ঙমগদগে ?

মনিরতন : হায় ! নন্দকিশ্বর নঙবু ঐনা ইশুং পেন্ন ফুরিবসে থম্বালগী মমাঙদা তৌগে মতাগুম তৌরিবনি। নঙগী নরিল লৈতবা অদু উরগা থম্বালনা পাম্বীদনবা ফুরিবনি।

থম্বাল : হে ! ভগবান ননাইদি উ মখোঙদা মৈ থারবসু চেনবা ঙমদনা খাংগুম মৈরিনা চাকপা হৌরবা উনাগা চপ মান্নরে। ননাইবু করি ওইরসিগে ?

নন্দকিশ্বর : হায় !! অকনবা নরিল লৈবা শাবা বুদু! নঙগী হকচাংসিদি লুখাক চগুমগী মপুন্না শারকপা ওইরে। অদুনা অপঙবা মপাল শাবনি। মহৈসু পাপীগী মহৈ ওইনা লাক্কনি খঙলবরা ?

মনিরতন : (শাউরকই মখা ক্রক ক্রক চিক্তুনা লাওরকই) ও!! ঐ অপঙবনিনা পংফুদা ফুবনি ফুবা তারে (হায়রগা হুন্তরনা থম্বালদা ফুবা হৌরকই হুইত হুইত পাল্লবরা নন্দকিশ্বরসে)

থম্বাল : অয়ো ইমা! ঐ শিরেদনা হৌজিকসু পামই ! নুঙসু নুংশি অদুনিদনা নরিল লৈবা হায়বদো নঙবু বুদু হায়দনা কনানা অশিঙবনি হায়বিদৌরিবা? (মতাং অদুমক্তদা নন্দকিশ্বরনা লাওরকই)

নন্দকিশ্বর : হোই !! অমাঙবা চাবা, মীগী মচানুপী অমদবু হুন্তরনা ফুবা হৌনবরা? নঙগী নমাদু নুপী নত্তবরা ?

মনিরতন : হে !! থম্বাল নঙবু ফুবিররোই নঙনা নন্দকিশ্বরগী মমায়দা খুপাক্লা থারগা নতিন শিংচিল্লু অদু ওইরবদি নঙবু ফুবিররোই।

থম্বাল (যদুগা, কেশোগা য়েংঙগা) : হোই মনিরতনগী হুই অনি নখোয়সু অপঙবা মপুগী মিচঙনিনা মবাল লৈতবা মীদা ফুবদা হরাওরমগনিনে। নুপীদা হুন্তরনা ফুর ফাওবা য়েংদুনা লৈবা ঙম্বা শা:

যদু অমদি কেশো : থম্বাল ! ঐখোয়গী মনিরতন সাহেবনা হায়রিবসে নঙগী ফনানবনি। নন্দকিশ্বর হায়বা খোঙ তেকপসিদা তিনশিংচিল্লু অদু ওইরবদি নঙবু সাহেবনা ফুবিররোই।

নন্দ : হোই !! অপঙবশা য়াররোইদবা ব্রা ভাংবগী ইকাইবা লৈতবা। অপঙবনিনা পঙভী হায়বসু খঙদেদো। অরানবা থবক তৌবগী কিবসু লৈতে।

থম্বাল : তাদ যদু অসিদা অমুক্তা লেংশিল্লকউ ঐ ব্রা অমা হায়গে।

যদু : (হরাও হরাও চংশিল্লি) করি হায়গে ইবেম্মা। থম্বাল।

থম্বাল : নমায়দা তিনশিংচিনগে তৌনি। (থুই তিন শিংচিনবা)

যদু : এ! এ! থম্বাল হায়বী অপঙবী করিগীনো নঙনা ঐঙোন্দা তিন শিংচিল্লিবদি। নঙবু মনিরতন সাহেবনা পাম্বীরিবসি নরাইবক ফবনি। আই, জি, পি গী মমৌ ওইবীগে হায়রগা য়াদ্রিনে অপঙবীসিদি।

নন্দ: ভায় যদু! ঐদি নংবু নমিৎ তাংদবোই নিংলন্মী। নংদি নমিৎ তাংলম্মেদনা নংগী নমিৎ অদুনা অঙানবা নুমিৎ উবা ফংদ্রি অদুনা নংনা কদাইদগী অঙৌবা মচু খঙগদগে নঙোন্দদি অমুবা, অঙাংবা মচু খুদিংমক খেন্নবা লৈররোই, লাইবক থিরিবদি নংগী নখনাও অদু নোংংমদি নথন্তা চৈনিংঙকখিনি।

থম্বাল: তাদা যদু! নংদি মীনা চাউরগা নংনা মীনাই ওইজরগা লেম্না চাজবা ফংজবগী হরাওজবনি। মদু লেম্না চাবদি নত্তে ইকাই খঙদবগী মমলনি। অদুগী শরুকপুদি নং নশানা ঙমজগদবা থবক মচা অমা শুজরগা মীখা পোন্দনা হিংনবা হোৎনবনা হেন্না ফৎত্রা? ইন্সাং নাপীদা থারগা চারবসু মীপানদি তাংদ্রবনি। খঙজিল্লু। ননিং তম্বা পামদ্রো?

মনিরতন: হে! থম্বাল নংনা ঙাংনিংবা ঙাংউ। করিগী ঐগী মরুপশিংবু মীনাইগুম্না ইকাইবা পীরি অদুননি ঐনা নংবু ফুরীবসে (হায়রগা হম্বনা হুইট হুইট কনবা হৌরকই)।

থম্বাল: অয়ো ইমা! অয়ো ইমা! ঐ শিরে নুপীনা পাম্বীদবা অসিগী মখুত্তা ঐবু শিবা তারবরা?

নন্দকিশ্বর: হোই!! চন্দালগী মচা নুপীমচা অমদবু অদুক [illegible], ইরোইদা ফুবগুম ফুরবা (হায়রগা থৌরি থদৎখ্রে)।

মনিরতন: ও!! হায়! ডাক্তরগী মচা খোঙতেকপা নং থৌরি থদৎলবরা? (হন্টরনা কনবা, তাঞ্জা চাদুনা নন্দকিশ্বরনা হন্টর ফারগা অশাওবগা লোয়ননা হন্টরদু খংচিং চিংবদা মনিরতন্দগী হন্টর নন্দকিশ্বরনা মুনখ্রে।)

যদু: ইহে! মনিরতন সাহেবতগী হন্টর নন্দকিশ্বরনা মুনথোকখ্রে। করম হায়না তৌনি।

থম্বাল: উরবরা? অচুম্বগী মৈরীনা নখোয় ময়াম্না পুল্লম্বা থৌরি অসে চাকথেক্কুনা তৎলেদো। নং হৌজিক লাঙ্গনা য়ারক্তবগী খুদম লাকঅবনি।

যদু অমদি কেশো: (হন্টর মুন্নবা চংশিল্লকই) ঙাইখো নন্দকিশ্বর ঐখোয় সাহেবতা ফুখিনু। মসি আইজিপি সাহেবকী মচানি। সাহেবতা ফুবা হৌনদে।

নন্দকিশ্বর: (যদুগা কেশোগদা হন্টরনা হুইট হুইট কনবা হৌরকই) যদুগা কেশোগা আই! আই! মসিদি হন্টর পাইবা য়াম্না হৈরম্মীনে। অয়ো ইমা শিরে! শিরে! ইস: নাখরেদা।

মনিরতন: হায় নন্দকিশ্বর নংনা ঐগী মরুপ অনীবু করিগী ফুরি। নং শিবা তারে!

নন্দ: (মনিরতন্দসু হুইট! হুইট! কনবা হৌরকই।)

মনিরতন: এ: নাইনহে অদুক কন্না ফুবা হৌনবরা? ঐ মনিরতন্নি নহে, অয়ো! অয়ো! ইস নাখরেদা! ঐঙোন্দসু ফুরেনহে।

থম্বাল: ঙসাই মৈখদি কন্না চৎপা ঙমজদবা তিনখাক মচা অমা ওইরম্বদু কুরাক ওইনা পাইদুনা নখোয় অহুম্মকপু ফুবা হৌরক্লেদো। নখোই অহুমদি নখোঙ নখুৎ পুল্লগা ফুবসু নত্তে। নখোয় সাহেব মনিরতনগী হন্টরনা ফুবনি নারুনু। নুংশিবা মরুপকী হন্টরনি। নুংশিদ্রো সাহেবকী হন্টরদো।

মনিরতন: থম্বাল নং অমুক্তা খামজিল্লু নংগী নিপাসে য়াম্না শাউরেহে।

থম্বাল: ঙসাই নখোয়না ফুবদো ঐগী থবায়গী থবায় ওইবা ঐনা পুজা কৎচরিবা ইপুরোইবনে, ঙসাই মখৈ নখোয়না ফুদৎতুনা মপাঙ্গল লৈত্রবা খোঙতেকপা অসিনা খরা ফুজবদি ফুজসনু নখোয়দি শোইনাইদবা ঙাক্তনি। করিগী নারুনি।

মনিরতন: মাদি শাউরমান্নে য়াম্না কন্না কন্না ফুই, থম্বাল নংবু খরা খামজিল্লু ঐখোয় শিবা তারে............ অশেংবনি। মসি হন্টর পাইবা য়াম্না হৈরম্মী। অমুক্তা খামজিল্লু।

নন্দকিশ্বর: থম্বালনা ঐবু খাম্মবদি নখোয়দা ঐনা ফুবা তোকপীগনি

নখোয় অহুম্মক থন্বালগী মখোঙ পাইরগা হায়জৌ।

মনিরতন: নংবু নুপীগী মীনাইরা? হায়রগা হন্টর ফাগদবগী হোৎনৈ।

নন্দকিশ্বর: মরুপ ঐনা পাইবা হন্টরনা নংনা ফাবা ঙমগনি খনবরা? ঙম্মবদি ফাবীয়ু। (হুইট হুইট ফুরকপা।)

মনিরতন: হায় খোঙতেকপা নাইনহে অদুক য়াম কন্না ফুরক্কনুনে।

নন্দকিশ্বর: হায়! যদু, কেশো নখোয়গী সাহেবসে, অয়ো অয়ো হায়রে। সুমহায়না তৌবা নখোয়বু থেংনখ্রবরো? নহাল মখৈদি মহাক্না ফুরগা নখোয়না হরাওজবনি অদু ঙসিদি নখোয় সাহেবসে ঐনা ফুবদগী কপকদৌরে। অদু নখোয়সু কপ্পুদনা নৎত্রগা নোকশিল্লু।

যদু, কেশো: নং ঐখোয়গী আইজিপি সাহেব তারবদি হিংবগী ৱাদি লৈত্রে।

নন্দকিশ্বর: নখোয়গী আইজিপি সাহেব অদুদা তাকউরবদি শাউনিংবা খাংবদা মনাক চংউবা নখোয় অনীদি গুলি চাবসু য়াই। য়ামদ্রবদা লিচৈ ১০। ১০ দি ননঙ্গলদা ফুবদি শোইদ্রবনি। ঐগী হন্টরসিদগী হেন্না নাবা।

যদু, কেশো: হোয়নে তাকপা চৎলরোই ফুনররোইশি মনিরতন সাহেবতা হন্টরনা ফুহেদে। অসিবু মীচমলো? নং ঙাওরমাল্লে।

নন্দকিশ্ব: অদুগীরো ঐনা পাইবা হন্টর মুনগদবগী হোৎনরিবসে। অদু ওইরবদি (হুইট হুইট ফুরকপা)

যদু, কেশো: নাই হায়রমক্তদা সুম ফুরকই অয়ো অয়ো! শিবা তারে।

নন্দকিশ্বর: হন্টরনা ফুববু নাবরনে নখোয়সিদি নিপা মাঞ্জখিদ্রে। ঙসাইদগী নখোয় অহুম চঙদুনা ফুবদি ঐদি করিসু নাবীদে অদুম খাঙই।

কেশো: সাহেব ঐ পাবুং তাকউরগে, নৎত্রবদি খাম্বা ঙম্মরোই।

মনিরতন: নন্দকিশ্বর হন্টৱ পীরকও ফু-নবা তোক্লরশি। মদু ঐগী হন্টরনি।

নন্দকিশ্বর: ও! হন্টরসি অদোমগীরা ঐনা নঙোন্দগী মুল্লগা পাইরিবসে নংগী রিভোলবর শৎপা নংদ্রবরো? ফরে ফরে তোক্লরসি মরুপ্না অয়ো অয়ো খাংবা, য়েংবা নুংঙাইত্রে। হন্টরসি য়াম্না ফৈ।

মনিরতন: অদুদি থাঙ হায়নরিসা হন্টর তোক্লসি।

নন্দকিশ্বর: অদুসু য়াই, থাঙশাং অমমম পাইনরগা নিপা মচা থৌদাং য়েংথোক্লরসি। অদু ওইরবদি (কেশোগা যদুগা অনীমক্তা হন্টরনা মখুদাংদা হুইট হুইট কহুৎখরে।) কমদৌই, নবানি ঙাহাক্তং নখুদাং পাইশিল্লগা পোখারোকো।

মনিরতন: থাঙ হায়নরবদি নংদি নখোঙ তেকই করম্না হায়নগনি।

নন্দকিশ্বর: মরুপ মনিরতন খোঙতেকপা ঐনা অমুক থিনবদা নংগী তুং মাঙ অমুক্তদা কায়রগা ৱাহুখিবদো কাউবরা? অদুগা থম্বালগা ঐগনা নয়ুমদা থিনবীখিবনি। হৌজিক্তি ফোরেন চৎলগা লায়েংলুদুনা খোঙসু পুমফ-ফরগা লাকঅবনি। হৌজিক্তি করিগী কনাবু কিরুগনি।

মনিরতন: ও! নখোঙ নাবা ফরবোইরে, অদুনরা নংনা থাঙনা য়ান্নরসি হায়রিবসে অদুবু থাঙদি হৈতবনিনা নং কান্নরোই নংগী শিরমদাই য়ৌরক্লবনি। ঐনা নংবু খরা লাকচ-লাকচ তৌবদুদা থম্বালনা নঙোন্দা মীনুংশি লৈখিবদগী চান্ননা নুংশিখিবগী ৱানি।

নন্দকিশ্ব: অদু খঙলবদি অদোমগী খোন্দা থিবা অদু থাদোকত্রিবা করিগীনো? সিমদি খঙবীয়ু নিংথৌ মচাশিংদি খোন্দা ইফ-ফজনা থাঙ-তা দি য়াম্না হৈনবনি, মরিনসু লৈগনবনি।

মনিরতন: নংবু নিংথৌ মচারো? নিংথৌ মচা মান্নবা কোথ কোথ সুম ঙাংদুনা লৈবদো খুৎ হেক থাবা য়াদেনে।

নন্দকিশ্বর: খোন্দা থিদ্রবসু মরুপ্না খুৎ থারকপা য়ারে। অকনবা লানফমদা

চেন্নরোইসি। অদুগা খোন্দা থিরগা ঐনা কিগদবদি নত্তে।

মনিরতন: হেরা মসিগী মীশি ঐবু য়াম্না উশিত্তেদা। হায়রগা (তেং। তেং থাঙ য়ানশিল্লকপা) এ! মসি ফনবু হৈরম্মীনহে।

নন্দকিশ্বর: মরুপ খরা চেকশিনবীয়ু (থাঙ হায়নবা তেং। তেং)

মনিরতন: মসিদি খঙহল্লগে। (নন্দকিশ্বরগী ফুরিৎ থাঙদোন্না খায়দৎপা) কমদৌই নন্দকিশ্বর ঙী খরা তারেদনা।

নন্দকিশ্বর: আ: হৌজিক্তি মিৎ, না শিংনকী নংনা খরা ঐরকপসিদি ফরবনি। (থাঙনা হুইট হুইট হায়জিল্লক্তুনা মনিরতনগী থবাক্কী কুদাম কত্তুনা থাদরকই)

মনিরতন: হায়!! মসিদি য়াম্না হেঞ্জিল্লকইনা হন্দক্তি নং শোয়দনা শিবা তারে। (কন্না থাঙ হায়নৈ তেং তেং।)

নন্দকিশ্বর: থাঙ হাইনা হাইনা কিন্না মনিরতনগী মমায়দা য়ক্ থিনখ্রে। মনিরতন লোংনা তুখ্রে। অদুগা থাঙনা মনিরতনগী মখৌরিদা নমদুনা থমখ্রে মরুপ্না মখা চত্থবা পাম্মবদি থাঙ পীরকখিগে।

মনিরতন: ব্রা ঙাংখিদরে। মথন্তা শোল্লি। মসি থাজদনা থাঙ ফজনা হৈরমখ্রেদা। মানা থাঙ হায়নরিঙেদা কিন্না মায়দা থিল্লকইবদু কিনগী মহুত্তা থাঙনা থিনবা ওইরম্মবদি ঐ শোয়দনা শিগনি। অদুনদি ঐ লেম্না ফজনা তোকহৌবনা ফরনি।

নন্দকিশ্বর: মরুপ! মরুপকী অপাম্বা অমুক্তা তাকপীয়ু সে! থাঙ অসি পায়বীয়ু অদুগা ঐঙোন্দা য়ানবীরকউ ঐ করিসু শাউজরোই।

মনিরতন: মরুপ! খোন্দা থিবনা অকনবা শাবা করিসু কান্নরমদ্রে। ঙসি মরুপ্না ফজরবা পরা অমা তম্বীরে। অদুগা ঙকইবদি মরুপ নন্দকিশ্বরনা হন্টর পাইবসু ফজনা হৈরম্মী। থাঙ হায়নবসু ফজনা হৈরম্মী। করম্বা মতমদা তম্মুরিবনো ঙক্তবা ঙমদে।

নন্দকিশ্বর: মরুপ ঐদি থোইনা হৈজবা নত্তেদা তৌবতবু নিপা ওইবা ঐখোয়দি শিনফম খরদি হৈবনা ফে। লাইরিক খক্তা তম্বনা য়ারকক্তবা মতাং লাকই। অদুনা খরা খরা সুম তমশিনজবনি। ইরৈবাক কন্দবা য়াদবা মতাংদদি চেন্নিংঙাই ওইদে, মতাং অদুদদি থবায়না পোছ্না ওইরগা থেংননিংঙক্নি।

মনিরতন: মরুপ ঐদি থাঙ অমুক পায়জররোই অদুগা মরুপসু থাঙ থম্বীরগা অমুক্তা লেঙ্গোন্নসি হায়ববু করি হায়বগে।

নন্দকিশ্বর: নুংঙাইজরেদা ঙসিদি ঐনা মরুপ মনিরতনগী মচিন্দগী অসিগুম্বা অথোংপা ব্রাহে তাজবসি ঐনা চৈ চারুরবসু থম্বালগী অবাবা কয়া নংলবসু ঐখোয় পুম্নমক মঙ্গল ওইরবনি খঞ্জরে।

মনিরতন: ইবেম্মা! থম্বাল! ঐ নংগী অমদি মরুপ নন্দকিশ্বরগী লম্বীদা অয়েৎপা অমা থমজররোই। ঐনা নখোয় অনীবু থম্মীবসি পৃথিবীদা লৈতবা "হেংগিং গার্দেন" অমনি। মসিদা নবান্নি মনিং তম্না "হোনি মুন" শান্নহৌরো ঐ, যদু, কেশোগা লোয়ননা চৎপ্রগে। অচুম্বগী মপাঙ্গল থিংবিনিংঙাই লৈতে, ঈশ্বরনসু মতেং পাংবীবনি মীপুম খুদিংমক্তা হায়রুরগে। ঐখোয় চৎলেকো।

থম্বাল: অসুম্না তামো মনিরতন অদুম চৎখ্রে। অদুদগী..........

নন্দ: অদুদগী কমদৌবা নংগী মঙসিদি ফিল্ম অমগী মওংবু মাল্লিনে।

থম্বাল: অদুদগী মঙ মখা লৈরি। মঙ তাবীরো তামো! মনিরতন হেক চৎখিবগা ঐনা হরাওমন্দনা তামোদা চেৎনা কোঞ্জরগা থিংবা ঙমদবা নুংশিবগী ইথক্তা মিৎলুদা থল্লক্তুনা হিক্রা হিক্রা কপ্লিংলকখি। নুংঙাইরবা মতাং অদুদা কদায়দগী কপ্লিংলকইবনো ঐ হায়ফম খঙখিদে। অমুকসু খল্লকই ঐনা নুংশিবা হৌবীবদগী তামো নংসে ওছোক্লা ব্রাহল্লেদকো।

নন্দকিশ্বর: অয়েৎপা, অথিংবা য়াওদনা থুংনবসি নুংশিবগী মমল খরা

হোংবগুম তৌই। অদুনা মনিরতন্না ঐখোয় অনীগী নুংশিনববু মমল য়ামহন্‌বীবনি নং শাওরুনু। মসি লাঈগী খুদোলপোৎনি।

থম্বাল: অদুবুদি চুম্মী হায়না লৌবা য়াই। থাইনগী খম্বা-থোইবীগী ৱারীদসু চাউনা থিংবা অমা লৈরম্মী। ঙসিদি তামোনা মনিরতনবু ফজনা ভ্তান তাহনখ্রে। অদুবু মাগী থাঙনা ফুরিৎ খাইদৎখিবসিদা হকচাংদুসু থাঙদোন্না খরা শোকখিবসিদি য়েংবদা নুংঙাইতে।

নন্দকিশ্বর: করিসু থোইনা শোক্তেদা! নংগী নুংশিবগী শক্তিনা কল্লবা চাউরবা লানফম অমা ঐনা জয় তৌবা ঙম্লে। লাও অমুক্তা নুংশিনা কোঞ্জগে, অশোকপশিংসে অদুম ফজখিগনি।

থম্বাল: তামো! নং ঐবু নুংদি নুংশিবরা? নংনা ঐগীদমক্তা অৱাবা তারম্বসে খল্লুবদা থম্মোয় অসি খাংফম তৌফম খঙখিদে। হৌজিক্তি নখোঙ নাবসু ফরবনিনা ইবান্নি "হেংগিং গার্দেন" অসিদা শাৎলিবা ফজ-ফরবা লৈশিংসে ইনিং থুংনা হেক্লরগা লৈগী শৈয্যা শেম্মগা পোত্থামিন্নরসি।

নন্দকিশ্বর: হৌজিক্তি নিংথিরবী থম্বাল নংবু ঈরৈ কল্লবা সমুদ্রগী ঈয়া[illegible]গী ফুল্লগা পুরক্লবনি। অদুগা ঐগী লাইর-খাংপোক্তা থম্ব[illegible] ঙমজর[illegible]নিনা ইনিং থুংনা লৈকা হায়দোক-হায়দোক্তুনা লৈরিক মশিং থিবা পীবীয়ুকো। শাওনরোইসি..........

থম্বাল: হৌজিক্তি থম্বাল অসি নং নথক্তগী ওইনা লৈজরবনি। ননিং তম্না শান্নবীয়ু মদুদা থম্বালগীসু ঈরোন্নুংদগী থোরক্লগা কল্লবা ঈরৈগী মথক্তা ফুগাইনা শাৎচবা ফংবগী মহৈ ফংবা ওইজগৌদরিবনি। হেকপীনিংঙাই লৈতবা থম্বালবু করি নুংঙাইফম লৈবগে? ঈয়াইদা কংদুনা মাঙজবা নত্তনা।

নন্দকিশ্বর: থম্বাল নংবু পাম্নদবা, কল্লক্তবা ছাত্রদগী ওঝা ফাওবনা লৈখিদ্রে। অদুবু শোইনাইরবা নন্দকিশ্বরদা নংনা য়াবীদুনা ঐগী

ইনাক্তা মোমোন নোক্তুনা ফুগাইনা শাৎপীররে। মসিদগী হেন্না নুংঙাইবসিবু কদায়দগী লৌরুগদগে?

থম্বাল: তামোনা য়েংবদা নুংশিবীবা শক্তম ওইরম্বসিসু ঐগী লাইবক ফবনি হায়দবা ঙমদে। অদুগা সংসারগী মী পুম্নমক্না য়েংবদা ফজনবদি ঐনা খনখিদে। ঐগী লাঈনিংদি তামোনা নুংশিবীবনি। (অদুদগী লৈকোন্দা ঈশৈ অমা শকমিন্নরগা চেন চোংদুনা শান্নমিন্নে।)

থম্বাল: ঐগী অনৌবা পুক্সি লৈকোন্দা
ফংজরে শান্নজবা ইনিং তম্না
ফংজরে থাজবু লাম্বা ইখুৎনা
ঐগী অনৌবা পুক্সি লৈকোন্দা।

নন্দ: লানমিন্নসি হিনাওসিদা, নংগা ঐগা
শাৎলি থরো, থম্বালনা ফুগাইনা
মনিং তন্নরি লৈকা খুদিংদা খোইমুনা
লানমিন্নসি হিনাওসিদা নংগা ঐগা।

থম্বাল: পুবীরো ঐহাকপু পুনিংবা মায়কৈদা,
তিংখংনা থল্লবা তাইবং তম্পাকসিদা,
লমজিংবীরো ইঙ্গরক্লে হরাওনা
ঐগী অনৌবা পুক্সি লৈকোন্দা।

নন্দ: থরো, থম্বাল হেকমন্নসি ঈয়াইসিদা
নুংশি ঈথক থেংজিন্নসি, থম্মোয় প্লেনা
নংনা ঐগী থম্বালনি, ঐনা নংগী খোইমুনি
লানমিন্নসি হিনাওসিদা নংগা ঐগা।

ঈশৈ হেক লোইরকপদা নোং ঙাম্দুনা তামোনা ইশা পাইদুনা হৌদোরকপনি।

নিন্দকিশ্বর: নংগী মঙসিদি ঐনা ফজরবা ফিল্ম অমনি হায়বদা করিমত্তা কায়দ্রে।

থম্বাল: তামো! তামোসে মঙদসু য়েংনবা পুম্নমক লোইরগা ঐগী ওইজরম্মে, অদুগা তাইবঙসিদসু ঐগী ওইজরবনিনা ইনিং থুংনা সেবা ফংজরগে। কদায়নো খোঙদো ইতম্বাক্তা থম্লগা অমুক্তা নোয়রমগে। নোংঙাল্লকএ অনৌবীনিনা ঙন্না হৌগত্তবা য়রোই।

নন্দ: থম্বাল নংনা লুহোংবদা লৈ কোইবদা ফজবদুদি পুল্লিগী কাউবা ঙম্মরোই।

থম্বাল: অওইবরনে তামোদি য়েংসু য়েংঙক্তনা হেক্তা হায়জিল্লি।

নন্দ: ফজপ্রবী মায়থোঙদুনা খিত্তং লুকথরগা নমিৎ অনী অদুনা কনাবুসু চিংনদনা খজিক্তং পাংলগা তান চানা চানা খোঙ থাংদুনা ইংনা লেম্না নুংশিরবা ঈশৈগী সুরগা লোয়ননা কোয়না চৎপদুদি নুংশিবগী নুংশিবা ঙাক্তা ওইবা মুর্ত্তি অমনি।

থম্বাল: অদুগা লৈ খুজোক অথনবা অদুনা তামোগী কোকথক্তা ঐনা থাদরকপদুদি তামোনা করি খনখি।

নন্দকিশ্বর: অদুবুরো মতাং অদুদা নংগী নখুৎ লৈহাও অপোম্বা মানবীদু পুল্লপ্না ফারগা চিংশিন্নিংই য়াদবগী তৌনি। অসিগী নখুৎ অসিনি (হায়রগা কন্না পায়শিনবা)

থম্বাল: হৈমা! তামো অদুক কন্না পাইশিনবীগনু নায়এ। নখুৎনেইনা মত্রৈ ইমান মান্দনা য়াম্না কল্লি। সিগী খুৎশিননিনে অমুক্তং মনিরতনগী মমায়দা থিনবদা তুংসু মাঙসু থুগাইখিবদো।

নন্দকিশ্ব: অদুদি ননাতোন্দু শিক্তৎকে চংশিল্লকউ। নমায় নেইনা ইনুং

হেক নুংশিরদনা নংনা লৈ কোইবদুদা কোইতান-তান্নদুনা য়েংনিংবনি অদুদা বর ঙাওরে হায়নখিনি হায়দুনা তৌনি।

থম্বাল: ইঙো! নঙোন্দা হুক্রবা লৈ পরেং অদু লেংবদগী হৌনা খাখল অমা তৌবা হৌববনি অদুদগী পোলোই শেৎপগী মতাংদা হায়ফম খঙদনা থম্মোয় অসি কৈনোম তৌরকই।

নন্দ: (ইঙো কায়না হায়রবা) ও! ইবেম্মা নংনা পোলোই শেৎপদু ওহোক্লা ফজখ্রে অদুগা রেশম ফুরিৎ সঙাংবী অদুনা মরোল অমা নঙোন্দা পকচরিবা। অদুদগী অমুক লুখম লোমদা কুরাক পাইবী ময়াম অদুনা তনিক তনিক ফজবনে হায়ফম খঙদনা ফজৈ।

থম্বাল: অওইবা ফজখিবরা?

নন্দ: থম্বালনা খোইমু ময়াম ইন্নবগী মহুত্তা সনাগী কুরাক ময়াম তোংবনি অদুদগী নংগী থবাক মওং ফজবী অদুদা সনাগী লিক পরিং ময়াম অদুনা খুম্নবা হোৎনবদুদি থম্বালদা লৈরিক্লা য়োম্বগুম্মী। সনাগী থম্বৌ মানবী পাম্বোম অনী অদুনা পুমবুম থাদরগা কাইদ-কাইদ নোম-নোম চৎপদুদি চাংদম্লিংঙাই লৈতে।

থম্বাল: অওইবরো? অদুগা বর ওইদুনা ফম্মীবা তামোসু ঐনা য়েংজবদদি মোইরাং খম্বা হায়বদুদগী হেন্না ফজরমগদবোই নিংই। অদুদি ঐ হৌগৎলগে অহল-লমন হৌগৎলকত্রিঙৈদা।

নন্দকিশ্বর: অদু ওইরদি অমুক্তং লুকথরগা নুংশি হায়রম্মী অদুগা ইমাগা পাবুংগগী অপাম্বা মনিং থুংহল্লুরো।

# ২৭ শুবা শিন

## (দেবেনগী য়ুমলোমদা হাংহৌবা)

দেবেন মচানুপী থিন্দোকতুরগা ময়ুমদা হল্লকই। মনিলৈমা মচানুপীগী রিদিং রুমদা মথন্তা মচা পম্বালগী ফোটো য়েংলগা কপ্তুনা লৈরম্মী। ইমাগী অমত্তা পোকচবী থম্বাল ইমাদি ইতোমতা ঙাইহৌরে। চৎনবীগী থৌরিনা পুন্দুনা নংদি চৎখরেদো। নংনা চৎলমদাইদা কপ-কপ্লগা চৎখিবদো ইমাগী থম্মোয় নুং নত্তবনিনা মশুং কয়া থোক্লা কায়খি। খাংদ-য়াদবনিনা খাংদুনা লৈহৌই।

দেবেন: মনিলৈমা তারিবরো? নং কপ্লিবরো? অঙাওবী! সংসারগী চৎনবীনি নচানুপীবু ফজনা মশানা য়াজবা নিপাদা অশেংবা কন্যা দান ফংজবসি ঐখোয় অনীমক্কী লাইবক ফবনি। চেল্লগা হোংবা নত্তবনিনা।

মনিলৈমা: মহোই পাবুংনা খরা থুনা থাজনিংবদু ননিংদি থুংলে মতম খরা লৈজবা য়ারিবনি।

দেবেন: হায়! অঙাওবী! মতমনা পুখিবনি ঐনা নত্তে। নংসু পুরকখিবদুনি। অদুদগী অমুক সরকারগী ব্রাংমদা পুখিগদৌরিবনি।

মনিলৈমা: মহোই পাবুং! ঐদি হায়ফম খঙদে পংকপ্তা কপ্লিংই ঐখোয় অহুম খক্ লৈবদা ইচানুপীসু নংনা মীগীদা থিন্দোকপীরুরে।

দেবেন: হোইনে! থিন্দবদি য়ারিবরদো ইচানিপাদু ঐগী নংগী লাইবক্তা তম্লমদ্রবদি নিপা পোক্লক্কদবোই নিংদুনা থ্লান্নিং তৌদ্রবসু নুপী ঙাক্তা পংপোক্তা পোকপসু য়াওদ্রদো। অদুনা থরায় নুংঙাইতদুন কান্নবোই চেনফম লৈরে।

মনিলৈমা: করম্না থৱায় নুংঙাইগদৌরিবা ঐখোয়না লৈনরিবা য়ুম-ইংখোল অসি ফাওবা শিন্নফম লৈত্রে।

দেবেন: ঐখোয় খরনা পুচেল চাউথোকপা উৎত্রবদি মমৈদদি লম-নদি পাকথোক্কদবা লৈতবনিনা সংসার অসি খোঙ ফাওবা থাফম লৈরোইদৌরিবনিনে। নংবো!

মনিলৈমা: হোই তৌববুদি ইচা নিঙোলসু নিপাগুম্বনি। ঐখোয়না হিংলিঙৈদা লৈরিবা য়ুম-ইংখোল অসি মাগী মমিংদা পানশিনবিরসি হৌজিক্তি মখোয়দা তকখিরোইসি। ঐখোয়গী কনা লৈত্রে খনবদা মখোয়না নুংঙাইখিরোই নিঙোলসু মমা মপাবু য়াম্না নিংবনি।

দেবেন: তো! অদুম্না থম্মোয় চাউথোক্কদবনি লৈবাক্লা ঙাংনহৌগনি দেবেনগা মনিলৈমগদি মচা নিঙোল অমখক্তং পোক্লবসু ফেমিলি প্লান্নিং তৌদুনা মচা মখা অমুক তাদ-নবা তৌখি মখোয়গুম্না পুকচেল চাউবা তম্মু হায়নহৌগদবনি।

মনিলৈমা: লমগী খল্লুরবুদি মহোই পাবুংনা তাকপীরিবদু য়াই। অদুনা হৌজিক ঐখোয় অনীনা থবক য়াম্না শুদুনা অমদি..........।

দেবেন: মীঙোন্দগী মীনম শোরি তৌদুনা শেন তানশিনবা তৌররোইশি ফংফম থোকপা খরদুদং লৌরগা, শিগদবা থৱায়নি খল্লগা চানিংবদা চা, থকনিংবতা থক্কুনা লৈবা য়ারবনি।

মনিলৈমা: হোই! অনা-অয়েক য়াওরকপা মতমদা মীঙোন্দগী কোইচেন চেন্নদ-নবা খজিক্তং বেঙ্কতা নংত্রেগা পোষ্ট ওফিসতা থা থাগী খরা খরদং থমজিল্লবা...... অদুগা ইশা কোম্না লৈনবা তৌবা য়ারে। মী য়াম্মবদি ময়াম অদুনা নাশিল্লকপা য়েকশিল্লকপা য়াওরকপদা অরানবা শেন্দালসু মরক মরক্তা তৌনিংঙকই।

দেবেন: অদুনি মী য়াম্মবদি থৌদোকসু কুংই। ইচা তরা পোক্লবদি তরাদুমক লহে দবা য়াদে, তরাদুগী লাইরিক তম্নবা হোৎনবা, মফিজেং,

অদুগী কাংগী চৎনবী গাড়ী মচা, অচৌবা লোইনা পায়বক্তদোইনি। অদুদবু কদায়দগী অচুম্বগী শেন্দাল খক্তনা য়ুম পুবা ওমগদগে?

মনিলমা: হোই অবানবা শেন্দাল হায়বাসি কোন্নরক্তবদগী অয়াম্বা থোরকপনি।

দেবেন: অদুনি মচা নুংশিত্রবুনা নারকপদা শ্বাইদা য়েংবনা ফরোইদবা শাখিবা লায়না ওইরাদ মানা পুনিংলিবা মফমদু ফাওবা চংপদা চঙগদবদুগীদমক্তা ইনাক খুনবা মীগী মচা ফাওবা হুরগা য়েংহোকপা য়াওরি। মতাং অসিদা চৎনবীগী ৱাখল ঙাকপা ঙম্লক্তে। ইহে! মোই পাবুং কোঙ্ছোংলোমদা মী লাকই, ঙরাং লাকহৌদবা ওইরমগে;

নিপা: উকিল সাহেব! ঐ ঙরাংদু লুহোংবা অনী ফাংনবা অদুদা সোমদা য়ৌরকপা ঙমজহৌদরে। অদুনা ঙসি হেক্তা লাকচরবনি। অনী অমগসু পোয়েং থিল্লুদবা য়াদরি। জয়! জয়!

দেবেন: য়ারে য়ারে অমুক্তা লেংশিনখো ঙরাংদো নুমিৎ ফৈ হায়দুনা পাঞ্জিশিংনা পীবা নুমিৎনি। অদুনা য়াম্না ফাংনখরে।

নিপা: থুংনবা চেনবা হায়বসিদা লুপাসু য়াওনা চেনমিন্নরিবনিদো। ইনেগী মচা নিপা অমা ঙরাংদো হেক হোংলে। অদুদদি পালাদসু খরদি থাদবা য়াদ্রবনিনা খোঙজং অহুম্লক খক্ চংবনি অদুদসু খরা মচৎ খরে। পোয়েংদু চাম্মঙা অমগা পাংলে।

দেবেন: অসিনি হৌজিক্কী চৎনবী অসি তোকপা য়াদবা!

নিপা: হোই! সে খক্তং কৎচগে লুপা ২০০ খক লা মচেৎ অমদা থম্মী। অদু ঐ অমুক য়ৌজরগে?

দেবেন: ক্বা তাঙ্গা অমত্তা কৎচখিগে হায়রগা ক্বাগা দক্ষিনাগা কৎলি, চা-নবা খরগা পাইবীখো, চৎনবীনি।

নিপা: অদু উকিল সাহেব! ঐ অমুক য়ৌজরগে। চৎখিবা।

মনিলৈমা: ঙসাইগী ৱারীদো লোইশিল্লসি।

দেবেন: অদুনা মচা অদু কন্নবগীদমক্তা মীগী মচা অদু ফারগা চঙগদবা লুপাদু পুরকউ কায়না তৌবা য়াওনরকঅবনি।

মনিলৈমা: অদুনা তৌববুদি মহোই পাবুং! মী য়াম্বা হায়বসি ঘতনাবুদি মখল মখল থোক্লকপা জাংনি। অদুগা অমরোমদা খল্লগা থম্বালনা লাঈগী নোংদমদগী মচানিপা অমত্তং খরা ঙন্না পোকপীরবদি নুংঙাইনিদা।

দেবেন: হোই অদুম্না ঈশ্বরনা চানবীরবদি। নং ঐনা কল্লিঙৈদা ইশুগী লুহোংবসু য়ারিবনি। মশুগী লুহোংবদা মপাঙ্গল য়াম্না কনবসু থেংনরিদনা। ঐখোয়না...................।

মনিলৈমা: অদুম্না খল্লদবুদি চহী ২০ লোমদনিদা............।

দেবেন: তো! অদু ওইরবদি মখোয়না ইংখোল অমা লৈগদবদু লৈরুদ্রবসু মপু-মবেন ঐখোয়গী য়ুম অসিদা ইশুদুনা নিপা ওইরবসু চাউনা ফজনা হোংদোকপা য়ারেদনা. ডা: রোমেশনসু য়ারক্কনি ইশুদা পীজবদবু মানা করি হায়নি।

মনিলৈমা: হোইনে মহোই পাবুং! মখোয় রোমদসু রোমেশ, তম্ফাম্না, নন্দ, থম্বাল মখোয় মরি লৈহৌবা অদুগা ঐখোয় শোমদসু ঐখোয় অনীগা ইশুদুগা লুহোংলবদি মীশিং মরি মরি অদুম শুরবনি।

দেবেন: অদুনা ইংখোল পাকথোক্লকপদি নত্তবনিনা ঐখোয়গী ফেমিলি প্লান্নিং তৌরম্বদু য়াম্না চুম্লনি। ঐখোয়না শিদ্রিঙৈদা ইশুশিংদুসু মচা মশু য়াওরকপসু য়ারিবনি। অদুদি, ঐখোয়না মতমগী মতুং ইন্না লৈখিদ্রবসু মখোয় অমুক্তা মরিদি অদুম শুগদৌরিবনি।

মনিলৈমা: অসিগুম্বা লৈফমগী ৱাখলসি খল্লুরবদি নুপী ওইরবসু নিপা ওইরবসু অমা হেক পোকপগা ফেমিলি প্লান্নিং হেক্তা তৌবা ফরবনি।

দেবেন: অদু ফাওবা চিল্লককদৌরিবনি হৌজিক ঐখোয়না খন্নরিবা ব্রাফম অসিদা ঐখোয়গী পুন্সিদা অদুম হেঙ্গৎলিবসিনি।

মনিলৈমা: অওইবনি চাউরবা ইংখোল অমদা ময়াইদা য়ুম অমা শারগা কোম্বোং অমা খক্তা ফাৎলম্বদু চহী ১৪। ১৫ কী মনুংদা কোম্বোং ৪। ৫ ফাৎপা য়াওনরে। য়ুমদুসু চিংথোকই হায়, শিদোকখ্রে হায়, দৃশ্যকা লোইনা মাঙখ্রে। মফম মরাং খণ্ডনদ্রে।

দেবেন: অদুনবু হৌজিক ঐঙোন্দা লাকইবা কেস য়াম্বা লৌ-ইংখোল মুন্নবগীনা অয়াম্বনি। পোকমিন্নবা মচিন-মনাও ঙাক্তা। ময়াম্বা অমনা হেন্না লৌখ্রে হায়নবগী ঙাক্লি। অদুদগী হেন্দোক্তুনা মমা-মপা শিবদা ফাওবা খৎনদুনা চংনদবা য়াওরি।

মনিলৈমা: লম মুন্নবদা ঐখোয় রোমদসু মচিন-মনাও চংনদবা য়াওরি। অদুগা মহোই পাবুং ঐখোয়না নিঙোলদা ইংখোল পীথোক্লম্বসি ঐখোয় নুপী ওইবীশিংগী হকসু মমল য়ামহল্লেদনা।

দেবেন: য়েস! নুপীগী মমল য়ামহল্লবনি। নুপীসু ইচানি নিপাসু ইচানি। অদুনা অমবু পোক্লবদি মখা তাহন্দনবা খনবা য়ারে।

মনিলৈমা: হোই! চাদবা য়াদবা, শেত্তবা য়াদবা, য়ুম লৈতবা য়াদবা, য়াদবা ময়াম অসিগী খনবদা পাবুংনা তাকপীরিবা অমবু পোক্লবদি পোত্থাবা য়ারে হায়বদু য়াম চুম্মী।

# ২৮ শুবা শিন
## (নিরমালা কলেজগী সিন্নরি)

নিরমালা কলেজগী অকোইবদা কা পাম্বীনা পরেং শানা হৌরি। অদুগা মপান থংবদা চেকপল ফুট ১৫ রোম ৱাংনা ফজনা খারি। অদুগী মনুং থংবা অকোইবদা খোঙনাং মখল শুনা হৌরি। রবর পাম্বীসু চাউনা চাউনা ফজনা হৌরি। মরক মরক্তা হৈনৌ পাম্বীসু মনা পুংনা হৌরি। পাম্বীশিংদুগী মখোঙ খুদিংমক পকানা চবুতর সোফাগী মওংদা নেম্পক নেম্পক ফজনা থল্লি। ছাত্রিশিংগী মায়কৈ তোঙাল্লি। ছাত্রশিংগীসু তোঙান্না থল্লি। অদুগী মরক্তা চম্প্রা, নিম্বু মনা পুংনা ফজনা হৌরি। ছাত্র, ছাত্রিশিংনা থাংজ খুদিংগী সোসিয়েল ৱার্ক ওইনা ফজনা শেংদোকই। উনা অকংবা অমা ফাওবা তাদনবা হোৎনৈ। চৎনবী ওইনা থমখিবগা কনাসু তন্নদে। মদুগী মরক মরক্তা দসবিনগী দ্রমদা অঙৌবা রং তৈদুনা তান্না থল্লি। ফজনা শেংদোকই। রং তৈদুনা নান্না থল্লি। অৱাংবা উ পাম্বীশিংদু ৱাংবা চাং মান্ননা মশা থাদোকই। কলেজগী হেক মমাঙ অদুনা অকুপ্পা তিংথৌ ফজনা হৌরি। ৱাংবা চপ মান্নহল্লি। লাপুক্লা য়েংবদা অশংবা গালিচা থাবা মাল্লি। অদোরগুলাপনা কলেজগী দারিদগী ফুট ৫ রোম লাপহল্লগা হৌরি ফুগাই ফুগাইনা শাৎলি। মতম মতমগী লৈ ফৈদোম ফৈদোম হৌরি। লৈবাক অমদা জাতি মখল শুনা লৈমিন্নবগুম্না লৈ মখল শুনা অঙৌবা, অঙাংবা, অশংবা, অমুবা, নাপু মচুগী লৈনা মনিং তম্না শাৎলি। মনা পাকপা য়াওই শাংবা য়াওই য়েংবদা পুকচেল তিন্ননা লৈমিন্নবা উহল্লি। লৈ পাম্বী অমত্তা ইখৌ লাংহন্দে মালিনা নিতিগী ঈশিং চাইরি তিল অমত্তা লৈহন্দে।

হাফ থারকপা মতমদা ছাত্র-ছাত্রীগী ময়াম বা-বা থোরক্লুনা উরুম লাংবা মফমগী পাকাগী চবুতর অদুদা ফম্নদুনা অশেংবা নুংশিং চারি। হৌরিবা পাম্বীশিংদগী থোরকপা ওক্সিজেন অফবা নুংশিংনা ছাত্র-ছাত্রিশিংবু হকচাং ফহল্লি।

মতাং অসিদা (মনিরতনদি) কান্তদি মহাক্লা মাঙহঞ্জরুরবা মতমবু অমুক হল্লকহনবা ঙমদবনিনা সেকেন্দ অমা ফাওবা মাঙহন্নিংদ্রে। হাফ থাবগী ময়াম্না নোক খেদুনা লাংইবদু হন্না ফাওবা য়েংদনা লাইরিক কন্না পারি। অমরোমদনা নিরমালা কৌবী মশক মতৌ ফজরবী ছাত্রী অমদি কান্তবু করম্না অমুক্তং মনাক্তা চংজরগা বা অমত্তং হায়জবা ফংজরবদি খনবদা মতম কয়া মাঙহনবদা করিমত্তা চিংনবা লৈত্রি। নিরমালা মথন্তা শোঞ্জে হোরেল কলেজ ছুটি থারকপদা শোইদনা বাহে অমত্তং ওইরবসু হায়নবা হোৎনগনি। অসিমসু মহাক্লা খঙনিংই লৈশাবী অমত্তগা লোইননিংদ্রিবা করিগীনো?

(কলেজ ছুটি থারে)

কান্ত য়াম্না ইংনা তপ্লা কলেজদগী হল্লকই। ময়াম পুম্নমক [illegible]-খেদুনা চৎলি। মতাং অসিদা মানা কয়া তান্নজরম্ব[illegible] [illegible]ম্বালগা মশক চপ মান্নবী নিরমালা কৌবী কলেজ অসিগী ফাউন্দরগী মচানুপী অসিনা কান্তবু কোইতান তান্নদুনা মঙোন্দা অমুক্তং য়েংলক্লবা অদুগা মাগা বারী অমত্তং শান্নবা ফংনবা কন্না হোৎনরি।

নিরমালা : ঐখোয় তামোসিবু য়াম্না নাইতোম তাজনিংবগুম তৌবীরিবসিবু ইশানা মহেল্লে খনবীবরা কৈনো? নৎত্রগা কনাগুম্বী অমগী বাখলদা ঈরাক্লরিবরা কৈনোমা ইতৌ তৌইকো।

কান্ত: (তপ্লা হন্না য়েংথোরকই)ঐঙোন্দা ওইবীরবরা তা-ক-পী-রি-বসিবু?

নিরমালা: (হরাওনা খুনহ) অং মাগ্নি। ঐনা সুম খঞ্জবদা কনাগুম্বী অমা কনাগুম্বা অমনা মুনখিবগুম করিগী মায়থোঙ সাংশিনবীরি হায়জরিবা; নংত্রগা লমদম অসিবু কয়া খোইদাদবগুম তৌবীবরা?

কান্ত: (নিরমালাগী খোঙদগী তেন ফাওবা মুন্না য়েংই।) মথন্তা আইস! মসিগী লৈশবীসিদি থম্বালগা ওহ্নোক্লা মান্নখরেদা। মসিদি থম্বালনা ইতৌ য়েংগে কাইনা তৌরবা জাৎলনে মখোল ফাওবা হেক মান্নেদা? মসিবু ঐগী মঙলনে? মঙ ওইরবদি মীকপ থোরকপদা মঙ অদু মঙ ফাওনবদাইনে। করি মতৌনোসিদি মঙসু নত্রে।

নিরমালা: করিনো? তামো! ওহ্নোক্লা মুন্না য়েংবীরেদকো অদুক মুন্না য়েংবীরবদি মীবু ইকাইরোইদরনে।

কান্ত: ও! হো! শোরি ঐ ৱাখল অমা তৌররে করিগুম্বা অমত্তং হংজগে তকপীগদরা?

নিরমালা: পাওখুমদো পীজগদবগী ঙাইজরিবনে হংবীরকও।

কান্ত: ইবেম্মবু ইম্ফালদসু লাকপীরম্মবরা নংগা ওহ্নোক্লা মান্নখ্রবী অমসু ইম্ফালদা লৈহৌই।

নিরমালা: ঐদি ঐখোয় পাবুংনা ইম্ফালদো অমুক্তা উহনবীদরি।

কান্ত: ও! ইম্ফাল য়ৌবীরকত্রিবা!........... ঐগী পরিচয় পীজগে।

নিরমালা: অদুনি ঐনা তাজনিংইবসু। (সতী ধর্ম্ম মাঙহনবা ঙম্বা মায়থোঙনি তুমিন্না শোল্লি খোহ্নোক্লা নুংশিরিবা)

কান্ত: ইবেম্মা! ঐ অসি মীমান্নদ্রিবা অমনি, মীদি মানবা নিপা অমনি। অদুনা ইশানা মীয়ামগা মান্নবা ঙমদ্রি খঞ্জরগা লাপথোক্লা লৈজবনি।

নিরমালা: তামোগী করিসু ৱাত্তবা শক্তম, ফিভম অদুনা মী মান্নবা ঙমদ্রি তাকপীরিবদুসু অঙকপা অমনি। মীথোই মীহেল্লবা গুণ চেনবা তামোনা তাকপীরক্লিবদু য়াম্না পকচদে।

কান্ত: ইবেম্মনা উবীরিবা অদুনা মপান থংবা কুরাংবান্দনি। মনুংদদি মীনা তুক্কচবা, কৌনিংঙোইদবা ফত্তবা গুণ ঙাক্তো য়াঙরি। ঐগা চৎমিন্নবা ফাওবা জেল চঙবা য়াবা ফিভম লৈরি।

নিরমালা: হায়মা! ঐখোয় তামোসিদি করি ব্রাতানো? ঐখোয়সিবু য়াম্না লান্না উবীবা মাল্লে, অদুম হায়না খনবীগনু। নচলনা পাংবা যথা মওং লৈরব্সু তাকপীয়ু কৈদৌবগে?

কান্ত: ইবেম্মা! অফবা, ফত্তবা ফিনা য়োল্লবসু লিনগী মহুদি অদুম য়াওবনি। কোন্না খঙবীরকখিগনি। অদুগা ইনাক নকপা কিরকখিগনি ইবেম্মা! ঐ খজিক্তং হেক্সৎনবা তৌজগে, অথুবা থবক অমা লৈরে।

নিরমালা: তান্নবা ঙমদদুনা অদুম লৈহৌরে। (মথন্তা শোঞ্জে) মসিগী নিপা অসিবু থম্মোয় পান্দ্রবা মীরা কৈনো? ঐ অসিবু কয়ামুক থিরবগে? ঐগী ইতুং ইন্নজনিংবা কয়া কয়ানা তান্নবি মানা খঙদ্রিবননি। ....... মশক অসি ফদি ফজৈকো! চৎমিন্নবদা লেমগদবা শক্তানি। ফা-ননবদি ঐ শোয়দনা হোৎনখিগনি।

কান্ত: কন্না চৎখৎখিদুনা হোটেল লোমদা চঙখরে।

নিরমালা: ও! হোটেল অসিদা চংখরে নোংমা হেক চংঙগা লোইরে। নমদুনা ফা-নবা হোৎনদবা য়াদে। মসিগী পাখং অসি নহাল মখৈ উবা ফংদে ইম্ফাল লোমদগী লাকপা ওইরমগনি।

## ২৯ শুরা শিন
### (নিরমালা কলেজগী ফঙ্কসন)

(কান্ত খম্বগী শক্তম অমসুং নিরমালা থোইবীগী শক্তম শাদুনা জগোই শারি। জগোইগী ঈশৈনা "হৈরাংখোইনিদা চানবা হৈনিদা সিবু থোইনা হাওবা হৈদি চিন্দম্বা হৈনিদা" হায়বা মীতে ইশৈ শক্লি অনীগী জগোইদা কেমেরামেনসিংনা ভিদিও ফিল্ম নল্লি, ফোটো নল্লি। চীফ গেষ্ট ওইরিবা এদুকেসন মিনিষ্টরনা পৈশা থারি অদুগা ওদেন্সতগীসু থাররি।)

এনাউন্সর: হৌজিক জগোই অসি লোইবগা ওদেন্সশিং লেংবীখিগনু। ঐখোয়গী দাইজতা লেংশিল্লিবা ওনরেবল এদুকেসন মিনিষ্টরনা প্রাইজ দিষ্ট্রিব্যুসন পাওথোকপীগনি। অদুগা সভাপতিগী অয়াবা লৌজরগা ঐখোয়গী ওনরেবল মিনিষ্টরনা ছাত্রশিংগী লমজিং-লমতাক ফংজ-নবা লম্বী খরা তাকপীরম্বা নিংশিংজরি।

মিনিষ্টর: (মাইক্তা) ঙসিগী য়াইফরবা পুংজা অসিদা ঐনা অহানবা মক্তদা সভাপতিজিবু ইকাই খুম্নবা উৎচরি। লোইন-লোইননা কলেজ অসিগী য়াইতোং খমতোংবা অহল-লমনশিং অমদি ঐগী নুংশিজরবা ইচাশিং ছাত্র-ছাত্রি পুম্নমকপু।

অহানবদা ঐহাক্তি লাইরিকী মঙাল ফংহঞ্জনিংবা অদুগা ঐসু ফংজনিংইবনিনা ছাত্র-ছাত্রিশিংবু মতৌ করম তৌরগা লাইরিক হেন্না ফরক্কদগে হায়বা ৱাফম খরা ইচাশিংদা থমজগে। ঐহাকসু ছাত্র ওইরম্মী, ভোট কাদুনা মন্ত্রী ওইজরিবসি লাইরিক অসিগী মঙান্ননি। ঐনা তৌজরকপা খরদং নিংশিংজগে। ঐহাকী কোক কয়া ফরক্তে। অদুবু ঐনা ইশাগী অৱাৎপা মেনখৎনবা এক্সরসাইজ মখল অমা তৌজে। মদুদি ঐনা নুতিগী অয়ুক পুং ৩.৩০ হেক

তাবগা হৌগৎলি। অদুগা মায় মিং তাবা, টোইলেটনচিংবা লোইরগা সুমাংগী অকোইবদা ১৪। ১৭ রক চেল্লগা হুমাং হায়ফেৎ তাহল্লি। অদুগা শঙ্গোম গ্লাস অমা থকঅগা অতে তৌদ্রে রিদিং রুম চংঙগা লাইরিক পাবা হৌজে। অসুম্না নুতিগী পু ৩.৩০ দা হৌগৎপসি হৌদোকপীনবা অমা যাওরি। মসি তারগা মীয়াম্না নোকপীবসু য়াই। নিতিগী পুং ৩.৩০ দা টোইলেট চংবদুনা হৈনবী অমা ওইহনবা হৈনবী (হেবিটচ্যুয়েল) অদুনা অদুম হৌদোকপীরকপনি। ঐগী শাজেল অসি ব্রেনগীসুনি ফিজিকেলগীসুনি। মরমদি লাইরিক ফবা অমসুং হকচাং ফবা অনীসি তৎন-থানবা য়াদ্রবা মচিন মনাওনি। হকচাংবু ফত্তদুনা শোল্ল-দি পারা লোইনমক ফারবসু পরিক্ষা থাবা চৎপা ঙমদ্রবদি কৈদৌফান।( ময়াম খুবাক খুনৈ চুম্মী চুম্মী) ঐগী মপোক্কী ফৎলমদ্রবা ব্রেনসিবু ঐহাকী হোৎনজমন্না ক্লাস টেন্দগী এমএ ফাওবদা পোজিসন লৌদুনা লাকচখি। হৌজিক্কী মতমদা লাইরিক হায়বসি অসুক্কী মতিক দরকার ওইদ্রে মদুদি মীওইবা ঐখোয়না হিংবদা নুংশা শ্বরসি হোন্দবা য়াদে। শ্বরদু হোন্দ্রবদি মীদু হিংদ্রে। অদুগা লাইরিক্কা চপ হেক মান্নরবনি। অদুগা ময়াম্না খন্নফম থোক্তবা বাখল অমা হেক হেক খন্নবগুম তৌই মদুদি লাইরিক হৈরগা গোভরমেন্ট সার্ভিস তৌনবা খক্তগী ওইনা খন্নে। অসুক য়াম্বা ছাত্রশিং অসিবু গোভরমেন্টকী সার্ভিস কদাইদগী ফংগদোইনো? অসিনি। মদু চুম্মী! লোয়নমক সার্ভিস ফংলোই। অদুনা লাইরিক তম্বা কান্নররোই হায়না খন্নরে। ঐনা হায়জনিংই লাইরিকপু হৈরবদি লন্নাই থবক তৌফম য়াম্না লৈপ্রে। লৌমক্তা উরবসু করম তৌরগা ফৌ য়াম্না থোক্কগে হায়বদু খঙবা ঙম্মী। মরমদি মদু পুম্নমক লাইরিক্তা লোইনা ইরি। ইরোন্দা ওইবা য়াই, মীগী মীরোন্দা ওইবা য়াই। অদুগী গোভরমেন্টনা ফেসিলিটি ময়াম অমা পীরি। অদুসু লাইরিক হৈরবদি লৌবা ঙমই। হৈত্রবদি ফঙবা ঙমদে। কারবার তৌরবসু মীনা লাকচবা ঙমদ্রে, লম চৎলবসু মিৎশিং নাশিংএ। খুদম ওইনা হায়রবদা মারব্বারি ইচিল-ইনাওশিংনা কারবার

তৌরগা হিংবনা অয়াম্বনি। অদুবু মখোয় চাবা থকপা ফংদবা মীদি ওইদে। বিল্ডিং খরা ফজবা অমা উরবদি মারবারিগী হেক্তা ওইরম্মী। মখোয়বু মীনা সম্মান তৌদবসু নত্তে। অদুনা ঐখোয় পুন্নমক নহা-অহল খায়দনা লাইরিক হৈনবা হোৎনরসি। অদুতদা ঐখোয়গী লৈবাক অসি চাউখৎপা ঙমগনি। অদুগা কলেজ অসিগী ওঝাশিং অমদি ছাত্র-ছাত্রীশিংবু ঐনা হন্না হন্না থাগৎচরি। মরমদি কলেজ অসিগী কেম্পসতা উ পাম্বী ফজনা হৌহন্দুনা য়েংবদসু ফজহল্লে অদুগা নুংশাগী মৈশাদগীসু ইংনা পোত্থাহনবা ফংহল্লে। অদুগী মথক্তা উ পাম্বীশিং অসিদগী মীওইবদা কান্নবা অফবা নুংশিৎ ফংহন্দুনা হকচাং ফরগনি। মসিনা কিলোমিটর ৪০। ৫০ হেন্না কান্নহল্লগনি। অদুগা হায়জনিংবা অমনা উজাও অমা য়াম্বৎপা তারবদি য়ামদ্রবদা চহী ৫। ৬ কী মমাঙদা উদুগী মহুৎ শিল্লক্লবা নাক-য়েত্তা উ মচা অনীগুম্বা থাজিনবীবা য়াম্না ফৈ। কলেজ অসিগী য়াম্না থাগৎচন্নিংঙাই লৈ, অদুবু ঐ ঙসি অসি ঐনা লিংখৎচবা কলেজ অমা শঙ্গারুগদবা লৈরি। অদুনা পংশাং শাংনা ঙাংজররোই। হন্দক চহীগী বিএ গী ফাইনেল এক্সামদা ৯৫% য়ৌনা মার্ক ফংখিবা ইবুংঙো অদু কৌশিনবীরো মাগী সার্টিফিকেট পীজরম্মগে অদুগা ঐগী তরপতগী লুপা লিশিং মঙা অমসু হাপচরম্মগে। ছাত্রশিংনা মাগী মার্ক অসি য়ৌনা ফংনবা হোৎনবীয়ু। মাদৌনা মাক ফংবা খুদিংমক্তা সার্টিফিকেটকা কোন্ননা লুপা লিশিং মঙা। মঙা পীজগনি ঙসিদগী হৌনা হোৎনবীরো।

এনাউন্সর: ফাষ্ট ক্লাস ফাষ্ট কেঐচ কান্তবু কৌশিজরি। কেঐচ কান্ত !.... কেঐচ কান্ত!

কান্ত: (চংলক্তুনা মন্ত্রীদা মখুৎ জুর তৌই অদুগা খুৎ শোক্লরগা সার্টিফিকেটকা লুপা লিশিং মঙাগা লৌরি)

(কেমেরা মেম্না ফোটো নম্মী)

তোল্লবা ননাইনি, মহাকপু ঙাকপীযুকো
ইমানা নংবু নুংশিবা ওইরমদরে।
চৈরাক পুন্নমক ঐঙোন্দা পীনবীয়ু
লানখিবা পুন্বা ঐতগী ইরালনি
ৱাখল য়াওদবা মমানি ঐহাক্তি
ঐহাক্লা ইচাবু মীংচৎ থিহনবনি।
ইমানা নংবু নুংশিবা ওইরমদরে॥

ইবেমহল মনিরতনগী ফোটোদা হন্না হন্না চুপ্পি হিক হিক কপ্পি।

থিরেন: (চংলকই ইবেমহলান তেংথারিবদু চেপথরগা য়েংলি) হায়রকই, ইবেমহল নংগী নথন্তা ৱারী শাবদু অদুম তৌরিবরা?

ইবেমহল: (খুমদে..... হিক হিক কপ্পি) ইমাগী মনিরতন!

থিরেন: ৱারীসু নংনা লিজবা, নং নত্তনা তাবীনিংঙাইসু লৈতবা! নং শোয়দনা ঙাওরনি। নত্তে! নংবু ডাক্তরনা পীরম্বা হিদাক্কাদু চারবরাও। নশক্তু য়েংবা য়ারক্রে। অহিংবা মী মাল্লক্রে নহে!

ইবেমহল: ঐহাক হিদাক চারবসু কান্নদ্রে। (খর শাংনা হোঙ্গ্রকই) চাগদবসু হেক্তা কাউই।

থিরেন: আ! তারবরো? তৌদবা য়াদবা থবক খঙদ্রবদি ঐসু অমুক ৱাহল্লগেরো। হান্না তৌগদবা থবক খঙউ। মদু খঙদ্রবদি লুপা ৫ (মঙা) দং তিংলগা ফগদবা অনাবদু হয়েং লুপা ৫০০ তিংলবা ফাউবা ফবা ঙমদবনি।

ইবেমহল: (মনিরতনগী ফোটোদা কোল্লগা লৈরি) আ! খঙদ্রেদা মপানেইনা তৌরিবসিনা ঐসু থিরিবনি হায়জিল্লগা সুম লৈথোক্লি। নুংঙাইনা ওন্থিস্র ক্লারি।

সিফাই: অমা: মেম সাহেব চিঠি অমা লাকই অমুক্তা লৌশিনবীয়ু।

ইবেমহ: (চিঠি লৌদুনা ফাক্তোকক্তুনা পারকই)

ঐগী নুংশিজরবী ইমা অমসুং পাবুং অনীগী নখুয়া খাদা ঙাওরুরবা নচানা হন্না হন্না খুরুমজরি। ইমা অমদি পাবুং নচানা মতম খরা জ্ঞান তাদ্রিঙৈদা ইমাগা পাবুংগা খরা ৱাহল্লুরে। হৌজিক ঐহাক মঙ ফাওনরবগুম তৌরে। হন্দক্কী চহীগী বিএ গী ফাইনেল পরিক্ষাদা ইমা অমদি পাবুংনা পামজবা মার্ক অদু য়ৌনা ফংজরে। অদুগা কলেজ অদুগী ফার্ষ্ট ক্লাস ফার্ষ্ট পোজিসন ফংজরে। নচাগীদমক ৱাবীরগনু মতম খরদং ইমানা ঐবু উবা ফংদবগী অৱাবদু নুংঙাইবা ৱাখলদা ওন্থোকপীরো। হন্দক ঐনা খুদি খরা থিবা ফংজবসিদি লৌশিংগী পুক্কেদা থেংনরুরে। হন্দক্তি থিকানা হাপচখিরোই নচাবু ৱারৌবীগনু।

ইমা অমদি পাবুংগী নচানিপা

মনিরতন

ইবেমহল চিঠি পারগা হরাওমনগ্রদুনা কন্না লাউরকই মহোই পাবুং!! থিরেন খোন্দা অদুদা চেনশিল্লকই। হায়! করি তৌরবগে নংনা নবুক মেৎলগা চিঠি অমসু পাইরিদুনা (হায়রগা চিঠি লৌরে, পাদ্রি-লৱাইদা কাল্লি।) করিগী তারকইবা পীনো! হায়য়ুনে।

ইবেমহল: শ্বর ফুন্না ফুন্না ৱানা হায়রকই চিঠি অদু নচাগীনি। হায়রগা (ৱাহুখরে।)

থিরেন: ইবেমহল! ইবেমহল! হায়: কনা কনা লৈবগে; ঈশিং খরা পুরকউ নহে! নখোয় মেম সাহেবসে কৈনোমা তৌখরে।

সিফাই: (ঈশিং পুরকই) সার মেম সাহেব কৈদৌখরে?

থিরেন: খঙদে। চিঠি অসি পারগা কৈনোম্মা তৌখরে। ঐ ফম্মুংদা থাঙ্গৎকে (ফমুংদা থাঙ্গৎলি)।

সিফাই: (ঈশিংনা লব্রাইদা য়েরি, পোপ পোপ।)

থিরেন: ইবেমহল! তারবরা? কৈদৌরবগে? নংবু। (লব্রাইদা ক্ষমই।)

ইবেমহ: চিঠি অদু নচানিপাগীনি, অমুক্তা পাও, ঐ কৈসু তৌদে; মহোই বাবা!! (তপ্না...... হায়রকই)। (য়াম্না ৱানা)

থিরেন: (চিঠি পারকই, হৱাওমনখ্রদুনা হিক-হিক তৌরকই) ইপাগী মনিরতন!!

ইবেমহল: তপ্না-তপ্না হায়রকই। মহোই বাবা! ঐ শিরবসু য়ারে ইচানিপা শিরমদরে। অদুগা জ্ঞান তাদুনা লাইরিকসু তম্লম্মে। ঐ পেল্লে! পেল্লে! ঐ পেল্লে!

থিরেন: অদুগা নচানিপাদো বিএ পাসসু তৌরে। অদুসু চুম্না পাস তৌবা নত্তে ফার্ষ্ট ক্লাস ফার্ষ্ট, রোল নম্বর ৱান তারবা! ইবেমহল! মনিরতন..... মনিরতনমক ওইরে। নচাদো।

ইবেমহল: নংগী নচানিপা নুমিৎকুম্না মঙাল ফাওরক্কে। নোংঙাল্লকপগুম।

থিরেন: অদুবু ইবেমহল, মাগী এড্রেসতি হাপ্লক্তি অদু ওইরবসু ঐনা থিবা ফংলগনি, পোষ্ট ওফিসতি খঙলে। মাগী মাঙলুবা মতম পুম্নমক লোইনা ফুক্কৎলক্কে। মা; মতমগী ভেল্যু খঙবা হৌরে। ঐসু নুংঙাইরে।

ইবেমহল: ঐনা তৌফম খঙদদুনা পাবুংনা চৈগদবা থবক ফাওবা তৌরবনিনে.......... ঐসে.................।

থিরেন: ঐনা চৈগদবা থবক্তি করি থবকনো? হায়য়ু!

ইবেমহল: অদুবুরো! নহান্দা মাইবী অমনা হায়রকপনি।

থিরেন: করি হায়রকইবা! নংনা চিকমাং চিকমাং মাঙলুবদু অদুগীরা? অঙাওবী।

ইবেমহল: নংনদি চৈরক্কনি, অদুনা ওইদবা ঙাংজবনি।

খিরেন: হোইনে! লাইথাও তারসি হায়রো। হায়রো।

ইবেমহল: নচা নিপাদো শনিগী দশানি, মানা তৌখিবা পুম্নমক। অদুবু নচা শিদ্রি; মাগী দশা লেল্লে ঙসি তরানিগী মনুংদা মবা মপাও তারগনি। তরানি শুদ্রিঙৈদা মপাও লাক্লে। ঐ পেল্লে।

খিরেন! অদুদি, অদুগী মাইবীদুদি মনা পীববু য়াইনে।

ইবেমহল: অদুদা নত্তে। য়াম্না চুমখ্রবজাৎনি; অসিমসু হায়রকই।

খিরেন: করি করি হায়জিল্লকইবা অঙাওবীসিদি............।

ইবেমহল: মাগী ফত্তবা দশা পুম্নমক লোইখরে। অসিদগীদি অফবা মতম লাক্লনি, চাউখৎপা নুংঙাইবা লাকঅদবনি। অদুগা অফবা মচা মনাই ফাওবা লাকঅনি। হায়রকপনি।

খিরেন: অ.........অ........... নংগী মাইবীসিদি মাইবী নত্তেহে লাঈ ওইরেদনা। অদু, নংনা মাইবী য়েংবদা মচিনথিবা মাইবীদি য়াওদ্রো?

ইবেমহল: অদুগুম্বসু য়াওই। হায়দোকপা য়াদে।

দিরেন: অচুম্বা অমা য়াওবদুদা হায়দোক্লবা নত্রো?

ইবেমহল: অস! মহোই বাবা! ঐদি তঞ্জখরে।

খিরেন: ইবেম্মা! নচা নিপাদা চহী ২৫। ২৬ শুরক্লবনিনা হৌজিক ফাওবা নতম্বাক্তা সুম পমদুনা থমগে হায়বদি কদায়দগী য়াগদগে? ঐনা হায়দ্রো!! মীবু হেক শিবা য়াবা নত্তে, মপান থোকঅগা খুদী খরা থিরগা ফরক্কনি।

ইবেমহল: খ্বাইদগী চুম্বা মাইবীদি মহোই পাবুংনি। মহোই পাবুংনা চৈবদা য়াওবশিংদো মাইবীদগী হেন্না চুম্মীবনি। মহোই পাবুংদি মনুং মপান লোইনমক হেক উবীবা মাইবী নিপানি।

থিরেন: ফরে-ফরে হৌওমনবদা অমুক্ক স্বর্গ য়ৌগেকা তৌরনুকো! ঐ পেল্লেহে। (মবানিম্মক নোকমিন্নবা) অদু ওইরদি ঐ নচানিপা ফংনবা হোৎনবা ঙম্লগনি। শিলচর পোষ্ট ওফিসকী সিল ওইনা তৌই। চিঠিদা নল্লকইবদু ঐগী উপাই লৈরগনি।

## ৩১ শুবা শিন

(খবরদা মনিরতন থিবা য়াওরকপা)

কান্তগী (মনিরতন) রিদিং রুম।

কান্তা লাইরিক পারি। হোটেল মহাজন তপ্না তপ্না চংলকই।

মহাজন : ইপাগী কান্ত! ঙসিদি ইপানা নঙোন্দা ৱা অমা হংগে, নং ৱারৌগনু, চুম্না খুম্মু।

কান্ত: পাবুং। করিগী ৱারৌরুনি অশেংবা খুমজগে।

মহাজন: ইপাগী হোটেলসি পিশক পিক্লা ঈনা কুপ্লম্বা তেকলি তেকলি তৌরম্বনি। অদু ঙসিদি পক্কাগী বিল্ডিং ওইরেদো অচৌবা, মমিং লৈবা হোটেল অমা ওইরে। অসি পুন্নমক নংগী নঙান্দগীনি হায়দবা ঙম্মোই ঐনা....................।

কান্ত: (মরক থৎনা) ঐখোয় পাবুংনা তাকপীরিবসি, কদায়দগী নিংশিংলকইবনো? ঐনবু করি তৌজবা ঙমগদগে? পাবুংগী হান্না থান্দুনা লৈরম্মবা থাওমৈদুদা পাবুংগী অফবা মতম্না পীবীরকপা থাও অফবদু হাপচিল্লকপা অদুদা মরন্নাই ঙানবা হৌগৎচরকপনি। পাবুং তিন্নজবদগী লাইবক ফগৎলক্কিবদি ঐহাকনিনে পাবুং!

মহাজন: হোই। ইপা-ইচ্চমক হন্থবদি নত্ত্রে। য়েংঙোই, ইপানা খবর অসিদা য়াওরিবসি ইপানা সুম খনবদা নংগী নশক নতৌগা ওন্থোক্লা চুশিন্নে। সে: সে: খবর অসি অমুক্তা য়েংউ।

কান্ত: (খণ্ডপ্রেক খণ্ডই, মাগী মরমদা শোইদনা ওইগনি খল্লে। খবর পারগা য়েংই, পানা পানা হিক হিক-কপ্পকই, খাণ্ডবা ঙমদ্রে) অদুবু হায়রকই পাবুং ঐবুদি নত্তে। অদুবু; ঐগুম্বা অমনি খল্লুবদা নচাদা পাল্লে। থম্মোয় অসি খাণ্ডবা ঙমদনা ৱাজে। ঐগী ইমা ইপাদি ইচম চমজবা খুঙ্গংগী লাইরবা লৌমীনি। লাইরিক হৈজদবনিনা অসিগুম্বা অসি হাপচ-নবগী উপাই লৈরোই। লুপা লাক্ষ অমা তিংথোকপা ঙমগদবা ঐগীদি কনাসু লৈজদে। মদু খল্লুবদা নচাগী থম্মোয় অসি পুবা ঙম্মক্তবগী পী তারকপনি। ইমা-ইপা লাইরবনিনা অসুম্না থিবা ঙমজদবা অদুগী খল্লুবদা য়াম্না নুংঙাইরক্তে। (হায়রগা তশেংনা হিক হিক কপ্পকই)।

মহাজন: হোই নংনা খুম্মীবদু চুমমগনি। অদুবু, অদুদা ইরকইবা মীওই অদুদি নংগা খেন্নবা লৈত্রে। ফুট ৬ লোম ৱাংবা থিক থা ফবা অমদি কুচু কুমেন করিমত্তা খেন্নদ্রে খেন্নরিবা হায়ববু মিংদু খক্তা মঙাইরে।

কান্ত: হোই পাবুং! ঐগুম্বা, ঐগা ফিভম, মীওই, মীতৌ মান্নবা পাখং অমা মাঙখিবগী ইনাক কৈরাক খুনবা মমা মপানা হাপ্পকপা ওইগনি, লৈবাক চাউবনিনা শক মান্নবসু লৈরম্বা য়াই। ৱাং, চাউবা মান্নবসু লৈরম্বা য়াই। ইরিবাসিদি ঐগা মান্নবা অমদি মাঙখিবগী পাও ওইগনি।

মহাজন: অদুগা নহাল নংনা গুন্ডা মঙাগা থেংনখিবা লাঞ্জাও অদুদি আইজিপি অমগী মচানিপানি হায়বদা চুশিন্নরিবা! লায়রবা ইমুং অমদা পোকপা নিপা অমনা নহালগী মতৌ অদু ঙমগদবা মান্দে।

কান্ত: পাবুং! লাইরবা খুঙ্গংগী মীদসু অরানবা উবা হৈনদবা অচুম্বগীদমক্তা থৱায় পাম্মুদবা য়াম্না লৈ থাজবীয়ু।

মহাজন: মাবু থিরগা পীবা ঙম্বা মী অদুদা লুপা লাক্ষ অমা পীগনি। হায়রিবদু ইপানা পাম্বগী ৱাখলদি নুমিৎনা মনিংলোমদগী থোরক্লবসু ওইররোই। ইপাদি মাগী লুপা লাক্ষ অদুদি হায়রুনু পৃথিবী অসি

লোইনমক ঐঙোম্দা পীরগা, নংবু পীয়ু হায়বদা ইপানা নংবুদি পীথোক্লোইনে। অদুবু করিগুম্বদা, (হিক হিক কপ্লকই)

কান্ত: পাবুংনা কাপ্পা উরগা নচাগী থম্মোয় পুবা য়াদরে। নচাদি পাবুংগীদমক্তা লাইনা স্বার্গদগী থাবীরক্লবনি খনবীয়ু, নচা কদায়দসু চৎচরোই, ঐসে পাবুংমক্কী নচানি খনবীয়ু।

মহাজন: অদুগা ইবুংঙো ইপা ধর্ম্মদি কায়নিংদে পৈশাসু লৌজরোই। করিগুম্বা নংবু পোকপা অহল-লমনদুনা ইচা পুজরগে হায়রবদি ইপা খাংবা ঙম্মোই। মমা-মপানা মচা নুংশিবা হায়বসে হায়নিংঙাই লৈতবা প্রমাণনি।

কান্ত: মহাজনগী ব্রা তাবদা মমা ইবেমহলনা মাবু লুনা তৌবদু নিংশিংলকই। অদুবু মহাজন অদুনা মাবু লুনা তৌবীবদু উরগা (মনিরতন) কান্ত করম্বা মায়কৈদা লৈগদগে খনবদা খনফম খঙদ্রে। অদুবু শেম্মগা খুম্মকই। পাবুংবুদি কায়নবা ঙম্মরোই। ঐ চৎলোইনে।

মহাজন: অদুগা ইবুংঙো অসিমসু কাউগনুকো; ঐবু পোকপীবা ইমা-ইপা হায়বসিদি খ্বাইদগী অহেনবা গুরুনি। মমা-মপানা ফত্তবা ম... ওইরবসু নুংশিদবা ঙমজদে। অদুনা ইমা-ইপাবু মীনা স..ন তৌনবা হোৎনগদবনি। মরমদি অঙাং অমা চাউনবা হোৎ..কপা হায়বসি অরাইবা থবক নত্তে। ইচাগীদমক্তা শিবা নাবা কিবা নত্তে।

কান্ত: অচুম্বনি পাবুং, মখা তাবীরনু নচা খাঙবা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈতরে! পাবুংগী ইচা অমত্তা লৈরমদবসি নুংঙাইজদে।

মহাজন: মদু ইপাগী লাইবক্তা তাইনবা তারে। কুইবা য়ারোইদবা ইচা অমা ফংজরিবসিসু অমরোমদা ফরিবনি। অদুবু নোংমদি শোইদনা পাইখিগনি। মদুদা ইপাগী থম্মোয় কায়গদৌরিবনি। কান্ত!

কান্ত: পাবুং! নচাবু খাংবা ঙম্মক্তরে। শিংবা য়াবা শিংলবা, মীয়াম থেংনরবা পাবুংনা মনিং মমাঙ থৎলগা তাকপীরকপদা নচাগী

*চেনফম লৈতরে। নচা শুকচং চংচররোই। নচাবু তাঙ্খোকপীগনু।*

মহাজন: ইবুংঙো অঙাং অমা চাউনবা হোৎনরকপা হায়বসে ঙরাং পোক্লগা ঙসি হেক্তা পাখং ফাবা নত্তে, খবরদা ইরকইবদু নং নত্তে, মানবনি, ঐনা খঙবদগী নংনা হেন্না খঙলবনি। ইপা ঙাওখরে হায়রম্মনি ইপা চৎলে। হোটেললোমদা কনামত্তা লৈহৌদে।

কান্ত: (উংদুনা খবরনা মমায়দা কুপশিল্লগা লৈহৌরে।) ঐনা পীখিবা চিঠি অদুদগী ইমাগা পাবুংগনা ঐ ফংনবা খবরদা হাপ্লকলেদনা, ঐ চেনবা য়াররোই। (কান্ত মথন্তা শোঞ্জরি।) ইমা নংদি ঐবু ঙাহাক্তং উদবদা খাংবা ঙমজদবনিকো! ঐনা হেক হায়রিবা মখৈসু য়াবনিকো। অদুবু নচা ওক্তবা পোকপদগী ৱাবগী পনখৈ য়ৌরবকো। ঐগী ৱাখলদা শোয়দনা ঙাওরম্বা তারে। ঐ ইমাগী পাপ পুবা তারে। অদুগা হৌজিক্কা খুদোংথিবনা ইশাবু ৱারকপীবদগী নিশা পুম্নমক খাদোক্তুনা শাধু ওল্লবা পাহিং চাবা কৈগী খয়াত্তা শজিনা চোংশিল্লক্লবা ফাওবা চানিংখিদরে। মসি পুম্নমক খুদোংথিবগী কোলুনা চপখায়বদগী মহি য়াওদ্রবা চুগুম গুম্না ময়াই চল্লে। হৌজিক ঐনা চৎলিবা নিতি-নিয়মশিং [illegible] ইরিক্তা থবায় য়াওরিবসি, হান্নদগী পাবুংনা হায়বা ইন্দুনা হোৎনবম্মবদি ঐ হৌজিক কলেজগী লেকচরর ফাওবা ওইবা য়ারবনি। ঐনা কন্না পামজনা নমদুনা ফাগদবগী তৌরুরিবদু মরন্নাই মখোঙনা থোঙনা লাকঅমগদবনি হৌজিক্তো খঙলকইদা! ঐনা পামজবা থম্বালনা ঐবু ইপাম পামজনা ঐবু কিবদগী ঐনা থিনা তৌবীরুবা নন্দকিশ্বরদা নমদুনা নুশিহনখিদা মানা নুংশিখিবদুদি ঐনা নন্দকিশ্বরবু নাম্মা শোইরবনি হায়দুনা উশিৎপীখিদবা, লংনবীখিবা অদুগুম্বা অদুদা থম্বালনা মীনুংশি লাকখিবা ওইগনি। থম্বালনা ঐবু য়ারমদবসিদি ঐনা ভাব তামন্দবদগী তুকৎচবা ওইরম্মেদনা। মহাক্কী মচিনমক্লসু হায়খি, তামোমনিরতন নং করিসু ৱাংতনা ফজবা নিপানি, অদুবু ঐনা নংগী অপঙবা পুকচেল অদুবু কিদবা ঙমদে। ঐ নুপীমচা অমনি

অদুবু তামোদগী হেনবা গুণ কয়া য়াওরি। তামোনা হেনবদি পাঙ্গল খক্তনি, নোংমা তামোসু খঙলকপা য়াই। খঙদনা অদুম পুন্সি লোইখিবসু য়াই। থম্বাল নংনা হায়খিবদো ঐ লোইনা নিংশিংলক্লে। শিংবদি ঐঙোন্দগী নংনা য়াম্না হেনম্রে। খুদোংথিবা নংদ্রিঙৈদা খঙবা ঙমদবা বুদু হায়বদু ঐনি। মরাল লৈজদবা নন্দকিশ্বরনা শিবগী মহুত্তা থম্বালগা লুহোংখরে। নন্দগী ব্রাখলদো ফজখরেদা, মাগী পুকচেলদো চাউখরেদা ঐবু মানা ফুদৎপসু ঙমই, অদুগা পোকমিন্নবা মচিন মনাওদৌনা ইয়ুমদসু থিঙ্জিনবীরমই, মাগী মথৌনা অমসুং মীনুংশিদো অঙকপনি। ঐগী নোংমৈনা পাল্লবা ফাওবা মানা ঐবু অদুম নুংশিখি। ঐনা অপঙবা শা ওন্দুনা ইথন্তা ইরানগী পাপ ফংজরি। ঐনা মাবু শোইনাইরবনি ঙমগনি খল্লুরিবা কয়াদা পঙজখ্রবনো?

মহাজন অমদি নিরমালা: ইবুংঙো! ইবুংঙো! হন্না হন্না কৌরি।

কান্ত: ঐনা অশোনবা মীদা মতেং পাংবীগে হায়দি খন্দনা অশোনবদুনা পায়জবা পোৎপু ঐনা মুল্লগা লৌগনি খল্লুরিবা ঐসে কয়াদা পঙ[illegible] পাঙদ্রবা মীনো। মতিক চানা অবাংপা লৈতবী লৈশাবী নুপীমচা অমনদি খোঙতেকপা অমদা মপূন্সি কখোকপা ঙল্ল[illegible], নি[illegible] ও[illegible] ঐনদি পুকচেল পিক্তুনা শোইনাইদবা ফজবী নুপী [illegible]দ্রা?

মহাজন: ইবুংঙো! ইবুংঙো কান্ত! নবু নমঙদা কনাগা [illegible] শারিবগে? তারবরাও! ইপা অমুক্তা লাকইয়ে।

কান্ত: (খবর হাংদোক্লুগা য়েংলকই) এ! পাবুংগা নিরমালাগা লেঙঙকপা কয়াম কুইরে?

নিরমালা: কুইজদ্রি তামো!

মহাজন: অদুদি ইবেম্মা ইপা হোটেলদা মী লৈহৌদে থোকপ্রগেকো। নবুংগা করি করিনো ঙাংনগদবা ঙাংনহৌরো।

কান্ত: লাও: লাও: নিরমালা ফম্মো করিগী লেপ্লীবনো? করি

তা-নশিগে। হায়নারিঙৈদা অঙাং অমনা চা পুশিল্লকই। চাসু লাকএ করিনো চা-নবসিনা, পায়রো পায়রো। চারসি।

নিরমালা: তামোখোয়গী পাবুংসে মবুক য়াম্না ফবনি। ঐখোয় পাবুংগা য়াম্না নুংশি-নজবনি। হন্দক্তি তামোখোয়গী হোটেলসে য়াম্না ফজরক্লে। তামোগী রিদিং রুমসিসু ফজনা নাল্লিনে। হোটেল পাবুংসিনা মগুণ লৈবা হেঙ্গৎলকইবা।

কান্ত: খঙদ্রে নিরমালা! ঐনা তৌরিবসি হোটেল অসিদি ঐগা করিমত্তা মরী থোক্লম নত্তে। পাবুং অসিনা চুম্না ঐবু চানবীবদগী অদুক থম্বীরিবা হায়দুনি। ঐসে মী ওইহ্রিনহে ঐগী ইরমচৎনা হুমদুনা পুরকপদগী মফম অসিদা তারবনি। ঐগী হৌখিবা শারমচৎকী ব্রারীশিংদু তারবদি নংসু ঐবু তনগনি।

নিরমালা: ঐদি সুক্তন হেক তঞ্জরোই। তামোগী কা অসিদা লাইরিক্লা পামিন্নরবদি য়াম্না নুংঙাইগনি। অদুগা তামোনা ঐবু অসুক চংহন্নিংদ্রিবসিনা করিগীনো? ঐগী করম্বা ইরাল লৈখ্রবগে?

কান্ত: করিনোনে নিরমালা! ঐনা হায়জবদি অমনি। নংনা খুমদোরকইবনা অমমা মরী অমত্তা লৈনদ্রে। ঐনা হায়জবদি ঐসে মী অমা ওইবদা মতিক চাদ্রি হায়জবনি।

নিরমালা: এ! তামোবু মতিক চাদ্রিবা মীনি হায়বা।

কান্ত: ঙাইখোনে নিরমালা! নং অসে অব্রাৎপা লৈতনা ফজবী শেৎলিবা মখৈ পক্কদবী নুপী অমনি। অদুনা করিগুম্বদা মীনা নত্তবা বদনাম তৌবীরবদি নঙোন্দা পেন্দবা লাকপা য়াই হায়জবনি।

নিরমালা: তামোবু অব্রাৎপা করি লৈবগে করেক্টরসু ফজে। লাইরিকসু ফৈ, মীওই মীতৌসু ব্রাৎপা লৈতনা ফজবনি। অদুগা তামোনা খোইদাবা ঐখোয়দগী হেনবা অমগী লৈখ্রে হায়রগসু ঐদি সুম লাকচবনি। বদনামগী মতাং ওইরগনা ঐগীদি কায়দে, মীগীদি খঙদ্রে।

কান্ত: (নোক্লকই) নিরমালা নংগীসি!! ঐ ভাব অমা ইতা তাদ্রে। অশেংবদি নং করি হায়নিংই চুম্না সুম কোইরকপরা?

নিরমালা: ঐবুদি অসিগী মতাংদা খরা তা-নরুগে লাকচবনি। (হায়রগা লাইরিক ফাক্তোরকই)

কান্ত: এ!এ! লোইরেহে ইংরেজীদি ঐঙোন্দগী নংনা লিংঙগা ইকাইবা পীগদৌ মাল্লকএ হে!

নিরমালা: য়াইদা তাকপীনিংদ্রবসু কায়দে কনানো অমদা হংজরুরগে ইবুংঙো ব্রারৌজগন!! অদুগনে ঐখোয় পাবুংনা কলেজগী রেকোর্দ সম্মান পুখৎপীবগী চাক চরা অমদি চামিন্নাশ হায়রকপনি। শক্তাদি মিনিষ্টরগা লেপমিন্নবদা মিনিষ্টরদি তামোনা হেয়া মাম্বোকখ্রে' অদুননে তামো পু-নবা গাড়ী য়াওরকইনি।

কান্ত: মদুমা ঐ ঙমজরোই ব্রারৌগনু। নখোয় পাবুংনা কলেজদুগী ফাউন্দরনি। অদুগা কলেজ অদুগী মমিং অদুনা নংগী নমিংনি। অচম্বা মী নত্তে খঙজরে। ঙসিগীদি নংনা ফ-নবা অদুম খুম্বীরুরো?

নিরমালা: মদুমা ঐনা খুম্বা ঙম্মরোই, তামোনা অদুম খুম্বীরুরো। অতৈ লায়রি নহাল তামোনা প্রাইজ লৌবা থোরকপদুদি মী পুম্নমক্না ঙাংনখ্রবনি।

কান্ত: করি ঙাংনখ্রবা (হায়রগা নোক্লকই)।

নিরমালা: অদুবুরো কনাগী মচানো? ওম্বোক্না চুং ফিরাল চানা ফজখরেদকো অবাৎপা অমতা হেক লৈতেদা...

কান্ত: নং মঙাইরে ঐবু থাগৎপীরিবা তুফক তুফাই চল্লবা ঐবু।

নিরমালা: খম্বা শারগা থোকপদসু মোইরাংগী খম্বা হায়বদুবু মাগুম্না ফজরমগদরা? হায়নখ্রবনি।

কান্ত: (উপাই লৈত্রদুনা নোক্লকই) য়ারে য়ারে নিরমালা নংসু মোইরাংগী থোইবীনা হেন্না ফজবী নত্তে (মথন্ত খল্লকই ঐবু মণ্ডলনে)

নিরমালা: (হরাওজে নোকফেৎ তৌই) নহালদি ঐসু থোইবী শাজদুনা তামোগা জগোই ফাওবদি শামিন্নজবা ফংজরে। মদুগী ফোটোদু ঐখোয়গী পাবুংনা ফ্রেম চল্লগা থেংনবা তৌহৌবনি, তামোসে পাবুংনা মাগী মী ওইজনিংমান্নে।

কান্ত: (মুরুম মুরুম শোনবা) নিরমালাগী মওং অদুদা নুংশিদবা ঙমক্তরে। মওন মওন খনবা হৌরকই। মাবু পুরগা চৎপ্রগদি থম্বালনা করি খনগনি। মনিরতন্না ঐবু পামজরম্বসিদি ওহ্লোক্লা পামজরম্বোরে খনখিনি। ঐনা পামজনা তান্নরম্বা থম্বালমক্কা চপ মান্নবী অমনা ঐবু তান্নরক্লিবা। ইকাইথিবী নুপীমচা অমনা ইকাই ইকি ব্রাংমা লান্না হায়জরবা ফাওবা ঐনা নাপল তৌবদি ঐসু পাপ পুগনি। অরানবা ওইগনি।

নিরমালা: করিনো তামো? ঐ লৈন-লৈনা নথন্তা ব্রারী শারিবদুবু।

কান্ত: ও! ঐসি শ্বাইদা ঙাহাক্তং লৈরুদরে। লাপ্লবা চীংয়া অমদা কোইরুরে। নংগী মরমদা খন্নরুবনি। অদুবু শোইনাইরবী অদুগী লম্মন তোল্লিবদু করম্না শিংশিগে অসিনি। খন্নরুরিবা।

নিরমালা: করম্বা মখলগী লম্মন্নো তামো? ঐসু শিংবা য়াওজগে মপোক ফবী অদুগীদমক্তা। (নিরমালা মায়থোঙ লাংশিল্লি)

কান্ত: (নিরমালাবু নুংশিরক্লে ঐবু অনিংবসি থুগাইরসিরা খল্লি মাগী করি মরাল লৈদুনা ইকাইবসি পীরিবনো) হায়রকই মপোক ফবী অদুগী শক্তম য়াম্না নক্লা লৈ য়েংনিংবরা?

নিরমালা: (কান্তগী মরৌ লৈবা ব্রাঙাং অদুদা ইপঙ পঙশিনখ্রে) তপ্পা হায়রকই, মাগী ফোটো লৈরগদি অমুক্তা য়েংজগে।

কান্ত: মপোক ফবী অদুগী ফোটোদি অদুদা লৈরে য়েংও।

নিরমালা: শ্বাইদদি ফোটো অমত্তসু থেত্তে। লৈতেনে।

কান্ত: মুন্না য়েংউ অদুব্বাইদা অদুম লৈবনি অহিংবা ফোটোনি।

নিরমালা: শ্বাইদদি লুক্কিং গ্লাসসি নত্তনা অমত্তসু থেত্তেনে.............

কান্ত: অদুমক্তদা মুন্না য়েংল্লি শোইদনা উরক্কনি।

নিরমালা: অসিদদি মীংসোন্নবা ঐগী ইম্মি তারিবসি নত্তনা অতে অমা লৈতে তামো।

কান্ত: (নোকঅগা) ইহে! অঙাওবী মীংসেন্দুদা উরিবা ফোটোদা ফজদরা? অদু অহিংবা ফোটোনি। নংগা মান্নদরা?

নিরমালা: (তৌফম খঙদ্রদুনা মখুৎনা মমায় খুমজিনম্লে। অদুগা মপি তাবা মখে নোকচরি।) (মতাং অদুদা কান্তনা কেমেরা পুথোরকই)

কান্ত: ঙাইখো ঙাইখো (হায়রগা ফোটো নমখি।)

নিরমালা: কৈনো তামোনা মীনা মায় খুমজিল্লিঙৈদা ফোটো কাপ্লিবসিবু।

কান্ত: নংবু নুমিৎ খুমজিল্লগা নশক উবা ফংজরবো?

নিরমালা: মিৎ খুমজিল্লগা কদায়গী উগদোইবা?

কান্ত: অদু ঙসি উরগদবনি। অদুগী ঐনা ফোটো নমহৌবিসিনি। নংনা নুমিৎ খুমজিল্লিঙৈদা.............

নিরমালা: হৈমা! চুম্মীনে তামোসিদি জাৎ জাৎ য়াম্না ঙাংবা হৈনা মথন্তা শোঞ্জে (তামোনা মীংসেন্দা ঐবু য়েংহল্লিবসি তামোগী থম্মোয়বু ঐনা ফাবা ঙমজরবরা?)

কান্ত: নংসু নথন্তা ঝা খন্নবা হৌরবরা?

নিরমালা: অস! তামো! তামোগী কোইসম্বি লাম্বা ফংদরি।

কান্ত: মীংসেন্দা লৈরিবা ফোটোদুগা মশক চপ মান্নে অদুদা অব্বাৎপা অমত্তং য়াওরি।

নিরমালা: অব্বাৎপদুসু তাকপীবা য়াদ্রিবরা? হৌজিক ফাওবা।

কান্ত: অব্বাৎপদু য়াম্না লুবা অব্বাৎপনি। অদু নঙোন্দা লৈরোই।

নিরমালা: ফ-ন লুরবসু হায়দি হায়বীরোদনা ফংলরোইদবা পোৎলা? য়েংঙসি।

কান্ত: মদুদা ব্বাৎলিবা হায়ববু খোঙ নাম্মা তেক্তবদুদা মঙাইরে। ঐগী অপাম্বদি শোইনাইরববু য়োক-থাকপনি। অদুননি, ব্বারৌগনু।

নিরমালা: (তুমিন্না লৈপ্রে, নোকচরম্বদু লেপখরে) তপ্না, শ্বর শাংনা গোল্লগা হায়রকই, ফংদবা পোত্তি নত্তেদনা...........।

কান্ত: মদু নঙোন্দদি ফংদবা, লৈতবা পোৎকা (অন্মানি) মান্নে।

নিরমালা: শোইনাইরবী অমা থিরি তাকপীবা নত্রদো! লৈদি লৈত্রিবরা?

কান্ত: হৌজিক ফাওবদি ঐনা থিরুদরি। ঐগী ব্বাখলগী ব্বানি।

নিরমালা: অদুদি তামো, শোইদনা লৈরগনি। অদুবু তামোনা অদুক ফজবা ফিভম ওইখ্না করিগী শোইনাইরবীবু নুংশিবীরিবনো?

কান্ত: ঐনা কনাগুম্বা শোইনাইরবা অমত্তু য়াম্না হন্থনা লংনকুবগী পেন্দবা অমা লৈবননি। মদুগী লম্মন শিংসিরা খনখিবনি।

নিরমালা: খঙজরে, তামোগী মমল য়াম্লবা ব্বাহংগী পাওখুম ফংনবা হোৎনজরকপনি, নচলবু ঙাকপীয়ু ঐ অমুক য়ৌজরগে।

কান্ত: নংগীসি ব্বারৌরমান্নে। (নিরমালা অদুম চৎখরে) ঙাইখোও!.........

নিরমালা..................!

## ৩২ শুবা শিন

### (নিরমালা মথন্তা মখোঙ থুদেকচবা)

(নিরমালা মাগী কার অদু থৌনা থৌনা ঈশৈ অমা শকই)

শোইনাইহল্লগা ঐনা মাবু ফারগে;
পুর্ণিমাবু পামদবা মীওইস্ু লৈরম্লে
পাঙ্গলনা ফাবা য়াদবা মহাকসে,
শোইনাইহল্লগা ঐনা মাবু ফারগে।।

তেক্লবা উশাদা শাৎপী লৈরাংবু,
তোল্লবী লৈরাংনি খঙনা হেক্লিংলি,
খঙবীরি মহাক্লা লৈনমদি য়াওরিয়ে,
শোইনাইহল্লগা ঐনা মাবু ফারগে।

খুন্নিংলি খোঙ্গুল্লক্পী লৈরাংসে,
কৎপিনি নুংশিনা মপুগী খুয়াদা;
অঙকপনি তাইবং নংগী থৌনাসে,
শোইনাইহল্লগা ঐনা মাবু ফারগে।

নিরমালা গাড়ী লোকখাদা ওন্থনবা ষ্টারিং লৈথখরে। গাড়ী মথক মখা ওন্দুনা লোকখাদ তাখরে।

# ৩৩ শুবা শিন

## (নিরমালা এক্সিদেন্ট ওইবগী পাও)

কান্ত মথন্তা শোঙে নিরমালাদুবু ঙসি করি খল্লমগদগে? ঐনা মহাকপু মতিক চানা ফজবী লৈশাবী অমনি হায়নসু থাগৎখ্রে। ঐনা মাবু নুংশিদবা নত্তে হায়বসু হায়খ্রে। হয়েংদি মানা ঐবু কৌরক্কদবা মাদ্রে। ইনাক ফাওবা নকনিংঙরোই। মাগী ৱাখলদি ঐ অৱাৎপা লৈতনা ফজবী লৈশাবীনি। ঐনা ফাবা শোইদনা ঙমগনি খল্লমগনি অদুবু মহাক মায়থিবা নংলে। মহাক ফসু ফজবীনি। মানা খঞ্জরিবদু খনফম থোকপনি। শোইনাইরমদবা অদুগী ঐনা য়াখিদবনি মানা খঙলগনি। শোইনাইরবী অমগী ভেল্যুসু মানা খঙলগনি। অদুবু ঐ মাবুদি নুংশিদবদি ঙমদ্রে। মাগী মবালসু লৈজদে। ঐ মাগী দোষ ফংবা য়াই। অদুনদি ঐ করি তৌসিগে। (মতাং অদুদা মহাজনগী মনাক্তা ফোন লাকই)

মহাজন : হল্লো কনা পাম্বীবগে?

ফোন: তামো কান্ত লৈবরো?

মহাজন: লৈ, লৈ কনানি হায়জৌগে?

ফোন: ঐ নিরমালাগী মমান্নবীনে, নিরমালাদো কার এক্সিদেন্ট ওইদুনা হোস্পিতালদা লৈরে।

মহাজন: ইবুংঙো কান্ত! নিরমালা কার এক্সিদেন্ট ওইদুনা হোস্পিতালদা লৈরে হায়নে।

কান্ত: হল্লো! হল্লো! ইহে ফোন থমখ্রে। মাবু হৌজিক্তা চৎখিবদা মঙাইরি। তৌশিন্নরি জাৎলা? তৌশিন্নবা ওইরম্লবদি সুক্কৌ হেক কৌনরোই।

মহাজন: অদুবু ঙাঙাক্তং চৎলগা য়েংবীরুবনা ফৈ ইবুংঙো।

কান্ত: অংহোই পাবুং! থাজবদি খরা ৱাৎলি। শোকঅমগদৌ মান্দে। ঙসিদি চৎলরোই, হয়েং চৎলগে।

## ৩৪ শুবা শিন

### (শিলচর হোস্পিতাল)

নিরমালা ফম্মুংদা হিপ্লি, মমায়সু বেন্দেজ য়েৎলি। অদুগা মখোঙ নাম্মনা বেন্দেজ খরা থানা য়েৎলগা অৱাংবা মোন অমগী মথক্তা থাঙ্গৎলি। অশোইবা মখোঙ অদু য়েংলগা নোকমি নোকমি তৌরগা লৈরি।

মমাগা মপাগনা : করিনোনে ইবেম্মা! নংবু ঙাওরবরা? অসি য়ৌনা থিনা শোক্লগা অনাবা খাঙবদা নোক্লিবদুবু মীনা করি করি হায়নখ্রগনি।

নিরমালা: (খুমদে অনাবা খাঙবগী অমুকসু সুগৎলি। অয়ো! অয়ো! অদুগা নুংঙাইজবগীসু নোকমি নোকমি তৌরি।)

মপা: ইবুংঙো ডাক্টর সাহেব! ঐগী ইচাশিবু মকোক্তা কয়াম থিনা শোকপগেনে মাগী ব্রেনসিবু বেরা লৈরবরনে?

ডাক্টর: ঐখোয়না য়েংজবদদি কোক্তদি থোইনা শোকপা উজদে, খরা খেৎপা খোৎপদি লৈ। খোঙ অসিদি শরু মহাদা তেকপগুম তৌই পোমখৎলিবসিনি।

মপা: অদুদি শরু মহাদা তেকপা ওইরবদি শোইনাইরদরা?

ডাক্টর: করিসু থোইদোকপা তৌরোইদা শমজিন্নরগা বেন্দেজ ফজনা য়েৎলগা য়াগদরা খঞ্জে।

নিরমালা: ডাক্টর ঐগী খোঙ অসি কক্লরোইদ্রা?

কান্ত: তগ্রা তহ চংলক্হ ইস! নিরমালা কয়াম থিনা শোক্লবা!

মপা: ইবুংঙো অমুক্তা লেংশিনখো। নচলসে থিনা শোক্লে।

নিরমালা: (নোকফেৎ তৌরি অদুগা চৈনাসু খাংলি।) তামো! তামোগী পাওখুমদো নিংশিংবীরিবরা?

কান্ত: ইপা পাখৎনা শুরাং হনখিবদা তৌরিবরা?

নিরমালা: অংহোই, হনখিবদা তৌরিবা।

কান্ত: করম্না এক্সিদেন্ট! কদায়দা চৎকে তৌবনো? অদুগা এক্সিদেন্ট থোকফমদুবু কদায়দনো?

মপা: খঙদেনে, ইবুংঙো কদায়দা চৎকে তৌবনো? ঐখোয়দি মা লৌখৎনবা হোৎনবদা ওহ্রোক্লা ৱানা হোৎনরবনি।

নিরমালা: (কান্তদা য়েংঙগা নোকমি নোকমি তৌই) খোঙসে সুম নাদুনা লৈদৌ শরুকপুদি থোক হেক ককথৎপনা ফরবনি।

কান্ত: এ! করি ৱানোনে। খোঙবু পঙকক্ ককপা য়াবরা?

মপা: ইবুংঙো অঙাওবীনিনে, অসুম হায়না পংঙাংদা ঙাংবনি। শোকপগী পাও থুনা ফংবগী ফবনি। অহানবা উবদা ঐখোয়দি হিংলমখিনি থাজরুদ্রবনি। আ! লোকখাদনিনে।

কান্ত: ইস! নিরমালা করিনো? নংগী মতৌসিদি (হায়রগা নিরমালাদা মুন্না য়েংদুনা লৈবা!)

নিরমালা: করিনো তামো! অদুক মুন্না য়েংবীরিবদুবু? (নোকই) থোইনবু শোকঅমদরে ঐদি খোঙ নাম্মসে কেল্লমদ্রা খনবনি।

কান্ত: কৈদৌবা! খোঙ নাম্মা কেল্লমদ্রা খনবনি, হায়বা কেলহন্নিংবগী ৱাদৌনা।

নিরমালা: মখোঙ য়াওদবা মীসু হিংলিদনা তামো নত্ত্রনে?

ডাক্টর: এ! মাদি খোঙ নাম্মা কক্লরোইদ্রা, হায়দুনা হন্না হন্না হংলি পাৎনি।

নিরমালা: জাৎ জাৎ সুম য়েংনিংলকইবা। তামোগী কোইসন্দো ফজেনে।

কান্ত: করিনোনে; নিরমালা নংনা হায়রিবসিবু, খোঙবু অমুক ফকপ্রগা অমুক থমজিনবা য়াবক্নে। কক্তনবা য়েংগদবনি।

ডাক্টর: করিমত্তা নুংশা হিন্দীগনু। ককপগী মথৌ তাদে।

নিরমালা: ঐনা ঙকচবদি তামোগী মতম লিক্লা হোৎনজবা অদুদা অসি তান্না মতম মাঙনা লেঙকপসিনি।

কান্ত: করিনো?......... ঙাইখো নংগীসি ঐগী ঙরাংগী পাওখুম!........ হায়বদি নত্তে! এক্সিদেন্ট অসিবু নংগী অপাম্বরা? লাইনা তম্বা মাল্লক্তে। ঐ য়াম্না চিংনরক্লে। অসিগুম্বা খাঙবদা ৱারবা তাঞ্জাসিদা অমুকসু নংনা মোমোন মোমোন তৌদুনা লৈরি। করি মতৌনো?

নিরমালা: খুশেম্বদি নত্তে। ..........ঈশ্বরগী কৃপানি, অৱাৎপা অমা মেনশিনবনি খনবীয়ু। কনাগুম্বী নাম্মা শোইরবী অমনা লম্বীদা চৎলম্বা মতমদা মানা ৱারমগদবদু নহাল মখৈদি খঞ্জিল্লুদবনিনা কয়াম ৱারমগনি খল্লুদে। অদুবু হৌজিক্তি নচলসু নাম্মা শোইজরগদি মখোয়না ৱারমগদবদু খঙলগনি..........। খঞ্জবদা অমরোমদা নুংঙাইবদি ঙমজৈ।

কান্ত: ইস! নিরমালা! নংসে নুপীমচানিকো! নংগী থম্মোয়সিদি অতাঙবা নত্তে। জগত্তা শুক্লে লৈরম্মরোই। ঐঙোম্দগী নংনা য়াম্না হেন্না ৱাংখরেদা; ঐদি নংবু কিদবা ঙম্মরোই। ঐখোয় ফ-ন শাউনিংলবসু ইশাদা খজিক্তং ফাও না-নবা তৌদে। করিগুম্বদা মীনা শোইদুনা খরা কন্না থেংলকপদা শাউবনা হাল্লি। ওনশিন্দুনা ফুজিল্লি। পুকচেল ফাবা ঙমহৌদে অদুগা নংনা নখোঙ ককপা কিদ্রিবা! অঙকপনি।

নিরমালা: ৱারৌগনবদো থাদোকপীরো। অদুগা তামোগী হকচাংদা

অশোক-অপন নংগদবা পুম্নমক ঐনা লোইনা লৌজরবনি। অদুগা লিংজেল খামল্লি, কা হায়দুনা নাহ্ছোকপীব্রগদি নচলগী উপাই লৈজদ্রে।

কান্ত: নিরমালা! অদুম্ন অমুক হায়রগনু, ঐগী থম্মোয় পুবা য়ারক্তরে। ঐ মায়থিরবনি। নংনা অনৌবা পারা অমা থেংনহল্লে। ঐ কনামত্তগী নোংমৈ, থাঙ কিদবনি। অদুবু নংবুদি ঐনা কিদবা ঙমদ্রে। ঐসে নংগী মশক উবা ফংদবা নুংশিগী পল্না কোইশিন্দুনা থমখরে। ঐ নাহ্ছোকপা ঙম্মরোই।

নিরমালা: (হরাওবগী ঙমখে লৈখিদরে) তাকপীরিবদুনা অশেংবা ওইরবদি ঐগী খোঙ তেকখিবা করিসু নত্তে। ঐগী থিংবা থুংজরে। কক্তম্রবসু য়ারে।

কান্ত: নিরমালা! নংগী শোকখিবা খোঙ ফননবগী দায়ত্ব ঐগীনি। পৃথিবীগী করম্বা মফমদা চৎলগা ফগদগে; ঐনা কোয়থি থিগনি। নং নত্তনা ঐগী কনাসু লৈত্রি, অশেংবনি থাজরো ঐসে নংগীনি।

নিরমালা: ফংজগে তান্নবদা ফংলরোইদ্রা খঞ্জরম্বা নুংশিবদু ফংজবদা ঙমখৈ লৈতনা হরাওজরে, খোঙগী শব্দ তেকপগী অচিকপা অনাবা লোইনা মাঙখ্রে। মথন্তা ঙাংলি (তামোসে ঐগী ওইজবা ফংলগদরা) অদু তামোনা তাকপীরিবদু অশেংবা থম্মোয়গী ৱারা?

কান্ত: নিরমালা; ঐসে নং নথন্তগী ওইরবনি। ঐগী অপাম্বা নংনা থুংহল্লে। হৌজিক নংনা ঐগী থৱায় নিরবা ফাওবা ঐনা শোয়দনা পীগনি।

নিরমালা: করি ৱানোনে তাকপীরিবদুবো ঐনা ইখোঙ থুদেকচবদি তামোনা ঐগী থম্মোয়বু ফাবীখিবদগী ঙাওদুনা তৌবনি। অদু য়ৌনা নুংশিজম্রবা তামোগী থৱায়বু করিগী নিজগদগে?

কান্ত: ও! নিরমালা "I love you so much!" হায়রগা নিরমালাগী মখুৎ কন্না পায়শিল্লি, নিরমালাসু কান্তগী মখুৎ কন্না পায়জে।

নিরমালা: তামোগী হকচাংদা অশোক-অপন নংগদবা পুম্নমক ঐঙোন্দা

লোইনা ঈশ্বরনা পীবীবা ওইরসনু।

অমরোমদা খিবেন অমদি ইবেমহল কার অমদা ব্বারী শানা শানা লাকই।

খিরেন: ইবেমহল! ঙসাই শিলচরগী ওসি না হায়রকপা মীতৈ হোটেল হায়বদুবু শ্বাইদা নত্তুনহে! নংসু সাইন বোর্দকাসি খরা য়েংউনে। নচানিপা উরদবনিনে।

ইবেমহল: মহোই বাবা! আসিদগীসি ওইগদরা? অমদি লৈরে।

খিরেন: নমিৎ শিংবাদি নংনু হেল্লেহে অসি ওইগনি চংঙসি। লাকও লাকও! (মতাং অসিদা হোটেল মহাজন্না কান্তগী মপা আইজিপি খিরেন অমদি মমা ইবেমহল পুরগা চংলকই। মহাজন্না খিরেনগা ইবেমহলগা মপান্দা থনম্মগা মহাজন মথস্তা কান্ত অমসুং নিরমালানা লৈরিবা স্পীসিয়েল ব্বার্দতা চংলকই। কান্তগা নিরমালাগদি খুৎ থদোক্লরমদ্রি।)

মহাজন: (অহম! অহম! হায়দুনা খৌদেম্মী অনীমক মখুৎ থাদোক্লে। মহাজন লোমদা য়েংলকই।)

কান্ত: পাবুংসু লেংবীরকই। লেংশিনবীরকও হায়রগা মানা ফমম্বা চিয়ারদগী হৌগৎলি।

মহাজন: ফজেদা ইচাগী ব্যবহারসে। পুলিস ওফিসার অমগী মচানিনা দিসিপ্লিনদি ওহোক্লা ফজখরেদা।

কান্ত: করিনোনে ঐখোয় পাবুংনা ঐঙোন্দা লংনবিরিবসিবু।

মহাজন: ইপাগী কান্ত! নহাল মখে ইপানা অশেংবা নমিং খঙদবদগী লানখিবা পুম্বা ইপাদা ব্বারৌগনু।

কান্ত: ইপা পাখৎলে। নচাবু ভাব অমা ইতা তাজদ্রে।

মহাজন: ইপাগী মনিরতন, নং ইপাবু ব্বারৌগনু। ইপানা নংবু কান্ত কৌখি

ফংলরোই ইপাগী তম্পাকসু হাংলগনি। হৌজিক্তি ইপানা নংবু ফাদুনা থাম্বগী পাঙ্গল লৈরোইদৌরে।

কান্ত: পাবুং নচাবু তাঙ্খোকপীগে খল্লবরনে। (হিক্না হিক্না কপ্লকই)

মহাজন: (হিক হিক কপ্লগা) ইপাগী কান্ত, নং লাকপদগী ইপাগী হোটেল ঈনা কুপ্লম্বদগী পক্কাগী বিল্ডিং ওইহনবীরেদো, ইপানা নংবু অহানবদা খঙনদ্রিবৈদা কয়া অথি‌ন, অকনবা ৱাঙাং শিজীন্নখি নং ইপাদা ৱারৌগনুকো।

কান্ত: পাবুং খঙনদ্রিবৈদা ঙাংনখিবা ৱাবু ঙম্মা ঙম্নবা ঙাংনখিবনি। নত্তরবদি চাক চাথোক্লগা পৈশা য়াওদ্রে হায়বা খুদিংমক হরাও হরাও চংহনপ্রগদি কমদৌনা হোটেল হিংগনি। নুমিৎ অদু ঐ নুমিৎ নিনি চাবা ফংলক্তবগী লাম্মন্দুনা মী ৬ কী চাক ইথম্তনা চাখিবনি।

মহাজন: করে ইচানা মী ৬ কী চাক চাথোকখিবগী লম্মনদি নংনা ফজনা হেন্দোক্লা শিংখরে। ইপা পেল্লে ঙসিদগী হোটেল অসিগী মমিং মনিরতন হোটেল থোল্লগনি; সাইন বোর্দ শিল্লগনি। অহল অর্নী লাকইবসে কনা মানবগে য়েঙউ।

(কান্ত ইপা পাখৎলি চেনফম য়েংই)

মহাজন: আইজিপি সাহেব লেংশিনবীরকউ। নচা মনিরতন হায়বদো অসি মানবরা য়েংবীয়ু।

থিরেন অমদি ইবেমহল পদ্দার হায়দোক্লগা তপ্না চংলকই। ইবেমহলদি মচাবু উবা খুদক্তা খঙহৌদনা শ্বর ফুনখিদুনা ৱা ঙাংবা থোক্তনা মথবাক্তা মখুৎনা নল্লগা লোংনা হায়থরকই ; থিরেন্নসু মচা মনিরতনবু উবদা ইবেমহলবু উহৌদরে। মনিরতন্না ইমা!! হায়রগা চোংশিল্লক্তুনা মমাবু ওকখরে। অদুগা হিক-হিক কপ্লকই। মখোয় অমত্তা ৱা ঙাংবা থোক্লখিদ্রে।

মহাজন: ঙসিদি মফম অসিদা নুংঙাইবনা থল্লবা থৌদোক অমা থোকপা অসিদা নুংঙাইমন্দুনা ৱাছৎবা য়াওনরেদো। ঙাহাক্তা মঙাইরে অনৌবা য়েন্নিং চোংলক্কদবা, মসিসু ভগবান নংগী লিলানি।

কান্ত: ইমা! ইমা! ইমা ঐ অসিদা লৈরে হন্না হন্না কৌরি। ইমা নংবু মিৎ অমুক্তা পাংউগবা। (লৱাইদা কাপ্লি।) ডাক্টর! অমুক্তা!

ইবেমহল: (মমিৎ পাংলকএ) ইমাগী মনিরতন; ইমা কৈসু তৌররোই। ইমাগী লৱাইদা নংনা কান্বা অদুদা ইমা হল্লকএ। ইমাদি লৱাই শাৎলুরেদনা। ঐনা লৈরিবসি নংগী তম্পাক্তরা?

কান্ত: মান্নি ইমা, নচা মনিরতনগী তম্পাক্তনি। হৌজিক ইমানা অপান্বা নচাদা তাকপীরো! ইমানা হায়রিবমখৈ তৌজরগনি।

ইবেমহল: ইবুংঙো! নংসে ইমানা ইতম্পাক্তা পমজরম্বদুনিনে: ইমানা পোবা পন্বা পেঞ্জহৌদ্রে। হায়রগা ঐবু নংনা পম্বীরবা ইবুংঙো ইমা ঈশিং গিলাস অমত্তা থক্কে থম্মো থম্মো ইচা ৱারগনি।

মহাজন: (চিয়ার অমা পুশিল্লকই) মেম সাহেব সোমদা অমুক্তা লেংশিল্লু অমনা ঈশিং গিলাস অচৌবা অমা পীরি।

ইবেমহল: ঈশিং থকঅগা ফজনা ফমখ্রে। ইচাদি ওহ্নোক্লা ফরম্মেদা। মশাসু খরা নোইখৎপা মান্নে।

কান্ত: নচা হৌজিক ফত্তবা চীঞ্জাক অমত্তা চাজদ্রে মতম নাইনা চারি, থক্লি ঐগী নিংবা থুংনবা পাবুং অসিনা য়োকপীরি। জ্বার শান্নদ্রে, য়ু থক্ত্রে অদুনা হকচাং ফরবনি। মপাগী মনাক্তা চংলগা পাবুং খুরুমই।

ধিরেন: ইপাগী মনি-র-তন ইপানা পামজবা শাজৎ লিচৎ নংনা অমত্তা চিঙ্খদনা তৌরম্বা অসিদা ইপা পুমপেল পেল্লে।

কান্ত: পাবুং মসি অৱাবা তারবা কান্দা হিংদবা য়াদবদগী চৈফুনা য়ৈরকদা চুমথোকপীবনি। অৱাবা নংদ্রবদি নুংঙাইবা ফংলমদ্রে। পাবুং!

ইবেমহল: (মনিরতন্না অদুগুম্না থাজদবা ৱা ঙাংলকপদা মচাদা মমিৎ কুপ্তনা য়েংদুনা লৈরি।) ইমাগী মনিরতন ইমাবু মঙলা? করিনো খঙদ্রে।

কান্ত: ইমা অমদি পাবুংবু ভাব তাদবা, ওক্তবা নচানা শাখিনা ৱাহনখরে। ওকক্তবা ঐসু হায়ফম খঙদবা মখৈ ৱাজবা, ঐত-নত্তনা মরাল লৈজদবা ইমা ইপাসু মৈক্তা ঙৌদুনা প্রোক-প্রোক চাকহনবনি, ময়াম তাবীহৌরো ঐখোয়না ওক্লগা য়ুমদা লৈজবা অহলশিংনা মৈথক্তা ঙৌরগা খাঙহনবনিকো!! ঐ হন্দক্তা খঙই।

মহাজন: ইপাগী কান্ত! নংনা চৎখ্রগা ঐবু কনাগা লৈমিন্নগদগে। ঐগীদি ইচা নিপাসু নুপীসু লৈজদবনি। নংনা মতম খরা ইপাগীদা লৈবীবা অসিদা ইপাবু মীনা কয়া সম্মান তৌবীরী, হৌজিক্তি লোইরেদো। ইপাবু কনানা উশিৎপীগনি।

কান্ত: পাবুং নচানা ওইদবা ঙাংদুনা ইপুক থন্নবা হোৎনখিবা পুন্নমক ঙাকপীয়ু। ঐ খোঙ থাংদোকপা ঙম্মোইদোইরি, ঐ য়াম্না ফত্তবা মীনি পাবুংনা জ্ঞান তাহনবীবনি।

মহাজন: ইপানা নহান্না খল্লবা ৱাফমনি: ঐনা ইচানিপা অমা ফংজরিবসে মঙদনি, মিকপ থোক্লকপদা অশেংবা মমা-মপানা পুখিবা তাবনি। মসিদা ঐনা ৱারৌফম থোক্তে। (হায়রগা হিক হিক কপ্পি)।

ধীরেন: মরুপ নংগী নতৌ য়েংবদা ঐখোয়বু করম্না খোঙ থাঙ্গদগে। ঐখোয় পুন্নমক কপ্পা তোক্লরসি। মরুপকী তৌবিমলসিদি ঐনা শিংবা ঙম্মরোইদবা মপাল নাইদ্রবনি। ঐনা লাক্লবা ঙমদ্রবা ইচাবু নুংশিনা থম্বীরম্বা অদুগা বিএ সু পাস তৌহনবীবা অদুসু রোল নম্বর ৱানদা, অদুগা মমা-মপা ঐখোয়গী খুত্তা অমুক শিন্নবীবসিদি মসিগী মতিক চাবা লম্মনদি করিনা শিংজগনি। অদুবু ঐনা পুজরকইবা লুপা খরা অসিদং নচা অসিগী মঙ্গল ওইজনবা লৌশিনবীয়ু।

মহাজন: আইজিপি সাহেব! মদু ঐ লৌজরোই, লুপা অদু ফংনবা সাহেবতা

পাও খঙহঞ্জবা নৎচদে। ঐখোয়গী সাহেবনা পোকপীবা ওইরবসু মপান চাবদি ঐনা হাল্লে। মাগী মপান্দগী ঐবু মীনা সন্মান তৌবীরি; লুপাসু ফজনা তানবীরল্লে, ঐ হৌজিক লুপাগী মথৌ তাদ্রে, সাহেবনা পীবীরিবা লুপা লাক্ষ অদু থম্ফম লৈজদে। ঙাকপী-শেনবীনবসু সাহেবনা পুবীখিগদৌরবনিদো।

খিরেন: ককফম লৈতনা চুম্মবা ৱানি। ঐগীনা মনিরতন, অদোমগীনা কান্ত, মপা অনীগী তোঙান-তোঙানবা মিংনি অদুবু ঐনা ইচাবু পীবিবা মী অদুদা লুপা লাক্ষ অমা পীগনি ৱাশকচখি মরমদি ইচা অসি ঐনা থিবা খঙদ্রবনি। মরুপ! নচাগী মঙ্গল ওইনবনি পায়শিনবীয়ু।

মহাজন: সাহেব! ৱারৌবীগনু মদু ঐনা লৌজবা তারবদি ঐগী ৱশক্তি কায়বা তারে। অদুগা সিমদি পায়খিদবা য়াদ্রে, মরমদি মসি ইচাগী মপাঙ্গল মরৌশিংনা তাঞ্জবা অশেংবা পৈশানি, লুপা লিশিং ৫০ অসি লৌবীদবা য়াদে হায়রগা পীরি।

খিরেন ইবেমহল: (অমগা অমগা ইঙক-ঙক্লা য়েংনৈ)

ইবেমহল: মাদি অসুক য়াম্বা লুপা অসিদি কমদৌনা তাল্লিবা।

খিরেন: লুপা পীরুগে লাকঅগা পীবগী মহুত্তা লুপা লিশিং ৫০ অমুকসু ফংবা তারবা? ইবেমহল্ল নচানা তানবা পৈশানি, লৌরিবসে।

মহাজন: অদুগা দান অমত্তংগা তৌজগে। লৌবীদবা য়াদবনি।

খিরেন: লুপা লিশিং ৫০ অমসু ফংলবা অদুগা দান অমসু ৱাংলিবা। মদুনা করম্বা দাননো, পীবা লাকঅগা পুরগা হনবা ভারবরা? হন্দক্কী দাউ অসিদি কৈনোম তৌদৌরি, ইবেমহল!

মহাজন: সোমদা য়েংবীয়ু, মখোঙদা বেন্দেজ য়েংলিবসে।

খিরেন অমদি ইবেমহল: হৈমা! অসিবু দেবেনগী মচানুপী পম্বাল নত্রো?

মহাজন: মাগী মমিং নিরমালা কৌই। ইবুংঙোনা তম্বা কলেজদু মাগী মপানা লিংখৎচবনি। কলেজ অদুগী মমিংসু নিরমালা কলেজ কৌবনি। (ইবেমহল অমদি ধিরেন নিরমালাগী মনাক্তা চংলকই)

নিরমালা ফম্মুংদগী ধিরেনগা ইবেমহলগী মখোঙ শোক্লবা লাম্মকই।

ধিরেন অমদি ইবেমহল: হায়! হায়! অনাবা নংনা নোঙ্ছরক্কনু ওঙ্ছরক্তনা তোকঅরনি (ইবেমহলনা ঙাকই) য়ারে! য়ারে! নংদি আদা লৈহৌবা থম্বাল হায়বী অদু ওইরবোই নিংউরেদনা। অসুক মান্নবদি কদায়দগী! মী ঙাওরোইদরো?

মহাজন: অসিবুনি ঐনা দান তৌনি হায়জবদু.......... মাগী লমচৎ-শাজৎ ঐনা লোইনা খঙজরগা হায়জবনি। মাগীদমক্তদি ঐনা দায়ত্ব লৌজবা ঙমগনি।

ধিরেন: মাদি হৌজিক লাইরিক তম্লিবরা?

মহাজন: তমজরিবনি হন্দক কলেজ লোইরে। কান্তনা রোল নম্বর ৱান তারগা মানা নম্বর টুদা লাকপা ওইরিবনি।

ইবেমহল: অদুবু মাগী মখোঙ অসিদি কয়াম থিনা শোকঅবা!

মহাজন: মাগী মখোঙসি এক্সিদেন্টনি। অদুবু হন্দক্কী এক্সিদেন্টসি শোইখিবা মান্দবা অমা লৈ। (নিরমালা নোকফেৎ তৌই)

ধিরেন: মমা নংগী অপাম্বা হায়য়ু হায়য়ু।

ইবেমহল: অতৈদি লায়রি.... নত্তে মাগী মখোঙ অসিবু কয়াম থিনা সোকখ্রবগে শরু তেকখ্রবা জাৎলো? লায়েংবদা ফররোইদ্রা?

মনিরতন (কান্ত): করিসু নত্তেদা ইমা হৌজিক্তা ডাক্টরনা করিসু তৌরোই, হায়রম্বনি। (নিরমালা লুকথরগা ইকাইনা খাংবা মথন্তা শোঙৈ ইস! ঐনা করিগী ইখোঙ থুদেকচরুরিবা, ঐ অসি ৱাখল য়াওদেদা অস!

অদুবু ইখোঙ অসি তেক্লমদ্রবদি তামো কান্তবু ফাবসু য়ারোইদৌরিবা। ইস! ইমা অসিনা মখোঙ তেকপী অসিদি পামদে হায়রগা কমদৌবা)

ধিরেন: (মনিরতনগী ব্রা তাবদা নোকঅগা খুম্মকই) ইপাগী মনিরতন নমানা হংলিবসিদি নঙোন্দসু নত্তনা। (মনিরতন লুখম হোত্নুনা খাংই) ডাক্টর সাহেব! নুপীমচা অসিগী মখোঙ অসিবু লায়েংবদা ফররোইদ্রা?

ডাক্টর: সার! মখোঙ অসি শরুদি তেক্লে। নিরমালা লুকথদুনা খাংই।

ধিরেন: অদুবু শমজিলহনবা য়াররোইদ্রো?

ডাক্টর: য়াগনি সার! অসিদগী হেন্না মচেৎ মচেৎ কায়রবা ফাওবা সৌজন্নহনবা ঙমই। অসিদি অমুক্তং তেকপনি। থোইদোক্লা ফিভম কায়রোই, খঞ্জে।

ধিরেন: অদুদি মমা ব্রারী শমজিল্লসি, নচা মনিরতন্নসু করিসু তৌরোই হায়জরি। নুপীমচা অসিসু মখোঙ অসি তেক্তবা ওইনা উহন্নিংলে। করিগীনো খঙদেকো (নোকথোরকপা)।

ইবেমহল: ঐদি ইচানবু য়ারবদি ইয়া হেক য়াই; তৌবদবু মখোঙ তেকপা অসিদংদি খিক্তং নুংঙাইতে।

ধিরেন: (মচা মনিরতনগা মখোঙ তেকপী নিরমালাগদা য়েংঙগা নোকচরি) অদুগা নিরমালাগী মপাগী মনাক্তা চংলকই। অদোমবু ইবেম্মসিগী অপোকপা ওইবীরবরা?

নিরমালাগী মপা: অংহোই সাহেব!

ধিরেন: অদোমগী ব্রাখলদি উজদ্রি; অদুবু ঐনদি অদোমগী ইচানুপীসি য়ারবদি পীবীয়ু হায়জগে খল্লি।

(নিরমালা অমদি মনিরতন ফল্লপ য়েংনরগা লৈনরি)

নিরমালাগী মপা: ঐখোয় সাহেবনবু য়াবিরবদি ঐগীদি লাইবক ফবনি।

ধিরেন: য়াম্না নুংঙাইজরে, অদোমগী পাওখুম তাজবদা। ইবেমহল লোমদা হায়, ইবেমহল। নংনা নচাগী মশক উবা ফংলরোইদ্রা হায়দুনা অহিং তুমদবমখে তেংথাজবদো হৌজিক্তি নচাখক্তা নত্তনা অমসু য়াওদৌরিব্রা তৌরিসিবো?

ইবেমহল: ঐদি ইচানা পাম্লবদি ইয়াদা য়াজরে। মহোই পাবুংনবু য়াবিরবরো?

ধিরেন: নচাগী মশক ফজবা অসিনা থিবদা ফংলকপা পোৎ নত্তেকো, মাগী লমচৎ অসিনা ফরকপসিদা লাইরিকসু ফরে। অদুদদি তম্ফাসু লৈখোমদদি লৈনিংদবনিনা সনাগী মথক্তা চোংখৎলকপনিদনা। ভাব তারবরা?

মহাজন: ফজে! ফজে! ঐখোয় সাহেবকী পাওতাকসিদি ফজে। ঐসু মাগী মপান্দগী আইজিপি সাহেবকা উন্নজবা ফংজরে।

ধিরেন: ঐখোয়গী হোটেলগী মহাজনবুদি ঐনা কাওজরোইদা, হৌজিক অদোমগী নচানিপা লৈতে হায়না করিমত্তা চিংনবীরগনু। পুলিস দিপার্টমেন্টনা অদোমগী অৱাবা খুদিংমক য়েংজগনি।

মনিরতন: অদু পাবুং ঐখোয়গী মহাজন পাবুংসু ইম্ফালদা পুবীয়ু।

ধিরেন: মহাজন্নবু য়াবীরবদি ঐগীদি পুনিংইবনিনে। মহাজন্দা হায়রকই, মহাজন! নচানা হায়রিবসে য়াবীরোকো, অমুক্তং লেংঙসি। নিরমালা মপারোমদা,অদু ৱা অসি শমজিল্লসি লুহোংবসিদি আদা অদুম হোংনবা তৌরসি ময়াম পুন্না হেক্তা লেংঙসি, করি হায়গে। হায়জরিবা!

# ৩৫ শুবা শিন

## (মনিরতনগী লুহোংবা)

নন্দকিশ্বর মখোঙ তেকপা ফরদুনা থম্বালগা লোয়ননা মচানিপা অমগা পল্লগা মনিরতনগী য়ুমদা লাকই।

নন্দকিশ্বর : মরুপ! মরুপ মনিরতন ঐখোয় লাকচরিয়ে।

মনিরতন: (চেন্থোরকই) নন্দকিশ্বর! ঐইস! মরুপ নংদি নশক য়াম্না ফজরম্মেনে, অদুগা নশাসু ফরে, ইচানিপা অমসু ফংলবরা?

নন্দকিশ্বর: হোই মরুপ! অশোইবা খোঙ লায়েংবদা তান চারুরমান্নে থোইদোক্লা কায়দরে।

থম্বাল: তামো মনিরতন, তামোনা লেংউরিবসিবু কদায়দনো? সোমদদি অমুকতোইবা ৱাবনা লোইনরে।

মনিরতন: থম্বাল ঐ লায়েংবা চৎলুবনি।

থম্বাল: তামোদি করি লায়না লৈবগেনে। অনাবা লৈবা মান্দেনা।

মনিরতন: আহ! ঐগীদি ব্রেনগীনি (নোকপা) ব্রেন লায়নানি।

নন্দকিশ্বর: ঐখোয় মরুপ মনিরতনদি তম্ফা খুদোপ য়াই ওইবা অমসু পুরকঅবনিদা য়াম্না ফজে হায়রিয়ে।

মনিরতন: মরুপ নং ৱারৌনুকো; ঐ নঙোন্দা য়াম্না লানখ্রবনি। ইচল থম্বালদসু য়াম্না লানখ্রবনি। ভাব তাদ্রিঙৈদা।

নন্দকিশ্বর: ওন্থোকপনিদকো মরুপ: যুগ অমগী মমাঙদা হৌখ্রবা ৱারীবু ফাহৌদবা পরাদৌনা সুম হন্না পাদুনা লৈবা হৌনদ্রেদা! হৌজিক্তি পরা লোইনা ফানরবা ঙাক্তনি।

মনিরতন: নবান্নিনা ঙাকপীরবনিনা ঐ য়াম্না নুংঙাইজরে।

থম্বাল: অদু তামো লুহোংবদি থিন্দোক-থিঞ্জিন লৈতনবা অসিদা সুম হোংবা তারেকো।

নন্দকিশ্বর: সিদা হোংঙদদি হৌজিকপু পুথোক-পুশিন তৌখিগদরো? মপামদা চৎপদা প্লেন হায়ার তৌগদৌরি পোৎনি। ঐখোয়সু য়াওগদবনি। চৎহৌসি।

থম্বাল: হোই! ব্রাত্ত-পাদবা ঙাক্তনিনা য়াই য়াই। মশকপু ঐগা য়াম্না মান্নে হায়নহৌইনে।

নন্দকিশ্বর: ও! ঐখোয়গী মরুপকী ফজবসিদা নুপীদুনা পাম্মনখ্রদুনা মঙোন্দা লৈত্রবদি খোঙ থুদেক্লনি হায়দুনা তৌই হায়বনি তাদ্রিবরো? নংবো!

মনিরতন: (নোকঅগা) মদুদি ঐগী শক্তাসিদা নুংশিরকপা নত্তে। ঐনা জ্ঞান তাবা শারুবা অদুদা তৌরকইনি।

থম্বাল: অদুনদি তামোনা ফংলকইবা পুন্নমকসে পুকচেল ব্রারকপা হৈরকপদগী তম্ফা খুদোপ য়াইওইবী অমনা মথন্তা চোংশিল্লকপা ওইবা তারেকো।

মনিরতন অমদি নন্দকিশ্বর: নংনা হায়রিবদো চুল্লবনি। প্রমাণদি ফজনা হৈরেনে। (অদ্দহম্মক নোকমিন্নবা)

ধিরেন: মচা মনিরতনবু য়েংঙগা হায়রকই, ইপাগী মনিরতন, নং ইপাবু ব্রারৌগনু। নংনা মরাল লৈজদবা নন্দকিশ্বরবু ইপাগী রিভোলবরনা কাপ্পুবদুগী কোর্টনা নংবু লৌবা লাকই। (পুলিস গাড়ী থৌজিল্লকপা অদুগা মনিরতনগী মখুদাংদা হেন্দকপকী সো লোনবা ধিরেন মশামক্লা)

নন্দকিশ্বর: ইপা ইবুংঙো, মদুতদি ঙাকপীয়ু, ঐগী মরুপসে মমাংঙৈগী ব্রাখল অঙাওবা পুন্নমক য়াওদ্রবনি, মরুপ্পু হেন্দ কপ চল্লগা পুবীখ্রনু।

(থিরেনগী মখোঙ কোল্লগা কপ্লা)

থিরেন: ইবুংঙো নন্দকিশ্বর ঐনা ইচা মনিরতনবু কনবা ঙমদে। মাবু ফারিবসে ঐনা নত্তে, মানা অরানবা খরা তৌরুবা অদুগী আইন্না ফাবনি।

মনিরতন: মরুপ! নং ব্রারৌরনু, ঐগী ফংফম থোকপা এব্রার্দনি হরাওনা লৌজগে। ঙসি আইজিপি অমনা লাল্লে খঙনা খঙনা আইনগী ব্রা তাদ্রবদি ঐনা আইজিপি অমবু রেস্পেক্ট তৌদবা তাগনি। গাড়ীদা কখৎখিবা।

(ইবেমহল অমদি নিরমালা কপ্লুনা লৈহৌবা)

থিরেন: কুইরোইদা ঙাহাক লৈরগা লাকঅনি, হায়রগা চৎখিবা।

## -ঃ লোইরবা ঃ-



# ফোঙজদ্রিবা লাইরিক খরা

১। দ্বাপুরদা কেকু লোৎখিবা কলিযুগতা ফোঙলবা

২। রাজকুমারী অমবু অউনপোৎ ওইহনখিবা

৩। লুহোংবী শান্নসি হায়নরগা

৪। নচল্লবু করিগী হাৎলিবা

৫। থব্রায়না শোঞ্জখিবা শৈশক

৬। ইশানা ইশাবু ভাকসি Song and Drama Govt. of Manipur Approved

৭। কবোকনা নোং ওইনা চুবা DDK Imphal Telecast

৮। লৌশিং লৈরা নাপেং AIR Approved

৯। ঐখোয় মত্তআন্দা ওইনা লাকরগে AIR Approved

১০। পুয়া মখৈ শাফোঙলসি

১১। দেবযানীগী কায়হৌরবা থম্মোই